# শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র

# মহাপ্রভু

রাজেশ্বর গৌরচন্দ্র সিংহ

# — শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু

মাহাক অমসুং মহাকী
ৱা থরা —

অইবা
ৱাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ
শগোলবন্দ, মোইরাংময়ুম লৈরক
ইম্ফাল

ফোংবা :

অইবা মশানা



অহানবা সংস্করণ আগষ্ট ১৯৭১

শুংনম ১০০০ মমল লুপা ৫৫।

ছাপা তৌবা

ভাগ্যবতী কার্য্যালয়

চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স

ইম্ফাল

## —ৱা থৰদং—

জগন্নাথ স্বামী নয়ন পথগামী

ভবতু মে। —

—বৃন্দাবন বিলাসিনী শ্যামকণ্ঠ হেমমণি

জয়ত্যাধে।—

বৈষ্ণবদর্শনগী মরমদা খংনিংবগী ৱাবল লাকপা ঐগী পুন্সিনা চাইথরক্লবা মতমদা থোকউরে। হিংনবগী লানফম্না পাকপনে, ঐগী মুংশিজরবা মণিপুর খংনিংবনে, স্বর্গীয় পিতৃদেবগী লমজিং মৈরা ইজানিংবনে তৌবনা মায়কৈ অসোমদা পুক্নিং কয়সু চংলুদরে। অদুগা অশঙ্কবমক্তি হিংনবা লানফমগী অমদি লানফম অদুদগী কায়বা ফংনবা মশক্তা ৱাধাকৃষ্ণতত্ত্ব খংজনিংবগী লম্বীগা পাক্না থেম্নবমক্নি। ঐগুম্বা সংস্কৃতসু হৈহৌদবা, তম্বা থম্না অহুসু পাম্না পুক্নিং চংঙক্তবা মী অম্নিনা পাক্লবা মপাল নাইদ্রবা ঊপাক মহাসাগর আস য়ৌনবগী উপায় য়াম্না তাংগ্রবমক্নি। অদুগী মথক্তা অসিদি ইশাগী থাজবা, হোংনজবগী মথক্তা ভগবৎকৃপাসু চংই। শেল তাম্নবা হোৎনবগী মওংনা মওং অদু ওইদ্রে। দর্শন অসি খংনবগী ঐনা তৌগদবা কয়িনো থন্দবা ম্যারক্রে।

সংস্কৃততগী বাঙালানা থম্না হেন্না খংগত্রা থনবগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী মগুণ থম্না থম্না তাজবগা লাইরিক অসি লৈতুনা ইং শোক ?৭৩ গী নবেম্বর তাং ১৬ তা ইহান হানবা মশক উজরে।

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত উজরে, য়েংজরে অদুগা পাবা ওইনমু পাজরে। অহবু মপানগী অর্থশিং থম্না নম্তনা মঙ্গুং হুনবা খংবদি বান থোক্লে। ঐগী ইষ্টদেব শ্রীশ্রীরাসেশ্বরীমদনমোহনজীদা

নিজত্থনা অস্থম অস্থম হোংনজবদা মোংমা মধ্যগী ৮ শুবা মতাং গোদাবরী তীর্থ মপান্দা শ্রীচৈতন্যদেবগা মনায় রায় রামানন্দগা প্রভুনা হংবা রায়না খুম্বা তত্ত্ব মশাং অত্থু পাবদা থরা নিংখিনা ভাব তাবগুম তৌরে। মথংদা বৈষ্ণবদর্শন গ্রন্থশিং পাবদা. হোংনবদা মতেং ওইগদবা অভিধানন চিংবা লাইরিক থরগা খিজিন্দুনা মথং মথং হেন্দগংনা থরা ভাব তানবা হোংনরে। চুম্না লোলদা শিজিন্নবা বাংলাগী অর্থগা বৈষ্ণব গ্রন্থগী অর্থগ' থেন্নবা রাহে য়াম্না লৈ। অদুনা দর্শন অসিতগী ওইবা অর্থ – ( technical terms ) শিং তাকপা ওস্বা অভিধান চংই।

তাং ৩১ ১ ৮৩ ইংদা ৺পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্মাগী জন্ম-দিবস কা মরি লৈনবা উৎসব অমদা ঐনা বা থরা তাংজবদ, চতুর্বিধ ভক্ত-ভাবকী বা থরস্থ (তারবদি রামানন্দসঙ্গী) পঞ্জরুই। মতুংদা নোংমা ৺পণ্ডিতরাজগী মচাইবুঙেঙা অতোনবা শ্রীবাসুদেব শর্ম্মা ইনাউ ইবুঙেঙা অসিনা ঐবু শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মৈতৈলোন্দা হন্দোকউ য়াম্না চেকশীল্লবা, তৌদবা য়াত্রবা অমা ওইরে হায়না তাকপীরে। ঐনা হায়রিগনু ঐগা মতিক চানবা থবক নত্তে হায়জবদা য়াবিজহনা ইনবা চেগা কোম্বনা পীরে। অদুন হন্দোকপগী থবক অসি পায়-থংখি। কবিরাজ কৃষ্ণদাস গোস্বামীগী কবিত্ব, তত্ত্বমপুল, রস পেরে ঈচেল, প্রেমঙ্গহৌনচিংবা থাজমত্রবা মরাম ঐনা করম পুথহ্নুনা উৎকদগেনা ঐগী অকুবা বাখল ওইরে। অদুবু ভগবৎ কৃপানা চথজ-রক্তনা লোইরক্কদৌরে। থবক ইথৌ অসিনা থর। অমুক থংনবগী মরম ওইররে। পাণ্ডিতশিংনা য়ানররবানি শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী বা ইবা লাইরিকশীংগী মনুংদা অচুম্বা ওইনা লৌনরিবা অমমুং পুমহেন্নি য়ারিবা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতনি। শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং বিষ্ণুপুরাণনচিংবা লাই-রিকশিংদা বিষ্ণুগী অবতারনি হায়না থারম্বা বৈষ্ণববেদ (শাস্ত্র)

ব্রহ্মসংহিতানচিংবা অমম্বুং মতুংদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব শক্তমদি শ্রীকৃষ্ণ খোইদোকপ্রবা অমদি পুমনৌ নৌবা বিগ্রহ নত্রগা মশক অম: ওইগ্রে অমম্বুং রাধাকৃষ্ণ শেংনবা যাত্রবা মূর্ত্তি ওইররে। অস্ময়া শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতগী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবস্ত পুম্নৌ নৌবা মূর্ত্তিনি।

গ্রন্থ অসি হোৎনজবদগী লাইরিক মচা অসি থুংখোক ওইবনি। বৈষ্ণবদর্শন মহাসাগরগী তোর্ব্বান্দদি য়োজনীংবা য়াহৌ খেংথিবগা বুদ্ধি শোইয়োম্বগা য়োশিনবা ওমত্রে ঐগী মম্নবা মিয়েং অসিনা অরাপ্পদগী মশেল ময়াং মঙাল থরা থরা উজবা নহনা শেংনা উনবগী পাম্বে লৈজদরে। উজবা, পামজবা, খংজবা, খরদং বৈষ্ণবশিং মাংদা থমজবদনি লাইরিকী মশক মওং করিস্থ হায়নিংঙাই লৈতে, কনা-গুম্বা পাবিবশিংনা পাবিরগা ঐগী হোৎনমন মহৈ য়ানগদবদনি ঐনা কয়া ঢাংবা পোং পীবা ওমগনি! অসিগুম্বা লাইরিক মচা খরস্থ পুথোকচনিংই অহুদা ঐগী ভগবান্না মতম অমম্বুং মচাক পীবিরগদি ওইগনি আশা তৌজে।

লাইরিক ছাপানম্বদা নীংবা থুংদবা খরদি লৈরে অম্বরু লাইগী থুংশেমগা মীগী থুংশেমগা পুনশিন্না তৌবনি। পাবিবা ইবুঙোইবেম্বা, বৈষ্ণবভক্তশিংনা মকম চানা, মকম থংনা শিনজিন্দুনা, লৌ-রিহনা পাবিরবাদ ঐনা নিংবা থুংজরে লেপচগনি। অরোইবদা লাইরিক মচা করি লৈত্রবা অসি ভক্তবৈষ্ণবশিংদা উৎসর্গ তৌকরি। নামনি, নামগুণ অহুভং লৌথংপীয়ু।

গৌর

# হীরম লমাই

## অহানবা শরুক



## অনিশুবা শরুক



## অহুমশুবা শরুক

# শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু

নমো মহাবদান্যায় কৃষ্ণ প্রেম প্রদায়তে।
কৃষ্ণায় কৃষ্ণচৈতন্য নাম্নে গৌরত্বিষে নমঃ॥ শ্রীরূপ গোস্বামি।

— থোইদোক হেন্দোক্লা থৌজালগী মশক ওইরবা, কৃষ্ণ প্রেম পীবিবা নংবু খুরুমজৈ। নহাক কৃষ্ণনি— নমিংনা কৃষ্ণ চৈতন্যনি, নচুনা অঙৌবা মঙাল্লনি নংবু খুরুমজরি।

## —মহাপ্রভু পোকপা—

বঙ্গদেশকী মল্লংনেবা শ্রীহট্ট অসিদা মশক নাইবা মী নিংথিনা পোকখি। মাখোয়না মতম অত্তগী মতৈ মশিং তম্নবগী মরু ওইরম্বা, বেদ শাস্ত্রনাচিংবা হৈবদা চংখোল্লবা নবদ্বীপ্তা তম্বা চৎপদা নত্তনা ময়ুম ওইনা লৈখিবা য়াম্না থোকখি। উপেন্দ্র মিশ্রগী মচা জগন্নাথ মিশ্র অসুম্না নবদ্বীপ্তা লৈখি। মাহাক মমিং লৈবা পণ্ডিত অমা ওইরম্মি। মাহাক্না মাদৌনা তৌখিবা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগী মচানুপী শচীদেবীবু লুহোংখি। মাখোয়গী মথং মথং মচানুপী নিপাল পোক্লগা পুম্নমক শিখি। জগন্নাথ মিশ্রনা মচা নুপা পোকহনবিনবা বিষ্ণু কম্না খুরুমজখি। মাপলগুবদা মচা নুপা অমা পোকলে। মাহাকী মমিং বিশ্বরূপ থোনখি। মাহাক চাউরকলগা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌহুনা চৎখ্রগা কদায়দা লৈরে খংদনা অত্থম মাংখি।

অদ্বৈতাচার্য্য প্রভু জগন্নাথ মিশ্রখোয়গী লোনগানি। মাহাক্না মতম অত্থদা ওইরিবা তাইবং মীগী মতৌ উবদা য়াম্না বাথি। পাপকী

লমচৎ ময়াম্না লৈপাক অহু থুম্নাংলম্মি। মাসি উবদা মাহাক্না থাংবা ভমজ্রহুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌবিনবা কৌজখি। শেংলবা গঙ্গাজলগা তুলসী মনাতগনা পোৎচং ওইরহুনা মিংকী পিইনা পূর্ণাহুতি পীহুনা হুঙ্কারগা লোইননা মথরাম্ন শোক্না মবুঙেঙাবু কৌজখি। মনাইগী খোল্লাউদা থাংবা ভমজ্রহুনা পূর্ণব্রহ্ম ভগবান গোবিন্দ যুগাবতারগী মতম ওইরকপগা পৃথিবীদা লেংলরকাখ। হন্দক লেংথরকপা ইবুঙেঙা অসি শচীদেবীগী তন্নাওবা মচা ইবুঙেঙা গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনি। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী অবতারগা অদ্বৈতাচার্য্যগা লৈনরিবা মরম অসি মাদবা কাংবুসু লৈতবা নত্তে। মাখোয়গী মোতনা তোপই। চৈতন্যচরিতামৃতনা অচুম্বনি হায়না মাসি চনখৎলম্মি। মহাপ্রভুগী মরমদা ইরম্বা পুস্তি মারিশিংদগী চৈতন্যচরিতামৃতনা খ্বাইদগী থাজকম খোকপা লাইরিকনি হায়না পুম্নমক্না লৌনৈ অমস্তুং মাসি মক ওইবা প্রমাণ ওইনবা (প্রমাণায়) লাইরিক্কিসু লৌনৈ

থা তরাহুমদোই মমা ইবেম্মগী গর্ভদা লেপ্লগা শকাব্দ ১৪০৭ খৃষ্টাব্দনা ১৪৮৫ গী লাইবককবী ফাল্গুন (ফাইরেল) পূর্ণিমা গৌড়দেশকী থাজত্তা অহুগা ঐখোয়গী থাজত্তনা লমতাগী থাংন্দা সন্ধ্যা থাচংলকপদা থাবু শানা কংবা মতমদা, নবদ্বীপ অতিয়া হরিধ্বনিনা থুম্নাংপা তাঙা অহুদা নবদ্বীপচন্দ্র পৃথিবীদা খোংদাখি সংকীর্ত্তন যজ্ঞনা পূজা কৎপা, স্বর্গগী মাশীংতা ওইবা প্রেমগী লল, ম্নাদসু করিগুম্বা মতমদা পীখিজবা থাকপা। লৈত্তনা পীগে জনসুং হরিনাম শা কাওবদা য়েনবিগে লেংথরকপা প্রভুনা হরিনাম মরম্নাই ঊহৌবা মপা লৈত্রবা মুমিৎ অসিবু ভাইবদা। থা তরাহুমদোই চুপ্না মমা ইবেম্মগী গর্ভদা ভাইবনি হায়বদা লাম্নিংঙোই লৈরোই।

'গ্রহণ' তৌববু মৈতৈনা 'শানা' কংবা হায়না শিজিন্নৈ। অহুনা শানা কাবা মতম অসিদা থাগীদমক রাহুনা মৈদৈনা খোজেল রাঙো রাহু (শা) বু থাদোকউ, থাদোকউ হায়না কপ্পা লাওই অহুগা

নবদ্বীপনা হরি শোন্দুনা থাগী মতেং থরা ওইসনু হায়রুনা লাওই। পৃথিবী লৈমায়গী গৌরচন্দ্র অভৌবা থা, মশেক থাংজবা থা উবদা অতিয়াগী থা মায়াহং থাংবা ইকায়রুনা রাহুনা লোৎপোই নিংলে। চিন্নবা লৈরক অসিদা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা মাগী চৈতন্যচরিতামৃতদা রাগ পান্না শকথিবা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপগী মতেক অমা মখাদা পীরি ঃ—

চীথো চীঙ্ নবদ্বীপ গৌরহরি-থা পুল্লম,
থোকপীররে চানবিহুনা।
অমম্বা পাপ মাঙ্লে, মরোল অতম পেল্লে
জগৎ থল্লে হরি খোজেম্না।
অদ্বৈত নভাং অসিদা, হৌগত্লুনা মযুমদা
জগোই হরাওহুনা শারে।
হরিদাস লোইননা, ওংবা কীর্ত্তন রাওনা,
কবিরগী শাবা কনা থংদরে।
গ্রহণহুদা নোক্লুনা, থুনা গঙ্গাদা লাক্লুনা,
ঈরুজরুরে মা হরাওনা।
গ্রহণদা থোজিন্দুনা, মশাদা কাউরহুনা,
ব্রাহ্মণদা দান তৌরে যাম্না।
জগতনা হরাওবা, উবদা পুক্রিং ওকলিবা,
ইক্লিংনা উৎলি হরিদাসনা।
নংগী লীলা অ'সওম্বা, উবমা পেনজরিবা,
লুংদা চেন্নি রা থরা থুপ্লুনা।
আচার্য্যরত্ন শ্রীবাস, পুক্রিংদা হরাওজস,
চত্লুনা লুপ্লুরে গঙ্গাদা।
হরাওবনা থুজাৎলে, হরি সংকীর্ত্তন তৌরে,
দান তৌরে থংহুনা পুক্রিংদা। —অসিনচিংবা।

## —মিংথোনবা—

প্রভুগী মমাইবেম্মবু পোকপা মপু (মবুধৌ) নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা মচু থংবা লাকপদা ইবুঙেঙাগী মিং থোঅম্মি। চক্রবর্ত্তী পাজি নিংথিনা হৈবা মুপানি। মাহাক্না অঙাং অসিবু থোইদোক হেন্দোকপা অমনি হায়না ফাওই। মাচাক্কী মমিং বিশ্বম্ভর হায়না থোনখি। মিং অসি ইচৎপু চৎনখিদ্রে,—থোনখিবা কাওবা থংদবনা অয়াম্ববু ওইপনি (মণিপুরদা কোষ্ঠী (কুষ্ঠী) গী মিংচুমপ্রে)। মমা ইবেম্মনা নিমাই থোনখি। করানা নিম মথোংগী মাক্তোনশংদা পোকখি হায়দুনা মাহাকপু মিং অদু থোনখিবানি হায়, করামা তিম্মু লাইমু কত্ত হাওদি চংদুনা মচাদা অকায়বা থোক্তনবা মিং অনি থোনখিবনি হায় (মনিপুরদা মজি কৌওবনি)। অমবু ওইববস্মু অমবু ওইরবস্মু শচীদদি মিং অসি নত্তবা অতৈ মচাগী মিং ওইনা খক থোরকখিদে সন্ন্যাস ধর্ম্ম চংখিদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়দুনা ভারত শিনবা থুংলবা নীলাচলদা মমাগী মাথং মতুংইন্না লৈপ্রবা মাহাক মমা শচীদদি থাইনগী নিমাই অদু ওইনা অদুম লৈ। নিমাই নত্তবা মিং অমতা শিজিন্নখিদে। নিমাইনা সন্ন্যাস ধর্ম্মগীদমক্তা সংসার অমসুং ইমুং মনুং থাদোক্তুনা লোম্না চেনখিবা থিবা কপ্নুনা খোঞ্জেল মাংনা চেন্নকপদসু মিং অসিতা মথোক্লকই। করাগুম্বা কবি অমনা শকখি—'শচীমাতা ডাকে নিমাই! নিমাই! প্রতিধ্বনি বলে নাই, নাই, নাই।' শচী-মাতানা নিমাই! নিমাই! কৌরকই—খোম্মাংনা লৈতে লৈতে লৈতে খুমই। মচাগী নিংথিজবা মিংশিং, মবুধৌনা থোনখিবা মিং অমতা মচিন্দগী থোক্লকখিদে—অসিনি বাৎসল্য প্রেম মচা লম্বোইবা লম্বোইদবা কারিমতা লৈতে। মাগী মতম্মাকী নিমাইদো অদু ওইদুনা অদুম লৈ। ব্রজ প্রেমগী মাংপ্রবা থাক ব্রজতগী ওইবা অদু অসিনি। হন্নক শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা গৌড়দেশতা

ওইরক্লিবা খোংচৎ অসি ব্রজপ্রেম য়েনবগী মথৌ য়াম্না কনপ্রবা অমনি—মাহাক নত্তনা কনানা তৌবা য়াক্রবা থৌদানি—

'যুগধর্ম্ম প্রবর্ত্তন হয় অংশ হৈতে।

আমা বিনা অন্যে নারে ব্রজ প্রেম দিতে।' চৈঃচঃ।

—যুগধর্ম্ম য়েনবদি য়াই অংশদনা।

—ব্রজ প্রেমদি ঙমদে পীবা ঐ নত্তনা॥

[মতম অহুৎ বাঙ্গালা দেশ অসি শরুক অহুম্, পুম্না খংনরম্মি। হৌজিক ভাগলপুর জেলা হায়না খংনরিবা অসি মমাং-ভৈদা কর্ণনা নিংথৌ ওইরম্মি হায়বা অঙ্গদেশ হায়বা অহুনি। ভাগলপুরগী খা-নোংপোক্কী বঙ্গোপসাগর (Bay of Bengal) ফাওবা য়ৌথ্রিবা, গঙ্গানা 'ব' শানা দ্বাপ শেম্বা মানবা শরুক অহুনা বঙ্গদেশনি। চন্দ্রবংশগী নিংথৌ বঙ্গ হায়বা অমগী শরুক ওইনা মান। পাল্লম্বদগী বঙ্গদেশ থোনখি। নবদ্বীপ অমসুং অহুগী অরাংদা মালদহনচিংবা লম গৌড়দেশকী শরুক ওইরম্মি। মমাংথৈদদি মিথিলানচিংবা লমসু গোড়গী মসুং চল্লম্মি। গৌড় কৌবা সূর্য্যবংশগী নিংথৌ অমা মকম অসিদা পাল্লম্বা মাগী মমিংদগী গৌড়দেশ কৌখি। গৌড়দেশদা মৈথিলী মরু ওইবা লোল পাম্নবা অমা ওইরম্মি অমসুং দেশ অসিগী চাউখৎ-চাউথ পুম্বা মিথিলাগা মরি নিংথিনা লৈরম্মি। বিদ্যাপতিগী পদাবলীশিং উরগা মাসিগী মওং অমদি লেপ্পা য়াই। চাউখৎলবা বাঙ্গালা লোল ঐখোয়না হৌজিক খংলিবা অসিদি গৌড়ীয় বৈষ্ণব লেখক (লাইরিক ইবা) শিংনা মাখোয়গী চৎনরম্বা লোলগা সংস্কৃতকা য়ানশিন্নহনা ওইহল্লম্বা রাংলবা পোৎথোক্লি হায়না অখং অহৈশিংনা হায়। গঙ্গাগী নোংচুপ্তা লৈবা শরুক অহুবুনা য়াঢ় দেশ কৌই।]

মথক্তা পনপ্রবা মিং অনি অসি নত্তবা মিং ময়ামসু মাহাকী ভক্তশিংনা, অহল্লম্মরা য়াম্না থোল্লম্মি। কনা কনানা গৌরহরি,

গৌরাঙ্গ, গৌরচন্দ্র, কাংলুপ অমনা গৌর, গোরা, গৌর গোপাল, গৌর-গোবিন্দ, গৌরসুন্দর, নবদ্বীপচন্দ্র অসিনচিংবা কৌরম্মি। গৌরাঙ্গদা মাগীতা ওইবা, মীওইবগী থম্মোইদা হেক্তা কাউহনবা অতুগা করিনোদি খংদবা ঈশ্বরগীতা ওইবা শককসু হায়গত্রা, ক্কববু হায়গত্রা, মুংশিববু হায়গজ্ঞা, অথুম্ববু হায়গত্রা, মতিক মগুনবু হায়গজ্ঞা উবত্তদা য়োংচাবীনা য়োং চীংশিনবগুম মিৎকম কো-নিংদবা, মাগী ওম্মোক্লিংদবা, মনাক্তদা লৈনিংবা অকনবা পীচিং অমনা তাইবংমীবু চীংশিল্লি মাসি হৌনসানি, মনাই ভক্তশিংনা ি খোকপা ওমত্রবা, পাপীশিংনসু কাউওমত্রবা ভগবানগী মশাক্তি। অসিননি মিংয়াম চোংথোক্লক্লিবা। মাসিদা ভক্তশিংনা পেঞ্জে।

মনিপুরদদি শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু হায়বা অসিতনা মরু ওইনা খংবৈ হায়বা লাম্লিংডাই লৈতে। মকম অসিদদি মাহাকপু মহাপ্রভুতা হায়রগসু অতুম খংই। গৌরচন্দ্র প্রভুতসু হায়নৈ। মাসি মীপুম খুদিংনা খংনরবা মিংনি—মনিপুরগীর্তান হায়বা য়ারবনি। সংকীর্ত্তনদদি গৌর, গৌরাঙ্গ, চৈতন্য, চৈতন্যদেবসু য়ায়া শিজিনৈ। মৈতৈনা মণিপুরদা সেবা চৎলিবা মহাপ্রভু লম্মোইদ্রিডৈগী প্রভু অতুনি। অতুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু লম্মোইরবগী মিং মণিপুরদা কয়া চৎনদে। অশেংবদি লম্মোইরবা প্রভু মকম কদারদসু লাৎনবা থেংনদে। অতুনা ঐথোয়না খংজরিবা মিং-পামজরিবা অসি কাবমগদি চায়বা মিংনি। ঐখোয়গী মহাপ্রভু মণিপুরদা শ্রীরাধকৃষ্ণগী মন্দিরশিংদা মকম য়ারিবনি, মতোমসু লাৎপি। অতুনা মাহাক মণিপুরদদি লাৎনবা লাইগী মরক্তা অরাংবা থাক লৈ। রাধকৃষ্ণগী মওংদা লাৎপা মকম য়ায়া লৈ। অতুদা মাহাকপু লাইনি য়াদবা মীসু রাৎপদি নত্তে। অমগসু মৈতৈগা ব্রাহ্মণগগী মরক্তসু ব্রাহ্মণনা লাইদা চৎপা হৌনদবা মওংনা পূজা তৌবা, মচৎ চৎপা হেল্লি। মাখোয়গী মচৎ অতুদগী সেবা চৎলিবা মাখোয়গী মওংদগী মহাপ্রভুবু লাইগী

থাক্তা চীংখৎপা য়াম্নবা মী মশিং হেনগৎহনব্রা চিংননিংঙাইনি। যাত্রাদিন নম্ভবদা অমদি লেংথোক্কবা য়াত্রবা কীবম লাকপা নত্তনা বিগ্রহদি লেংথোকপা ত্তৌহৈদে হায়না শাস্ত্রনা থিংলবস্ত ব্রাহ্মণনা মায়থুম মচা অমা কুপশিল্লগা সোবাংতা (শ্রাদ্ধদা) ফিরোইদা, উৎসবতা লেংবিরকন্ত হায় হায়ত্তনা অমদি লেংকম থোকপগুম বিগ্রহ অমা লেংবগী হৌনবী অমতা য়াওদনা ভিক্ষাগী ঝুলি ওইহনা কোইনি-নিবা চৎপগুম চৎলি, কোইথাং থাংহনা পুই। অতৈ বিগ্রহ মন্দির অমতদা লাৎমিন্নরিবশিংদা ওইদবা ওইথোক্কবা গৌরচন্দ্রনা ওইথোকপদা চিংনবগী, গ্রাজবা ন্নাৎপগী মশিং হেনগৎহল্লি হায়বদা য়াদনিংঙাই লৈতে। [ গৌরাঙ্গ যুগ অহুদা প্রভু অহুম্নি—গৌরাঙ্গ প্রভু নিত্যানন্দ প্রভু অমসুং অদ্বৈত প্রভু। অহুম অসিগী মরুংদা গৌরাঙ্গতবু মহাপ্রভু কৌই ]।

## —শ্রীগৌরচন্দ্রগী পুন্সি মায়েগী মরমদা—

শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগা মতম অমতগী ওইবা, মহৈনা য়োম্নবা ভক্ত ঋষিশিংনা খোৎচিন্নখ্রা. ইরম্বা অমসুং মতুংদা ভাশিন্দুনা থিজিন্দুনা ইরম্বা লাইরিকশিংনা মাহাক্কী পুন্সিগী রাম্নি খংনবগী মরু ওইবা পা'ম্নৈনি। মাসিদা মরু ওইরিবা পোৎচংশি দি মুরারি গুপ্তগী চৈতন্যচরিত কাব্য অমসুং মাগী কড়চা, স্বরূপ দামোদরগী কড়চা, কবি কর্ণপুরগী চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক অমসুং চৈতন্যচরিত মহাকাব্য, বৃন্দাবন দাস ঠাকুরগী চৈতন্যভাগবত, কবিরাজ কৃষ্ণদাস গোস্বামীগী চৈতন্যচরিতামৃতনচিংবশিং অসিনি। মাথোন্নশিং অসি অম্নাম্বনা সংস্কৃততা ঙাঙ্কি অকোনবা অনি অসিনা বাঙ্গালাদা পয়ারছন্দদা ইবনি। মথক্তা পনখিবা কড়চা অনি অসি মমল নাইত্রবা মশক্কি

[ শ্লোকী মওংদা ইরা রা, রারিবু কড়চা কৌই, শ্লোকপুস্থ খংনৈ, অশম্বা পুন্সি রাহৈবুস্থ হায়। মমল নাইত্রবা স্বরূপ দামোদরগী কড়চা হৌজিক থিবা খংদ্রে হায় ]। হায়রিবা ভক্ত অনি অসি (মুরারিগুপ্ত অমস্তুং স্বরূপ দামোদর) মহাপ্রভুগী পুংস্ন হৌবদগী লোইবা ফাওবা মুম্না খংঙ্গবা, রাওগ্রবা ভাক্নি। অনি অসিগী মন্নুংদা স্বরূপ দামোদর গোস্বামী প্রভুগা ইথা থানখিদবা ভক্তনি, বিদ্যাগী মরমদস্থ মপা লৈতনা হৈঙ্গবা অনিগুবা গৌরাঙ্গনি হায়রিবা পুরুষোত্তম আচার্য্য (স্বরূপ দামোদর লম্বোইরবগী মিংনা) মানা খংবা, তাবা, উবা, উহনবা, থাজবা গৌরঙ্গগী নাক্তগী থোকপা পুন্নমক কড়চা অহুদা খোংলন্নবনি। মুরারিগুপ্তগীস্থ অহুগুম্বনি। সংস্কৃতগী ওইবগা সূত্র ওইনা ইবগা মীনা খংবা অমদি ভাব তাবা খরা রাই। অতৈশিং অহু সংস্কৃতনিনা অহুমডাই। গৌরাঙ্গদেবগী রারি খরা মপুং ফানা খংজবা ঐথোয়না ওন্নিবা চৈতন্যভাগবত অমস্তুং চৈতন্যচরিতামৃতগী মপান্দগীনি। পণ্ডিতশিং অমদি অখং-অহৈশিংনা চৈতন্যচরিতা-মৃতনা খাইদগী থাজকম থোকপা প্রমাণ পীনা পীনা উৎপা প্রমাণীয় গ্রন্থনি হায়না য়ানৈ। চৈতন্যভাগবতস্থ গৌর ভক্তশিংনা লুনা তৌজবা লাইরিক্নি। লাইরিক অনি অসি অমা লৈরে হায়রুনা অমা থাদোকপা য়াদবা মশক্নি। মরমদি অকোনবা অসিনা লোই-বদগী অহানবনা হৌই হায়দবা য়াত্রবা মওংনি। ঠাকুর দাস বৃন্দাবন গৌরাঙ্গ প্রভুগী মতমদা জ্ঞান তাহৌরবনি। মাগী মবুথৌ পণ্ডিত শ্রীবাসগী ময়ুম গৌরাঙ্গ প্রভুগী সংকীর্ত্তন তৌকম্নি। মমা ইবেম্মা নারায়ণীস্থ প্রভুনা চানবীবা মনাইনি। অহুনা গৌরাঙ্গগী রা, গৌরাঙ্গ রাম্না মুম্না নিংথিনা খংকন্নি, খংথিবনি। অহুবু মানা খংথিবা নবদ্বীপ্তগী ওইনা তৌই। মাহাক্না গৌরাঙ্গনা হেক লম্বোই-খিবগা মহাপ্রভুগী পুন্সি-রারি তোক্তুনা নিত্যানন্দগী ওইনা চথখি: রাসি করিনা ওইবা য়াবগে হায়বা খন্নবা মতিক চাবা অমনি।

প্রভুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম হেক লৌবগা প্রেম্না য়োম্লবী গোপী মৌ নহাগী ভাবতা কৃষ্ণ কাম্নবগী মেচাক্লা ঙাওদুনা কৃষ্ণ কৌদুনা চেনবা অদো সন্ন্যাসীগী মচৎ নত্তে, ধর্ম্মদা কাম্নবা মীনা নোক্লগদবা মচৎনি খন্দুনা মখা চথখিদবা ওইনি হায়রবা মোত পীবা য়াওই। প্রভুগী মনাইনিনা প্রভুগী কত্তবা মিংচৎ লাকপা য়াবদগী ঙাক্লবা লাক্লবনি খনবা য়াবা অমনি। অদুদা নিত্যানন্দ প্রভুগী হায়রবা য়াকম থোকপা য়া লৈরি। অবধূত ওইদুনা চহি কয়া তীর্থদা লেল্লুরগা মহাপ্রভুগী নাক্তা লাকপা ইবুঙেঙা মাহাকসু য়ুম পানখি, মুপী অমতবু নত্তে অনিনি, অদুদা তাথিল্লা ঙাংনখিবা থোইনা থেংনদে। [অবধূততি য়ুমপানবা য়াবগী বিধান শাস্ত্রনা পীই। অদুনা মমুম পালহনখিবনি নীংই। প্রভুনা অকায়বা ওইরবদি অথিংবা পীরমগনি।] অদুগা গৌরাঙ্গসু কৃষ্ণ কায়নবগী অরা শককম নীলাচলদা কনপ্রবনি কনানসু মাহাকপু ঙাংনদে তাথিদে। অদুনদি মরম অতৈসু লৈনিংঙাইনি। ওইবা য়াবা অমনা দাস ঠাকুর নিত্যানন্দগী শিষ্যনি—গৌরাঙ্গগী য়াংদা অসুম চথপ্রবদি নিতাই প্রভুগী য়া পুম্মাং মাংপ্রনি খন্দুনা অদোমদা চথপ্রবগী য়া ওইনিংঙাই লৈ। শ্রীবাসগী ইমুংমন্নুংগা নিত্যানন্দ প্রভুগা মুংশিনবগী মরিদা য়াম্না নক্লে। শ্রীবাসগী থৌরানী মালিনী দেবীবু নিতাইনা মমানি হায় অমসুং কৌই অদুগা মাহাক্কী থোম কাওবা থকই হায়। গুরুশিষ্যগী প্রেম ভক্তি অমসুং মুংশিনবগী মথক্তা হায়রিবা ইমুংগী মরি অসিমনসু কনা নিংথনা চীংকম থোকই। নিত্যানন্দবু তাকপদা সংকীর্ত্তনদা শক্লরি 'পদ্মাবতী নন্দন বসুধা জাহ্নবী জীবন, মালিনীর প্রাণধন,' —পদ্মাবতীগী মচা, বসুধা জাহ্নবীগী পুন্সি, মালিনীগী থরাম্নগী লল—মাসিনা কনা নিংথিনা তাক্লে। বাক্যদোষ নত্রগা য়াহৈগী য়াখলগী ইরাল ওইসন্ন ঠাকুর বৃন্দাবন দাস মহাপ্রভুগী শেষ লীলা (মমৈ-লীলা) য়াওখিবা. থিখিবগী য়া তাবা কংদে। চৈতন্য-চরিতামৃত ইদ্রিবৈদা অমসুং ইবগী য়াকম ইলৈ লৈত্রিবৈদা চৈতন্য-ভাগবত য়াম্না চৎনরবা লাইরিক্কি। মাসি কন্না চৎনবদগী চৈতন্য-

চরিতামৃত থোকখিবনি। প্রভু নিত্যানন্দ ভগবান্‌গী অথোইবা অংশ ওইবগী মথক্তা 'গুরুনীশ'গী ভাবনা কনবগা মহাপ্রভুগী নবদ্বীপ ম্লাংমগী ম্লায়োল খংবা ম্লাৎপগা দাস ঠাকুরনা নিত্যানন্দদা চথখিবা ম্লাম্লা ওইক্কম থোকপা অমনি নীংই।

চৈতন্যচরিতামৃত ইবা মতমদা প্রভু স্বর্গারোহণ ওইপ্রবস্থ ভক্ত লেখকশিংগী কুড়চা, অতৈ লাইরিকশিং, চৈতন্যভাগবত কবিরাজ গোস্বামীগী মথুৎ চঞ্জরবা, শিজিন্নবা কংলবনি। অমনা অমুক মতম অতুদা শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন, শ্রীজীব গোস্বামীশিংগী মতেং কংখিবনি। অতুগা রায় রামানন্দগী পোৎথোক, লোম্থোক পূম্নমকস্থ মশাদা লৈরবা কবিরাজনি। ঈশ্বরনা থুঙবিরকুবা শক্তিগী মথক্তা ভানশিঙবা মহৈগনা লৈতেংলবা ভগবৎ প্রেম্না য়োম্লবা ইবগী মপাঙলস্থ নিংথিনা লৈরবা, মমিং চৎলবা শ্রীগোবিন্দলীলামৃত, বিল্বমঙ্গল ঠাকুরগী কর্ণামৃত টীকা 'সারঙ্গ রঙ্গদা' ইরবা মতিক চারবা নিপানি। শ্রীচৈতণ্যপ্রভুনা মনাই সনাতনবু তম্বিবা মতমদা মাহাক্না লাইরিকশিং ইবদা শাস্ত্রগী প্রমাণনা চুম্মি উৎকদনি তাকপীখিবা অতুমক কবিরাজ গোস্বামী মাগী চৈতণ্যচরিতামৃতদা তৌই। অতুনা মাসি প্রমাণীয় গ্রন্থ ওইবনি। কবিরাজগী লৈজবা ললশিং অসিগী মথক্তা চৈতন্যদেব, স্বরূপ দামোদর অনিনা থুপপ্রবদা দাস রাঘুনাথ—'স্বরূপকী রঘুনাথ' ভক্ত লুচিংবা ছয় গোসাইগী মচুং চাল্লবা মাহাক খাংবা ওমদ্রতুনা গোবর্দ্ধণদগী ওম্থতুনা (ভৃগুপাত তৌতুনা) শিরুরগে লাকপদা রূপ, সনাতন্না খামতুনা কৃষ্ণদাস কবি-রাজদা মাহাকী সেবা তৌ হায়না শিন্নখি। মাসিনা কবিরাজদদি থোইদোক হেন্দোকখ্রবা বর অমা ওইখি। অতুনা মাহাকী লাইরিক অসিগী তাঙ্কক্কী অরোইবা অরোইবা থুদিংদা ভণিতা তাবদা—'শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ। চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥'

শ্রীরূপ রঘুনাথগী খুয়াবু পামজনা। চৈতন্যচরিতামৃত হায় কৃষ্ণদাসনা॥ —অসিনা মরু ওইনা তাই—রঘুনাথবু ইচিং চিথদে। [অইবা মীগী মশক মমিং তাকপা অহুবু ভণিতা তাবা কৌই]। মহাপ্রভুগী শেষ লীলা (পূন্সিগী অরোইবা শরুক্কী রারি) দাস রঘুনাথ গোস্বামীদগী মচাক নিংথিনা কথিবগী প্রমাণনি। প্রভুগী নীলাচলগী থোইং হেদোক্না গম্ভীর। লীলাগী থুপ্লবা কাচীন কোয়াগী মীনা উহৌ তাহৌদবা লীলা, অথন্নবা খরগী মনুংচনবা স্বরূপ দামোদরগী রঘুনাথ ওইবনা প্রভুগী মনুং মপাল, অথুপ অকোইগী লীলা চিথদনা শংজহৌরবা রঘুনাথনা কৃষ্ণদাসদা রারিগী পেরে ওইবদা কবিসু ঙক্লিংঙাই লৈতে। শ্রীদাস গোস্বামীনা প্রাণগা লোইননা বৃন্দাবন্দা লাকপা চৈতন্য গোসাইনা মাগী লীলা মপুংফানা খংজবা য়ানবা দাস গোসাই কনবিহ্নুনা থাবিরকপা শোয়দ্রবনি।

অসুম্না চৈতন্যভাগবতনা লোইশিনখিবা মতাংদগী চৈতন্যচরিতামৃত হৌগংলি—হায়বদা কাংদ্রবা রাকম্নি। আদি মনুংদা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা চৈতন্যভাগবত্তা য়াওরবা রা শাংনা হঙ্গিন্দে। মশানা য়াওখ্রে, হঙ্গিল্লবা কারক্রে অহুম ইরম্মি। বৃন্দাবন দাস ঠাকুরনা হায়নমদ্রিবা নত্রগা হাপকৎনিংবাশিং অতুথক শ্যাংদোক্না ইরম্মি। মহাপ্রভু অবতারগী মনুংহুন্বা অর্থ নিত্যানন্দ খংদবা নত্তে। নিত্যানন্দ য়াথংদগী শ্রীচৈতন্যমঙ্গল মতুংদা চৈতন্যভাগবত কৌখিবা দাস ঠাকুরনা ইথি অসিদা ওকক্ম ওইরিবদি মাহাক্না যুগকী পোৎচং সংকীর্ত্তন নত্তনা মহাপ্রভু অবতারগী অতোপ্পা মরমশিং, মনুং হঙ্গিনপ্রবা রারমশিং খংকম থোক্না থোক্না খংদবগুম পাক্নমদ্রে। প্রভুনা নীলাচলদা শান্নরিঙৈ চহি খুদিং নবদ্বীপকী ভক্তশিং চিথদনা 'চল, অচল জগন্নাথ' (অচৎপা চত্তবা জগন্নাথ) —অনি দরশনগী কায়দনা চৎলি। মাথোয়গী মনুংদা প্রভুবু মনুংচন্না, মুন্না খংবা ভক্তশিং য়াম্ন' য়াওরম্মি। অহুগা পুরীদা মহাপ্রভুগা

শগোয়রুনা সেবা ফংজরিবা ভক্ত-ঋষিশিংনা মাখোয়গী মিৎয়েংনা উত্নুনা খংলবা মাখোয়না হাংদোকপীখিবা দরশনগী লাকপা ভক্তশিং লোইনা ভাব তারিবনি। অদুনা তাবদগীসু বৃন্দাবনদাস ঠাকুর খংকম থোকপনি, খংগ্রবনি। অদুমক্তদসু মাগী অবতারগী রহস্য—অথুপ্পশিং চাউরাকপা কাওবা খংবা য়ানা য়াওদবা পল্লমদবা ভক্তিংজাইনি। মাসি পুম্মম্ মম্খিদনবা প্রভুনা অদুম শিনবিশম্মি। ঐখোয়না য়াকম থোক্লবা, য়াদবা ওমজ্রবা অমনা চৈতন্যচরিতামৃত চৈতন্য-ভাগবত মেনখত্তুনা ইখিবা লাইরিক্তি হায়বা আসমগুনি। চহি খুদিং রথযাত্রা দর্শনগী লাকপা ভক্ত চানয়াখৈরোমাদ নীলাচলদা প্রভুগী নাক্তা থা খরা কায়দনা লোল্ল হায়।

বৃন্দাবনদা বাস তৌত্নুনা লৈরবা ভক্ত বৈষ্ণবাশিংনা পুন্মুনা নুমিৎ খুদিংগী শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা তস্তুনা তাই। মাসদা চৈতন্যভাগবতসু তাই। তাবসিদা মাখোয়দা পেন্দবা অমা ইতত্তুনা কাউই অমসুং মাহ্ন খন্নবগী মচাক অমা ওই। চৈতন্যদেবগী লীলা তাবা অদুদা প্রভুগী শেষলীলা—অরোইবা শরুক্তী লীলা, ভক্তশিংনা পামজনা খঙবা, নীলাচলগী লীলা গম্ভীরাদা শাম্নখিবা প্রেম। থল্লবা ব্রজভাবগী লীলা—রাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী চপ্থখিবা লীলা তাজনিংব। খংজনিংবা ইকং ফংদবা অদুদা ভক্তশিংদা পেন্দবা, অরাৎপা অমা গায়া কয়া থোকখি। ভক্তশিংনা লেপ্পরে অমসুং ওমকম থোকপা কবিরাজনি খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী শেষলীলা ইনব শিয়রে। কবিরাজ গোস্বামীনা অরুম্বা কোকথোং অসি পুরক্তনা শ্রীমদনগোপালগী মন্দিরদা আজ্ঞা নিবা ভক্ত ময়ামগা লাক্লে। য়াথং নিজবা মতমদা মদনগোপালদেবগী ওক্তনী লৈপরেং হীকথত্নুনা তারক্লবদা পুজারী পণ্ডিত হরিদাসনা পুথোক্লক্তুনা কবিরাজদা শিবিরয়ে। কৃপা কংজরে খংলহুনা মাহাক্না খুদক অদুমক্তদা চৈতন্যচরিতামৃত মকম অদুমক্তদা ইবা হৌখি। ভক্তপা মবুঙেঙাগা লৌতুনখ্রে। অমরগ্রন্থগী মকন্থনখ্রে।

ভক্তগা ভগবান্‌গী মরিদি অসিনি—মনাইনা চীংনজবা মবুঙেঙানা কোকপীখরে—ঐখোয়গীসু অমর্গ্রন্থ শিরোইদবা লাইরিক অমা থম্মনবিরমহ্‌না মিৎতাংবগী চৈস্তু ওইহনবিরম্মে। গ্রন্থ অসিন মহাপ্রভুগী হরি সংকীর্ত্তনগী খোঞ্জেল, নামগী সরাওখোল ঐখোয়দা হৌজিকসু ভংলি। রাধাকৃষ্ণ অনৌবা বিগ্রহ ওইনা তশেংনা উৎহনবিবে চৈতন্যদেবগীসু ময়েক লানা মক্কুবা মশক ঐখোয়গী মাংদা খিনবিরি। অসিগুম্বা ভক্তবু প্রেমবু, বিশ্বপ্রেমবু, রাধাকৃষ্ণগী অশেংবা মশকপু ব্রজপ্রেমগী য়োঙমদ্রবা থাকপু কবিরাজ গোস্বামীনা উৎপিবদা ঊজনিংদ্রবা, খংজনিংদ্রবা কাংবুগীদি অরাবগী মশক্কি ভায়র্কয়। বৈরাগ্য ভাবনা মাগী ওইগ্রবা, বৈরাগ্য ভাবতা মাঙোন্দগী লেম্নবা লৈখিদ্রবা রঘুনাথদাস গোস্বামীনা মাগী শিক্ষা গুরু ওইগ্রবা কবিরাজ গোস্বামীগী খুদোল বৈষ্ণব ভক্তশিংগী অথোইবা ললনি, অমাংঅতা লৈররোইদবা দাননি মাসিদা চৈস্তু য়াওদনা চংপা ঙমজদ্রবা, শম্বিদ্রবদি খোং থাংকম খংদ্রবা জীবগী শরুক্তা হেন্না য়াওরিবনি। থাকপা লৈতনা পীরুরগে লেংলকপা প্রভুগী থৌজালগী লল কংজনবগী মরু ওইবা পাম্বৈনি ঐখোয়না কাউরোইদবা ভগবান্‌দি কলি অসিদা থৌজাল পূম্না পীবিরবনি, স্বর্গতগী ওইবা মরল কনাদসু পীখিদ্রিবা থৌজাল পূম্নমক পীবিরম্বনি। যুগ অতৈদদি থৌজাল ভগবান্‌গী মথা পোল্লি। লাইবককবী কলি অসিদদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী কৃপাদগী ভগবান্‌ থৌজালগী মথা পোনগ্রে। ভগবান্‌দা থৌজাল নিগদবা নত্রে থৌজালদা ভগবান্‌ নিজরূপদর্বনি। অসিগুম্বা কংঙমদ্রবা খুদোংচাবা তুরেলদা কাউাশং তাউগুম্বনি শন্দুনা থৌওইহৌদ্রগা মপোক মপোক খুদিং অমম্বা গুহাদা লেপ কংদ্রবা মম্ববা পাক্লবা ঈপাক্তা করি উদনা কোইতাউ তাউখিনি। শিংথাকম খংদ্রবা চৈতন্যদেবগী দান, মমল নাইদ্রবা কৃষ্ণদাস গোসাইগী মৈরা তুংইন্না রাধাকৃষ্ণগী প্রেমসেবাগী ভক্তি সাধন

তৌজহনা পুন্সি মহৈ য়ালহন্নবা হোৎনবা পুন্নমকী মথৌনি।

শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীগী খুথোক অমরগ্রন্থ চৈতন্য-চরিতামৃত বাঙ্গালীশিংদদি মাথোয়গী ধর্ম্ম পুন্সিতদা নত্তে, মাথোয়গী সাহিত্যদসু কাউব নাইত্রবা মিংচৎ লৈহৌরগনি। মহাপ্রভুগী পুন্সিদা মায় ওনশিনখিবা কাংবুন মতম অদুদা ইনখিবা লাইরিকশিংদা খ্বাইদগী কজবা মপুংফাবা ওইখিবা লাইরিক চৈতন্যচরিতামৃতনি। ভক্তি, জ্ঞান, কাব্য অমসুং তথ্য মথল ম'বি অসি অমরগ্রন্থঅসিদা মপুংফানা ঈপোন ন'ইনা চেল্লি। কাব্য—কবিদগী থোকপনি। কবিতা (শৈরেং)- রস য়াওবা রাহৈ পবেংশিংবু খংই। কাব্য মথল অনি শুই-মিৎনা য়েংনবা কাব্য না-ন তানবা কাব্য। নাটকনচিংবা মিৎনা য়েংনববু দৃশ্য কাব্য কৌই। —না-ন তানববু শ্রব্য কাব্য কৌই। চৈতন্যচরিতামৃত অনিশুবা অসিদা চল্লি। লাই অমগী নত্রগা মতিক মগুণ লৈবা লাইপোক অমগী নত্রগা শাগৈ অমতদা পোকপা নিংথৌ ময়ামগী রারি শন্দোক্লা হবা অদুবু মহাকাব্য কৌই। মহাকাব্য মতাং নিপান্দগী হেন্না য়াওই, মিৎনা উরিবা লেংই পাল্লিবশিং মওং মশক অমসুং হোংদোক হোংজিনগী রা য়াওই। অদুনা গ্রন্থ অসি মহাকাব্যনি। চেকশিন্না খিদোক্লগা, নৈনরগা খ হুনা লেপ্পা তথ্যানি, তত্ত্বসু খংই, শ্রীধরস্বামীনা ইশম্ শম্না "পোৎকী অশেংবা খংনবা বিজ্ঞান তত্ত্বনি' হায়রম্মি। শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী পুন্সি অমসুং পল্লেপকম খংগে হায়রবদি মথক্তা হায়্রখিবগুম প্রমাণনা থল্লবা লাইরিক অমা গ্রন্থ অসিদগা হেনবা লৈত্রে। ম'াইবক কবা কবিরাজ নিত্যানন্দ কৃপাদগী বৃন্দাবন কংজরে, নিত্যানন্দ প্রভুনা মংদা—

'অয়ে অয়ে কৃষ্ণদাস না করহ ভয়।
বৃন্দাবন যাহ তাঁহা সর্ব্ব-লভ্য হয়॥'

সে সে তাও কৃষ্ণদাস করিগী কীগনি।
বৃন্দাবন চৎলো অতুদা লোইনা কংনি।

—তাকপীখি।

বৃন্দাবন্দা নিত্যানন্দ কৃপানা রূপ সনাতণ, রঘুনাথ দাস চরণ কংজখ্রে। স্বরূপ দামোদরগী রা ত'জখ্রে সনাতনদগী ভক্তিরস সিদ্ধান্ত, রূপতগী ভক্তিরস প্রান্ত (ওমখৈ) কংজরে। রঘুনাথদগী বৈরাগ্যগী মুংঙাইবা পন্থেং কংজরে। সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য রায় রামানন্দ স্বরূপ দামোদব, রূপ স'াতন্নচিংবা ঋষিশিংনা শ্রীমদ মহাপ্রভুবু অচুম্বা অনৌবা মিংথেংনা উরিব।, রাধা'কৃষ্ণদা প্রেমগী ভক্তিগী অনৌবা মওংনা চংশিল্লিবা পুম্না কংজরে। অসিদগী থম্মোইগী সেবানা রাধা গোবিন্দ দর্শন কংজরে। অসিগুম্বা মরাম অসিদগী পোক্লকপা ভক্তি, প্রেমদগী শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত পোকখি। মাসি আদি, মধ্য, অন্ত্য হায়না খায়দোকপা মতাং ছুম্ফ, নিথোইনি (১৭ + ২৫ + ২০নি)। অসিমক্তদা মানা হায়—জগাই মাধাইদগী তোন্‌বা ঐ পাপীনি। অমাংবগী তিলদগী ঐ তোল্লবা জীবনি। ঐগী ইমিং তাবা মা অতু পুণ্য মা'ই। ঐগী মিং পনবদা পাপ পুই। অমুক্তস্ন হায়—ঐনা ইবনি হায়তুনা মীনমতুনা থোঈরি। ঐগী হকচাংদি উকক্কী লাইকদিবীগুম্বনি।

'জগাই মাধাই হৈতে মুক্রি সে পাপিষ্ঠ।
পুরীষের কীট হৈতে মুঞি সে লঘিষ্ঠ।
মোর নাম শুনে যেই তার পুণ্যক্ষয়।
মোর নাম লয় যেই তার পাপ হয়॥'

— — —

'আমি লিখি এহো মিথ্যা করি অভিমান।
আমার শরীর কাষ্ঠ পুওলি সমান॥'

ঠাকুর বৃন্দাবন দাস অমসুং মাগী চৈতন্য ভাগবতপুনা—লাইরিক অসিগুম্বা মীনা লেংবা ওম্বা নত্তে, বৃন্দাবন দাস মচিন্দা শ্রীচৈতন্যনা

ভাংবনি। চৈতন্য লীলাগী ব্যাস দাস বৃন্দাবননি। মাগী য়াথং লৌজহুনা মাগী লুথাক শাইজবনি হায়নস্তু ইরম্মি।

মনুষ্যে রচিতে নারে ঐছে গ্রন্থধন্য।
বৃন্দাবন দাস মুখে বক্তা শ্রীচৈতন্য॥

---

চৈতন্য লীলার ব্যাস দাস বৃন্দাবন।
তাঁর আজ্ঞায় করোঁ তাঁর উচ্ছিষ্ট চর্ব্বণ॥

দাস রঘুনাথদা তৌবিমল খংবগী মওংদা অস্তুম্না ইরম্মি—চৈতন্য লীলাদা মণিগী মচি ওইখিবা স্বরূপকী প্লকৈ মাহাক্না রঘুনাথগী মওক্তা থাজংপীরম্মে ঐনা তাজবা খরা অহু অসিদা ইজহুনা ভক্তশিংদা খুদোল ওইনা পীজরি।

'চৈতন্য লীলা রত্নসার, স্বরূপের ভাণ্ডার,
তিহ থুইলা রঘুনাথের কণ্ঠে।
তাহা কিছু যে শুনিল, তাহা ইহা বিচারিল,
ভক্তগণে দিল এই ভেটে॥"

চৈতন্য লীলা মণি মচি, স্বরূপ লনগৈ খুজি,
মানা শিবিরম্মে রঘুনাথ ওক্তা
তাজবা অহু খবশিং আসিদা ইজরিবশিং
কৎচরি খুদোল ভক্তশিংদা॥

অসিগুম্বা লোল অমস্তুং রাখল শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অমর মন্ত্রদা দীক্ষা কংলবা কৃষ্ণদাসদা ওক্লিংঙাই করি সৈ!

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥

—নাপীদগীসু হেন্না তোনগানে, উদগী হেন্না অথাংকনগনি, নশাগী ইকায়খুম্নবা থাদোক্লুনা মীবু ইকায়খুম্নগনি, মতম পুম্বদা হরিনাম শকনি—।

## —শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু কনানো—

মাহাক্কী প্রেমগী ঈরাওখোল তারগা প্রেমগী ঈপাক্তা ঈয়াক-জরকগে চেনশিন্নরকপা, মাহাক্কা প্রেমদা ওাওহুনা কপ্পগা তেংবানববু কপহনবা, মানা জগোই শারগা জীব পুম্ববু শাহল্লিবা, মানা প্রেমগী ঈথক্তা তাউরগা ঐখোয়বুসু তাউহল্লিবা, মানা নামসংকীর্ত্তন্দা চোংলগা ঐখোয়বুসু চোংহল্লিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অসিবু কনানো? ভক্তরা, ভগবান্‌গী অংশরা, ভগবান্‌লা? মানা চুখৎপীরম্বা মুঙল-য়োইদবা প্রেমভক্তি মৈয়ানা তপ্পা তপ্পা ইলেপ লেপ্তুনা পৃথ্বী লৈমায় শিনথুংনা ওানশিল্লকইবা, মাহাক্কী মৈরাগী মঙাল অসি মতুনা পুক্লিংদা অইংবা, বিশ্ববু মুংশিবা পীবা ওমদবনা মঙাল অসিনা চাংশিল্লকই। মীওইবদা, ঈয়াংনা থল্লবা যুগ অসিদা শান্তি পীবিবা মঙালগী মপূ অসিবু কনানো—যুম্না খংকম খোকপনি।

হৌজিক কাওবদা মহাপ্রভুগী চথরকইবা অসিদা লাইগী ভাবতা লাক্লি। লাইগী মতুংদসু হৌজিক থেংনরিবনিনা চথবা অসিদসু অকায়বা লৈতে। অতুদা লাইনি থাজদবা কাংবুসু লৈরিবনিবা অচুমসু শেংদোক্লদবা য়াদে। মাখোয়গী মনুংদা লাইরিক লাইগু হৈবা মীগী মশিং নিংথিনা য়াওরি মাখোয়না হায়রিবদি গৌরচন্দ্র মহাপ্রভু লাই নত্তে, মীনি। মাবু চাউহল্লিংবা কাংবুনা মাখোয়সু চাউবা য়াওবা য়ানবা লাই ওইহনবান। কলিগী অসিগুম্বা মতম অসিদা ভগবান মশামক নক্লগা মাগী অরাংবা অংশ-অবতার তৌরবগী য়া খল্লুবা মতুংগী য়াগুম্বনি কম্না হায়রি। মাগুম্বা ধর্ম্ম য়েনবা মী কনা পোকখ্রে, নক্লবা মতমদসু য়াওখ্রে। মাখোয় কনাবু লাইগী, ভগবান্‌গী থাক্তা কনানসু পুখত্তে। অতুনা গৌরাঙ্গ মতোমদবু লাই ওইহনবা ওইহজনিংহুনা ওইহজবনি। হোই, য়া মীখোই মীহেনবা মতং অমনি হায়বা কাওবদি য়াই, নক্লগা ওরুনি, ধর্ম্মগী মরমদা ঐখোয়গী য়াম্না

তৌবিরম্মি কাওবা হায়ররসি অদুনা গুরুদা চৎপা য়াবা তৌকম থোকপা কাওবা তৌবসি য়ারে অদুদা অকায়বা লৈতে। অদুগী দমক্তা রাধাকৃষ্ণগী সিংহাসন মক্তদা থাদত্তুনা অদুক রাংনা ইংখৎপা অদুদি হেম্মরবনি। কীবম অদু ওইহনকম থোক্তে, অরানবনি। মাখোযনা চথরিবদি গৌরচন্দ্র প্রভু বাঙ্গালীনি, গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মকোক ওইবা মী অমা ওইরম্মি, অদুনা বাঙ্গালী গ্রন্থকারশিংনা, গোস্বামীশিংনা চাউহন্জনিংদুনা বাঙ্গালীনা বাঙ্গালীবু লুতোন যৌনা থাজৎপগী রাতনি হায়বসি মাখোয়গী কনপ্রবা পোকম ওইরি।

ঐগী মরূপ অমনা হন্দক্তা রারি অমা শাই। রারি অসি মণিপুরগী মশক নাইবা অমা ওইরম্বা নিপা অমগী মনমদনি। মাহাক মশাদি হৌজিক লৈখিদ্রে। রারি অদু অসুম্না লিই। হায়রিবা নিপা অসি চহি য়ামশিল্লরবদা মুমিৎ খুদিং অয়ুক্তা শ্রীগৌবিন্দজি দর্শন চৎলি। শ্রীগোবিন্দ দর্শন মতমদা মিৎকম হোৎনা তৌই, করিগুম্বা অমতদা মপুক্রিং চংউদে। কুইনা অসুম তৌররবদা নোংমদি মন্দির মনুংদা হাইকেৎ য়েংথোকউবদা শ্রীগো-বিন্দগী সিংহাসন্দা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু লেংশিনবা উরুরে মওং অসিদা মাগী পুক্নিংদা শাউনিংবগী ঈরাং অমা হৌখি আর'ত ত্রেক লোইবগা পুজারীদা গোবিন্দজিগী সিংহাসন্দা শ্রীগৌরচন্দ্র লেংশিন্হন্‌বা লায়ে, তৌগনু ওসিমক লোপোক্রম্মু হায়রম্লগা হল্লক্রে মথংগী নুমিত্তা অদুম্না অদুম লৈরব্বা উরবদা মাহাক পেন্দ্রদুনা শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা চৎপা থাদোকপ্রে হায়রম্মি হায়রনা তম্মি। অদুনা গৌরচন্দ্র লাই নত্তে ভগবান্ নত্তে—মাবু লাই ওইহন্দুনা গোবিন্দগুম লাৎকম থোক্তে হায়বা অসি য়োনা হায়ররবা, খল্লবা থাজরবনি। মচিন থোকপনা থোক্রে, থোক্তবা কাংবুম্ব অদুম লৈরবনি। বাঙ্গালীগী মথক্তা রা অয়াকপা শিজিন্নবদা নত্তনা মৈতৈ মররক্তা হাগবদি মাখোয় খয়া অসি নত্তবশিংনা থাজজবগা লোইননা চথজরিবা মীরামমস্থ

মুংঙাইতবা পীহুনা অপাংবা কাংবু ওইনা উংপা লাক্লরি। মাসিগী রা মতাংচানা নৈনরকখিনি। মাখোয় অসিগী মথক্তা এখোয় 'গৌরধর্ম্ম' চত্রে হিন্দু ওইত্রে হায়রবা কাংবু অময় লৈরিবা মাখোয়গী রাদি লেপ্পকম খংবা নত্তে। গৌরধর্ম্ম অঙোবা ধর্ম্ম হায়রবরা, গৌবচন্দ্র প্রভুগী ধর্ম্ম হায়ববা খংবা ভমদে। অনিসিমক লৈতবা ঙাক্তনি। ধর্ম্ম অঙোবা, অমুবা, অশংবা, অরাংবা লৈ হায়বা তাত্রি লৈতব। ধর্ম্ম থাদোকপগী রা লাককম থোক্তে। অহুদগী অমুক গৌরচন্দ্র প্রভুগী ধর্ম্ম হায়রগনা মাহাক অনৌবা অমতা হৌদোকুনা হায়বদি (religion) অমতা শন্দোক্লমদে। বেদগী, শাস্ত্রগী, পুরাণনচিংবগী মনুংদা ভক্তি প্রেম মশক তাকপীরম্বনি। মহাভারতনা ধর্ম্মবু অস্নম্না হায়ঃ -

> যৎ স্যাদহিংসা সংযুক্তং, স ধর্ম্ম ইতি নিশ্চয়ঃ।
> অহিংসার্থ্যায ভুতানাং, ধর্ম্ম প্রবচনং কৃতম্।। ৫৮।
> ধারণাদ্ধর্ম্মমিত্যাহুদ্ধর্ম্মো ধারয়তে প্রজাঃ।
> যৎ স্যাদ্ধারণ সংযুক্তং স ধর্ম্ম ইতি নিশ্চয়ঃ ॥ ৫৯ ॥

মহাভারত কর্ণপর্ব
—কৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদ।

—হিংসা য়াওদবা থবক তৌবব ধর্ম্ম পাংথোকপা (তৌবা) কৌই। হিংসা পায়শিংগী হিংসা খিংনবগী দমক ধর্ম্ম শেম্বনি।
মাসিনা মথরায পানবাশিংবু কোম্বী (ভাকপী) হায়ত্থনা ধর্ম্ম হায়না মিং লেপ্লনি। —

কংলা—'মণিপুরদা বৈষ্ণবধর্ম্ম'।

অসিগুম্বা ধর্ম্ম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মীওইবগী মুংঙাইনবা, শান্তি ফংহনবা হিংসা ককথংনবা শিনবিত্থনা পীবিরম্মিবা 'ধর্ম্ম' উংপীরম্মিবা, তাকপীরম্মিবা রাংলবা লমচৎ শাজৎ অসিবু মানা মানা নীংজরিবা মবুঙেঙা মবেম্মদা তৌগদবা মচৎ তাকপীরম্মবু চৎলরোই,

ইরব্রোই, লৌরোই হায়বসিদি মতোমদগী মখোং শিংজংনা মতোমদা ককচবনি। হিন্দুগী য়াংলবা য়াখলদগী থোরক্লবা, থোরক্লখিবা 'ধর্ম্ম'না পৃথিবীগী 'ধর্ম্ম' অসুম অসুম ওইরক্লি, ওইদবা য়ারক্লি মরমদি য়াখলনা য়াংখৎ য়াংখৎলক্লগা পম্ব্‌ৎকম থিরকপদা চৎশিনবিবা ওয়া হিন্দুগী মরলদা লৈ হায়বা অসুম অসুম খংনরকপা অসিদগী বেদ, বেদ সু, উপনিষদ, স্মৃতি, দর্শন, পুরাণ অতে অতে শাস্ত্রশিং অওয়া মখৈ ওমতুনা থরুবা হোৎনরকপা মতম অসিদা আধ্যাত্মিকী মরম চংশিন্না খংনিংবা কাংবু কাংবুশিংদা হিন্দুগী মরল নত্তনা য়াখল খোম-জনবা ওমদবা মরম্না, হিন্দুগী য়াখল পুকৈদা নত্রবদি কংকম য়াৎপনা মথুং থিংজিন্দুনা মারকপা,—তৌদবা য়া"বনি অসি পুরমক হিন্দু ওইত্রবনি হায়তুনা পুরমকগী ককথৎলগা চৎগী গুহাদা অমুক হনবগী মতম নত্রে। অদ্বৈতগী ওইদনবা, দ্বৈতবগীসু শকক লৈনবা শ্রীগৌর-চন্দ্র মহাপ্রভুনা শেমদোকপীরম্বা, শাদোকপীরম্বা, উৎপীরম্বা, অকুববু লায়না খংবা য়ানবা তাকপীরম্ববু তাথিনবগী মরম ক্বরি লৈবগে? হিন্দুগী মপোৎ নত্তবা মবল নত্তবা কনানা কয়া শিজিন্নরিবগে? লৈরম্বা মুখৎলগা মাখোয়দা কান্নগদবা খরনা মতুং শীনজিন্নগা মশাগী লৈজরম্বা মাওহন্দুনা ওইদবা ঈৎপনদি ওইগদবা নত্তে, চৎথুন্দুনা মাংহনগদবতনি। য়েংসি—

হরি হয়াহে খয়ুম লাইনিংথো—। খোয়ুম হায়না শিজিন্নবসু য়াওই অতুসু অক্নারি)

হরি হরহে খদা য়ুমশাবা লাইমকোক।

'খ'গী অর্থবু কোৎনা (১) সূর্য্য (নুমিৎ) (২) আকাশ (অতিয়া), শূন্য (অহাংবা) (৩) স্বর্গ; (৪) ব্রহ্ম হায়না হল্লি। 'হরি হয়া' মুখৎপনদি নীংবা থুংবা য়ারোই, 'খ' বেড়া তৌহৌরি। 'পাম্হোইবী খোংগুল'কাদসু সংস্কৃত শব্দ য়াওরিবরা নত্রগা য়াওবরা মুরা য়েংথোক্লগা মুখৎহোবনা কান্নরোইরা? বাকম অসি খরা

শাংলোকখ্রে। সংস্কৃতপু মীগী ময়োলনি —মযাং ময়োলনি খনবা য়ৌনা লাল্লবনি। মাসিবু দেবভাষা, মযেকপু দেব নাগরী কৌই—লাইগী লোল, লাইগী ময়েক কৌই। নোংচুপলোমগী চাউখৎলবা লৈপাকশিংনা সংস্কৃতপু ভারতবর্ষগী লোল নত্তে-- লোল খুদিংগী মমানি হায়নরক্কই। চাউরা চাউরবা বিশ্ববিদ্যালয় সংস্কৃত তম্নবগী লিংনরক্কই। অদুগা অশোমদনা মুৎখিনবা হোৎনদুনা মাংহন্ তাকহল্লি। ভাব অসিদা ময়াংলোল ওইকম থোক্লিবা 'হিন্দি বুদি থরায় য়াম্না য়াওরি। অদুনদি ওাহাক ডাহাকীদা তারে। পুয়া 'পুরাণদ'গী লাকপনি। 'পুরাণ' পাবা চৎনরম্বা, চৎনরিবা লোলনি। অসিগুম্বশিং থিদোক্লুনা চান-হুনা, চাংদম্নহুনা প্রমাণ তৌহুনা, প্রমাণ পীহুনা, থিদোক্লুনা লেপ্পদা সংস্কৃতনা অথোইবা মতেংনি। নক্কবা লমশিংগী লোলচংশিল্লকপা নত্রগা শিজিন্নমিন্নরম্বা ওক্লিংঙাই করিস্সু নত্তে—'চোই চাঙ তৌবা' হায়বদা 'চোই'না অরা লোল্লি 'চাঙ'না বাঙ্গালা লোলগী চাঙারি (টুকরি) গা অন্নানি; 'চাঙ চাবা' থুম্মোক, উত্তোং চাবা মেরুক হায়রগা থুম্মোক অদুবু খংই। 'চাঙ'না বাঙ্গালা লোলদা 'সাঙ্গা' নত্রগা 'মাচা অমদি 'মাচান' হায়রি। হল্লি অর্থনা চাঙ নত্রগা মচাঙ হাববুনি অদুগা 'সাঙ্গা'না মৈতৈনা সগাই শাবা হায়রিবা অসিনি। মরিশিং মুন্না থিদোকপা তৌকম য়াম্না থোক্লিবনি। মৈতৈনা কাছারীবু ময়াং হায়না খংনরম্মি। কাছাড়বু ময়াং লৈপাক কৌবা অদুননি। মাখোয় নত্তবা তমগী মীশিংবু 'মর্ব্বাক' মচা কৌরম্মি। আসামগী নগাও জেলাদা ময়াং কৌবা লমদগী লাকপগী মমক মাখোয়বু মৈতৈনা 'ময়াং' কৌথিবনি। আভারোমগী মীনি হায়দুনা 'অরা' মৈতৈনা কৌই। দিশু ভূরেল মপানলোমদগীন হায়দুনা আসামীবু তেখাও অদুগা দক্ষিণলোমগীনি হায়দুনা তখেল কৌথিবসিগুম্বনি। হন্দোকপা (অনুবাদ) দগী মশাগী লৈরিবা অদুনা হেনবা মশানা ভাবনি। অমতগা য়েংথিসি—চীঙ + উ

চীঙুনি। চীঙ্গী + উ — (শিব) — চীংদা লৈকম ওইবা উ (শিব) মহাদেবনি। নোংশাবা লাই— নোংশা ওইবা = নোংশাবা — নৃসিংহ ভগবানবু ওইরে। নোংশা মণিপুরদা কদোউৈদা লৈরমদবা শানি। নোং = স্বর্গ + শা স্বর্গগী শানি লৌবা দুর্গানা তোংবা অহুবু নোংশা কৌবনি। করি রাহৈনা কদায়দা কয়মা চংলকপগে য়েংনবা হোৎনবা মরু ওইবা থৌদানি অহুগা রাহৈশিং কয়মা ওইরকইবনো অহুস্থ থিদোকপদা করিনা কদায়দগী ওইরকপা খংনবা পাস্থে য়াম্মা লৈ। অয়াইবা খুদম অমা য়েংসি। —উশোই = রা মরুদগী চোংখৎলকপা অনৌবা পাম্বী— হায়বদি রা অনৌবা — মাসিনা শেম্বা উশোই + অপুম্বা = শোইবুম, উশোই + অশিনবা = শোইজিন, উশোই + মচোন = শোইদোন। (চীংদা হৌবা লাই-রা হারেপ কারক্রবা অহু নিক্রগা মচোন তেক্তুনা তারকই অমসুং মতেকশিং অহুনা শোইদোন শেম্মি) অমুম্না লোল অতৈদগী চংলকপসু থিদোকপা তৌকম থোক্লবনি—ধাতু root মশক খংনা খংনা লেপ্পবা হোৎনবা থেংনবনি জাত নত্রগা কাংলুপ অমতগী মীশিংবু কুইনা কায়নত্রগা ময়োলস্থ থৈনরকই— খংবা কাওবা খংনরক্তে। তোৎনখিদবদগী (seclusion) লোল হোংনাখবা থোক্লকই, অহুদস্থ মনুংদা চেল্লিবা অহু দ মাংহন্দনা থিদোকপা য়াই। খুদম অমা য়েংসি—শ্রীডি, ভি, শর্ম্মানা ষ্টেটস্‌ম্যান (Statesman) দা ১৭।৯।৮০ দা হৌজিকস্থ সংস্কৃতনা মরোল ওইনা ভাংনরিবা লম অমগী রা ইখি। মাহাক হিমালয়দা তিবেতো-বরমান (Tibeto Burman) লোলগী মচাক থোম্বা নিপা অমনি। মাগী মথৌ অসিগী মতাংদা হিমাচল প্রদেশতা লৈবা লাহুল (Lahoul) গী মী অমনা লাহুল সব-ডিভিসন্দা সংস্কৃতকা য়াম্না নক্লবা লোল ভাংবা মকম অমা লৈ হায়বা তাবদগী অরা অনা খংদনা মানা মকম অহুদা চত্তুনা থিদোক্লুই রোহতাং পাস (pass) লাম্লগা মাহাক্না ওক্ল কজত্রবা চন্দ্র অমসুং ভাগা তুরেল অনিগী মরক্তা

লৈবা লম অচদা থুংলুরে। মকম অদুদা লোন্নিবা সংস্কৃতকী মচং অদু উরকবদা অৱা অনা পূরা পুমংখোক কোকখি। মাহাক্কী লোল থরা মথাদা পুথংলি—The mountainous region of Lahul has four valleys, the most fertile is the Pattan which is the abode of the little-known Aryan tribe' .... 'their language which appears to be a continuation of that form of Sanskrit which was being spoken in the north west India when possibly they migrated to this region, ...'the peculiarity of this dialect is that it has preserved not only the vocabulary of sanskrit but also its synthetic grammatical structure which has become analytical even in Prakrits'... ..'perhaps no one could have ever thought of the existence of an Aryan dialect in a region lying across the Rohtang pass - inhabited, exclusively, by Mongols who speak Tibeto-Burman dialects. But in a way the geographical compartmentalization effected by the 'great divide" has helped in preserving the purity of the dialect, unaffected by the linguistic changes taking place in Indo-Aryan languages on the mainland'. ভোংবনিংঙাই লৈখিদবগী মাখোয়গী মপুং লৈহৌরিবা কাংবুশিংগী লোল হৈতনবে অচুগা মাসিবা অমুকন্থ মনাক অকোইবদা লৈরিবা লোলশিংনস্থ মাংহনবা ঙমখিদে। অচুগা অমুক, কুইনা কায়নগ্রবস্থ ধাতু —root মাংদবা থুমস্থ সংস্কৃত ইংলিস. অমস্থুং লাটিন লোলগী মরিদা লৈরিবা থরদং ময়েংসি—manava—man, mrityu—mortal, basta hand, nasa—nose pattha (from pada)—path, tridant-trident, diva day, nisa-night, go-cow, sarpa-serpant, raja royal, agni-ignite, kroora—cruel, mahas—mass. divya—divine etc. from an article by C.G Joshep

published in AB patrika, Sunday Magazine dated August 25, 1968 under the caption 'How 'foreign' is English to India" General Remarks on Manipuri Language by W. Yumjao Singh দা মৈতৈলোনগীদু যাম্না ফংগনি।

মথক্তা চাউরাকপা মতংদা নাকল অমগী বা থেংনরে। নাকল অসিগী মরু ওইবা বাকমবু চৈতন্যদেবনা লাই ওইবনা নত্তে, বাঙালীনা বাঙালীবু থাগৎপা রাহংনবা ফীরেপতনি। হৌজিক অমরোমগী বা হায়রবদি বাঙালীনি হায়রিবাশংগী বা অমুক তাসি। হন্দকী মতাং অসিদ দ মশক মামং পল্লগনি। মরোল পৃথংলনি। অহানবগী মতাংদদি পনবদা অকায়বা থবা লৈছনা পন্নে হায়বদি মচাম মাংদা চাংবগী বা নত্তে, 'চক্রা চিক্রা বারী শানবগী বানি। সনামহি পাথংবগী লমজেল কার্ত্তিক গনেশগী লমজেলগা চাংদমফম্লি অহুবু কাংলুপ অসিনা পামদে মৈতৈনা ইরম্বা পুরাণনা হিন্দুশিংগী পুরাণদগী লিবা হেল্লি—করম্বা বিজ্ঞানগী প্রমাণনো তাক্কে। অদুনা কুমশি পোকপা মতাংগী মনুংদা ঐগী ইচা অতোনবনা মনুংশিরে' হায়রগুম্বনি।

প্রভুগী নীলাচল লীলাদা থাদোক্তুনা থোংগল ফংজরবা লাপথোক্কবা য়াথিত্রবা মনাইশিংদি রায় রামানন্দ অমসুং স্বরূপ দামোদরনি। প্রভুগী মনুংচনগ্রবা ভক্তশিংনি অমসুং প্রভুগী অচিং অকোম মনুং মপান মাথোয়গী মমিগুগী নাম্বোকথিত্রবা অনিনি। মহাপ্রভুগী মরমদা মাথোয়না থংথিদবা অতৈ কনানসু থংলোই। থুপকে লোনগে থরবসু প্রভুনা গুমথিত্রবা মাথোয় অনিনি। মাথোয়গী মবা ছায়া লৌথংসি। রামানন্দনা হায় শ্রীরাধাগী সনানা ফুদোংলবা মানবা ফুছুনা কুমরবা বৃন্দাবনগী অশংবা মণি অদো শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু অসিনি। চৈতন্য চরিতামৃতনা প্রভুনা দক্ষিণ লেংবদা গোদাবরী মপান্দা বিদ্যানগরগী সাশনকর্ত্তা রায় রামানন্দগা সাধ্যসাধন তত্ত্ব অমসুং রাধাতত্ত্ব য়ামনা শাংনা নৈনখি। রামানন্দনা মথং মথং

হংহুনা মপুংফানা মহাপ্রভুদা মাহাক্তা হঙ্গংথি। মাসি প্রভুনা সনাতনদা তম্বীখি। চতুর্ব্বিধ ভক্ত ভাব অসিবু 'রামানন্দসঙ্গ' হায়না খংনৈ। [সাধকশিংগী সাধ্য সাধক তত্ত্ব হায়রবদি করিনো ? সাধক—মাখোয়গী কৃষ্ণদা লৈজবা রতি (পামজবা) অদুদি কাউবরা অদুগা মাহুদা অকায় মতোই খোরকপা অদুদি মপুংফানা থিংবা ভমত্রিবা অমসুং কৃষ্ণ থেংনজবগী মতিক চাবা অদুদি তানশিঞ্জরবা মাখোয় সাধক্নি: খুদমদি বিল্বমঙ্গল ঠাকুরনচিংবা। সাধ্য—সাধকশিংনা সাধন তৌজবদা ফঙজনিংবা ওইনা লেপচরিবা পোৎ অদু সাধ্যনি। সাধন—ফংজনিংলিবা পোৎ ফংনবগী উপায় অদুবু সাধন কৌই। তত্ত্ব—পোৎ খুদিংগী মরুওইবা হায়রবা অনমম লৈ, মরুওইবা পুম্নমক্কী—মরু ওইবা অদুনা তত্ত্বনি। শ্রীধর স্বামীনা হায়—পোৎকী অশেংবা খংনবা বিজ্ঞান তত্ত্বনি। রাধাতত্ত্ব—ইবেম্মা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ইবেম্মশিংগী কোকথক্কী মণিনি। মহাভাবকী মশক্নি। অনুরাগ হায়রবদি 'রাগ'না মরম ওইদুনা তত্তনা থেংনরিবা অদুবু মিকুপ খুদিংগী পুক্নিংদা নৌনতা ফাউবা অদু অনুরাগনি, অনুরাগকী ভমখৈগী শক্রোল অদুবু ভাব কৌই। ভাবতগী রাংখিবা অদুনা মহাভাবনি। মাসি কৃষ্ণপ্রেমগী মশক ওইবী ইবেম্মা রাধিকাতদা ওই। মাহাক্কী প্রেমদি হোংবা নাইত্রবনি অমসুং কামগী মনম ফাওবা চংদে। রাধ্ ধাতুগী অর্থ আরাধনা—সেবানি। কৃষ্ণনানীংবা থুংনবগী মশক ওইবী সেবা পীই হায়দুনা মাহাক্কী মমিং রাধিকা কৌই। লক্ষ্মীশিং শ্রীরাধাগী অংশ, বিভূতি নত্রগা লীলা শান্নবা বিলাস, অংশগী মশক্নি। মতাং অসিদা বৈভব প্রাভব আবেশ, প্রকাশ, বিভূতি, বিলাসনচিংবা নৈনরবদি মকম কয়া চারোইদোরে। মাখোয়গীসু মতাংচাবা লাকখিনি]।

অনুম্মা প্রভুগা মনাই রামানন্দগা চতুর্ব্বিধ ভক্ত ভাবনচিংবা নৈনরকপদা রামানন্দনা পুখৎলকপা সাধ্য লেপ্পগী মতাংদা মশাগী

ধর্ম্ম কায়দনা চংচবনা ফংবা বিষ্ণুভক্তি, কৃষ্ণদা থবক পূম্নমক কখোকপা মশাগী ধর্ম্ম থাদোকপা অমসুং জ্ঞানগা য়াম্নবা ভক্তিবু 'এহো বাহ্য' মপানগী য়ানি তাকপীখি। মতাং অসিদা মশাগী ধর্ম্ম হায়বদি 'বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম'বুনি। প্রভুনা প্রভুগী মোত্‌ তাকপীবদা জ্ঞান চংদবা ভক্তি, প্রেম-ভক্তি অমসুং দাস্য প্রেমনা সাধ্যনি, সখ্য প্রেম অমসুং বাৎসল্য প্রেমনা থোইদোকপবা সাধ্যনি অদুগা কান্তা প্রেম (অঙনা সেবা) তৌবনা সাধ্যগী ওমথৈনি। প্রেমবিলাস বিবর্ত্তনা—সাধ্যগী অরোইবা ওনথৈনি, অদুনবা থাক অমা অমুক লৈত্রবনি. য়াবীখি। [প্রেমবিলাস হায়বদি প্রেমক্রীড়া (প্রেমথৌচং) তা বিবর্ত্ত হায়বদি মুন্নবা মওং ওইরবা, ওন্নতৈনবা মওং অমদি একাউবা অশোয়বা মওং ওইরকপবুনি হায়। প্রেমনা কন্না চীংশিন্নরকপা অসিদা নায়ক নায়িকা (শাম্নরিবা শাম্নরিবী) গী মরক্তা কাউখিবা মমখিবা অদু অমুক য়াম্না কন্না অদুদি অনিগী মরক্তা কনানা নায়ক কনানা নায়িকাগী য়া পুম্না মাংখি—অসিবু প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত কৌই হায়। অসিনা ওইরক্লিবা থাক্তি—'না সো রমণ না হাম রমণী' কীবম অসি ওইরকই। পভুনা মনাই রামানন্দদা প্রেমবিলাস বিবর্ত্তগী য়া হায়দু তাকপীবদা মাগী ঈশৈ 'পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গ ভেল' হায়বা শরুকপদা 'না সো রমণ না হাম রমণী' গী মতাং অসি য়ৌরকপদা প্রভুনা 'ওক্রে, ওক্রে' হায়দুনা মনাইগী মচিন মেনখি হায়। মশা মশাগী প্রেম মশা মশাদা লৈবিতে মতম অদুদা নিপা নিপীগী খেন্নবা কোংই। প্রেম অসিনা কনশিন্নকপদা তোপ্নরম্বা পুনশিন্নরকই। প্রেমগী ক'য়দবা মওংনা লৈবা মতম অসিদা বিপ্রলম্ভ (নকশিন্নরুগা কায়নবা, নরুরুরবা নরুগা নরুক্রিবা নায়ক নায়িকানা কোম্নবা চুপ্নবনাচিংবা ফ'ছুদনা পুক্লিংদা ইয়াং হৌবা) দা রাগ মাংহনবা হায়বদ বিরাগনা উৎলকপা নরুগা বিরাগ ওইরকপা অদুদা ওসাই তোপ্না তোপ্না উংখিবা শক্তিগা শক্তিমানগা (পাঙলগা পাঙনবগা) অমুক পুনশিন্দুনা খেন্নদনা

কোংলকই। মওং অসিদা 'না সো রমণ না হাম রমণী' কীবম অচু ওইরকই হায়রবনি। প্রেমগী অবস্থা অসিদা ওয়বৈনবা থোকপা অসিবু প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত কৌই হায়। মাসি শক্তিগা শক্তিমানগী অদ্বৈতভাব হায়রবদি অনিশুদবা অমতা ওইথিবা কীবমগী ভাব, খেয়রবগী মওং ওই। মতাং অসিদা 'তত্ত্বমসি' নচিংবা বাক্যগী পম্বুংকম ওইথনে। (গৌ, বৈ. অভিধান)। অসুম্না মপু মনাই মুওংইবগী ঈপাক্তা তাউমিন্নরগা গোদাবরী মপান্দা রাধাকৃষ্ণগী পুন্‌শিন্‌বা মূর্ত্তি মনাইদা উৎশীখি। রামানন্দনা হায়রকই ]—

'পহিলে দেখিলুঁ তোমা সন্ন্যাসী স্বরূপ।
এবে তোমায় দেখি মুঞি শ্যাম গোপরূপ॥
তোমায় সম্মুখে দেখোঁ কাঞ্চন-পঞ্চালিকা।
তার গৌরকান্ত্যে তোমার সর্ব্ব অঙ্গ ঢাকা॥
তাহাতে প্রকট দেখি সবংশী বদন।
নানা ভাবে চঞ্চল তাহে কমল নয়ন॥' চৈঃচ।

হায়দি উই ঐ নংবু সন্ন্যাসী ওইনা
হৌজিক উরে নংবু অমুবা গোপ শক্লা॥
নমাংদনা উরি সনাগী শক অমনা।
অঙৌবা মওাম্না মাগী নশা পুম্বা কুপ্না॥
অছুদা লৈবা উরিবছুনা বাঁশি থোংলি।
ভাব কয়ানা মাগী থম্বাল মিৎ তথক্লি॥

প্রভুনা 'নংদি—মহাভাগবতনিনা নংনা য়েংউ য়েংউবা মফমদা কৃষ্ণ উবনি' খ্যুকই। অছুদা মবাইনা মীনমগনু হায়না তকশিল্লরবদা প্রভুনা

'গৌর অঙ্গ নহে মোর রাধা অঙ্গ স্পর্শন।
গোপেন্দ্র সুত বিনা তেঁহো না স্পর্শে অন্যজন॥'
তাঁর ভাবে ভাবিত আমি করি আত্মমন।
তবে নিজ মাধুর্য্য রস করি আস্বাদন।' চৈঃচঃ

রাধা অঙ্গ শোকপনি ঐগী কুচু ঊোদে।
নন্দমচা নত্তনা মা কনা শোকওমদে॥
পুক্লিং ছকচাং য়োন্নগা মাহাক্কী ভাবনা।
ইশাগী থুন্নবা রস চুপচরি ঐনা।

স্বরূপ দামোদরনা গৌরচন্দ্র প্রভুনা অবতার তৌরবদি মাহাক্না পাংথোক্লিংবা কান্নবা অমগী দর্মক্লি। মাহাক মাগী অনিংবা অহুম তিন বাঞ্ছা পাংথোকপা লাকপনি। ব্রজদা অনিংবা অহুম অসি পাংথোক্নবা মতম অমদি তাঞ্জা ফংখিদে।

অহুম অহুদি:—

শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈবাস্বাদ্যো যেনাদ্ভুত মধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ। সৌখ্যং চাস্যা মদনুভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভাৎ তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচী গর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ॥

শ্রীস্বরূপ গোস্বামি করচায়াং

শ্রীরাধাগী প্রেমগী অরাংবা কদায় কাওবনো মাগী প্রেম্না ঐগী স্বওকপা, অথুবা, কজবা চুপ্পদা মুংওাইবা অহুনা করম তৌবা অমসুং ঐগী অওকপা অহুবু কাউহুনা মুংওাইবা অহুনা কমদৌবা খংগদবগী শ্রীরাধাগী ভাব লৌহুনা হরিগী মশক ওইরবা থানা শচী গর্ভ সমুদ্রদগী পোকখি।

ইন্দক নন্দগী মচানা গৌরচন্দ্র ওইনা লাকপদি অনিংবা অহুম পাংথোক্নবা গোপীগী প্রেম লম্মন শিংবা লাকপনা মরু ওইবা মথোনি। যুগধর্ম শন্দোকপনচিংবা মশানি। যুগাবতারগী মতম ওইবনা নাম, সংকীর্ত্তন য়েনবগা মতম চানরুবনি। ব্রজপ্রেমগী থুন্নবা রসবু য়েনবদা চিথহল্লরোই হায়হুনা ব্রজগী অশংবা মণি গোপী প্রেম্না য়ো বদো, মধুর রসকী পুকৈদো, দাস্য, সখ্য বাৎসল্য প্রেমবু পেম্না চুম্নদো, চতুর্ব্বিধ

ভক্ত ভাবতনা পুনবা 'কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্' হায়বা অরিবা নিপাদো মথৌ পাংথোকপা রাধাভাব অমুক লৌ, কৃষ্ণভাব অমুক লৌ, ভক্তভাব অমুক লৌ ব্রজপ্রেম য়েনবা শ্রীগৌরচন্দ্র ওইনা লেংলকপনি হায়না ভক্ত শিরোমণিনা গোৎচিল্লম্মি। মাহাক্কী মতাং হেক থুংলবদা কবিরাজ গোস্বামিনা প্রভুগী লোল থেৎচিল্লকই—

'যুগ ধর্ম্ম প্রবর্ত্তন হয় অংশ হৈতে।
আমা বিনা অন্যে নারে ব্রজ-প্রেম দিতে॥' চৈঃচঃ।
যুগ ধর্ম্ম য়েনবদি য়াই অংশদনা।
ব্রজ প্রেমদি ঙমদে পীবা ঐ নত্তনা॥

পণ্ডিত বাসুদেব সার্বভৌমনা হায় কৃষ্ণনা হন্দক নবদ্বীপ্তা গৌরচন্দ্র ওইনা অবতার তৌরবদি মাগী ভক্তি যোগনা মা থরকপ', মরাই চায়-থরকপদা ভক্তি যোগ অমসুং বৈরাগ্য বিদ্যা অমুক হন্না তম্বিনবগী দমক্কি - সার্বভৌমনা হায়রম্মিবা অসি চৈতন্য প্রভুনা তৌরম্মি-বমক্কি। থোৌদাবনদি পূয়মকপ্স মথরায় য়াওনা চংশিনহনবা য়ারোই হায়হনা প্রভুনা মশানা চত্তনা, মশানা তৌহনা, মশানা উত্তনা মীপুম থুদিং তমবিখি। অহনা প্রভুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌহনা বৈরাগ্য ধর্ম্ম ভক্তি, প্রেম অমসুং ভাগবৎ ধর্ম্ম তাকপীরম্মি, মাওখিদোরহনা তম্বি-রম্বনি। অঙকপদি মতম অহদা বেদান্ত হৈবদা মপা লৈরমদবা সার্বভৌমবু ভক্তিযোগনা প্রেমগী ঈহৌদা প্রভুনা লুপহন্নম্মিব' অহনি। রূপ গোস্বামীনা হায়রম্মি মহাপ্রভুনা হন্দক লাক্লিবা অসদি থম্বাল শিংয়েনা ওইবা ব্রজগী ইবেম্মশিংগী প্রেমগী ঈহৌনা থুম্নাংপা শককম অমসুং মওং লৌহনা নদীয়াদা পূরন্দর ওইররিবনি। প্রেমগী রস চুপ্পা লেংঙকপা ইবুঙঙো ব্রেজগী প্রেম পূম্বা পুয়ক্কনা, মশাদা য়োমশিন্দুনা গোপী প্রেম মশক তাকপা, গোপী প্রেমগী লম্মনশীংবা লেংঙকপনি।

নাকল অনিগী রা থরা অয়াবা মথৈ তায়ে। অমগী রাগা অমগী রাগা পুমথেন্ থেন্নরিবনিনা অচুম্ অয়ান চথবা অমসুং লেপ্পা য়ানবা ময়াই লেপ্পা অমা লৈতনদি লোইশিনবা য়ারোইদৌরি। কনানা অমসুং করিনা ময়াই লেপকম ওইগনি অমসুং ওইকন খোকই? রাকম অসি অবতারবা, অবতার নত্তবরা—লাইরা মীরা লেপ্পগী রাকম্নি। অচুনা শাস্ত্রগী পুরাণগী রা তাবা অচুগা শাস্ত্রদা পুরাণদা থিদোকপা নত্তনা উপায় লৈতে। শাস্ত্রনা ঈশ্বরত্ব-লাই ওইবগী লক্ষণ-খুদম মওং পীরিবা অচুগা চায়ে চায়দে থিদোকপা ভাবনি। বাঙ্গালীনি হায়রিবা ভক্ত গোস্বামি লেখকশিংনা মাসিমু চীথরম্বা নত্তে। চুম্লবনি তাকুবা প্রমাণ পীবিরম্মি।

কবিরাজ গোস্বামিনা মহাপ্রভুগী শককম শকওংবু অমুম্না থারম্মি—ফুদোংবা সনাগী মতৌগুমই মাগী মচুনা, মাহাক্কী খোঙ্গ্থে'ক্না নোং ওংবগুম লুমই, পাম্বোম্না থুকউ মথা য়োই, মমিৎনা মাহাক্কী থম্বাল মাল্লি, মশক্না শরতগী ভাংথক নাইত্রবা থাবু ওমজে, মচিন্দা কৃষ্ণতা শোল্লি। অদ্বৈত নিত্যানন্দ, শ্রীবাসনচিংবনা মাহাক্কী খোংলোইনি। কলিদা সংকীর্ত্তন যজ্ঞনা মাহাকপু ঈরাংলি। মাগী খোংলোইশিংনা পাপী, চণ্ডালশিংবু লাকশিনবগী থুৎলাইনি মাহাক্না মশা লোৎশিনবা কন্না লাক্লে অচুবু ভক্তগী মথক্ত ইতত্তনা য়ায়থি। অমুক নক্লগবা ভক্তগা ভগবান্‌গগী—মন্নিনি। অচুনা মাথোয়তনা অশেংবা থংই। মথা তাথখিসি।

ইহান হান্না মচিন থোকখিবদি-ভক্তশিংগী মমু'দা অদ্বৈতাচার্য্যনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা সন্ন্যাসী ওইরবদা নাম হেক কংবগা নৌরিবী গোপ মৌগী ভাব লৌখিচুনা মবুঙেত্তা কায়নবগী অন্নাবনা থুক্কৎখিচুনা কৌচুনা মায়থৈ থংদনা বৃন্দাবন চৎপনি হায়চুনা চেনবদা লম্বী থংদচুনা মুমিৎ মুম্নি রাঢ়দেশতা লৈইচুনা লৈখি। নিত্যানন্দ প্রভুনা অঙাংশিংদা লম্বী লান্না তাকহন্দুনা গঙ্গা মপান তান্না পুরকখি।

হাম্না পাউ পীথিবগী মতুংইন্না অদ্বৈত প্রভুনা হিপা কোম্না ঙ'ইহনা লৈরক্ষা উবদা চৈতন্যদেব ভাব তাগ্রে। লৌনম্না মাহাকপু শান্তিপুরদা পুরকপনি খংনহনা বৃন্দাবন চৎহন্রে হায়না শাউরকপদা অদ্বৈতনা হায়:—

'আচার্য্য কহে তুমি যাঁহা সেই বৃন্দাবন।
মোর ভাগ্যে গঙ্গাতীরে তোমার আগমন॥' —চৈঃচঃ

আচার্য্যনা হায় নংনা লৈবদো বৃন্দাবন্নি।
ইরাইবক্তা নং গঙ্গা মপান লাকপনি॥

অহিংদনা সংকীর্ত্তন্দা হরাওবনা লুতোব কাহনা শকখি:—

'কি কহবরে সখি আনন্দ ওর।
চিরদিন মাধব মন্দিরে মোর॥' —বিদ্যাপতি-পদাবলী।

সখি পেন্না ঙমখৈ করি হায়রনি।
ঐগী মন্দিরদা তত্তনা মাধবি॥

মাসি অদ্বৈত প্রভুনা উৎকে, মাল্হনগে হায়রহনা উৎপগী রা নত্তে। মাহাক্না খংজরবা, কাউজরবা, থাজনা য়াজরিবা অহু মরম্নাই চোংথোকরকপনি। কৃষ্ণগা বৃন্দাবনগা থানদবনি, নিত্যনি। রাধা কৃষ্ণনা পুম্নবা বিগ্রহ অহনা লৈবা মকমদা বৃন্দাবননি হায়রবদা করিমতা লানগদবা নত্তে—মরমদি বিগ্রহ অসি যুগল অহুনি হায়রবা মাগী লেঙরবা থাজবনি। ভক্তনা খংবমুক ভক্তদা কাউবমুক কনাদা ভগবান্না খ'হনগনি, কাউহনগনি! অহনা ভগবান্ ভক্তগীনি, ভক্ত ভগবান্গীনি। তাইবংপানবগী লেঙই পাল্লিবা পুম্বদা ভগবান্‌বু উজরিবা, কাউজরিবা মাখোয়গী নত্তনা ভগবান্ কনাগী ওইগনি! অহনা ভক্তগী থাক্তি পুম্নমক্তগী হেনগ্রবনি, য়াংগ্রবনি। অদ্বৈতাচার্য্যগী রা অসি মথক্তা ভক্তশিংনা শক তাকখিবা অহুদা য়াওখিদবগী

মরমদি মাহাক্কী অসি খংহৌদনা থোরকপা থোন্থোক্লি মশামকন্থু খল্লগা অহুম হায়গে লেপ্প্রু, বা ওন্তে। মাঙোন্দা কুইনা য়োমহনা লৈরবা মশক, মওং অহু খংহৌদনা চোংথোকখিবনি। খুদক্কা খুদক্কী চিন্থোক লাকখিবনি।

মথা অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা শাক্কদবা চহি-চা কয়া কয়াগী মমাংদা শাস্ত্রদা পুরাণদা য়েক্তুনা লৈরম্মবা, কনাগী দমক্তা কনানা হাপচিনখিবা য়াত্রবা মাথোয় অহুগী রা অমুক তারসি। তাত্রিভৈগী মমাংদা রামাং খরদংগা য়েংথোকপনা কান্নবা হেনগনি নিংই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অমর বাণি :—

পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম।
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে॥

গীতা—৪/৮

সাধুশিংবু কনবা, কত্তববু মাংহনবা অমসুং
ধর্ম্মবু শেমগৎপা পান্দমশিং অসিগী ঐ
যুগ যুগ খুদিং পোক্কনি

অহুনা শ্রীকৃষ্ণনা যুগ যুগ খুদিং অবতার তৌগনি হায়রবা য়ানববা য়াকয়ি। শ্রীমুখমক্কী—বাণিনি। হৌজিক কাওবদা শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক তম্বীবিরম্বশিং পৃথিবীগী মরক্ত ওইরি। লাইবককবী ভারতবর্ষ শ্রীকৃষ্ণগী যুগ যুগ খুদিংগী শান্নকম ওইবিবা কযাদা লাইবক কপ্রবনো! সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর যুগ অহুম অক্ৰে, অবতার তৌক্রে। কলিসু যুগনিনা অবতার তৌরবদা লাল্লিংঙই লৈতে। কলিগী যুগাবতার কনানো খংকম থোকপা তাইবংমীগী মথৌনি। অবতারগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়—

আসন্ বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্নতোঽনুযুগং তনুঃ।
শুক্লোরক্তস্তথা পীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ॥

—১০।৮।৯

মাহাক্না য়ুগ খুদিংদা হকচাং লৌই। মাহাক্না য়ুগ অহুমদা অঙৌবা, অঙাংবা অমসুং নাপু অহুম অসি লৌত্রে—হন্দক দ্বাপরদা অমুবা মচু লৌররে।

[শ্রীকৃষ্ণ মিং থোনবা মতমদা গর্গমুনিনা হায়খিবনি]। সত্যদা অঙৌবা, ত্রেতাদা অঙাংবা অমসুং হৌপ্রবা কলিদা নাপু মচুশিং লৌহনা অবতার তৌত্রে হন্দক দ্বাপর অমুবা মচুগী মতমদা মাহাক্না অবতার তৌরবনি তাকখি। গীতানা অসিমসু অমুক হায়রি ঃ—

উৎসীদেয়ুরিমে লোকা ন কুর্য্যাং কর্ম্মচেদহম্।

সঙ্করস্য চ কর্ত্তা স্যামুপহন্যামিমাঃ প্রজাঃ॥ —৩/২৪

(অর্জ্জুন) ঐনা থবক অমতা তৌত্রবদি মীওইবগী জগৎ পুম্মাং মাংগনি। ঐসু বর্ণসঙ্কর (য়ান্নবা জাতি) গী মপু ওইরনি, সৃষ্টিসু মাংথ্রনি।

শ্রীমদ্ভাগবতনা অমুক হায়রিঃ—

যদ্ যদাচরতি শ্রেয়ানিতরস্তত্তদীহতে।

স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে। —৬।২।৪

অথোইবা মীগী লমচৎ উন্নগা অতৈ অতোপ্পনা তম্মি।

মানা পমাণনি উৎলম্বা অচু অতৈনা মাহুবু ইল্লি॥

ভগবান্ য়ুগ খুদিং অবতার তৌনি লৈরে। কলিদা অবতার তৌবদা নাপুমচু ওইনি হায়রে। অবতার তৌরগা তুমিন্না লৈথোকওইসু তাকপীরে। হৌজিক য়েংশদবদি ভগবান্না করম্বা মওংনা, কদায়দা, করম্না অবতার তৌরগা করি তৌরগনিগী মরমদা শাস্ত্রনা, পুরাণনা করি হায়রম্বগে য়েংলসি।

মহাভারতে দানধর্ম্মে (বিষ্ণুসহস্রনাম—স্তোত্রে)—

সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গো বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী।

সন্ন্যাসকৃচ্ছমঃ শান্তো নিষ্ঠাশান্তি-পরায়ণঃ॥

—১২৭—৭৫

মাহাক কৃষ্ণগী রাত পাম্বা মচূনা সনা মানবা,
হকচাং কজবা অমসুং চন্দনগী পাম্বোম্না লৈতেং ওইবা
অতুগা মাহাক সন্ন্যাস লৌবা, অরেপ্পা মায়থোং,
অইংবা অমসুং অচেৎপা শাস্তি পাম্বা [শ্রুতি মাহাকপু
সনা মচুগী পুরুষ অমসুং মুংঙাইবগী মশক ওইবা
ব্রহ্ম কৌবা মাহাক অদো কৃষ্ণনি]।

শ্রীমদ্ভাগবতে— ১১।৫।৩২ (একাদশ স্কন্ধে পঞ্চম অধ্যায়ে
দ্বাত্রিংশ শ্লোকে: ।

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং স্যাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র-পার্ষদম্।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন-প্রায়ৈর্যজন্তিহি সুমেধসঃ॥

—১১।৫।৩২

মচিন্দা কৃষ্ণনাম, মাহাকী মচূনা মুদবা (অকৃষ্ণ
হায়বদি ঙৌবা) মাগী হকচাং অমদি হকচাংগী
হকচাংনা খুৎলাই অমসুং থোংলোয় ওইতুনা মতম
পুম্বদা লৈবা অশিংবশিংনা (কলিদা)
সংকীর্ত্তন্না মরুওইবা পোৎচং ওইতুনা পূজা তৌজৈ।

উপপুরাণে—

অহমেব ক্বচিদ্ ব্রহ্মন্! সন্ন্যাসাশ্রমমাশ্রিতঃ।
হরিভক্তিং গ্রাহয়ামি কলৌ পাপহতান্নরান্॥

হে ব্রহ্মন্! কলিযুগতা ঐনা সন্ন্যাস লৌরগা
পাপনা তুরবা মীওইবদা হরিভক্তি পীগনি।

শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী মশক তাকপদা কবিরাজ গোস্বামিনা
মথক্কী শ্লোকশিং অসিনা মরু ওইবা ওইনা পীরম্মি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা
ভগবান্ ওইবগী মরমদা মথং মথং হেন্না হেন্না থিগৎনরকপদা মথক্কীশিং
অসিগী মথক্তা অতৈ কয়াম্ব পণ্ডিতশিংনা পুথোক্লে। 'শ্রীগৌরাবতার

বিষয়ক' হায়বা প্রবন্ধ অমদা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈবা শ্রীল কৃষ্ণপদদাস বাবাজী মহারাজনা খোমজিন্‌বা অমসুং সজ্জন-সঙ্গিনী কৌবা থাগী চেকোং অমদা বাঙ্গালাব্দ ১৩৭২গী চৈত্র মশিংদা কোংখিবা শ্রীচৈতন্য দেব শকতাকপা থর অমসু মথাদা পীরি।—

অগ্নি পুরাণে—
শান্তাত্মা লম্ব 'ঠশ্চ গৌরাঙ্গশ্চ সুরাবৃতঃ।
অইংবা পুকচেলনা ওইবা তোঙ্গা-নবা ওকশম্ অমসুং
অঙৌবা হকচাংনা ওইবা ভগবৎ খোংলোইশিংনা
কোইশিনবা ওইনি।

বায়ু পুরাণে—
দিবিজা ভুবি জায়ধ্বং তথা মদ্ ভক্তরূপিণঃ।
কলৌ সংকীর্ত্তনারম্ভে ভবিষ্যামি শচীসুতঃ॥
ঐগী ভক্তগী মশক লৌত্নুনা লাইশিংনা পৃথ্বীদা
পোকসনু। কলিদা সংকীর্ত্তন্না হৌরকপদা ঐ শচীগী
মচা ওইগনি।

নারদীয়ে—
অহমেব দ্বিজশ্রেষ্ঠ নিত্যং প্রচ্ছন্ন বিগ্রহঃ।
ভগবদ্ভক্ত রূপেন লোকান্ রক্ষামি সর্বদা॥
হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! ঐনা মুংঙাইবগী মূর্ত্তি তত্তুনা
ওইত্নুনা ভগবদ্ ভক্তগী মশক লৌত্নুনা লোক পুম্বা
মতম পুম্বদা ঙাক্নি।
পুনঃ রুদ্রযামালে—
তত্রাপি দীপ্তিমান্ দেবো ভগবান্ নন্দনন্দনঃ।
অন্তরে হেমরত্নানাং ইন্দ্রনীলমণির্যথা॥

অহুদসু লেপ্পা ভগবান্ নন্দগী মচানা ওান্নে।
মণিমুক্তা পুন্নমকী মনুংদা ইন্দ্রনীলমণিনা ওানবগুম॥

অনন্ত সংহিতায়াং—

অবতীর্ণো ভবিষ্যামি কলৌ নিজগণৈঃ সহ।
শচী গর্ভে নবদ্বীপে স্বর্ধুনী পরিবারিতে॥

কলিদা খোংলোইশিংগা লোইনহুনা অবতার তৌগনি।
শচীগর্ভদা স্বর্গগী তুরেন্না কোইশিনবা নবদ্বীপ্তা।

ভবিষ্যপুরাণে—

মহেন্দ্র! তব যা পত্নী শচীনাম্না মহোত্তমা॥
দদৌ তস্যৈ বরং বিষ্ণুঃ ভবিতাস্মি সুতঃ কলৌ॥
তদাজ্ঞয়া চ সা দেবী পুরীং শান্তিময়ীং শুভাম্।
গৌড়দেশে চ গঙ্গায়াঃ কূলে লোকনিবাসিনাম্॥
প্রত্যাগত্য দ্বিজো ভূত্বা কার্য্যসিদ্ধিং করিষ্যতি।
ভবান্ বৈ ব্রাহ্মণো ভূত্বা দেবকার্য্যং প্রসাধয়॥

হে মহেন্দ্র! নহাক্কী নুপী শচী কৌবী খোইদোক হেন্দোকপী ম্যাওান্দা বিষ্ণুনা কলদা মাগী মচা ওইনি হায়না বর পীখি। মাগী য়াথংদগী দেবী অসিনা মঙ্গলগী মশক ওইবী শান্তিনা লৈতেংবী মকম গৌড়-দেশতা গঙ্গাগীদি মপাল মী য়াম্না ভাবা মকম অহুদা হল্লকুনা ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লগা লাইগী থবক পাংথোক্কনি।

কপিলতন্ত্রে—

কাচিৎ সাপি কৃষ্ণমাহ শৃনু মদ্বচনং প্রিয়।
ভবতা চ সহ একাত্মামিচ্ছামি ভবিতুং প্রভো॥

মম ভাবান্বিতং রূপং হৃদয়াহ্লাদ—কারণম্।
পরসারঙ্গ-মধ্যস্থং ক্রীয়াকৌতুকমঙ্গলম্ ॥
পরস্পর স্বভাবাঢ্য রূপমেকং প্রদর্শয়।
শ্রুত্বাতু প্রেয়সী-বাক্যং পরমপ্রীতি-সূচকম্ ॥
স্বেচ্ছয়াসীদ যথা পূর্বমুৎসাহেন জগদগুরু:।
প্রেমালিঙ্গন যোগেন হ্যচিন্ত্য শক্তিযোগত: ॥
রাধাভাবকান্তিযুক্তাং মূর্ত্তিমেকাং প্রকাশয়ন্।
স্বপ্নেতু দর্শয়ামাস রাধিকাযৈ স্বয়ং প্রভু:।
অজো দ্বিভাবমাপন্নং স্বয়ং কৃষ্ণ স্বরূপত:।
অন্ত: কৃষ্ণ: বহির্গৌরং দ্বয়োর্ভক্তি পরো দ্বিজ:।
প্রেমভাব সমাপন্নো নিরুপাধি স্বয়ং হরি:।

মাসিবু প্রবন্ধ অসিদা অমুম্না অর্থ ওইনা উৎলি—
প্রেমময়ী শ্রীরাধা প্রেমগী রসদা প্রেমময় শ্রীকৃষ্ণগা
পুন্সিন্দনা লীলাদা মূর্ত্তি অমতনা কোংনিংবগী
অপাম্বা অহু মাহাক্রী মকমদা উৎখি। অহুগা
শ্রীকৃষ্ণসু মাগী মুংাশবীগী অপাম্বগা মশাগী
আনিংবগা মাম্নবদা য়াম্না মুংঙাইবা অমসুং থৌগৎ-
পা কংহুনসু (পুম্নমক ঙম্বা প্রভু) শ্রীকৃষ্ণ
হয়াওবনা থনখিহুনা খৌনাও-ফুনখিবদগী তুমিন্না
লৈখি। তুংদা মংগা লীলা শাম্নরবা মতুংদা রসনা
তম্ববা মতমদা আলিঙ্গন তৌহুনা তুমথনরুকপা
কীবমদা (প্রাণেশ্বরীনা তুম্মিবগী মতমদা)
যোগমায়াগী পাঙ্গলনা মশাগী শ্রীগৌরাঙ্গমূর্ত্তি
পুথোক্লে অমসুং শ্রীমতী রাধাবু মংদা উবগুম্না
উহল্লে। স্বয়ংরূপ শ্রীকৃষ্ণ মাহাক্রী মশক ওইরিবী
মশাগী হ্লাদিনী শক্তি ওইরিবী শ্রীরাধাগা মতম পুম্বদা

> তিন্নহুনা লৈ, অহুমক্তদা মথক্তা হায়প্রবা লীলা অসিগী
> মতুংদা শ্রীনবদ্বীপ্তা লীলাগী কোংলবা অসিদা
> মন্নুংদা মুবা, মপান্দা ভৌবা মচু লৌহুনা
> ভক্তি অনিমক্তা পুন্নবা ব্রাহ্মণ ওইনা অবতার
> ভৌবি। অহুনা গৌর লীলাদমু মাহাক হরিহুমক্লি।

শাস্ত্রগী লোন মথক্তা উৎপ্রবশিং উরে। মাখোয়শিং অসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা পোক্কদবা চহি চা কয়াগী মমাংদা ইবক্সবা ওাক্লি। কনানা কনাগী কননবা চাউননবা খুন্দুনা তোবগী রা অমতা চংনিঙওাই লৈতে তুংগী হায়রম্বা, ইরম্বা, কাওরম্বা হায়বসিমক্তবু উরগা খংবা, ভাব তারকপা ওাক্লি। অহুনা চৈতন্য প্রভু লাক্লবদা মাগী মরমদা থিজিন্নক্লবা মতমদা মথং মথং থোরকইবনি। মথক্তীশিং অসি নত্তবা প্রবন্ধ অসিদা অতৈহু য়াওরি। সামবেদগী মন্নুংচনবা ব্রহ্মভাগতা—তথাহং কৃতসন্ন্যাসো ভুগীর্বাণোঽবতারিষ্যে তীরে অলকনন্দায়াং পুনঃ পুনরীশ্বর প্রার্থিতঃ সপরিবার নিরালম্বো নির্ধূত কলিকল্মষ-কবলিতা জনাবলম্বনীয়--। শ্রুতিবাক্য অসিদা 'কৃত-সন্ন্যাসো ভুগীর্বাণঃ (ব্রাহ্মণ) সন্ন্যাস লৌরবা ব্রাহ্মণ হায়রিবা পদ অনি অসিগা ল্লোয়না 'অলকানন্দা' (ভাগীরথী) অমমুং 'ঈশ্বর পার্থিতঃ (শ্রীঅদ্বৈতনা নিজবা) য়াওরিবা অসি খল্লগদি কলিযুগতা নামসংকী-র্তন্নচিংবনা শ্রীগৌরাঙ্গদেবদা চঙববু খংহল্লি অমুম হায়না ব্যাখ্যা তৌই।

অথর্ববেদে—

বিশ্বম্ভর বিশ্বেন মা ভরসা পাহি স্বাহা।—বৈদিক ঋষিশিংনা মন্ত্র অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গবু খুক্লম্মি হায়নমু ব্যাখ্যা তৌরি।

মুণ্ডক উপনিষদে—

যদা পশ্যঃ পশ্যতে রুক্মবর্ণং কর্তারমীশং পুরুষং ব্রহ্মযোনিম্। অসিদা 'ব্রহ্মগী আশ্রয়গী মশক ওইবা, সনাগী মচু অমমুং পুন্নমক্তী

মপু' হায়রিবা বাক্য য়াহি পরেং অসিদা খংনিংঙাইদি সনা মচুগী ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গবু তাকপনি। মরমদি ব্রহ্ম মূর্ত্তিপান্দবনি; নিরাকার, নির্গুণ তত্ত্ব অথোইবনি, অদুনা নিরাকার-মশক নাইদবা ব্রহ্ম 'ব্রহ্মযোনিম্' ওইবা য়াদে অমসুং পুরুষ 'কর্ত্তা' 'ঈশ' 'রুক্সবর্ণ' (সনামচু) নত্তে। মরম আসন্দগী সনা মচুগী হকচাং লৌবা, পোকপা, শিবা অমসুং মাংখিবগী অমতা ঙাইবা মপু, মীওইবগী কংজকম থোকপা, পুম্নমকপু পীবা মীওইবগী মশক্তা ব্রাহ্মণ শাগেদা পোকপা শ্রীমহাপ্রভুগী মন্ত্রদীক্ষা কংলবা পুম্নমক সংসারদগী নাম্থোকচে। অদুনা মন্ত্র অসিনা নীংজবা কাংবু খংদনা শ্রীগৌরাঙ্গবু উপাসনা তৌবনি হায়রি।

অথর্ববেদে পিপ্পলাদ শাখায়াম্ -

ভগবান্ কলৌ পাপাচ্ছন্নাঃ প্রজাঃ কথং মুচ্যেরন্নিতি কা বা দেবতা কো বা মন্ত্রো ব্রূহীতি সহোবাচ রহস্যং তে বদিষ্যামি, জাহ্নবীতীরে নবদ্বীপে গোলোকাখ্য ধাম্নি গোবিন্দো দ্বিভুজো গৌরঃ সর্বাত্মা মহাপুরুষো মহাত্মা মহাযোগী চৈতন্যাত্মা ত্রিগুণাতীতঃ সত্ত্বরূপো লোকে কাশ্যতীতি। —বেদ অসিগী মরোল অসিদি য়াম্না শেংলে থিন্দুনা তাকপগা অম্না ওইরে। কলিদা পাপ্না কুপ্লবা তাইবংমীবু করি লাইনা করি মন্ত্রনা কোকপীগদগে হায়বা অথুপ্পা তাকপদা —জাহ্নবী (গঙ্গা) তুরেল মপান্দা নবদ্বীপ কৌবা গোলোক ধামদা গোবিন্দ পান্থ'ম অনি পানবা গৌর পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা, মহাপুরুষ, মহাত্মা, মহাযোগী, চৈতন্যাত্মা গুণ অহুমগী মপান্দা ওইবা শেংলবগী মশক ওইবা মকম অদুদা ফোংগনি—।

তথাহি—

চৈতন্য এব বাসুদেবঃ সঙ্কর্ষণঃ পরমেষ্ঠী রুদ্রঃ শক্রো বৃহস্পতি সর্বেদেবাঃ সর্বানি ভূতানি স্থাবরানি চরানি চ যৎ কিঞ্চিৎ সদসৎ কারণং সর্ব্বমিতি।

একদেবঃ সর্ব্বরূপী মহাত্মা গৌররক্ত শ্যামল শ্বেতরূপঃ চৈতন্যাত্মা সবৈ চৈতন্যশক্তি ভক্তাকারো ভক্তিপ্রদো ভক্তিবেদ্যঃ। অসিমদস্থ অমুক য়েংসি, 'চৈতন্য এব' হায়রগা থারিবা লাইয়াম হায়বদি বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, রুদ্র, ইন্দ্র, বৃহস্পতি, অহুগ.. লেৌঙ্গু পাল্লিবা পুন্নমক্কী কারণ (মরম) ওইনা উৎলে। লাই অমতনা পুন্নমক্কী মশক ওইবা মহাত্মা ওৌবা, ঙাংবা, মুবা, পুমঙৌ ওৌবা চৈতন্যআত্মা, চৈতন্যশক্তি ওইবা হায়না পল্লিবা 'চৈতন্য' শিং অসি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবুনি হায়না তশেংনা উৎপদি নত্তে। অহুদা অরোইবদা লাক্লিবা ভক্তগী মশক ওইবা, ভক্তি পীবা, ভক্তি খংনকম ওইবা হায়বা পদ অহুম অসিন। চৈতন্যদেববু নত্তনা অতৈ অমা ওইবা মাদে তাক্লি হায়না ব্যাখ্যা তৌই। শক উহন খংহন্দবা (পরোক্ষ) পাম্বা ভগবান্‌নি, অতুনা ভগবৎ-স্বরূপ 'পরোক্ষবাদ'না কুপশিন্দুনা শ্রুতি শাস্ত্রনচিংবদা খংদনবগী মওংদা বর্ণন তৌই [পরোক্ষবাদ—মওং অমদা গৈবা অর্থবু লোংশিন্নবগী রাখলদা মওং অমরোমদা হায়বা পরোক্ষবাদনি। বেদদা মাসি থেংনগনি। অপংবা মীদা স্বর্গনাচিংবগী নুংঙাইবা উৎলগা কর্ম্ম থিংজিন্নবগী রাখলদা তৌরগা কর্ম্ম তৌনবগী শিনবা পরোক্ষবাদকী খুদম্নি]। অসুম্না করিগুম্বদা পরোক্ষবাদনা করিগুম্বদা খন্না শেংলপ্না, করিগুম্বদা পুমশেং শেংনা অমসুং করিগুম্বদা অমুক কাব্যগী থুম্নবা অর্থনা হায়বদি 'ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা' তাকই। [কাব্যগী অথুপ্পা—মমৈ মকোক লোৎপা-অর্থ-ক্ষোংদোকপা অহুবু ব্যঞ্জনাবৃত্তি কৌই]। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মিং, মশক অমসুং মানা লেৌঙ্কদবগী নত্রগা মাবু কংজবগী রা শ্রুতিনা লাউরবস্থ মাহাক্ন। কাউরাক্লিবমখৈ জগৎনা খংবা, কাউবা ওমদে মগম অসিনা ভগবান্‌ নত্তবা কনানস্থ মুম্না থঙঙুবা নত্তে অহুদস্থ মাহাক্কী মশক মওং মচৎ-হায়বদি স্বরূপলক্ষণ অমদি ভৌথোক্লকপা মশক্লা—তটস্থ লক্ষণনা মাহাকপু খংবা ঙম্নি।

চৈতন্যচরিতামৃতনা মাহাক্কী স্বরূপ অমসুং তটস্থ লক্ষণনা মাহাক্কী অবতার মতমদা উরগা লক্ষণ অনি অসিনা কনানা ঈশ্বরনি খংই—

'আকৃতি প্রকৃতি এই—স্বরূপ লক্ষণ।
কার্য্যদ্বারা জ্ঞান এই—তটস্থ লক্ষণ॥
অবতার কালে হয় জগতে গোচর।
এই দুই লক্ষণে কেহ জানয়ে ঈশ্বর॥" চৈঃচঃ

মশক মওং অতুনি স্বরূপ লক্ষণ,
থবক্তা খংবা অতুনি তটস্থ লক্ষণ॥
অবতার ওইরবদা খংডি জগৎনা।
লক্ষণ অনিসিনা হৌনি খংই কনানা॥

ইম্রিনা লামতুনা ঊবা ওম্বা মহাপুরুষশিংনা ফাউতুনা য়ারবা অতুগা শ্রীপাদস্বরূপ গোস্বামি, শ্রীপাদ মুরারিগুপ্তা অনিগী কড়চাশিং, শ্রীল বৃন্দাবনদাস ঠাকুর, কবি কর্ণপুর গোস্বামি অমসুং শ্রীল কবিরাজ গোস্বামি নাচিংবগী লাইরিকশিংদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু মীদি ওইনা মাগী অওংপা ওইথোক্কবা লীলা পুম্নমকশিং অতুনা মাহাক্কা লাই ওইবগী লেংদ্রবা প্রমাণনি। অমসু অমুক ঝারিখণ্ডগী জঙ্গলদা শা কৈ শরোমনচিংবদা অমসুং লাচংদা মী পুম্নমক্কী মরক্ত শিবা-নন্দসেনগী হুইবু কৃষ্ণনাম শোলহল্লনবা অসিনচিংবা মতিক মওংগী, লীলাগী য়া থমখিসি। মাহাক্কী থোংথাং খুদিংদা লানা উবা কংজে মাহাক্কী শ্রীকৃষ্ণস্বরূপতগী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যস্বরূপনা থোক্কাল ফোংবদা দোই-দোকপা অমসুং ওইথোক্কবা মীওইবদা ওইদবঃ ফুংশিহৈবা অসিনা মাহাক্কা ভগবান্ ওইবগী লায়বা থুদম্নি।

অসিমক্ত যেংসি, শ্রীমদ্ মহাপ্রভু করামুক য়াম্না ফুংশি হৈবগে হায়রবু জীবগী অয়াবা ঊবগা মাহাক্কা ভাবনা থল্লহনা প্রেমনা লেপ্পনা

শিষ্যরগা পান্থোম য়াংনা থাজত্তুনা মায়কৈ মরিদা অয়াম্বদগী প্রেমগী মিৎয়েংনা য়েংবিত্তুনা জীব খুদিংগী পাপ মাংহনবি। অত্তুগা ব্রজপ্রেম মাহাক ঃ ত্তনা কনানা পীবা য়াদবা—অংশনা, ভক্তনা ভমদবা—পাপতা তুম্বা জীববু—কনবিবা ভগবান্ নত্তনা কনানা ত্তক্ষম থোকই। হন্দক কলি অসিদা নবদ্বীপ লীলাদা দ্বাপরগী শ্রীকৃষ্ণনা উৎপীখিবা থৌজালদগী হেম্রা থৌজাল উৎপীবগী খুদম কংনরবনি। অত্তুনা কলিদদি থৌজাল ভগৱানগী মখা পোল্রে—ভগবান্‌না থৌজালগী মখা পোল্রে হায়নরি। মথক্তস্থ পনখ্রে,মাসিগী মদমবু মাহাকী লৈজবা পূম্নমক পীরুবগে লেংলকপনি—মীশক নাইমবনি, খন্দবনি।

মথক্তা মহাপ্রভুগী শক্তা-য়াংদাগী য়া থয়া পনখ্রে। পূর্ণ ভগবান্‌তগী ওইবা শাবান্ অমস্থং শ্রীল কবিরাজনা মাহাকী চরিতামৃতদা থারি। মরেপ মণ্ডান্দা মশাগী ময়মদা (লম্‌দা) খুত্থপ মরি য়াংববু মহাপুরুষনি মমিং চংলি। অত্তুগুম্বা মী নাগ্রোধ- পরিমণ্ডল কৌই। চৈতন্য গুণগী তুংকম ন্যগ্রোধ- পরিমণ্ডল হকচাংনি।—

‘দৈর্ঘ্য-বিস্তারে যেই আপনার হাতে।
চারিহস্ত হয় মহাপুরুষ বিখ্যাতে॥
ন্যগ্রোধ-পরিমণ্ডল হয় তার নাম।
ন্যগ্রোধ-পরিমণ্ডল তনু চৈতন্য গুণধাম॥' —চৈঃচঃ।

[‘ন্যগ্রোধ-পরিমণ্ডলতনু’ হায়রিবা অসিমৈতৈলোলদা হায়রগা লেপকা লমগা মাম্নবা হায়বা অত্তুনি—মরেপকা মণ্ডানগা চায়না মপুংফাবা হকচাংবুনি। নাগ্রোধ—খোংনাংপাম্বী, ক্যামলৈ পাম্বী; পরিমণ্ডল—কোটবা, কোইরক কোইগুম্বা। অনি পুন'শল্লগা থবাক ফনবা, খাং চেংবা। মপীদা ওইরগনা থবাক কনবা, মখাং চেংবা, নীং চাউববু খংনৈ—অভিধান]।

মথক্তা লৌথংগ্রিবা অসিগী মথাদা অস্তুম্না চখরি—

'আজানুলম্বিত ভুজ-কমল-লোচন।
তিলফুল জিনি নাসা-সুধাংশুবদন॥
শান্ত দান্ত কৃষ্ণ-ভক্তি-নিষ্ঠা পরায়ণ।
ভক্তবৎসল, সুশীল সর্ব্বভূতে সম।
চন্দনের অঙ্গদ বালা চন্দন ভূষণ।
নৃত্যকালে পরি করেন কৃষ্ণ-সংকীর্ত্তন॥'— চৈঃচঃ

মরেপতা মরাক্তা খুন্দুপতা মশাগী—।
খুটুপ মরি ওইগনি মহাপুরুষগী॥
"ন্যগ্রোধ-পরিমণ্ডল" মাহাক্তী মমিংনি।
ন্যগ্রোধ- পরিমণ্ডলগুণ চৈতন্যনি॥
পাম্বোম্না খুকউ মখা ম্নৌবা মিংনা থম্বাল।
থা মায়থোং থোইদিং মপাল ওম্বা নাতোল॥
চন্দন-পাম্বোম—লৈতেং খুজি, চন্দন থোম্বা।
কৃষ্ণ সংকীর্ত্তনগী জগোয়দা লৈতেংবা॥

জগৎপু শেম্বা ব্রহ্মা কাওবা মশাগী খুটুপকী—অহুম মথায়দা মন্নাংই (সপ্তবিতস্তিকায়ঃ—ভাঃ) হায়। দ্বাপর নরলীলা শাম্নখিবা শ্রীকৃষ্ণ—কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্—হায়রিবা ব্রজেন্দ্রনন্দন ন্যগ্রোধপরিমণ্ডল শককম্না কোংখিবনি। অদুগা হন্দক কলি অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুসু ন্যগ্রোধ-পরিমণ্ডল শককম্না মশা কোংখিবনি। অদুগী মথক্তা মহাপ্রভুগী থোংলবা থম্বাল খুং অমসুং থোং ফুগাইননা শাংলবা অঙাংবা থম্বাল মানবা অমসুং কৃষ্ণগী চরণগুম খুরাদা শঙ্খ চক্র ধ্বজনচিংবা খুদম লৈবা অদুনা ভগবান্ ওইবগী মরমদা চিংননিং-ঙাই পুম্বা ককপ্রবা, তর্ক-তৌবা য়াত্রবা থোইদোক হেন্দোকপ্রবা

প্রমাণনি। মাসি মিংনা শংশং উহৌরবশিংগী মরাদগী প্রমাণ কংলবা ওইবনা সিদ্ধান্ত (রারেপ) অসিগী মরু ওইরবা প্রমাণনি, মাসিদা ভাবনা শাবগী রাকম অমতা চংলক্কে

অসুম্না অরিবা লিখিবা গ্রন্থ মথাম্না গৌরাঙ্গগী অবতার মরুওইবা মংাম ইরি। অওইবমক ওইরিবনা শ্রীকৃষ্ণলীলা অমসুং শ্রীগৌরাঙ্গ-লীলা মাখোয়দা কাউরিবা পুকচেল রাংবশিংগী রাবু পুরাণনা প্রমাণ তৌর। মাসি অতিথাগী গ্রন্থনাচংবা লাইগুম্বা মীশিংনা তান্নম্বা অরাপ্পা য়েংনবা যথ পায়বশিংনা প্রমাণ তৌহনা চুম্মি হায়রবগী প্রমাণগা অদ্ধানি।

ইতিহাসকী রাকম ওত্না ঐখোয়না আসমসু উই, গৌরচন্দ্র মহাপ্রভু সমাজগী, কাংলুপ খুদিংগী মীবু মাঙোন্না চাংশল্লি। মমিং নাইরবা আচার্য্যাশিংনা মাহাকপু "নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গো-ব্রাহ্মণহিতায় চ জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥" হায়না খুরুম্মি। অদুগা ভক্ত অতৈংশিংনসু বেদগী পুরুষসূক্ত মন্ত্রনা মহাপ্রভুবু চাইথে—'পড়িয়া পুরুষসূক্ত করাবে স্নান'- চৈঃভাঃ। অসুম্না কৃষ্ণগা মহাপ্রভুগা খেন্নদবান হায়না থাজবা সকুম্না 'দশাক্ষর গোপাল মন্ত্রে বিধিমতে"- (চৈঃভাঃ) মহাকপু পূজা তৌই। মথান্না —শ্রীম্ বাসুদেব সার্বভৌম ভট্টাচার্য্য,গুম্বা চৈ পাক পূম্বা জয় তৌরবা পণ্ডিত, শ্রীমদ্ প্রকাশানন্দ গুম্বা মায় খক্রবা মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংগী গুরু, ফত্তবদা মথন্ন চৈএব [illegible] ধাই লাকাশনবদা রারবা পাঠানগী লাম্মী লুচিংবা '[illegible] খাঁ', নবদ্বীপকী চাঁদকাজি, উৎকলগী মনিংতম্বা নিংথৌ শ্রী প্রতাপরুদ্রনাচংবা রাখল সাজং ইওন ওন্নবা কাংলুপশিংগী মীশিংনা মহাপ্রভুদা চংজখিবা ভক্তি আসনসু মাগী মশক তাকই। অমনা অরুক—অমতং অনিদং য়াম্নবদা অহুমদং কৈরগা যুগ ধর্ম্ম নাম সংকীর্ত্তন য়েনবাদ ভগবান [illegible] অদুনা

ইথিন পীবিরক্লগা হেন্দোক্লা ওইবা য়াবানি। ভক্তি, প্রেম-ব্রজপ্রেম তাকপীরবা ভন্বিবা চংবনা অংশ অংশাংশ ময়াম্না হায়রবদি 'স্বয়ংবৃত' ওইদুনা লাম্থোংশিন্দুনা মথৌ পাংথোকপা লাকপনি। ইরগা থনয়রবা কাংবু, মশানা চত্তুনা তৌদুনা উৎনবা কাংবু, য়ুমথোং থুদিং থুংহৌররোই মতাগুম নাম য়েনবা কাংবু, নাম শোন্দুনা উৎনবা কাংবু, নাম সংকীর্ত্তনা ভাওহম্নবা কাংবু, কাংবু ময়াম অৎেনবা মতমদা লোইশলম্নবা, লোইশিনবা ওম্নবা পূম্নমক হাম্নবা শিন্দুনা পুরক্লগা মাহাকী আনিংবা, মাগী থৌজাল, মাগী প্রেমগী পুকৈ, মাগী মী-ওইববু হুংশিবা বিশ্বপ্রেম তেম্না কক্লরবা মতমদা শিন্নবা, পাং-থোকপা যানবা গুনা পুরকপা থুৎলাইনি। 'পুনঃ পুনরীশ্বর প্রার্থিতঃ' ওইনা লেংলক্লগা ঈশ্বরনা ভাল্লগা অত্থম লেংখি। অদ্বৈত প্রভুনা কৌদুনা মত্তদা লেংলকে, অদ্বৈত প্রভু অদুনা চৎলো হায়রক্লগা মতম ওইরে নীংশিংলকুনা লেংখি· অদ্বৈতনা মবুঙ্ভোদা নথৌ লোইরে পাখোংনা হায়রকই। পাখোংদি মথাদা উৎলি—

'বাউলকে কহিও লোকে হইল বাউল।
বাউলকে কহিও হাটে না বিকায় চাউল॥
বাউলকে কহিও কাযে নাহিক আউল।
বাউলকে কহিও ইহা কহিয়াছে বাউল॥ —চৈঃচঃ।

অঙাওবদা হায়রু মীশইবা ভাওরে।
অঙাওবদা হায়রু কৈথেল চেং য়েন্দরে॥
অঙাওবদা হায়রু থবক্তা ওইজদরে।
অঙাওবদা হায়রুসি অঙাওবনা হায়রে॥

[অঙাওবদা—কৃষ্ণপ্রেমদা ভাওরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা হায়রু, মী পূম্নমক ভাওরে—প্রেমদা ভাওরে। চেং হায়রবদি কৃষ্ণপ্রেম অসিদা পূম্নমক্না

ভাওরবনিনা প্রেমকৈথেলদা চেং লৈবীনবা লৈত্রে। মরমদি মবুমদা মশা মশাগী পুকৈদা মতিক চানা চানা পৈহুনা থম্নবানিনা কনানা কৈথেলদা চেং অহু লৈনবা লাকনি? অহুনা পোৎকম কমজবদা মঙাইরে, লৈবীনবা'দ লৈত্রে। পোৎকম কম্বশিংনা শক্তুনা শোম্দুনা প্রেম য়েল্লিবা কাংবুবুনি, মাথোয় অহুসু থবক অহুদা মপুক থিং-জিনবা রাংলে। অঙাওবগী থৌজালদগী মীশক নাইদনা, মশক থন্দনা প্রেম কংত্রে। অহুনা'ন পোৎকমগী মীশংনা মপোৎ য়োনকম লৈত্রিবা—কনাদা য়োনগনি! অহুনা অশেংবা রাস কৃষ্ণ প্রেমদা ভাওরবা অদ্বৈতনা হায়রকই হায়য়ু। হায়রকহবা রাকম অসি মনিং মমাং লোত্তুনা পাখোংগী লোলদা অসিনা আচার্য্যনা প্রভুতদা পাথোং অসিনা হায়রকপনি। মাহাক্না তুমগদৌরবা সংসার কম্নবা মবুঙেঙাবু কৌথরে, থৌদা অহু পাংথোক্লবদা হনখিবা য়ারে লেংঙ্গ্রো হায়রকপনি নত্রগা নীংশিংলকপনি। মাসি কনানসু ভাব তাখিদে। হংনরক্লবদা প্রভুনা আচার্য্যগী হৌনবীনি, মাগী হায়ববু পুজাগী দমক লাই কৌথরগা পুজাহু লোইরগা বিসর্জ্জন তৌবা-থাদোকখিবা অহু হৌনসানি। ময়াম্না নোকই. প্রভুনা কহিগুম্বা অমতা লোৎপা ঙমত্রবা, থুম্না য়াত্রবা মনাই স্বরূপ দামোদরতংদি মায়থোং লাংশিনখি।]
অসুম্না পাখোং পাউ অাস তাবদা ভক্তশিংনা মথক্তা হায়খিবগুম অর্থ হংলকপদা প্রভুনা আচার্য্যগী রাবু কনানা খংগনি—এনা করি হায়রনি। মাদি অঙকপা ভাক্তা তৌবনি। লাই সেবাগী দমক কৌরে মতম কয়া সেবা চত্তুনা থম্নগা পুজা অহু পাংথোকপগা বিসর্জ্জন তৌই (থাদোকই)। ভক্ত ময়াম ঙকই অহুগা স্বরূপ গোসাইতদি ঙকখিদে, মায়থোং লাংশিনখি। অনিগুবা প্রভুনি হায়নরিবা দামো-দরদা প্রভুনা থুম্না ঙমত্রবা মনাইবু ভাব তাহন্দবা ঙমখিদে। অসিগুম্না নিপানা খোংচিন্দুনা থনম্বদা থাজবা উৎলোইদবগী মরম

করি নৈনি ? পাখোংগী মতাং ঙসিদস্থ ভাব তানদে, থোক্লক্লবা মতমদা হায়বদি প্রভুনা লীলা থুনা লোইশিনগ্রপদা ভাব তানরকই। তুংদা থোরকপগী মরমদা হায়বা অসিংঙত্ত্ব থোক্লক্লগা খংবা ঙাক্লি। পুরাণনা শাস্ত্রনা বেদনা চহি চা কয়াগী মতুংদা থোকনি ভাক্লিবা কনানা খংগনি নত্রগা খংনবা খন্নুনি। থোক্লক্লগা খংবগী রাতনি। থোক্লক্লবা কাওবদা তাপ হেক খংবা নত্তে। মণিপুরদা থোকখিবগী রা খরা খুদম ওইনা য়েংসি। মৈতৈ পুরাণনা পুথি অয়ুংবগী ঈশিং থকনি, লৈকাইহুপ্পা ঈশাইকু তিন্নগনি, চীঙ্ডা চীং পাইখিনি হায়রম্বগী বা তানরবনি। অহুব থোক্তিব্রৈঙ্গী মমাংদা কনানা করিনো থিদোক্লবা লাক্লবদি লাইরহুনা নীংবু নীংশিংনদে। থোক্লক্লপদি ঙসিবু ঙহৈরেকো হায়না খংনরকই। টৌক্তি কোক্ফু অচৌবা চমা শিক্লগা ঙহুগী ঈশিং ময়াম থক্লরম্মি। অসিবু পুথি অয়ুংবা হায়বদি অখিনবা হায়না শিজিন্নরম্ম। উন্নবতদা ভাব তানরকই। ইমুংদা ঈশিং চক্ষু ঙচৌবদা য়োক্নুনা থম্লগা ঈশিং থক্লরম্মি। মাসি মাগী মাগী ইমুং ঙহুগীনি। মশা মশাগী ঈশাইকুদা ঈশিং য়োক্নুনা থম্বা অহুশুম থোক্তি কোক্ফু অচৌবা অমরগী ইমুং ময়াম্না ঈশিং লৌহুনা থকম্মিরবা অহুব ঈশাইকু লৈকাই অহুনা পুম্না ঈশিং থোক্লগা থকম্মিরবগী রা ওইনা লৌহুনা ঈশাইকু তিন্নবা হায়রম্মি। মতম অসিদা, মুগ অসিদা চীং পাইখিনি হায়বা কনানা থাজগনি। পংতায় তায়বনি খঙহুনা লৈনরম্বা ঙাক্লি; অহুদা চীং অসি লৌথোকপ্রদা ভাব তানরকই। অহুনা ভবিষ্যদ্বাণী (Porphecy) গী মতংদি অসুম তৌই।

হায়খ্রিবশিং অসিদগী খংবা ঙাম্নবদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা থুপখিবা চহি ৫০০ (চা মঙা) হেল্লক্লবা মতম অসিদা কাওবা থিজিনবা, খংনিংবা, খঙউবা, তাক্লবা, পাক্লবা বাংপনা মরম ওইহুনা অমতা ঙায়বা মণি অসিবু—

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ

কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্—

অতৈ পুরুষক কলা অংশ ওটি কৃষ্ণতনা ভগবানমক্তি হায়রিবা অমদি

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহ ।

অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ।

—কৃষ্ণ খোইদোক ক্লেন্নোকপা ঈশ্বরনি। হৌরককম থংবস্তু অথংবস্তু মাহাক্তি মরমদি মরম পুরুমকী মরম ওইরিবা গোবিন্দ মহাক্তি। হায়রিব, ব্রজগী মঙ্গোম হুরানব, যশোদাগী ৎম্মোইগী লল, গোপ গোপীশিংগী খোইদোক্তা মহাভাবস্বরূপিনী ব্রজগী মবেম্মা শ্রীরাধিকাগা নিত্য ওঃহুনতা লৈবা শংখা মাগ অহুনা চত্তস্তু ওইবা লেংতক্নবা পাওা ঈরাক্তরবা জীববু কনবিবা অবতার, তমীনা অমত্তা ওইরগা লাকপা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী শাইন্ন্ আসদা চিংনবগী খুদোলতা নত্তবা তাথিওস্তু বংলি। খোজালকী দমক লোংলকপা ইবুঙো মাখোয়নস্তু খোজাল লিকপীগদবাদ নত্তে।

মথং আসদা অহানবা নাকলগী বা অমুক লোখক্ননা ?রাস। নাকল অসিনা পুথংলকইবা অহানবা রাকম্না মহাপ্রভু লাই নত্তে চাউবা য়াওনিংবা কাংবুনা ওইহনবনি হায়বসিনি লাইনি লাই-নত্তেগী বাদি অমুক হল্লিন্নহুনা কানত্রে। মথক্তা পীরবা প্রমাণশিং অহুনা পেনবা তমত্রবদি হিরাক অমা লেরয়োই। চাউবা য়াওনিংবা কাংবু থিরোকপদা বাগদবা নত্তে মহাপ্রভুগা তিমবা কাংলুপকী মীবু হায়বদি ধর্ম্ম, জাতি, লোল লৈপাক তিরবা মাশিং হায়বদি গৌরভক্ত গোস্বামিশিং মাহাকী মরমদা ইরথা হায়রম্না মাখোয়বুনি অমুকস্তু হায়রবদা বেদনা পুরাণবা শাস্ত্রনা হায়রম্মিবা, হৌজিক হৌজিক পুথোরুরকইবা অসিবু ম্যোনা মাখোয়দ হায়রমদে। মাখোয়দা কাউবা, ঊবা, থেংনবা মশক মক্কগী শোয়রে খন্দুনা খোংচিল্লম্বা, মরেক লানা লোংশিনবা য়াওদনা হায়রম্ল, ইরম্বা থক্তুনি। সনজীংতম্বা মরল মথুম থাদোক্ননা, স্বর্গমুক

মুংঙাইবা মকম থাদোকুনা বৈরাগ্যধর্ম্মদা পুম্না দীক্ষা লৌপ্রবা, অথাকপা থমত্রবা মানবসেবা— মীওইবগী সেবাগী দমক মবুঙেঙোদা মশা কাওবা কৎপ্রবা, শরণাগতধর্ম্মদা পুম্নমক শিন্নথ্‌বা ভক্ত মকোক-থেংবা মাখোয়দা হেক্তিম্মনা হায়রে। মাগী ঐনি হায়বগী, শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়বগী মপান্দা অতোপ্পা মশক অমা তাক্লিংঙাই লৈত্রবা মাখোয়দা হল্লালবা চাউপ্রবা দোষনি—বৈষ্ণবঅপরাধ—ভক্তঅপরাধ লৈরবনি। অদুবু 'অজ্ঞানকৃত' দোষনি হায়না ভগবান্না মাখোয়বু ঙাকপীসনু। কলিগী থোংলৈনা অদুক কন্নবা মতমদা ভগবান্না অবতার তৌববা হৌনদে হায়বা অসিমসু পুখৎলি। যুগাবতার তৌই হায়বা শাস্ত্রগী রানি অদুগা কলিসু যুগ অমনিনা যুগাবতার অমা চংই। নত্রবদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্তা খোস্তোক··· ···'সম্ভবামি যুগে যুগে'—(গীতা ৪/৮) অরানবা ওইবা তারি। অদুনা কলিগী অবতার সনা ফুদোংবা মচু মানগনি, অসিগী মথক্তা করি করি ওইগনি, করম্বা মওং ওইনি, কনাগী মচা অমসুং কদায়দা পোকনি নচিংবা শাংনা হায়প্রবা পুম্বা শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগা পুন্না চান্নবা, চেন্নবা য়াদবশিং শেংনা উরে। অদুনা চিংননবা করি লৈরি ? শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু বাঙ্গালা লোনবা কাংলুপ অমদা পোক্লুই হাযবদি অবতার তৌখি হায়দুনা মাহাকপু বাঙ্গালীতা ওইনা উগত্রা ? রস পুম্নমক্কী মপু 'অনাদিবাদি গোবিন্দঃ' শ্রীকৃষ্ণ মথুরাদা পোকপনি অমসুং ব্রজগী মকওইবা লীলা যশোদাগী মচা ওইনা শান্নখিবনি।

ইবুঙেঙো মাহাকসু মথুরাবাসি নত্রগা ব্রজবাসি ওইনা লৌদুনা মথুরাগী কাংবুনা চাউহন্ননিংদুনা নত্রগা গোপশিংনা মাখোয়গী থাক থন্না হাইগৎনবা চাউহনবনি থনবা নত্রগা হায়বা তারিবরা ? অসিগুম্বা বাক্যদোষ—হায়দৈদবা হায়বা অসিদগী ইশা ইশাবু কঞ্জনবা হোৎনবা তাই। থন্দৈদবা রাথল থাদোকপা তাই। মহাপ্রভু পিন্নবা

মাখলগী বাঙ্গালী নত্তে মহৈগী তুংক্রম ওইরম্বা মকমদা লেংথরগা জীবগী কান্নবা ওইগনি হায়রুনা নবদ্বীপ্তা খোংদাবিরবনি। মহাত্মা গান্ধি গুজরাটতা পোকচনমু -মাহাক গুজরাটীতা নত্তে -ভারতকী মপা (father of India) নি। কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ বাঙ্গালাদেশতা পোকচমু—মাহাক ভারতকী কবিগুরুনি, বাঙ্গালীগী নত্তে। জেসস্ খ্রাইস্ত (Jesus Christ) মেসোপোতামিয়া এসিয়া মাইনর কৌরম্বা মকমদা পোকখিবনি অদুনা মাগী ধর্ম্ম অমসুং মাহাক মকম অদুতগীরা নত্তে, মাহাক পৃথিবীগীনি।

মথংদা মহাপ্রভুবু ভক্ত কাওবগী থাক্কিনি হায়বা কাওবা য়ারে অদুনা মপুগা মনাইগা, ভগবান্‌গ ভক্তগা আসন-কফম অমদি য়ুম তিন্নবা হায়বদি মন্দির অমতদা লাংকম থোক্তে অমসু হায়'বি। করে ভক্তনি হায়বা অসিতং ওইনা নৈনসি। ভক্তগা ভগবান্‌গগী মরি মথক্তা উংগ্রে—স্বরূপ শরূপনা। মাহাক্কী থম্মোইশা তওনা মবুক্তেঙানা লৈতেংলবা মাহাক নত্তনা ভক্তং পুন্সি অমা মশক নাইদ্রবা ভক্ত অদুগা মবু'ভক্তগী ন ক্তা খীগ খোবদ অচাতা কাবিনে? অদুগী মথক্তা মহাপ্রভুদি মতোম তসু লাংনরিব'ন পূর্ণ'ব্রহ্ম ভগবান্ অদুনি খংনা খংনা কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা চামিন্নৈ, থকমিন্নৈ,তুমিন্নৈ। সখ্য ভাবতা য়ুংপ্রবা অর্জ্জুনদা ভগবান্‌না নত্রগা মাহাক মশানা অকায়বনি খল্লুদে। খেন্নবা হায়রববু পাণ্ডবগী য়াইমবা অর্জ্জুন 'ঐনি'হায়না কৃষ্ণনা তাকপী-প্রবসু কমানা অর্জ্জুনবু লাই ওইনা লাত্তে। ৺ভাগ্যচন্দ্রগী মতোম ইবুঙ্গো অনন্তশাই মপ্রি মাহাক্না লাংচবম্বা শ্রীবিজয় গোবিন্দজিগী মন্দিব মমুংদা থোগল য়াওরি। নৈতৈ নিংথৌ ময়ক্তা মপাঙ্গলদা মথৌনাদা নাইতোম তারম্বা মহারাজ গম্ভীরসিংহ মাহাক্না তৌরগা কংচরম্বা নিংথেম পুখ্রি মপালগী শ্রীরামজি প্রভুগী মন্দির মমুংদা শান্তদাসবাবাগা হৌজিকসু থোগস কংজ'র। অদুগা চৈতন্য প্রভুগুব

য়াম্ব। পোকখ্রে মাখোয় কনাবু লাইনী থাক্তা থাঙ্গত্তে হায়রিবা অসি-মস্থ পুমচুমচুম্বা নত্তে। শক্তিগী অংশ খরদং য়াওবতনা ভগবান্‌গী থাক্তা কাক্লবা য়াদে অহুগা শক্তি খরহু য়াওব্রবস্থ মাহাক মাহাক্কী মথৌশিং পাংথোকপা ঙমদে। মাখোয় পূম্নমক মাগী মাগী থাক থাকী মতুং ইন্না নেমই-রাংই। ঈশ্বরগী, ভগবান্‌গী গুণশিং অহু লৈতনদি লাইগী থাক্তা য়ৌরুবা য়াদে। বুদ্ধদেবগী রা য়েংসি মাহাক ঈশ্বর ওইবনা ঈশ্বরগী থাক্তা অহুম কাখি। কনানা শেম্বিহুনা থাঙ্গংলুবা নত্তে। বাঙ্গালীনি হায়রিবা গোস্বামিপাদশিংগী পুস্তি-রাবি পারগা, তারগা, খংলগা অমম্বা অসি কোক্কনি নীংই। বাঙ্গা-লীনি হায়বা রাখল কদোঙৈদা মাখোয়গী থম্মোইদা কাউরমদবগী মথক্তা মাখোয়দি গুপানি হায়বগী রাখল কাওবা মশাদগী মাংপ্রবনি, গোপী প্রেমদা আশ্রয় তৌজরগা চংজরগা মঞ্জরীশিংগী কৃপা নিজহুনা সখীশিংগী তুংদা লেপচহুনা ভগবৎ সেবাদা, কৃষ্ণগা থৌগলদা পুম্নমক কৎপ্রবা ঙাক্তনি। [ মঞ্জরী—সেবা খেন্নবগী মতুংইন্না গোপী-শিং অনিথোক্না থাই—সখী অমস্তুং মঞ্জরী। শ্রীমতী রাধাগুম কৃষ্ণ-সেবা তৌহুনা ইবুঙোগী মুংঙাইনবা হোৎনবা অমস্তুং পেন্নবা লাং-জবা মাখোয় সখীনি--ললিতা বিশাখা অসিনচিংবী। মাখোয় স্বরূপ-শক্তিনি অমস্তুং মনিং তম্না সেবা চৎচবীনি। সখীশিং নিত্যসিদ্ধানি হায়বদি মশাদগী শ্রীকৃষ্ণদা লৈজবা পেমনা কোটীরক হেন্না রাংনা থমজৈ। মাখোয়স্থ শ্রীকৃষ্ণমুক্ত নিত্যনি অমস্তুং মুংঙাইবগী মশক্নি। নিত্যসিদ্ধা ওইবী গোপীশিং মশিং থাকম খংত্রবা মতমদগী কান্তা-ভাবতা মশা কখোক্তুনা মশাগী হকচাংনা সেবা কংজবীশিংনি। মপুংদা মাখোয়স্থ হ্লাদিনীশক্তিনি। মাখোয় নত্তবা সাধনসিদ্ধা কৌবী গোপীশিং অমস্থ লৈরি। মাখোয়না সাধন তৌজবগী মহেনা সিদ্ধি-কংজরহুনা গোপীগী থাক্তা কাঙ্গগা নিত্যসিদ্ধাশিংগা লোইননা

শ্রীকৃষ্ণগী সেবা কংজে—মাখোয়বু সাধনসিদ্ধা কৌই। মপুংদা মাখোয় জীবতত্ত্বনি হায়বদি ভাগবান্‌গী অংশনি। অদুগা মশানা, মশাগী হকচাংনা কৃষ্ণগী সেবা তৌজদবী, রাধাকৃষ্ণগী মিলনগী অমসুং সেবাগী মতেং ওইনা পাংথোকপনা মাখোয়গী মথৌ অথোইবনি মঞ্জরী মাখোয়না মঞ্জরীনি। মাখোয় শ্রীরাধাগী মনাই অমসুং মমুংহুনবা সেবা কংজবীশিংনি। মমুংহুনবা সেবাদদি সখীশিংদগী মঞ্জরীশিংনা ওয়না য়াম্না হেন্নি। —শ্রীরূপ মঞ্জরী, শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরী অসিনচিংবী মাখোয় য়াথং ভাইহুনা লৈজবীনি অদুগা সাধনসিদ্ধা গোপীশিংগী মমুং চন্নি।]

মথংদা রাত্রিগী রা লৌখত্তুনা য়েংংস। নিতিগী তৌবা গোবিন্দ দর্শন্দা একান্তিক ওইবা, করিমতনা মাহাক্কী দর্শন্দা অকায়বা পীহন-দবা থাগৎনিংভাইনি। গোবিন্দজি নত্তবা কনাবু নাক্তা লৈনা লৈনা উদবা অওইবমক রাংলবা থাক্কী সাধন্নি। মাসিদা শেংদবা অমতং লৈরিবদি ইবেম্মা ওইদা থোগল তৌরিবী কৃষ্ণময়ী হ্লাদিনীগী মশক ওইবী শ্রীমতিবু দর্শন মৃতম অদুদা উই উদে হায়বগী রাকম অসিনি। গোবিন্দজিদা পুক্নিং চংখিবনা ইবেম্মাগী দর্শন কাওবা য়াওরম্নরোইদ্রা হায়বগী চিংনবা অমা অভাবদা লৈহৌরে। কারনা সিংহাসন্দা লেং-শিনবা য়াওরিবা শ্রীগৌরচন্দ্রপ্রভুবু শুকউ উরক্লবা শ্রীগোবিন্দজি-বুদা দর্শন ওইবা অদুদা ইবেম্মাগী রা অসিমক্ত পন্‌বগী রানি। মহা-প্রভুবু উরবা অদুদা অশাওবা অমা মপুক্তা লাকখি। মতিক চাদনা তৌকম থোক্তনা চৈতন্যপ্রভুবু লাই ওইহল্লি খন্দুনা পেম্মনখিদহুনা আরতি লোইবগা থুনা লৌথোকউ হায়হুনা পুজারী ব্রাহ্মণদা হায়-রমগা মাহাক হল্লক্লে। মচুং মুমিৎতসু অদুম লৈরম্লে অদুদা শাওহুনা গোবিন্দদর্শন কাওবা তোকত্রে। কনা য়োরবা রাখলনি, কনা শাওরবা মচৎনি। হায়নরিবা নিপা অসি শ্রীগোবিন্দজিগী মন্দির

অমসুং শ্রীগোবিন্দজি নত্তনা মণিপুরগী করিগুম্বা মন্দির অমতদা কৃষ্ণদর্শন তৌত্রবা মীশক ওইনা মশানা তারে। মণিপুরগী মন্দির অয়াম্বদা অসুম্না লেংশিনবনি, দর্শন তৌরুরবদি শোইদনা উরককম থোকই। গোবিন্দজি দর্শন মশাগী চহিনা চংশিল্লরুবদাময়াম্না তৌনবগুম্না, তৌবা হৌগংপা ওইবা তাই। পারমপরাদগী তৌনররুবা শ্রীগোবিন্দনিপ শমক্তা নরুনা তৌররুবা অহুবু মাহাক্না লাল্লে হায়রগা কনা পুঞ্জ বীনা হাপনি অহগা তাহনা করম্না লৌথাকদৌরিবনো? মাহাক শ্রীগোবিন্দ সেবাদা কনানো? অহুগা মানা হায়বা করিগী তাপদৌবিবনো? ওথি তাথি থুম্লরুবা লাইবক কয়নি লৌকম থোকই। খ্বাইদগী লাইবকথিবা অমদি অরাবগী মশক ওইরিবদি থংজিনবা, উশিনবা, তাশিনবা, পাশিনবা খরা রাংখিবনা মতম অহদা ওইবা বাঙ্গালীশিংগী রাখঙ্গ, মী উইশিত্তুবা মচৎ উবদা য়ানিংদবা শাজৎনা হেন্মনবদা শ্রীগৌরাঙ্গসু গৌড়দেশতা পোকপগী দমক বাঙ্গালীগী থাক্তা লৌখিহনা মতোম থম্মোইদা পোকচররুপা বঙ্গালীবু পেন্দবা মরক্তা পুশিনখিহনা হায়হৈদবা লোল শিঞ্জিন্নবতা নত্তনা ইষ্টদেব দর্শন কাওবা ককথৎখিবা থাকৈংশেংবমক মসিনগী হেন্না অরাবগী মশক অমা লৈকম থোক্লে। বাঙ্গালা হৈবা কালগী মীন। চৈতন্যচরিতামৃতগী আদিগী অহু মশুবা মতাং অহুতা ওইরবসু অমুক্তং পারম্নবদি অসি য়ৌনা খল্লমগান, হায়রমগনি থাজদে।

মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক শ্রীগৌরগোবিন্দ বিগ্রহ নোংমাইজিং চৌংগী মনাক্তা সেবা চৎলি অসুম্না শ্রীগৌরগোবন্দ বিগ্রহ শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা মণিপুর শ্রীগোবিন্দগী নাক্তা তৌবগুম বিগ্রহ অসি লেংশিল্লি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান্না অসুম্না হায়—শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীগোবিন্দগী মনাক্তা লেংশিল্লিবা শ্রীগৌর

মূর্ত্তি অমুবু শ্রীগৌরগোবিন্দ কৌই। নীলাচলদা শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা কাশীশ্বর পণ্ডিতপু শ্রীবৃন্দাবন্দা চত্তুনা শ্রীরূপ সনাতনগী মনাক্তা লৈক হায়না তাকপীরে শ্রীজগন্নাথগী নাক্তা লৈবা শ্রীকৃষ্ণ বিগ্রহ অমুবু পুথোক্লগা মাহাকপু ভৌইহন্নুনা প্রভুনা হাধক্কই এগা। বিগ্রহ অসিগ থেন্নদবনি থংনা সেবা চৎলু। অত্তোবা হকচাংগী শ্রীকৃষ্ণ অংগা শ্রীগৌরাঙ্গগা লুকসু হাম্মিন্নে। শ্রীকাশীশ্বরনা দণ্ডবৎ তৌনা খুকম্নগা শ্রীগৌরগোবিন্দ লেংহনা শ্রীবৃন্দাবন য়ৌগ্রে। মূর্ত্তি অসি হৌজিকসু শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীগোবিন্দগী নাক্তা ওাল্লি —অমুনা প্রভুনক্না শিন্নুনা লেংশিনহন্নাম্মবা অমু মণি-পুরদসু তৌবদা অকায়বা অন্নানবা লৈনিংওাই লৈতে। য়াকম অসিগী দমক শাংথকবা কাম্নদ্রে। শ্রীগৌরচন্দ্রমহাপ্রভু -ক্না 'অজ্ঞানকৃত দোষ' নি খনবিহুনা ওাকপীসনু—থৌজালগী মপু ওাকসু ওাকপীবম্ন-গনি। ভক্ত শিরোমণি ভাগ্যচন্দ্রগী মইবাক্তা, ভাগ্যচন্দ্রনা নিরূপণ, তৌহুনা, মহারাস কত্তুনা পৃথবী পুম্বদ শন্দোকপীবা মাহাক্না, মাহাক্কী মৈন্নবাক্তা মবুওতাগী মগুদা অফায়বা সেবা চৎলক্ষম থোক্তে, চৎলোই —ওইথে ক্তে খনবনা চুম্বনি। মতম্নাশং অমুদা হৈন্নবা পণ্ডিতশিংগী মশিং মণিপুরদা তাংওম্না নত্তে হৌজিকতৌনা মালহন্নবগী হোৎনবা কাংবুগী মন্নুংদা চনবা য়াবা পণ্ডিতশিং নৎলমদে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী শকতাকপা অসিদগী হেন্না চখনিংওাই নত্রগা চথক-বগী ওইজবা লৈত্রে। মথক্তা থন্না অসিনা হকমল্লবনি, অসিদগীদি য়ানা মুম্না শাইরবা অমু অমুক শাইহুনা শান্নবা মাল্লক্লগনি। থন্না অসিদগী হৈনিংবা পোক্লক্লগা হেন্না থংনিওওকপশিংদা হৈনিংবগী মৈন্না অচৌবা ওাল্লা চুখৎপীরগনি। মহাপ্রভুগী পুন্সিগী মতাং খুদিংনা ভক্ত-কবি অমসুং লেখকশিংনা ইবিরম্বদা গৌরাঙ্গদেবনা লাই ওইন শেওনা মন্নেক লানা চোংথোক্লকনি। রাধা কৃষ্ণনা পুন্নগ গৌরাঙ্গনি হায়বদি

অনিমক্কা মাহাক ওইরবনি অহুনা কৃষ্ণভাব, রাধাভাব লৌনিং বা মতমদা লৌবদা কি কারণ্নি নত্রগা ভক্তিংভাই লৈবি ? অহুগা ভক্ত-ভাবকী মরমদা মনাই সনাতন্দা তাকপী থ—সনাতন এই ইশানা তৌরগা ভক্তভাব লৌহুনা সেবা চৎলগা ময়ামু তম্বিবনি। পুরূপ অমুক শমজিন্নগা রাধাভাব অমুক লৌ, কৃষ্ণভাব অমুক লৌ, ভক্তভাব অমুক লৌ তৌহুনা মাহাক্না কপ্লগা জগৎপু কপহল্লিবা, সংকীর্ত্তন্দা মাহাক্না প্রেমদা ভাওহুনা চোংলগা তেংবানববু চোংহল্লিবা, মানা জগোয় শারগা শাহল্লিবা, মাগী প্রেমগী ঈরাওখোলদা পুক্নিং লুপহল্লিবা, মাগী প্রেমগী ঈথকী ঈচেলদা লুপ্তনা তাউখজনিংবা শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু ভক্ত নত্তে, ভগবান্গী অংশ নত্তে ভগবান্ অহুমক্নি হায়না কবিরাজ গোস্বামিনা লাউবম্মি,—মাহাক ভক্তগী ভগবান্নি, জ্ঞানীগী ব্রহ্মনি, যোগীগা পরমাত্মানি হায়না চথরগা পেল্লক্রুহুনা খোস্তং হপ্রহুনা লাউরম্মি, মহাক গোবিন্দ অহুমক্নি ব্রহ্মনা মাগী মঙাল্নি, অন্তর্য্যামী পরমাত্মানা মাগী অংশ বিভূতিখক্তনি। অহুনা মাহাক—এতেচাংশ কলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্—হায়বা ব্রজেন্দ্রনন্দন বিভঙ্গসুন্দর ঈশ্বর, বিশ্বজগৎ পুম্বু চৌশিনবা মাহাক অহুমক্নি। হন্নক্তি রাধা কৃষ্ণ পুন্নরবনিনা মতম পুম্নদা পুন্সুনা লৈরে কবিগুম্বদা খায়নদরে। মহুনা শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতদা কবিরাজ গোস্বামিনা হায়বা -

> বংশীধারী জগন্নারী চিত্তহারী স শারিকে।
> বিহারী গোপনারীভির্জীয়াম্মদন মোহনঃ॥

—হে শারিকে! বংশী পাবা জগৎকী মুপী পুম্নমকপু শুক্নাৎপা গোপীশিংগা শান্নবা মদনবু শুক্নাৎপা কৃষ্ণগী জয় ওইসন্নু।

রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদন মোহনঃ।
অন্যথা বিশ্বমোহোঽপি স্বয়ং মদন মোহিতঃ ॥

—রাধাগা লৈমিন্নবা মতমদা মাহাক্না মদনবু শুদ্ধাংলি।
অতৈ মতমদদি বিশ্ববু শুদ্ধাংলবস্থ মদন্না মাবু শুদ্ধাংলি।

অহুনা মদন্না শুদ্ধংপা শুমদ্রবা রাধাকৃষ্ণনা পুন্নুনা মাগী অনীং-বশিং অহু তৌগে অমসুং তোবিরমগে নীংবা মথোশিং পাংথোকপা হন্দক লেংথরকপা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনি —মাহাক্কী জয় ওইসন্নু।

—গৌড়ীয় বৈষ্ণব গোস্বামিশিংনা
পীবা গৌরাঙ্গ অমসুং রাধা কৃষ্ণগী
অশেংবা মশক

শ্রীমদ্ভাগবত অমদি পুরাণ কয়ানা বেদ অমসুং শাস্ত্র কয়ানা ময়েক লানা, শেংনা খুংনা হিন্দু । কয়া তাকই থুপচিন্না, মরুমদা লেপতুনা কয়াস্থ ইঙ্গিংন, মওং মতৌন থৈংলি। অহুনা মধা অসিদা গৌরচন্দ্র প্রভুগী মরমদা তশেং তশেংবা মাহাক্কী মথৌগী তাইবং-পানবদা তশ্বিবগী মশক অশেংবা লাহু অমুক য়েংলসি। হন্দক চৈতন্য-দেবনা লেংথরকপা অসি খুগ অনিগী লীলা পুহুনা লেংলকপনি। ব্রজগী থুন্নবা লীলা ব্রজবাসি পূম্বগা শান্নখিবা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং কান্তারস কনা ব্রজগা মীদা উৎনিংঙাই লৈতনা শান্নখিবা প্রেমগী, ভক্তিগী লংলবা থাক্কী লীলা নবদ্বীপ্তা অবতার তৌহুনা পুন্না লোইনরক্নগা নিবা য়াওদনা খিকর্থবিররবা প্রেমগী লীলানি। অওই-বমক হায়রবদি অতৌবা রাধাকৃষ্ণ, অনৌবা গৌরাঙ্গ—ভক্ত কবি, দার্শনিক, গোস্বামিশিংনা অনৌবা অশেংবা মশক তেংবানবদা ফুমহুনা লৈরম্বা শেংলবা মওংদা উংগীরম্বনি। অরৈবা পুম্বা পীবি-রম্নবশিং অহু ভক্ত গোস্বামিশিংনা অওম অওম্বা খোচিন্দুনা থম্বিরম্ব-দগী হৌজিক ঐথোয়গী ইরল ওইজরি। হন্দকী লীলা অসিদা

মহাপ্রভুনা ব্রজগী থুপপ্রবা অমসুং থুমপ্রবা কৈশোর লীলা অমসুং মাহুগী প্রেমগী ঈচৌ ব্রজবাসিতগী ওইবা ব্রজগী প্রেম পৈশিন্দুনা থম্বিরম্বা মীওইবনা নীংজনবগী পুকৈ হন্দক্কী অসিদা মহাপ্রভুনা উত্তুনা হায়বদি ভক্ত অমুক ওই, কৃষ্ণ অমুক ওই, রাধা অমুক ওই তৌহুনা মশানা উৎলগা, তৌরগা, চংলগা রাধা কৃষ্ণগী ওইকম থোকপা অমদি ওইখিবা মওং অদুনা রাধা কৃষ্ণগী অনৌবা শককম ভাব তানবা মশক থংহন্না উৎপীরম্বনি। থংনিংদবা, থংবা পামদবা মীওইশিংনা মাংজবনি অদুগা ভক্তশিংদি পেনবা নাইবা থংদনা মিকুপ খুদিং চুপচহুনা পুন্সি মহৈ মালহাল্ল চৈতন্যদেবগী দানদি মপাল নাইদবনি-- অহিংসানা খুৎলাই ওইদুনা প্রেম হৈথবীবদা অপিক অচাও, অতোনবা, অরাংবা পূরমক তেমথোকলগা মানব-প্রেম মী খুদিংবু মুংশিবা অমসুং মুংশিনবা তম্বীরম্মি। অসিগুম্বা প্রেম অসিদা লুপপ্রবশিংনা মীওইববু মাংনবা শিনবা হোৎনবদি থম্রহুনা পিকপ্রবা জীব অমবু কাওবা মাংহনবা ঙমদে।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী মতমদগীদা বৈষ্ণব সাহিত্য থোকপা নত্তে। লিরবা বৈদিক যুগতগী হৌনা শ্রীবিষ্ণু অমসুং বৈষ্ণব শব্দগী চংনরকপা থেংনরক্লি। এহুনা ঐখোয়না থংকম অমসুং লৌকম থোকপাদ মতম মহুগী লাইরিকশিংদা শ্রীবিষ্ণুগী থেংনরিবা থরহু ভারতকী অরিবা বৈষ্ণব সাহিত্য নত্রগা অসুম্মা হায়বসু য়াই— হৌজিক্কী বৈষ্ণব সাহিত্যগা পুকোক্লি।

ঋগ্বেদদা—অহানবা মণ্ডলদা কুম্নিথোই ত্তবা সূক্তগী ১৬-২১ ঋক্ কাওবা শ্রীবিষ্ণুগী আরাধনানি। ১৫৪ সূক্তগী ৫—৬ ঋকতা শ্রীবিষ্ণুগী মতিকশী—মতিক মগুণগী মরমদনি, মাগী ধাম অহন্না পূর্ণ (মপুংফাবা) মধু (অথুম্বা) অমসুং আনন্দময় (নুংঙাইবা) নি। শ্রীনীলকণ্ঠ সূরী মহাশয়না মন্ত্রভাগবত্তা অসিগুম্বা ঋক্ ১৫০ পুথোক্তুনা বিষ্ণু উপাসনা আরাধনা, লীলা ঋগ্বেদদা যাওবিবশিং উৎলি।—

ঐতরেয় ব্রাহ্মণদা শ্রীবিষ্ণু যজ্ঞেশ্বর কৌই।
শতপথ ব্রাহ্মণদা 'বিষ্ণু দেবতানাং শ্রেষ্ঠ'—হাইপুবগী বিষ্ণুনা অখোইবনি হায়। খাদা থেনা উপনিষদ অতৈ অতৈদসু শ্রীবিষ্ণুনা কোংবা অমসুং মাগী লীলা পাওরি কয়না পণ্ডিতশিংনা হায়।

মথং পৌরাণিক যুগতগী রামায়ণ, মহাভারতা বিষ্ণুগী নাম, ধ্যান মন্ত্র, মশক্কী মখল মাতৌ নিংথিনা ফংবা ঙাম্ম অতুদগী অমুক পুরাণশিং অমসুং পঞ্চরাত্র শাস্ত্র মতুংদা মরু ওইনা পদ্মপুরাণ অমসুং নারদপঞ্চরাত্রদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৈনবগী আচারা শরুক য়াওরি। মতম অতুদগী মথং মথং মখাগ্রামদা বৌধায়ন (ঋষি অমগী মতাংদগী ঠাদুনা যামুনাচার্য্য বিশিষ্টাদ্বৈতবাদকী য়াবা অমসুং রামানুজগী অখোইব গুরু অমসুং মাগী মতুংদা রামানুজাচার্য্যনা 'শ্রী' সম্প্রদায় লিংখৎলে অমসুং সম্প্রদায় অসিনা বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ মোং (মত) য়াই।

[শ্রীরামানুজাচার্য্যনা য়াবা মত (মোং) অসিনা য়াথবদি ব্রহ্ম মতোংতা ঙাইবা অমা নত্রবসু অমমা ওইবা (একত্ব) অমসুং 'অদ্বয়' ওইবদা অকায়বা লৈতে। মরমদি তত্ত অতোপ্পা অনি অতুগী হায়বগী জীব অমসুং জগৎ ব্রহ্মগী মথুং চনবা অমসুং থুপচনবগী মশক থেংনা মাংখায়সু অরেপ্পনি, ব্রহ্মগী মপান্দা নত্রগা মানং তম্না লৈবা নত্তে। মসিদা 'এগী অমসুং মীগী' হায়নবা খেন্নবা মীৎ মরমদ মকম পুম্বদা লৈবা পুমনমক কনবা ওইবা ব্রহ্মগী মপান্দা মাগা মান্নবা নত্রগা অতোপ্পা মখলগী করিগুম্বা অমত্তা লৈতে; অদুদা ব্রহ্মগী মরম্মাংগী ওইবা খেন্নবাদি লৈ। চিৎ (জীব) অমসুং অচিৎ (জগৎ) মাগী মরম্মাই খেন্নবা (স্বগত ভেদ) নি—মাখোয় অসি পুম্বা ব্রহ্মগী মথুং চনবনি, অদুনা ব্রহ্মগুম সত্য—(অচুম্বা) নি ; অদুদা ব্রহ্মগী মানগুবা মওং মশক্তি নত্তে। অদুনা ব্রহ্মনা অংশী (মাঙোন্দগী ওইরককম) অদুগা জীব অমসুং জগৎনা অংশ (মাগী শরুক মচেৎ), ব্রহ্মনা পুনকম, তুংকম অদুগা জীব অমসুং

মন্নেক থুদিং কাওবা রাধা কৃষ্ণগী মানগী লীলানি।

অহুদগী তরামন্নি শুবা শতাব্দীদা অনৌবা ঈচেলগী যুগ অমা থুংলরে। মাসিদা বাঙ্গালালোলগা সংস্কৃতকা মৈথিলীনচিংবগা ভিন্নরগা অনৌবা স্বর তালনা পদাবলী অমসুং কীর্ত্তনগী রাধাকৃষ্ণ লীলা পুথোকখি। মাসিবু শেমহনা পুবক্পনা মিথিলাগী কবি শ্রীবিদ্যাপতি অমসুং নান্নুরগী বাঙ্গালী কবি শ্রীচণ্ডীদাসনা মাখোয়না বৈষ্ণবসাহিত্যগী কাংথক্তা লৈ, চন্দন্না থলহল্লগা বসন্ত থৌরাংজবা রসিক ভক্ত খোইমুশিংবু মায়কৈ মাবদগী চৌংশিল্লকই।

বিদ্যাপতিনা শক্লম্মি—

কি কহব রে সখি ! আনন্দ ওর।<br>
চিরদিনে মাধব মন্দিরে মোর॥<br>
পাপ সুধাকর যত দুখ দেল।<br>
প্রিয়া মুখ দরশনে তত সুখ ভেল॥<br>
আঁচর ভরিয়া যদি মহানিধি পাই।<br>
তব হাম পিয়া দূরদেশে না পাঠাই॥<br>
শীতের ওড়নি পিয়া গিরিষার বা।<br>
বরিষার ছত্র পিয়া দরিয়ার না॥<br>
ভনয়ে বিদ্যাপতি শুন বর নারী।<br>
সুজনক দুখ দিন দুই চারি॥

[ করি হায়নি সখি ! নুংঙাইবগী ওমথৈ। তত্তুনা মাধব ঐগী মন্দিরদনি। পাপী থানা পীখিবা অরাবা অদুক নুংশি মাইথোং উবদা অদুক নুংঙাইরে। কিগাও থন্না মমল নাইত্রবা মণি অসিবু কংজরবদি ঐ নুংশিবা অসিবু অরাপ্পা লমদা থাররোই। মলয় পর্ব্বতকী শুম্বা নিংথমগী কিগুম বরিষাগী কোকথননি নুংশিবা কৌগন্নু বিদ্যাপতিনা হায়, তাও নিংথিবী নুপী ! সদ সঙ্গ তৌবা মীগীদি অরাবা দুমিং অনি মরিতগীনি— চাউরাকপা অর্থান। ]

বিদ্যাপতিগী লোলগী অথুবা শিংথারকপদা করবা, মশাগীনি, অহুগা চণ্ডীদাসকী ওইবনা ভাবকী অরাংবা, খোরাংবগী লুম্নবা মশক্তি। বিদ্যাপতিনা মুংঙাইবগী অহুগা চণ্ডিদাসনা অরাবগী কবিনি। বিদ্যাপতিদি খাইনবদা রাই, চণ্ডীদাসনা উররবমক্তদগী মুংঙাইবা ওমদে। বিদ্যাপতিনা প্রেম অগংকী মচি (সার) নি হায়, চণ্ডীদাসতদি প্রেমা অগংনি পৌই। চণ্ডীদাসনা রাধা অমসুং কৃষ্ণগী মিলনদগী 'দুঁহু কোরে দুঁহু কাদে বিচ্ছেদ ভাবিয়া'—কোমহুনা লৈরবা মক্তদা কায়ননি খল্লুনা কপ্পি।—

অমুকসু হায়রি—

সখিরে! কি পুছসি অনুভব মোর
সেই পিরীতি অনুরাগ বাখানিতে তিলে তিলে নূতন হয়॥
জনম অবধি হাম রূপ নেহারনু নয়ন না তিরপিত ভেল॥
[সখি ঐঙোন্দা করম ফাউবগে নংনা হংলি।
প্রেম অনুরাগকী রা লিবদা মিকুপ খুদিংদা নৌথোকই।
পোকপদগী ঐনা উরবা শককম্নি অহুবু মিংনা পেনবা ওমজদে।]

চণ্ডীদাসকী ভাব অমসুং মবোল অমুকা য়েংসি—

সখি! কেবা শুনাইল শ্যাম নাম।
কাণের ভিতর দিয়া মরমে পশিল গো,
আকুল করিল মোর প্রাণ॥
না জানি কতেক মধু শ্যাম নামে আছেগো,
বদন ছাড়িতে নাহি পারে।
জপিতে জপিতে নাম অবশ করিলগো,
কেমনে পাইব সই তারে॥
নাম পরতাপে যার ঐছন করিলগো,
অঙ্গের পরশে কিবা হয়।
যেখানে বসতি তার নয়নে হেরিব গো,

যুবতী ধরম কৈছে রয় ॥
পাশরিতে চায় মন পাশরা না যায়গো,
কহ সখি কি করি উপায়।
কহে দ্বিজ চণ্ডীদাসে কুলবতী কুলনাশে,
আপানার যৌবন যাচায় ॥
[ সখি ! কনানা ঐবু শ্যাম নাম তাহল্লিবা।
নাকোংদা চংখিহনা থম্মোইদা যেরে ঐগী থরাযবু ল্যাংতরক্লে।
খংদ্রে শ্যাম নামদা খোহি কয়াবু লৈবনো.
হাচম্না থাদোকপা ঙমজদবে ।
নাম শোনবা শোনবতনা চোকথরেনে
করম্না কংগদগে াবু হুতা ।
নামগী পাঙ্গলতনা অসুম তৌরবদা ,
অঙ্গ শোকপদা করি ওহগবা
মাগী লৈকমদা মিংনা য়েংহনতা লৈ ,
মুপী ধর্ম্ম কবম ওংকাসগে ।
পুক্লং দি থাদোক্কে খল্লি থাবদি ওমাদ
হায়যু হৈতা উপায করি তৌনি।
দ্বিজ চণ্ডীদাসনা হায় শাগৈ মৌগী কুল মাংহল্লগা
মশাগী ইনখংলকপগী নাব॥ ]

মবুঙেডাদা চজববা ময়ত ইচেলগী ছন্দ অমসুং লোলন। কবিনা মণা কোদোক্লি অহুদগী কুলীনগ্রামগী গুণরাজখাঁন। মাগী শ্রীকৃষ্ণবিজয়দা মাগী হায়নিংবা মরু ওইবা লোলনা "নন্দনন্দন কৃষ্ণ মোর প্রাণনাথ" নন্দগী মচানুপা কৃষ্ণ ঐগী থরাবগী মবুঙেডানি। অসুম্না ভক্তাশংগী খোল্লাও প্রভুনা পুম্না উৎপীরবনি।

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা শাস্ত্রবিরগদবা, তন্ত্রিরগদবা, তাকপীরগদবা বৈষ্ণব পুন্সি অনোবা যুগতা মথকীশং অসিনা হাহোদোক্লি। তরামতাঙবা শতাব্দীদা প্রেমগী সাইওন ঠাকুর চৈতন্য-

দেবনা অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্ব পীবিরবে। মথক্তা ব্রহ্মগা জীবগা অমস্তুং জগৎকী মরক্তা লৈনবা সম্পর্কশিংগী মরমদা তাকপীদুনা অনৌবা মওং ওইনা পীবিরে। তত্ত্ব অসিগী বা শুগাইনা মথংগী মাংলোন্দা লাকখিনি। মতাং অসদা মশক খনা উৎপতলি। শ্রীগৌরাঙ্গ দেবনা কনা থাক্লমদনা মাহাক্কী খোংলোয় পুদুনা লেংলকপনি মাখোয়না মাগী মপাগী প্রভুগী শক্তি মতুংইন্না লোল কয়াদা প্রেম, ভক্তি, সাহিত্যগী মচাক পুখোংখি। ইত্তাগী শ্রীগৌরাঙ্গপদা মপুক থল্লবা ভুবেন্দ্রগুম চোংথং চোংথনা কগোক্ত শানা শানা প্রেমগী ঈয়াওখোকনা থল্লদুনা, জগৎ চা থোকপীবগা, তাংবং লেংদোকপীদুনা লোইজমত্রবা মতমগী ঈপাক্ত তান্না পাপ-তাপ পুয়রব পুদুনা শ্রীশ্রী-গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা চেন্দহনাখি মথক্তা পনখিবা ভক্তবৈষ্ণব কবিশিং হায়বাদি জয়দেব, বিদ্যাপতি অমস্তুং চণ্ডীদাসখোইনা মৈরা চুখত্তুনা প্রেমগী মশাল উৎপদা উত্তৌবদগী তাজরবা কাংবুনা য়ান্না কোংনা মপা পান্নযক ত্রদয় পম্মে হদা খৌরাংবাদি পাররক্লবনি। শাক্তগী, যবনগী মীশুৎনা মুখংপা ওন খদে। মহাপ্রভুনা লেংথবক্লগা মৈরা চাউনা চাউনা থান্দুনা পৃথ্বী-নিংথাইগদবগুম্বা অতকপা ইথিল জীব পুম্বনা কপ্লাখি অমস্তুং কহনাবদুনা পেপুনা চেন্থহনাবিরি। মতাং অসিনি—মাহাক্কী বৈরাগ্য, বিদ্যা অমস্তুং যোগনা মরাই চাইথরকপদা অমুক হন্না তম্বীগদবনি মাহাক্না অবতার তৌরবনি হায়না সাস্ত্রমনা সাওরথ,— মখং অদুমক শুইরম্লবনি। অদুনা মাগী সংকীর্তন পুরদুনা নন্দনন্দনন মাপী মরম পুম্নমক থাক্কনা পীবিরগে হায়না মনাইশিংগা লোইননা—

দিবিজা ভুবি জায়ধ্বং তথা নবভক্তরূপিণঃ।
কলৌ সংকীর্ত্তনারম্ভে ভবিষ্যামি শচীসুতঃ॥

(মাসিগী অর্থ মথক্তা হনগে)।

শচীগী মচা ওইনা সংকীর্তন পুদুনা লেংথবিরকপনি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী মথৌ অমনা শ্রীমদ্ভাগবত তম্বিবা অমসুং উৎপীবা। শ্রীমদ্ভাগবতকী শব্দ খুদিংগী, শ্লোক খুদিংগী অথ লৈরিবশিং অমদি ব্যাখ্যা ক্ষয় ওইবা য়াবা অশিনচিংবা মহাপ্রভুনা হেক হেক উৎপীবা ঐখোয়না থেংনৈ। মাহাকী অঙকপা শক্তি অমসুং ভাগবত হৈবগী প্রমাণদি বাসুদেব সার্ব্বভৌম অমদি সনাতন-সঙ্গদা শ্রীমদ্ভাগবতকী ১।৭।১০ গী—

"আত্মারামাশ্চ মুনয়ো········ ভক্তিমিথম্ভূতগুণো হরি" গী ব্যাখ্যা তয়ানিপাল অমসুং হুক্ফু মাথোই থোক্না সার্বভৌম অমদি সনাতনদা মহাপ্রভুনা তৌথিবা অতুনা অতুম ওইরে

মথং অসিদা খুদম অমগা লৌখত্তুনা য়েংসি—শ্রীমদ্ভাগবত্তা পীবিরম্মবা শ্রীকৃষ্ণগী বাক্য অত্থু প্রভুনা নিংথিনা তম্বীরম্মি। ভাঃ ৬।১১।২৬ তা ভক্তরাজ শ্রীবৃত্রগী প্রার্থনা—

অজাত পক্ষা ইব মাতরং খগাঃ স্তন্যং যথা ব্যসতরাঃ ক্ষুধার্ত্তাঃ।
প্রিয়ং প্রিয়েব ব্যুষিতং বিষন্না, মনোঽরবিন্দাক্ষ দিদৃক্ষতে ত্বাম্ ॥

মশা হৌদ্রিবা উচেক মচাশিংনা মপুক লাম্বদা য়ারহুনা মমাবু ভাইবগুম, লাম্নবা অভাং মচাশিংনা মমাগী মখোম পায়া ভাইব-গুম, কায়নবদা য়ারবা মুপীনা লংকৈদা লৈথিবা মপুরোইববু উজনিংহুনা তত্তনা য়াম্না খোয়াংজবগুম, ঐগী থম্মোয়সু অহুম্না

নংবু উজনিংই। (শ্রীহরিদা ভক্ত বৃত্রনা হায়জবা)।

মথক্তা উৎলিবা শ্লোক আসগা থংনবা ৭থক্কী শ্লোকশিদা ভক্ত বৃত্রনা নিজরিবদি – হে ভগবন্! ঐনা অমুক নংগী চরণদা চংজরিবা 'ভক্ত-শিংগী মনাই ওইজবা পীনবিয়ু, নংনা ঐগী পুন্সিগী মপুনি; ঐগী পুক্নিংনা নংগী গুণশিংবু নিংশিংজবা, ইরোলনা নংগী গুণ শকচবা অহুগা হকচাংনা নংগী থবক্তা লুপচবা পীনবিয়ু। হে লাইবককবা!

পুন্নমক্তী মরু ওইরিবা ! নংবু থাদোক্নুনা ঐনা স্বর্গলোক, ব্রহ্মপদ, লৈবাক পুন্নমক্তী মবুঙ্গেডা, পাতালগী মপু, যোগনা ফংবা অণিমানচিংবা সিদ্ধি নিপাল অমদ মোক্ষ (মঙা পুন্নমক অ'সগী অমতা ঐ পামজদে।

অসিবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মশ্রেক লানা তক্বীখি। অচাউরমগী স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালদা লৈরিবা লংথুম্নচিংবা ভগবান্না যাঙোন্দা লুপ্নবা ভক্তশিংদা থক পীদে, মরমদি লল থুম সম্পতি অহুদগী য়েক্নবা, ইরাংহৌবা, পুক্লিং য়াবা, ময়াই কাবা, থংনবা, খুদোংথবা অমদি অতোপ অতোপ্পা অৱাবা কয়া থোকহল্লি —

— ত্রৈবর্গিকায়াস বিঘাতমস্মৎ পতির্বিধত্তে পুরুষস্য শক্র।
ততোঽনুমেয়োভগবৎ প্রসাদো যো দুর্লভোঽকিঞ্চনগোচরোঽন্যৈঃ॥

ভাঃ ৬।১১।২৩।

শ্রীপঞ্চানন তর্কনা সম্পাদন তৌবা শ্রীমদ্ভাগবত্তা—
শ্লোক ৬।১১।২৩
শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ননা সম্পাদন তৌবদনা।
শ্লোক ৬।১১।২১

ভক্ত মোক্ষ মঙা পামদে। ব্রহ্ম সাজুয্য মোক্ষ —ব্রহ্মগা অমতা ওইখিবা তাথি অহুদগী অমুক হেন্না ভগবান্ সাজুয্যবু ভক্তনা তাথি। ভক্তনা পামজদবগী মরম প্রভুনা তাকপী—ব্রহ্মদা তিন্নগ্রবা মাহাক্তী মুংঙাইবা কদায়নো ? অহুগা সেবা তৌজফম, তৌজগে তাঙ্গরিবা ভগবান্দা তিনখিবা অহুনা অমুক হেন্না অৱাবনি। অহুনা ভক্তনা পামজরিবদি কোটি কোটি মপোক্তা ভগবান্গী প্রেম সেবা ফংজবা—থোহি, অমৃত ওইবা ভক্তনা পামদবদি থোহি, অমৃত ওইগ্রগ। মাথোয় মহাও মশক থংখিদরে অহুনা থোহি, অমৃত (ভগবান্) অহুগী মনাক্তা তত্তনা লৈজবা ফংহুনা রস—মনমতসু ফংজগেগী য়াথলনি। অহুনা ভক্তনা মপোক কোটি কোটি পোক্নুনা ভগবান্গী রস অহু চুপচনিংই। ভক্তনা ভগবান্গী চরণ ফংজনিংই অহুগা চরণদা তিঙ্গগ্রগে হায়রবদি নত্তে— চরণবু ফংলবদি ফংনিংঙাই

কদি অমা লৈরি। চরণ নাক্তা লৈজববু পামজবনি, অহুমা চতুর্বিধ ভক্ত ভাবনা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুরগী মানা মানা পামজবা মশক্তা সেবা ভজনা কংজবনি, ভগবান্ ওইববু নত্তে। অহুমা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা খোজেল য়াংনা লাউখিরম্মি—

যুগ ধর্ম্ম প্রবর্ত্তাইমু নাম সংকীর্ত্তন।
চারিভাব ভক্তি দিয়া নাচাইমু ভুবন॥
আপনে করিমু ভক্ত-ভাব অঙ্গীকারে।
আপনি আচরি ধর্ম্ম শিখাইমু সভারে॥
আপনে না করিলে ধর্ম্ম শিখান না যায়।
এইত সিদ্ধান্ত গীতা ভাগবতে গায়॥

যুগধর্ম্ম নাম সংকীর্ত্তন য়েললুগে।
ভাব-মরি ভক্তিনা পৃথ্বী ভাওহনগে॥
লৌগে ঐসু ভক্তভাব অরেপ্পা ওইনা।
তম্বিগে মরাম ধর্ম্ম ইশানা চত্নুনা॥
ইশানা চত্রবদি য়াদে ধর্ম্ম তম্বিবা।
য়ারেপসে গীতা ভাগবতনি লাউবা॥

অহুমা পাদসেবা— চরণ সেবাদগী হেন্না ভক্তনা পান্নিংঙাই অমা লৈজে। পাদ সেবা হায়রগা 'পাদ' শব্দ অসি ভক্তিগী মরমনি হায়না লেপ্পে অমসুং অহুমা পুম্মক্তা লুনা তৌজবা অহুবু খংহল্লি। শ্রীমূর্ত্তিদর্শন, স্পর্শ (শোকচবা) পরিক্রমা (কোইজবা) অনুগমন (মতুংইন্নবা), মাগী মফমদা চৎপা (তদীয়স্থানে গমন) মন্দির নাক্তা লৈবা (মন্দিরবাস) অসিনচিংবা ভজনগী অঙশিং অসিসু পাদসেবাগী মতুং চল্লি।

শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী মরু ওইবা ওইনা তাকপীরম্বনা শ্রীকৃষ্ণ-নাম মহানামনি হায়বা অসিমখুনি। নামগী নাম অহুবু খোঙ্গিবা

অহুগা অমস্তনি। হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনামগা শ্রীকৃষ্ণগা অমতনি। হরিভক্তি বিলাসগী—১১।২৬৯ দা—

নাম চিন্তামনিঃ কৃষ্ণশ্চৈতন্য রসবিগ্রহঃ।
পূর্ণঃ শুদ্ধো নিত্যমুক্তোঽভিন্নত্বান্নামনামিনোঃ॥

মিংগা মিং অহু থোল্লিবা অহুগা খেন্নদে,
অনিমক অমতনি। অম্বুন্না শ্রীকৃষ্ণগা মাগী নামগা
খেন্নদে। অনিমক চিন্তামনিগুম হায়বদি তন্না
থুদোপ য়াইওইবগুম অনীংবা পুম্বা পীই। অনিমক
মপুংফাবনি, অশেংবনি, মতমপুম্বা মনিংতম্বনি, মায়াগী
মনম য়াওদবনি। অহুগা অনিমক মুংঙাইবা অমম্বুং অমাম্বা
থল্লবা রসগী মশক্নি।

শ্রীকৃষ্ণগী শকক্না লেংদবগুম (স্বয়ংরূপ ওইবগুম) মাহাক্কী মিংস্থ অহুগুম্বা মহানামি (স্বয়ংসিদ্ধনি)। অহুগা শ্রীকৃষ্ণগী পুজাদা ভগবৎকী মশক ওইবা পুম্নমক্কী পুজা য়াওবগুম মাহাক্কী রূপ নীংশিংজবদা ভগবৎ মশক পুম্নমকপু নীংশিংই, শ্রীকৃষ্ণগী নাম কীর্ত্তন তৌজবা, তাজবদা অমম্বুং নীংশিংজবদা ভগবৎ মশক পুম্নমকপু শকচবা, তাজবা অমম্বুং নীংশিংজবা ওই। মরমদি শ্রীকৃষ্ণনামতনা মহানামি। মরম অসিদা শ্রীল জীব গোস্বামীনা মাগী লঘুতোষণীগী টীকাদা মওং অম্বুন্না হ—শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরবা মতমদা মতম অহুদা অঙৌবা অঙাংবা, নাপু ভগবৎ মশক ওইবশিংস্থ আবির্ভাব ওই অমম্বুং থৌদোক অহুদা মতোপ অতোপ্পা মচুগী ওইবা মশিং থংত্রবা অবতারশিং য়াওরকপদস্থ মাখোয় মুই—শ্রীকৃষ্ণগী মম্বুং চনবা কংই। হায়বদি স্বয়ংরূপ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী অংশ, কলা পুম্নমকপু পুম্না কোম্লগা লেংথরকই। মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অংশদগী থোকপা ভগবৎ মশকশিং মচু মুহন্নি। অহুগা অচৎ-চন্ত, মুপা মুপী পুম্নমকপু

চাংশিনবগী ময়ম্না মাহাক্কী মশিং থংনবা নামশিংগী মন্নুংদা 'কৃষ্ণ' হায়বা মিংনা অথোইবনি। অবতার পুম্নমক্কী অবতারী ওইরিবা হায়বদি অবতার ওইরককম ওইরিবা শককম লেংনবা শ্রীকৃষ্ণনি, অদুম্না ভগবৎ নাম পুম্নমক্কী মরু চংজকম ওইবা নত্রগা অবতারী থোরককম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনাম্নি। মহাভারতকী উদ্যোগ পর্ব্বদা কৃষ্ণ শব্দগী সিদ্ধ ওইবা অর্থবু পরব্রহ্ম হায়না লেপ্নি - কৃষ্ ধাতু ভগবান্বু থংহনবা পুম্নমকপু চাংশিনববু থংহল্লি, 'ন' শব্দনা নুংঙাই-বব্ থংহল্লি, অনি অসনা পুনশিল্লগা থোরকপা পরব্রহ্মনি কৌরিবা মাহাক অদুবু কৃষ্ণ হায়না কৌই।— মশক্তা, মগুণদা খ্বাইদগী হেন্দোকপা, য়াম্না চাউথ্রবা, পুম্নমকপু চাংশিনবা নুংঙাইবা ওইহনবা মাহাক অদুনি কৃষ্ণ শব্দগী অর্থনা থংহল্লিবা মরম। মরম অসিনা পুম্নমক্কগী পুমহেন হেন্না নুংঙাইবা অদুগী মন্নুংদ অতোপ্পা নুংঙাই-বগী মশকশিং মন্নুং চনখিবা হায়বদি পুনশিন্নখিবনি। অসিদগী থোকপদি শ্রীকৃষ্ণনাম মশানা ওইজরবা—মশাতদা লেপচবা মহা-নাম্নি। প্রণবকী মন্নুংদা বেদ পুম্নমক চন্দুনা লৈ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণনামগী মন্নুংদা লৈরিবা ভগবৎ মশক্কী নাম পুম্নমক লুপ্ত্না লৈ। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনাম শক্লগা, তারগা, শোল্লগা নাংলগা মাথোর পুম্নমক্কীসু অদুম য়াওরে। থরা অমুক শম্না হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণনাম্না থোইদোক হেন্দোক্না লেংনবা মশক্তি অতৈ ভগবৎ নামশিংনা মাপ্পী মগুণ কোংবনি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনামবু অসুম্না হায়—শ্রীকৃষ্ণনাম থুম্বদগীসু হেন্না থুমই, মঙ্গল পুম্নমক্কী মঙ্গলনি, বেদ পুম্নমক্কী মশক্তি, অনাংবতা থোকপা কল্পলতা (কল্পউম্নি) গী অকবা মহৈনি অমসুং নুংঙাইবগী মশক্তি। শোয়দুনা থৌশাদনা নত্রগা থাজনা অমুক্তং শোঞবদা মরাল লৈজদবা মীগীদি মায়া থৌরিদগী ককথৎ-পীরগা প্রেম পীবিদুনা মমার পাকহল্লি।— ঐগী নাম পুম্নমক্কগী কৃষ্ণনাম হায়বা অসিনা পুমথোই থোইবনি—ইবুঙো মশামক্না

তাকপী। কৃষ্ণনামগী অহানবা ময়েক অহুবুস্নু মহামন্ত্র ওইনা শীংথানৈ।

শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীনা ভাব অসিবু ফোংদোকপদা অসুম্না হায়—ভগবান্ মশামক্না অবতার তৌবা মতম অহুদা অবতার পুম্না লাকুনা তিন্নৈ। নারায়ণ, চতুর্ব্যূহ,মৎস্যাদিনচিংবা অবতারশিং, মন্নুগী যুগ যুগ থুদিংগী অবতার লৈরিবা পুম্না পুম্নমক লাকুনা কৃষ্ণ হক-চাংদা য়াওরে, অসুম্না মপুংফানা ভগবান্ কৃষ্ণ অবতার তৌরে—

"স্বয়ং ভগবান্ অবতরে যেই কালে।
আর সব অবতার তাতে আসি মিলে॥
নারায়ণ চতুর্ব্যূহ মৎস্যাদ্যবতার।
যুগমন্বন্তরাবতার যত আছে আর॥
সব আসি কৃষ্ণ অঙ্গে অবতীর্ণ।
ঐছে অবতরে কৃষ্ণ ভগবান্ পূর্ণ॥

পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়না লেপচরিবদি ভগবান্‌গী মখল কয়াগী মওং শককম অমসুং নাম লৈরিবা পুম্নমক পুন্না শ্রীকৃষ্ণগী শক্তা, শককমদা অমসুং নামদা চন্দুনা লৈরবনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগুম মাহাক্কী নামগীসু থোইদোক হেন্দোকপা অহুম লৈ হায়রবসি অরেপ্পনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মশামক্তা শক্তি পুম্নমক থম্না ফোংই—মাসি মাগী অংশাবাতারশিংদা মপুং ফাবা অহু লৈতে। অসুম্না মাহাক্কী নামদসু অন্দানি। কাউরোইদবা অমনা কৃষ্ণনাম হায়রগা অরেপ্পা কৃষ্ণনাম অহুমক নত্রগা ব্রজলীলাগা মরি লৈনবা নাম অমবু খংগনি। মরমদি ব্রজলীলাগী নাম অহুত্তনা পূর্ণতম মপুং পুন্ফা কায়রবনি। অহুনা শ্রীমহাপ্রভুনা হায়—

কৃষ্ণনামের বহু অর্থ নাহি মানি।
শ্যামসুন্দর যশোদানন্দন এইমাত্র জানি॥

কৃষ্ণনামগী অর্থ ময়াম ঐ খাঙ্গোই।
শ্যামসুন্দর যশোদানন্দন মাহুত্তা খংই ॥

রাধা কৃষ্ণনা পুন্না অমতা ওইরগা গৌরাঙ্গপ্রভুনা লেংথরক্ল-বনিনা সখা অমসুং সখী পুম্নমকসু য়াওরককম থোক্লে— মরমদি মাথোয় য়াওদনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মপুং ফাদে অহনা 'স্যাঙ্গোপা-ঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্' কোম্লনা লেংওকনি হায়রবা মথক্তা উত্রে। রাধা-কৃষ্ণগী লীলাদি সখী য়াওদনদি মপুং ফাবা ঙমদে-ফাদে। সখীশিং অসি শ্রীচৈতন্যদেবগী নিত্যসেবা ভক্ত ওইনা সেবা চৎপা য়াওরিবনি। ব্রজসখীশিং করম তৌই, কনা কনানা কনা কনানো, সখীভাব হায়বনা করিনো, সখী মখল কয়া শুই অসিনচিংবা খংজনবা প্রভুনা উৎপীরম্মি। সখীশিংনা ইবুঙোগা ইবেম্মা মুংঙাই-নবগীদমক ব্রজদা হোৎনখিবা হুন্দক্কী অবতার অসিদসু মাথোয়গী সাইওনশিংনা অহুম তৌখি। মাস প্রভুনা উৎপীরগী মতুং ইন্না ভাব অহু ভক্তশিংনা তাক্লে। প্রভুগী শাগোম্লবা নরুবা, মশক নাইবা ভক্তশিংগী শাজৎনসু উৎলি। সখীভাব লৌজহনা মঞ্জরী-শিংগী তুং ইল্লবা ফংজবগা শ্রীরাধাকৃষ্ণ ফংজ-বগী মশক ওই। নীলাচলদা ইবুঙোদা হংনিংবা, উহল্লিংবা ব্রজগী সখী লুচিংবী ললিতা, বিশাখাগী মতৌগুম মাথোয়গী সাইওনশিংনা য়াত্রবদি, খংত্রবদি, উত্রবদি প্রভু য়োবা য়াদে। লাইনা তাব তাবা য়ানবা অষ্ট সখী—মরুওইবা সখী নিপাল কনা কনানো খংদোকপা কৈ।— স্বরূপ দামোদর — ললিতা, কনানা বিশাখানি হায়। রামানন্দ রায় বিশাখা—কনানা ললিতানি হায়। শিবানন্দসেন — চিত্রা নত্রগা বীরাদূতী ; বসু রমানন্দ — চম্পকলতা নত্রগা কলকণ্ঠী ; মাধব ঘোষ — তুঙ্গবিদ্যা নত্রগা রসোল্লাসা; গোবিন্দানন্দ ঠাকুর--ইন্দুরেখা; গোবিন্দ ঘোষ রঙ্গদেবী নত্রগা কলাবতী অমসুং বাসুদেব ঘোষ

সুদেবী নত্রগা গুণতুঙ্গা। খেন্নবা মোংতনা—বনমালী কবিরাজ—চিত্রা। রাঘব গোস্বামী—চম্পকলতা। গদাধর ভট্ট রঙ্গদেবী। অনন্ত আচার্য্য – সুদেবী। প্রকাশানন্দ সরস্বতী – তুঙ্গবিদ্যা। কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারী – ইন্দুরেখা। ললিতা, বিশাখাগীদি মখক্তা পনখ্রে। হন্দক কলিগী লীলা অসিদি লম্বোইরগা শান্নবা ওইবনা চংদবা রাদবা খর নত্তনা অতৈদি নিপা ওইনা মহাপ্রভুনা পুরকই।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবাদা নত্রগা সেবাগী মরূপ্দা সখীশিং খেন্নবা টবা কংই—মাখোয় মখল মঙানি (১) সখী (২) নিত্যসখী (৩) প্রাণসখী (৪) প্রিয়সখী অমসুং (৫) শ্রেষ্ঠসখী। সখীশিং অসিগী মন্নুংদা কনা কনানা মান্ননা সুংশি কনা কনানা মীচং মীখাই নাইনা সুংশি। মাগী মাগী শাজৎ মতুংইন্না যূথেশ্বরী (লুচিংবী) শ্রীরাধাগী মীচং ললিতা, বিশাখানচিংবী সখীশিংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু মান্ননা সুংশি হায়রনা মাখোয়বু পরমশ্রেষ্ঠা সখী কৌই (পরম-খোইদোক্পা শ্রেষ্ঠা- সুংশিখোইবী)। [ যূথেশ্বরী — ( যূথ যূথী—কাংলুপ, কাংবু। রাধাকৃষ্ণগী নক্নরিবা কাংবুশিং অদুগী অপুনবা অদুবু যূথ কৌই হায়না গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান্না হায়। ললিতা, বিশাখা, পদ্মা অমসুং শৈব্যা নত্তনা শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিং যূথেশ্বরী ওাক্নি। ললিতাখোইদু যূথেশ্বরী ওইবদা মতিক চাম্নবদু মাখোয়না শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মাখোয়না পাম্জবগী মতুংইন্না 'সখ্য' ওইনা লৈজবা মওংদা মাখোয়না সুংঙাইজে।] অদুগা পরমশ্রেষ্ঠাসখীশিংগী তুংইনবী সখীশিং অদুবুনা প্রিয়সখী কৌই। শ্রীরাধিকাবু হেন্না সুংশিজবী মাখোয়বুনা প্রাণসখী কৌই। কৃষ্ণবু হেন্না সুংশিজবীশিং অদুবু সখী কৌই —মাখোয়গীদি তুংইনবী লৈজে অদুনা সখীশিংগী মরক্তা মাখোয়না ইভোন ভোন্নি।

ললিতা, বিশাখা, চিত্রা, ইন্দুরেখা, চম্পকলতা, রঙ্গদেবী, তুঙ্গ-বিদ্যা অমসুং সুদেবী—মাখোয় নিপাল অসি পরমশ্রেষ্ঠা সখীশিংনি।

মাখোয় শ্রীরাধাকৃষ্ণদা মায়না মুংশিবী ঙাক্তনি। অদুম্দি ওইরবদা মরক মরক্তা শ্রীরাধিকাবু হেন্না মুংশিবা হেক হেক উৎলকই। হায়রবদি অনিবু মায়না মুংশিরবসু 'ঐখোয় শ্রীরাধিকাগী' নি হায়না চাউথোকপা য়াওরকই অদুনা ইবেম্মবু হেন্না মুংশিবগী মওং কোংলকই। অওইবমক্তি শ্রীরাধাগী থম্মোই মনুংগী চান্নরবা মরূপ ওইনা মাখোয়না কৃষ্ণগী সেবা তৌই মাখোয়গী চান্নজবনি হায়না নত্তে। অসিনি সখীভাবকী থুপ্পবা মনুং হুনথা মরোল। অসুম্না পরমপ্রেষ্ঠাসখীশিংগী শ্রীরাধিকাদা হেন্না মুংশিবগী মওং উদুনসু অমসুং অদুনা শ্রীরাধানা মুংঙাইনবগী ওইরবসু মাসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অদুদগী হেন্না মুংঙাইবা কংই।

অসিদগী উরিবনা শ্রীকৃষ্ণ মুংঙাইনবগী দমক পরমপ্রেষ্ঠাসখীশিংনা শ্রীবাধাবু হেন্না চান্না তৌই অমসুং হেন্না চানবা অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগী মশক ওই। অদুগা সখীশিং অদুনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণবু মায়না চান্নবসু, মুংশিরবসু অথোই অহেন থোক্লক্লিবা অসি প্রেমগী মশাগী লিচৎনি, তোগে তৌবা নত্তে। অমদা মুংশিবা হেনবা লৈরবসু অনিমক্তা মুংশিবা মায়না লৈবা য়াই হায়রবগী রা শ্রীপাদ রূপ গোস্বামীগী রা য়েংসি —

আসাং স্বষ্ঠু দ্বয়োরেব প্রেম্নঃ পরমকাষ্ঠয়া।
কচিজ্জাতু কচিজ্জাতু তদাবিধক্যমি বেক্ষতে॥

(উঃ নীঃ শ্রীরাধা প্রঃ৩৭)

হায়রবদি প্রেম্না অনিমক্তা মায়না লৈরবসু করি করদা অমদা হেনবা উৎলকই। অসুম্না শ্রীললিতানচিংথী মুংশিরবী প্রিয়নর্ম্ম সখীশিংনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মরমদা করিগুম্বদা শ্রীরাধাদা হেন্না মুংশিবা উৎপা— অসিনি সখীভাব হায়রবদো।— [প্রিয়নর্ম্মসখী —নায়িকা অদুনা মাঙোম্বা চিংনবা য়াওদনা মা[illegible] মুংশিথোইবা

অদুগা হিপমিন্নবনচিংবা তৌবা ওয়া অমসুং মাহাক নায়িকাগা খেন্নদবা মশক ওইবী মাহাকপু প্রিয়নর্ম্মসখী কৌই।]

প্রিয়নর্ম্মসখীশিংগী চুংইনবী শ্রীরূপমঞ্জরী, শ্রীলবঙ্গমঞ্জরী অনঙ্গমঞ্জরীনচিংবী সেবাতদা পুক্নিং লৈজবী সখীশিংগী স্থায়ী-ভাবকী 'ভাবোল্লাসা রতিনি' (হায়রবদি স্থায়ীভাব—নোক্নিংবা, শাও-নিংবা অসিনচিংববু লাকশিন্দুনা অকবা নিংথৌগুম ওান্দুনা লৈবা ভাব অদো স্থায়ীভাবনি, ভাববু উল্লাসা--হেনগৎহনবা, রতি অসিগী থোইদোক হেন্দোকপদি কীবম মওং খুদিংদা মপাল নাইত্রবা, শীংথাবা ওমত্রবা, অনৌ অনৌবা মখলগী সেবাদা নুংঙাইজবা কংজবনি। মঞ্জরীশিংগী থম্মোইদা সেবাদা নুংঙাইবা অদু চুপ্পিংবগী পাম্বা অদু কাওবা লৈতে। অদুম ওইনমক মঞ্জরীভাব অমসুং শ্রীরাধা কৃষ্ণগী থুপপ্রবা সেবা মওংদগী লাকপা ধর্ম্ম অদুনা নুংঙাইবা অদু মশা মশানা অদুম কাউজে। অমনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাকমক্তদসু - কয়বা শ্রীকৃষ্ণ ; মদনবু নৈহৎলবা 'রাধা সঙ্গে যদা ভাতি তদা মদনমোহনঃ' হায়রবা মাহাক্কা নক্করবা অদু কাওবদা মশানা ওমজকম থোকপা মনিং মথা তম্বদু মাংহন্দনা সেবা অদুগী পাঙ্গলনা মাহাকপুসু (মঞ্জরী-বৃন্দ) নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লুপহল্লি। অদুনা হন্দকী রতি অসি আকাশ পক্না রাংথ্রবনি।

শ্রীললিতা, শ্রীবিশাখানচিংবী সখীশিংগী রতি অদুনা শ্রীকৃষ্ণ-রতিগা মাম্নরবা নক্লগা তারবা অদু ওইরবদি সুহৃৎ (চাম্নবা মরূপ) রতি সঞ্চারীভাব নত্রপা স্থায়িভাবকী মফুংদা চল্লি। মরমদি সুহৃৎ-রতি অদু শ্রীকৃষ্ণরতিনা মক ওইবনা কৃষ্ণরতিগী মতেং অমদি হেনগৎনবা মণক ওইখি। অদু করিগুম্বদা শ্রীকৃষ্ণরতিদগী হেন্না হেনগৎপ্রবা অমসুং ইতৎতত্তনা পুক্নিং থিনঙ্গিনখিবদগী হেনগত্ত্রবা লৈরবা, কৃষ্ণ-রতিনা শোগৎপা, হেনগৎহনবা ওইরবদি সুহৃৎ রতি অদু 'ভাবোল্লাস'

কৌরে সঞ্চারী নত্রগা স্থায়ীভাব কৌবা য়াত্রে। সখীবু লুংশিজবী শ্রীললিতানচিংবীনা শ্রীরাধাদা হেন্না লুংশিবা থম্বা অদুদু শ্রীকৃষ্ণ-রতিন্দী মতেংনি। মরম অসিনা সখীশিংগী ভাবোল্লাসা রতিসি স্থায়ী-ভাব ওইনা লেংদনা মতম পূম্বদা সিদ্ধ অমসুং নিত্য- লেংদবা ওইনা লৈরবনি।

অদুদি অসুম্না হায়রসি রতি লাক্নবগী সাধন ভক্তি তৌগদবনি অমসুং সাধন ভক্তি অদুগী মহৈ ওইনা ফংবনা রতিনি। অদু ওইর-বদা রতি খুৎশেম তারে, অদুনা খুৎশেম রতি অসিনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমসেবা ফংনবা মশক ওইবা ভমদে। অসিগী মরমদা খুন্দমদি করিনো?— নিত্যসিদ্ধ ওইরবা ভক্তশিংদা লেংলবা থম্মোইগী থোইদোকপা অমা মতম পূম্বদা লৈবা ভাবনা, সাধক থম্মোইদুদা ভান্বনা খুৎশেম অসিগী রা চংলক্পগী কীকম থোক্তে। করি অমা হায়গনি শ্রীকৃষ্ণগী নাম তাবা. শবপা, শোনবনচিংবদা সাধনগী লৈরিবা থৌওংশিং অদুবু মশাগী ইন্দ্রিয়না ফাউদে। অসুম্না সাধন ভক্তিনা খুৎশেম ওইত্রবদা ভাব,ভক্তি নত্রগা রতিগী হায়নিংঙাই করি লৈরি? মরম অসিনা নিত্যসিদ্ধ ওইরবা সাধক ভক্তশিংগী কাংলুপ্তা মাখোয়গী থম্মোইদগী অদুম পোকচরকপনি খংগনি।

মথক্কী অসিদগী ঐথোয়না খংবদি অসিনি — নিত্যসিদ্ধগী কোলুপ অ সদা শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী অথোইবী সখীশিংগী তুংইঙ্গদুনা পুক্নিংনা সেবা তৌগদবনি। করিনো হায়ববু মাখোয়গী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগা মরি লৈনবা পামজবা, লুংশিবা অদুনা হুম্বা ওইরবদি হায়বদি পামজবা লুংশিবা অদুনা তাৱৰ'দ রাগানুগা অদু সিদ্ধ ওই-দে পাংথোকপা য়াদে। অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা থম্বা পামজবা অদুক তুংইঙ্গরিবী শ্রীরূপমঞ্জরীনা চিংবী নিত্যসখীশিংদসু লেপকলবনি। অদুগী মথক্তা শ্রীরূপ গোস্বামীনচিংবা আচার্য্যশিং অমসুং মাখোয়দা

লেপচবা আচার্য্যশিংদসু শ্রীকৃষ্ণদা লৈয়িবা পারজবা অহুক থমগদবনি। মীথোই মীহেনবশিংগী অয়েংপসু অশিগুম্বনি। হায়বদি বৃষভানু মচা ইবেম্মগী চরণসেবানা মাহাক্না শাকপীবা মন্নাই ওইজগে। শ্রীরাধাগী নুংঙাইনবা অত্তনা তৌজবনা ঐগী হোৎনজবা ওইজগে। শ্রীরাধাগী নুংঙাইবদা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবা ইপুক্তা থংজগে। শ্রীরাধাগী চরণ থাগা শ্রীকৃষ্ণগা ত্তিয়রুবা কৈদৌঙৈদসু পামজরোই। সখীশিংনা ঐগী থোইদোকপা মরূপ্নি অনিগী প্রেমগী গুরুনি। অদুবু ইগ্গদুনা সেবা কংজগনি রাধাগী চরণ কল্পতরু। রাধাগী মীচং থাদোকপা মী মীশিং অদু মানা মানা পামবদা লৈজসনু ঐদি রাধিকাগী মাচংচংবীনি মাবু নত্তনা ঐ কৈদৌঙৈ য়েংঙোই।—

মওং অসুয়া নিত্যসিদ্ধা সখীশিংগীদা চংজবী অমসুং ভুংইনবী ওইদুনা সেবাদা পুক্নিং চংলবী মঞ্জরীগী ভাব কৌজদুনা সেবা তৌগনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা চপমান্নবা নুংশিবা লৈরবসু শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদগী থেন্না পুক্নিং চংশিনগনি — অসিগী মমিংবু প্রেমসেবা কৌই।

অসিদা কনাগুম্বনা হংবা য়াই শ্রীকৃষ্ণ অদুমক্তদা ওনশিন্না নুংশিরুদনা শ্রীরাধাগা নুংশিননবা হোৎনবদা কান্নবা করিনো ?—মতাং অসিগী মথি মঞ্জরীনা নৌরিবী সখী অমদা তাকথিবা অমুক্তং য়েংসি। মাহাক্না হায়থি হে নুংশিরবী মরূপ! শ্রীকৃষ্ণগদি নুংশিননবা হোৎনদনা শ্রীরাধাগা নুংশিননবা হোৎবগী কান্নবা তাও—শ্রীরাধাগী মকমদা নংগী নুংশিবা য়াম্না কুংশিল্লরুবদি শ্রীহরিনা চানবীবগী মখক ওইনা নুংঙাইবগী লম্বী হায়বদি নুংঙাইবা হায়বা লল অদু মশানা অদুম লাকই। মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা নংনা নুংশিরিবদো শ্রীরাধা নুংশিবগী মনুং অদুদা পুন্না লুপ্তনা লৈরবনি। অদুনা শ্রীরাধাগবু চান্নজরবদি শ্রীকৃষ্ণগী মরমগী নুংশিবা মশানা অদুম

লাকচগনি। শ্রীরাধাগা নংগা সখী হায়রবসু ওইনপ্রবদি শ্রীকৃষ্ণনা মাহাক ঐগী নুংশিথোইবীগী সখীনি হায়রুনা থোইনা নুংশিগনি। অসিনা শ্রীকৃষ্ণ নুংশিরুনা নুংশিহন্নবা হোৎনবগী মহুত্তা শ্রীরাধাগা নুংশিনবদগী শ্রীকৃষ্ণ নুংশিবা মশানা অদুম লাকচৈ। মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা মাহাকপু নুংশিবদগী শ্রীরাধিকাবু নুংশিবনা হেন্না পেল্লি। অসিদগী থোরকপনা কয়িগুম্বা অকাইবদগী শ্রীকৃষ্ণগা উন্নবদা অকায়বা লাক্লগা নংগী নত্তে চংলক্কনি। অসিদগী শ্রীকৃষ্ণগা নুংশিননবা রাকম ইবেম্মগা চান্নপ্রবদি তোপ্পা হোৎনরুবগী কান্নব লৈত্রে। অসিদা চংলকইনা রাকম্মা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা পুন্নমক প্রকৃতি হায়বদি পুরুষ কৃষ্ণতনি অদুগা পুন্নমক্না প্রকৃতিদা চল্লি। সখীগী মতুংদা মঞ্জরীগী মনাক্তা জীবনা সেবা ফংজনিংবা ফংজবা নুপা ওইনা নত্তে। নুপী (প্রকৃতি) ওইননি। অদুনা ঠাকুর মহাশয়না মরেক্ত লানা হায়রম্মি —'ছাড়িয়া পুরুষ দেহ কবে বা প্রকৃতি হব' হায়বদি নুপা হকচাং থাদোক্নুনা কদৌঙৈ নুপী ওইজগবা। মনুং মপাল নাইদনা নুপী ওইজগে হায়বনি।

পুন্নমক্তা মরু ওইবা রাবু রাগানুগা ভজনদা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাইনবগী খনবা রাখলগী মপান্দা মশাগী নুংঙাইনবগী রা কয়িমতা য়াওদে; অসিনি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মাধুর্য্যময়ী থুন্নবগী মশক ওইরবা ভক্তি, মাসিদা ঐশ্বর্য্য রাখলগী মনম কাওবা য়াওদে। মাসে শ্রীব্রজদেবী শিংতদা তত্তনা কায়দনা লৈরবা অরেপ্পা ওইরবা ভক্তিনি, অদুগা মাখোয়গী মতুং ইন্নপ্রবদি কনানসু ভক্তি অসি নত্রগা শেংলবা মাধুর্য্যগী মশক ওইরবা প্রেম সেবা ফংবা ঙমদে। অসিননি মহাপ্রভুনা গোপী প্রেমগী লম্মন শিংবা, প্রেম তাকপীবা, উৎপীবা লাক্লগা মশানা চত্তুনা তাকপীরম্মিবা — 'আপনি আচরি ধর্ম্ম শিখাইমু সভারে।'

সৎসঙ্গগী কৃপাদগী সাধুশিংগী মচিন্দগী ভগবান্গী রূপ গুণ

তাজরগা, লীলা তাজরগা মাহাক্কী ভক্তশিংগী মরা তাজগনি, তাজরিবশিং অদুবু পুক্নিং হকচাং য়াওনা থম্মোইদা চেৎনা কোল্লগনি। অসুম তৌরবতদা ভগবান্,—মী মাহাক্কী লল ওইজগনি। অদুদা মা ভগবান্নি হায়রবগী খনবতদা মত্তিক মণ্ডনগী রা চংলক্নুনা ভক্তি হিকথরকই। অদুগা মাহাক নক্লগ্রবা অমনি হায়না পুক্নিংদা থজরগা ইনাক্তা কাদুনা থম্বা ওমজে। 'ইশাগী মীনি' খনবদা থম্মোইন্নুংদা পুন্দুনা থম্বা ওল্মি। কৃষ্ণদি থাগৎনবা পোৎ নত্তে, চুপচনবগী পোৎনি, কৃষ্ণদা লূপচনবগী মমল লৈ, মমল অসি অমতনি। মাহুদি কংজানংবানি, কৃষ্ণসেবাগী দমক য়ৌনা খোৱাংবা 'লৌল্যং অপি মূল্যং একলং।' অপাম্বা অমুংবা অদু লাক্লবদা পোৎ অদু ফংই। মীহৌরিবা অসি কৃপাদগী থোক্লকপনি। মপোক লিশিং কোটিগী মিংচৎকা শিন্নদুনা মীহৌবসি ফংবা য়াবা নত্তে। সেবানা কৃষ্ণবু মাইকৈ খুদিংদা মুংঙাহনবা পামজবা অদু প্রেমভক্তিনি। অদুগা কন্না খোৱাংবা অদুনা প্রেমভক্তিগী মথৱায়নি। ঐগী থনবা ওম্নবগী পাঙ্গল লাককন্না নক্লরবী সখী, মঞ্জরী শিংগী কৃপানি।

মথক্তা চতুর্বিধ ভক্তভাবথক পনগ্রে। মদু মরু ওইগ্রবা প্রভুগী তত্ত্বনি। মরি অদু দাস্য সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর-কান্তানি হায়নসু পনগ্রে। মাথোয় অসি হাইকেৎতং ওইরবসু নৈনবা কৈ নীংঈ।

কৃষ্ণদা পুক্নিং থিংজিঞ্জবা অদু শান্তরসনি। দাস্যদা পুক্নিং থিংজিনবগী মথক্তা সেবাসু চংই। শান্তগী মওংনা কৃষ্ণদা নুংশিরুবগী রাখল য়াওদে। অদুগা দাস্যদদি কৃষ্ণ পূর্ননক্লা সেবা তৌজকম ওইবা জগৎকী ঈবুঙ্ঙোনি অদুগা অতৈ লৈরিবশিং মাহাক্কী সেবাগী মনাই ওক্নি 'এক কৃষ্ণ সর্ব্ব সেব্য জগত - ঈশ্বর। আর যত সব তাঁর সেবকানুচর॥' জীবগী মশাগী ইন্নরক্লবা ভাবতি দাস্যভাবনি।

জীব হায়বসিমক্তবু কৃষ্ণগী মনাইনি, কৃষ্ণবু সেবা তৌনবনি, কৃষ্ণ কৃপানা ফংজবনি। কদৌউঞ্জে ঐ মাগী পুক্কিং য়ুংলবা লেংত্রবা মনাই ওইবা ফংজগদগে, কয়বা মতমদা মাগী সেবাদা চংজহনা মপু লৈজয়বনি খঙবা ওমজগদগে, কদৌউঞ্জে ঐগী অতোপ্পা অপাম্বা পুম্বা মাংখিগদগে, কৃষ্ণসেবাগী অপাম্বা নত্তবা অতোপ্পা পুক্কি না পামজবা পুম্বা মাংখিহনা হৈংজব কয়ম্বা মতমদা ফংগদগে অমস্রু কদৌউঞ্জে মশিং লাকওমত্তবা পুক্কিগী অপাম্বগী রাং। থৌজহনা ইংলবা পুন্সি ফংজগদগে হায়ব। অসে দাস্যভাবগী অথোক্পবা পামজবনি। সখ্য — প্রভু অমস্রুং মনাইগী মরিদা লাপ্পবা থ। লৈ। মবুঙওগী রাংবা ফিবমগী রাখল খল্লুরগা পুক্কিদা হক্তোইজবা কীজবা পোক্কই। কৃষ্ণবু ঐবু কনাবিবা ওম্বা অমস্রুং লানবানবনি খল্লুগা মায়কৈ শুনা সেবা পাংলোকপা ওমদে। সখ্যভাবতদি চিংনবা কয়িস্ত্রু য়াওদে। সখ্যভাবতা খেন্নদবগী রাখলনি। মশাগী হকচাংগ কৃষ্ণগী হকচাংগা খেন্নদে। খো খুং, হকচংগী রা খল্লুদে খোংনা শোক্ক-য়বস্ত্রু পুক্কিংদা লাংতক্কবা কাউদে। হায়বদ মশাগী হকচাংদা মথোংনা শোক্কগা কনানা লংতক্কবগে? অর্জুননা মবুঙওগা চামিন্নৈ তুমিন্নৈ, কাগী জুগাই তৌনৈ, পাখোং শিনহনা পুক্কদা কয়িশুম্বা অতা কাউদে। শাম্বদা থোইরবনি হায়হনা শ্রীদামনা কৃষ্ণগী লেংবান্দা তোংহনা চেলহল্লি। বনা গোপনা কয়িশুম্বা অক্লাওবা উইহে মানা মহাও তংহনা য়েংলবা অহু হাংউই হায়হনা কৃষ্ণদা চাওশী অমস্রুং চাই অহনা সখ্যদা কীরুবা থুকউবগী রাখল অমতা চংলক্কে। সখ্য অংসদা দাখ্যস্ত্রু চংলে। বাৎসল্য— সখ্যদা কৃষ্ণগা মান্নবনি অহুগা বাৎসল্যদা কৃষ্ণ অপিকপা অশেংনবা, অতোনবা মরম্নাই মতোমতা কয়ি ওমজদবনি। অহুগা দাস্যদনা শ্রীকৃষ্ণ অচৌবনি। বাৎসল্যদা কৃষ্ণগী মখাল মযাম্নি, অহুনা মনা যশোদানা ফুবা চৈবনচিংবা তৌবা কন্না লাকপা মমানিনা মচাবু কনবা লাকই, থৌরিনা কাওবা

ওয়বদা পুল্লি। কৃষ্ণগী অওকপা মতৌ করা উহনস্থ অঙাং অপংবা অহুদগী করিমতা হেনগংনা উদে। ময়াদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা উরবদস্থ যশোদানা মচা অপোনবা অহুদগী হেন্না উদে। বাৎসল্যনা উবদি খ্বাইদগী চাউবা অহুবু খ্বাইদগী পিক্কা উই, খ্বাইদগী কনবা অহুবু খ্বাইদগী শোন্না থল্লি। ত্রিভুবন অসিবু ওাক্লবা, মাগী অপাম্বা থজিন্দ্রকদা কোটি ব্রহ্মাণ্ড থোকহনবা ওম্বা অদিবা নিপা অসিবু করিগু নৈত্তবা মরম্নাই লেপ্পা ওমজন্ত্রিবা নিপা মচা অহু ওইনা উহুনা মুংশিন্না হোৎনবিবা অসি বাৎস ্য প্রেমগী থাক্লি। অহুনা পুন্নমকপু কনবিবা শ্রীকৃষ্ণদগী গোপী যশোদানা থৌজাল কংখিবা ব্রহ্মানা, শিবনা, মথবাক্তা নৈত্তেংবী লক্ষ্মীনা কংখিদে।

কৃষ্ণ অহুস্থ বাৎসল্যদা ওঙাংগী ভাব অহুম লৌই। নন্দগী থরম (খুকম) মকোক্তা হাপ্পহুনা যগ শেনবা লম্বীদা চৎলি। মমানা ফুবা ফংদনবা চেল্লি করা কীহুনা; তৌশিন্নরিবনি মীনশ্নিবনি, ইকাই-শন্নরিবনি। অমম্ব খম্নুনা লেংসি—মশানা মুক্ত পীবিবা নিপা অহুনি অহুগা অশোমদনা মবু পুনহল্লি থৌরিনা মমাবু।

যঙ্গোম চফু থুগাইবদা নত্তনা শিকাদগী যঙোম মপাল থাংথর-ক্লগা য়োংদা পীজথোকপদা মমা যশোদানা শাওহুনা চৈ পাইহুনা ভাল্লে। ইকং কিংনা কৃষ্ণ চেল্লে। ধ্রুবনা, নারদনা, প্রহ্লাদনা কাওমজ্রবা, যোগীশিংনা চেৎলবা খম্মোইগী তপস্যানা কংবা ওমজ্রবা অহু মীয়াই চক্লবী নিংথিজরবা যশোদানা তাল্লে—চৈ পাইরহুনা। করা চেনবা অহুদা হকচাং লুম্নবীন, খংচেন চেনবা অহুদা কিয়োল নাম্বরকপা শস্থুল কাযথবকপদা অক্লানবা হৌবদা চেনবা পাংল্লে। অহুবু করা ভাম্নহুনা কৃষ্ণবু কাবে। কৃষ্ণ কীহুনা কল্লে, মমিৎ নোইবদা মিৎপাল অকোইবা কাজল ভাক্তা তৈরে। কৃষ্ণনা কীবহু উবদা যশোদা মুং শরমাল্লে চৈ হুন্দোক্লগা থৌরিনা পুনবা হৌরক্লে।

মাগী মহুৎ মপাল মাইদবা, মাং তুং লৈতবা, জগৎকী রাংমা অমসুং হৌগ্রবা, লাকদবা, হৌজিক ওইবা, অডাং মশক লৌবা, হায়রকম থ.দবা, ইন্দ্রিনা লাম্বা ফংবগী মপান্দা লৈবা পরমাত্মা ভগবান্ অহুবু চুমগী মচানি থন্দুনা শুম্বলদা পুল্লে, অতুদা থৌরি অহু খুদোল অনিদং রাংলে। অমা অমুক শম্বদসু অহুম রাংলে। গোপী পুম্বগী থৌরি পুম্বা শম্বদসু অহুম তৌরে। যশোদা ওক্লে, ইকসু ইকাইরে, রারে, চোকথরে, হুম্মাংনা চোংলে। অহু উবদা কৃষ্ণনা মুংশিরহুনা মশানা পুনবিরে। হুরি মশাতদা নোঞ্জবা ওইরবসু, কনাগী মথা পোঞ্জবসু ভক্তিগী মফমদদি নোন্দবা লৈতে। জ্ঞানীশিংনা, যোগী-শিংনা ওম্বা নত্তে, মপুক মুংলবা ভক্তশিংদনা ফংবনি। অসিমক্তদা যশোদাদদি মাগী কিজিগী কানাই, বাৎসল্যগী কৃষ্ণ অঙাওবদো অহুম ওইহুনা লৈ। অসিনি কৃষ্ণনা চানবিগ্রবা বাৎসল্য প্রেম। অহুনা কলিদা পুবীরক্তুনা শচীগী 'নিমাই' তা অহুম ওইরে। ভক্তগী থৌরিতনা পুল্লবা মাঙাক্লি। অহুনা যশোদানা থৌরিনা পুনবদা ওক্লিংঙাই করিনো! কান্তাপ্রেম—কৃষ্ণদগী চানবীবা ব্রজগোপীশিংনা ফংবা ওকী লৈতেং অহু নিংথিনা কজরবী গুণ চেনবী লক্ষ্মীনা ফংবা ওমদে, কৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনসু ফংদে।

লক্ষ্মীনা কৃষ্ণবু শাইনি খল্লি, গোপীনা ঐগী মীনি খল্লি। ময়ামগী মরক্তা ঐসু সেবা ফংজবী অমনি হায়না লক্ষ্মীনা খল্লি অহুগা কৃষ্ণ ঐগীতনি, ইশামকীনি থনবা গোপীগীনি—অসিনি গোপীভাব হায়রবু। মশাগী হকচাংনা কৃষ্ণসেবা ফংজবা, ফংজবা অহুসু কৃষ্ণগী মুংঙাইনবগীথক্তা মশাগী মুংঙাইনবগী য়াওদে, কামগী মনম চংদে। কান্তাপ্রেম মধুররস সাধ্যগী ওমথৈনি। মথুরাদা কুজানা কৃষ্ণদগী মশাগী মুংঙাইবা পাম্মি, অহুগা দ্বারকাগা ইবেম্মাশংনা মশাগী মুংঙাইবা অমসুং কৃষ্ণগী মুংঙাইবসু পাম্মি ওহুনা মাখোয়না

গোপীগী থাক কাবা ওমদে। ব্রজগী গোপীশিংনা কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগী দমক ইকাই-ইকি, ইমুং-মনুং, অহল-লম্মন, লাই গুরুগী, বেদ বিধিগী করিগুম্বা অমত্তনা মাখোয়বু কাবা, খিংবা, পূনবা ওমদে, নাচুংহনবা ওমদে। মাখোয়গী পম্মুংকমদি কৃষ্ণবু নুংঙাইহনবা অসিত্তনি—মশাগী রা অমতা চংলক্তে। অনুরাগনা থল্লবী, ভাবনা য়োম্লবী গোপীগী গুণ, থাক কনানা শোকপা ওমদে অহনা ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণ অত্তনা কলিদা গোপীপ্রেম লম্মন শিংবা প্রেম্না য়োমহনা কোইচেল চেল্লবনি। মাহাক্না মাগী অনিংবা পাংথোক্নিংবা মথৌগী দমক অবতার তৌরবনি হায়না শ্রীপাদ স্বরূপ গোস্বামীনা হায়বা অহদা লালনিংঙাই লৈতে। [ অনুরাগ—রাগনা মরম ওইহনা (হায়রবদি পামজবা পোত্তা পুক্নিং লুপ্পা—কৃষ্ণ কংনিংবগী দমক রায়া রাবা অহবুসু নুংঙাইবা ওইনা থোকপা অহ রাগনি।—" দুঃখমপ্যধিকং চিত্তে সুখত্বেনৈব ব্যজ্যতে। যতস্তু প্রণয়োৎকর্ষাৎ স রাগ ইতি কীর্ত্ত্যতে।' —উঃ নীঃ স্থাঃ ১০২) মতম পুম্নমক্তা কাউহনা লৈজরিবা নুংশিবদো মিকুপ খুদিং অনৌবা ওইনা পুক্নিংদা ওইবা অহবু অনুরাগ কৌই। অনুরাগ অসিনা ওমখৈ থেংগ্রবদি ভাব ওইরে। অরাবা অহগী দমক থরায় থাবগী অরাবা অহবু করিসু ওইদনা খনবা, কৃষ্ণ কংগনিগী রাখলদা অরাবা অদো য়ায়া নুংঙাইবগী মশক ওইনা ভাবতা লাকপদা নুংঙাইগ্রবা ওইনা পুক্নিংদা লাকই। " অনুরাগঃ স্বসবেদ্যদশাং প্রাপ্য প্রকাশিতঃ। যাবদাশ্রয় বৃত্তিশ্চেদ্ভাব ইত্যভিধীয়ত ॥ " উ, নী,স্থা, ১০৯। মাসি ব্রজ গোপীতদা লৈবনি। ভাবতগী রাংথৎলক্লগা মহাভাব ওই। মাসিনা বৃন্দাবনেশ্বরী শ্রীরাধাতদা লৈবনি অমসুং ওইবনি।]

বাৎসল্য ভাবনা য়োম্লবী, মাসিগী রাংমদা কৃষ্ণবু উগ্রবী যশোদাগা চাংদম্নহনা অমুক যেংসি।— গোপী যশোদাগী প্রেম অসি কয়ামুক রাংগ্রবগে হায়রবু দেবকীনা মনাক নকশিল্লকপা ওমদে।

ইবুঙ্গোনা কংসগী কারাগারদা (বৈকুণ্ঠমশংদা) তাল্লবনি চতুর্ভুজ ওইনা হায়রবদি পাম্বোম মরি পান্দুনা অবতার তৌবন। মচা পোকদৌরে খনবদা কীবনা থক থক নীক্লবী েবকনি—মচা অদুবু হাৎনবা তাইরি মতাং অসিদা কৃষ্ণনা ঐ লাইনি কংসনা হাৎপা তমগদবা নত্তে তাকপীনবা 'লাই' ওইনা অবতার তৌদুনা কাবা মাংইনখি। মমা মপাগী পামজবগী মতুং ইন্না পাম্বোম অনিতা পানবা 'মী' ওইগ্রবস্নু মাহাক লাইনি হায়রবসি বাসুদেব দেবকীনা কউবা ইত্তম তমখিদে। অদুনা কৃষ্ণনা কংস হাৎলদা মমা মপা খুকম্বা লাকপদা 'লাই' অদুবু কোম্দুনা চুপ্তুনা বাৎসল্য প্রেম পীবা তমখিদে। মওং অসিনা যশোদাদা ওইরম্লবা সাংখ্য দুনকাউ পাউপিগনি। গেবর্দ্ধন থাংগৎপা, কালীয়দমন তৌবা, হিচা দারুত কংসগী অবোনবা মনাই কযা হাৎপা উনা উনা মচানি পাংন্দা, বাৎসল্য প্রেমগী মপান্দা কবিগুম্বা অমতা উবদে—মসু নত্তুম বকখ্র অদুনি। মমা গোপীদস্নু অথেবা প্রেম চঙ্গলদনা তৈলবনা বনানা নক্তনা তমদে—মাহাক্কী 'স্বামী নীংথিনি' হায়নাই ফংতমদ্রবা মণি মতম্বাক্তা চোংবদো মাহাক্কী 'মৎলী মন ওদ্ধদগী হেনবা মানা কনবু থংইগ্রে অদু নত্তবা মতম মান থৌরিনা পুনখিবা অদুগী রা মদা বনাবু উহিদে প্রবাস বিরহদ মাংসগী খুদম ফংখি। অস্নুম্না গোপী থাক বনানা ফংনা তমদে মাগী পুন্নমক থাদোক্লগা কৃষ্ণতগী খনবা, কৃষ্ণগী কনবা, পুংতাইনবা মবমতা খনবী মুপীগী কে কথক মপিশিং অদুবু কনানা চাল্লুনি।

মথক্তা পনগ্রবা বসাশংগী গুণ মথং মথং হেনগংলি—'পূর্ব্ব-পূর্ব্বরসের গুণ পরে পরে হয়।' শান্তগী গুণনা দাস্যদা, দাস্যগী গুণনা সখ্যদা, সখ্যগী গুণনা বাৎসল্যদা, বাৎসল্যগী গুণনা মধুরদা মথং মথং য়াওই। শান্তগী গুণ অমতনি অর্থদি কৃষ্ণনিষ্ঠা। কৃষ্ণদা পুক্নিং থিংজিনবা, দাস্যদনা অনিনি কৃষ্ণনিষ্ঠা অমসুং সেবানিষ্ঠা।

সখ্যদা দাস্যগী গুণ অনি অন্থুগী মথক্তা কৃষ্ণগা অক্মা ওই হায়রবা চিংনবা লৈতনা থনবা। বাৎসল্যদা সখ্যগী গুণ অহুম অহুগা ঐগীনি থম্না মুংশিবা, পুক্রিং চংবা। কান্তারতি নহ্রগা মধুর বাৎসল্যগী গুণ মরি অন্থুগী মথক্তা বাৎসল্যদদি ওইথোক্কবা, মশা কত্তুনা মশ না কৃষ্ণসেবা তৌবা। মরম অসিননি মধুরনা পূন্না কৃষ্ণ কংলিবা। মধুরনা খ্বাইদগী অথোইবনি।—

পরিপূর্ণ কৃষ্ণপ্রাপ্তি এই প্রেমা হৈতে।
এই প্রেমের বশ কৃষ্ণ কহে ভাগবতে॥'

পূন্না কৃষ্ণবু কংজবা প্রেমসদগীনি।
প্রেমসিনা কৃষ্ণ ভুয়ি ভাগবতকী বানি॥
ব্রজদদি রস অহুমতনি —সখ্য বাৎসল্য অমসুং মধুর।

প্রভু জগন্নাথ দর্শন তৌরে, রথ যাত্রাগী চিনপ্রবা মতম্নি। য়েংলগা য়েংনিংবা হেনগংলবই মিৎনা মহৈ য়াঙ্গবদি কৃষ্ণদর্শনতদনি। অসুম্না কৃষ্ণদর্শনদা পুক্রিং চংগদবনি তাকপীরি

গোপীশিংনা করম্বা লাইনিংবু নীংখিবা, মাতুগী মহৈনা মাথোযগী মমিৎ অনিনা কৃষ্ণ রূপবু মাখোয়না চুপচবা ফংলি। শকক্ম অদো অনেংবা ফজবা পূন্নমক্তী মচনি, শকক্ম অদো পান্দক্তিঙাই লৈত্রবা অধুদগী রাংনিংঙাই লৈত্রবনি, শকক্ম অদা পাংথোকপা ঙমদবা লৈত্রবনি, শকক্ম অদো খুদক খুদিং নৌথোকপনি, শকক্ম অদে মিংচৎ, যাইকবা অমদি ঐশ্বর্য্য মতিক মগুণগী অমতা ঙাইবা মকম্নি। অদুগুম্বা শকক্ম অদা গোপীশিংনা উজদবদা 'ত্রুটি যুগাযতে ত্বামপশ্যতাম্'নংবু উবদা মিকুপ অমতগী মতমবু যুগ অমনি খল্লি। অমগুম্ব য়েংস—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দেবগী অমরবাণি —প্রভুনা কায়নবদা রায়বী গোপীভাবতা লাউথিবা শ্লোক—

'যুগায়িতং নিমিষেণ চক্ষুষা প্রাবৃষায়িতম্।
শূন্যায়িতং জগৎ সর্ব্বং গোবিন্দবিরহেণ মে ॥'

গোবিন্দ কায়নবদা ঐগোন্দা মিকুপ অমনা যুগ ওইরে।
মিৎনা নোংজুথা ওইরে অদুগা জগৎনা পুমছাং হাংখ্রে ॥

মশানগী মিৎনা উত্রবস্তু থম্মোইগী মিৎনা থম্মোইদা চেৎনা কোঙবা কৃষ্ণ অদুবু তস্তুনা উজে। অদু নত্রবদা গোপীশিংনা অদুক শাংনা কৃষ্ণ কায়নবদা করম হিংগনি। অসিগুম্নবী গোপীশিংগী রাধিকানা কৃষ্ণপ্রেমগী কল্পলতা (অনীংবদা কংহনবী উরি) নি অদুগা গোপী শিংনা মনা লৈনি,। কৃষ্ণ লীলাদা উরি অদুদা ঈশিং চাইরপা কংহল্লগা মনা অমম্তুং লৈনা নুংঙাইজে। মরমদি কাম হায়বদি মশা নুংঙাইবগী রাখল মাখোয়দা য়াওবনিনা, কৃষ্ণগী নুং-ঙাইনবতা থনবনিনা, কাম—মশা নুংঙাইনবগী রাখল কৃষ্ণদা কখোকত্রবনি। মশাগী অখোঈবা লৈরবস্তু লৈত্রবস্তু জ্ঞানী, গুণীশিংদা ভগবান্না নুংঙাইবা কংদে। মাহাক্তি ভক্তি লৈবশিংতদগী নুংঙাইবা কংই। মাখোয়দি মশাগী ইন্দ্রি পেন্নবা নুংঙাইবা নত্তে। কৃষ্ণনা নুং-ঙাইনবা প্রেম থৌগল তৌবনি— 'নিজেন্দ্রিয়-সুখ-বাঞ্ছা নাহি গোপিকার। কৃষ্ণে সুখদিতে করে সঙ্গম বিহার ॥' গোপীভাবকী ঈচেল অমৃত অসিতনা কৃষ্ণবু চৌংশিল্লি। রাগানুগা মার্গতদা কৃষ্ণনা পেন্না নেৎচৈ। অদুনা গোপীভাব অসিদা চংজদুনা অহিং নুংথিল কৃষ্ণনা শাম্নবত্ত থঙ্গদবনি। গোপীগী কান্তাভাবনা য়াংবদি থোঈরবী রাধানা ঐ রারে হায়দুনা বনগী লম্বীদা কৃষ্ণবু পোলহল্লি। কৃষ্ণময়ী রাধাদা, মহাভাবকী অমতা ভাইবী ইবেন্মাদা 'না সো রমন না হাম রমণী' গী রাখল লাকনিঙঙাইবু লৈতে। মশাগী নুংঙাইবগী রাখল চংত্রবী গোপীদা ফোজ হৌদুনা সেবা লাকপদা কল্লকপা, ইকায়বা, নুংঙাইতবা অমতা চংদে। গোপীশিং পরোঢ়ানি,

কৃষ্ণগী পরকীয়া সুংশিনবীশিংনি। রুক্মিনী, সত্যভামা, জাম্ববতী কালিন্দীনচিংবী কৃষ্ণগী লুহোংহ্নবা লৌবী লৈমকোনগী ইবেম্মশিংনি। মাখোয়না স্বকীয়ানি, মপূরোইবগী য়াথং ইজবীনি। অদুগা ব্রজগী ইবেম্মশিং অদুনা পরকীয়া ওইনা সেবা তৌবীশিংনি। পরকীয়া অসি মথল অনি ওই কন্যা হায়বী অমা অদুগা পরোঢ়া হায়বী অমা। ময়ুম পান্দ্রিবী ওইনা কৃষ্ণদা মপুক চংবা মাখোয় অদু কন্যা-নি অদুগা ময়ুম পাল্লবসু কৃষ্ণনা সুংভাইনবগী দমক (সম্ভোগকী দমক) পামজরবীশিং মাখোয়না পরোঢ়ানি। পরোঢ়াশিংনা কৃষ্ণগী সুপীশিংগী মসুংদা অথোইবনী। মগুণদা রুক্মিণী, ময়াইবক্তা সত্য-ভামানা হেন্নরবসু কজবদা, অথুম্বা রসদা, বিলাসকী রসদা পরোঢ়া-শ্বাইদগী অথোইবীনি। পরোঢ়াশিংদি য়াম্না নিংথিজরবী অরেপ্পা ওইনা লেংত্রবী কৃষ্ণগী সুপীশিংনি। [ পরকীয়া—হন্দকী মপোক অমসুং মতুংগী মপোক্কা মরি লৈনবা ধর্ম্মগী য়া পূন্নমক থাদোক্তুনা পামজবদগী অতোপ্পা নিপাদা মশা কথোকপা অমসুং মাখোয় লুহোংবগী বিধি অমতনা পুন্দবা মাখোয়বু পরকীয়া কৌই। অমগা অমগা লুহোংবগী মরিনা পুন্দুনা সুপা সুপী ওইনা পামহ্নবা লৌবা অদুনা স্বকীয়া সুপীশিংনি। ]

পরকীয়া ভাবতা রসগী ঈহৌ য়াম্না কল্ল। মাসি ব্রজ নত্তবা মফম অতৈদা লৈতে।

পরকীয়া ভাবে অতি রসের উল্লাস।
ব্রজ বিনা ইহার অন্যত্র নাহি বাস॥' চৈচঃ

[ কান্তাপ্রেম — মাসিবু গোপী প্রেম হায়নসু খংনৈ। কৃষ্ণগী ইন্দ্রি পেন্নবগী থৌরাংবা অদুনি। কান্তা হায়রগা পরকীয়া ভাবকী সুংশিনবীবু খংনৈ। কান্তাপ্রেমদা শান্তগী পামজবা, দাস্যগী সেবা, সখ্যগী চিংনবা লৈতবা ভাব, বাৎসল্যগী য়েংকি-থাকপদা, চানবগী

ভাব অদুগী মথক্তা মশাগী হকচাং সেবাম্ন য়াওই। অদুনা মাসিবু সর্ব্বসাধ্যসার—সাধ্য পূম্বগী মচি কৌই। মনাই রামানন্দনা হন্দং-পদা প্রভুনা অসিনা পুমহেন্নি মাবিক্রবনি।]

স্বকীয়া ভাবতগী পরকীয়া ভাবনা কান্তারস অসিদা ঈহৌ মাম্না হেল্লি। পরকীয়া অসিতদা প্রেম্না খ্'ইদগী মকা লাম্মি। স্বকীয়া মুপীগা নিলন ওইবা (তিন্নবা, মুংডাইনবা) মতমদা মুংডাই-তবদি নত্তে অদুদা মুংডাইবা অতুদা অঙকপা মুংডাইবদি য়াওদে। স্বকীয়াদদি প্রেম অদু ল'ইনা কংব'নি, মশানা থোকচদুনা লৈরব'নি অদুনা মাগা নিলন ওইবদা ঈশক-ঈহৌ করম লাকনি! মাগদি অথিংবা লৈতে, ইকায়দে, খোরাংনা ডাইবা, লাংতক্লবা য়াওদে। ইংথনা খম্না থে'নবা অদুদা মথর'ায় পান্দহস্তুম তৌই, অরাইবা ওইবা অদুনা নুংডাইবা মকা লামদে অদুগী মথক্তা স্বকীয়া মিলন ধর্ম্ম অমসুং সমাজনা য়'বনি, নীংঙকপদা অদুম ওইবনি। অদুদা ঙকচবা, নৌনা থোকপা করিগুম্বা য়াওদে; ভাব অসিগী প্রেম শোল্লি, মুংডাইবা মকা লামদে।

অমরোমদা অমুক য়েংসি। পরকীয়াদি ফুদোংলবা সনানি। মাসিনা মুংশিবগী দমক মুংশিবনি হায়বদি প্রেমগী দমক প্রেমনি। পূম্নমক লঙথোকত্রগা থোরকপা প্রেমনি। ইকাইবা, তুক্কচবা, অকীবা, সমাজ পূম্নমক লাম্ভোত্রবা শেংলবা রতিগী প্রেমনি। মাসিনা মীওইবগী ধর্ম্ম, বেদগী ধর্ম্ম, সমাজগী কম্না থিংবা লম্বী, মুম কৈ, শাগৈ নাতৈগী হৌনবী লমচৎ পূম্নমক মিংচৌনা য়েংদবা ওম্মি, নাচুংলুদবা ওম্মি। থিংল থিংলগা কনখৎলকই। মিলন অসি অতৈ পূম্নমক্তা চৎনদবনি হায়দুনা মানদে, তাথিনৈ। অসিনা ওইবা ডাই, মাসিবু কল্লক্লরিবা, হেম্না থুম্নরিবা কয়া তোৎনবা, কয়া ডাইনরবা, অকাই অথিং কয়া লাল্লক্লগা, না য়ুংনা কয়া তারবা, থুনিং

কয়া কাংহুনা য়েংলবা মতুংদা মিলন ওইবদা থোক্লকপা প্রেম অদুগী অঙাওবা, ভক্না ভাওনা, মপুম ওইনা লাক্লবা মহাও অদু চুপ্পদা মিলনগী ভমথৈ কংই। স্বকীয়ানা মাসি কংনবগী উপায় লৈতে। অদুনসি পরকীয়া কান্তাগী মিলনরসনা খ্বাইদগী থোইদোক্লিবা। হুরানবা প্রেম অসিদা নুংঙাইবা মথল সুনা কংই – 'চৌরী পিরীতি হয় লাখগুণ রঙ্গ।'

করিগুম্বা সমাজদা, গোলোক্তা, বৈকুণ্ঠদা, দ্বারকাদা পরকীয়া ভাব লৈতে – ব্রজতদা লৈবনি। অওইবমক হায়রবদি কৃষ্ণগী নুংশিনবী পুম্নমক স্বকীয়া। ভাক্তনি ব্রজগী গোপীশিংসু কৃষ্ণগী হ্লাদিণী শক্তিনি। মাখো" কৃষ্ণগী লেংদ্রবা কান্তাশিংনি। মাখোয়দি মাখোয়গী পুক্নিং হকচাং পুন্সি, মাখোয়গী হন্দকী মপোক হয়েং-মুক্কী মপোক পুম্নমক কৃষ্ণদা বংথ্রবনি — মাখোয়না কৃষ্ণদা কৎপা লোইবা নাইদে। থোক্তবা থোকহন্নবগী শিংলবী যোগমায়ানা কৃষ্ণনা পাম্বগী মতু'ইন্না কৃষ্ণবু উপপাত—মরুপ্পী ওইহনবনি। অদুগা লৌনম তৌদুনা গোপীশিংবু লুহোংলবা মপুরোইবা লৈহনবতনি'। কৃষ্ণগী নিত্যকান্তা ওইরগা পরোঢ়া ওইনা লৈমিন্নবা যোগমায়াগী খুৎশেম্নি। মাসিদা রস হেনগৎলি। অদুগা ভাব অসিগী অরোইবা থাক্না রাধিকাতনি। ধর্ম্ম লিংখৎপা, অধর্ম্মবু মাংহনবা মথৌগী দমক অবতার তৌরবা মাহাক্না কুলধর্ম্ম থুগাইদুনা মীগী নুপীগা শানবগী কাররথবা লমচৎ কৃষ্ণনা করম চৎকনি? অদুদা মাতক মগুণ লৈবদা মাসি দোষগী রা নত্তে, — পুম্নমকপু চাকপা মৈদা করিগুম্বা দোবনা শোকপা ভমদে অমসুং মোৎহনবা ভমদে। গোপী খুদিংগী, মপু-রোইবা খুদিংগী, মথরায় পানবা জীব খুদিংগী মশাদা, মথরায়দা লৈদুনা মতম পুম্বদা শাররিবা মাঙোম্দা পরদার - মীগী নুপী হায়রবনা কনানো — মীগী নুপীবু মাংহনবা হংয়বনা করিনো? অবতারগী লীলাদা রস মথল মথল চুপ্পবগী দমক আত্মারাম পুরাণ পুরুষ

অহুনা মশাগী মায়ানা পরকীয়াগী মীনম্বা মানা শন্দোকপানি। মাগী মীনম অসিদা গোপীশিংনা মাখোয়গী মপুরোইবশিংবু নত্তে হায়বা ওমদে অহুগা কৃষ্ণগা সঙ্গম ওইবা মতমদস্থ মাখোয়না থংবা ওমদে, মাখোয় কৃষ্ণগী নিত্যকান্তানি। অসিগুম্বা নিত্য ওইনা লৈরবা মরি অসিগী জ্ঞান যোগমায়ানা কুপ্তনা থম্মিবা পরকীয়া ওইহুন। মথোই কাবা, খৌয়াংবা হেন্নবনি।

[যোগমায়া— পুক্লিংনা খংজবা যাবা অহু খনকম খংত্রবা যোগনা থিংনবা শক্তি থোরকহনবা মাহাক অহু যোগমায়ানি। ভগবান্‌গী ওইথোক্তবা ওইথোকহনবা কল্লবা খঙমত্রবা লীলা শক্তিনি — 'যোগেন চিত্তবৃত্তি নিরোধেন য মায়া অচিন্ত্যশক্তিঃ' শক্তি অসিনা ভগবান্‌না দেবকীগী গর্ভ রোহিণীদা হোংজিনহনখি। কৃষ্ণনা লৈম্মি থক্তুনা শাগৈ নাতৈ কনখি (ভাঃ ১০। ২। ৫৮ ১০। ১৯। ১৪) যোগমায়াগী মতেং লৌহুনা শেংলবা সত্ত্বনা থুংলকম ওইবা চিচ্ছক্তি অদো যোগমায়ানি। (কৃষ্ণগা মরি লৈনবা ভাবনা য়োমহুনা লৈবা থম্মোই অহু সত্ত্বনি)। চিচ্ছক্তি (চিৎ + শক্তি) অসিবু পরা, অন্তরঙ্গা নত্রগা স্বরূপ শক্তিস্থ কৌই। শক্তি অসিনা ভগবান্‌না মনুং চনবা লীলা বিলাস তৌই ; মরম অসিদগী অন্তরঙ্গা শক্তি কৌই। শক্তি অসি মতম পুম্বা ভগবান্ স্বরূপ অহুদা লৈ হায়হুনা স্বরূপশক্তিস্থ কৌই। চিৎশক্তিগী মূর্ত্তি পানবা বিগ্রহ অমবু যোগমায়া কৌবনি। লীলা শায়বদা রস লৈননবা শেয়নবগী মাহাক্না করি করিগুম্বদা শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং মাহাক্না খোংলোই শিংবু হেক হেক শুন্দ্রংলি।' চৈতন্যচরিতামৃতনা অম্নম্না হায়—শেংলবা থম্মোইগী ভাবনা ওইবা, চিৎশক্তি অহুনি যোগমায়া — 'যোগমায়া চিচ্ছক্তি বিশুদ্ধ সত্ত্ব পরিণতি' চৈচ ২। ২১। ৮৫। দেবকীগী গর্ভ হাংলবদা যোগমায়ানা পাম্বোম মরি পান্থুনা অবতার তৌই পাম্বোম মরিগী অবতার তৌরিবদো কৃষ্ণ অহুগী অংশনি, পূর্ণতম

ভগবান্ মত্তে। যোগমায়া ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মপা লৈরবী শক্তিনি, ওইখোক্নবা ওইহনবা ঙমবা ভগবৎ মথৌ পুহনা লাক্নপা মশক উৎহনা গোকুলদা যশোদাদা অবতার তৌই। বসুদেব দেবকী অমসুং কংসথোইনা উথিবা মূর্ত্তি অসিদি যোগমায়াগী অংশগী শক্তনি। পূর্ণতম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং পূর্ণতমা যোগমায়া গোকুল থাদোক্তুনা করিগুম্বদা চৎতে।— গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান। ]

অসিংগ অথেংবদা কৃষ্ণনা বন মনুংদা মাংথোকথিবদা থিবা থংগ্রবী গোপীশিংনা কৃষ্ণ উবনিংবদগী কপ্পক্রবদা কৃষ্ণনা উহল্লে। অংদা কনানা কৃষ্ণগী পুং, কনানা থোং মথবাক্তা থাজৎলে। কনানা প্রেমা মরম ওইদুনা মথা চিক্তুনা পীগুম গুক্লে। কনানা মুমা য়েংবদা মপুক্লিং চংলে — মরমদি কৃষ্ণ দর্শনদা কনানা পেনবা লৈ। মিৎনা খোয়াংবা কনাসু ইংহনবা ঙমদ্রে। কনানা মমিৎ চেৎজেৎ উইশিন্দুনা থম্মোইদা কৃষ্ণবু চেংনা কোন্দুনা যোগীগুম ধ্যানদা চংখিদুনা ফেপ্তুনা লৈরে। অসুম্না থাইনবগী অরাবা পুম্বা মাংখিবা থংহৌরে গোপীশিংনা। গোপীনা কোইশিল্লদুনা কৃষ্ণ যমুনা পুলিনদা লেংশিনপ্রে। শরতকী তাংখক নাইত্রবা থাবলগী ঈথক্লা পাক্লবা লৈঙোইগী শয্যা (কয়ুং)দা য়াতারে। গোপীশিংনা কুচুমা লৈতেংলবা থবাকী ফি থ রদুনা মবুঙেঙাগী আসন (ফিদা) শোল্ল। মরোল অহমগী ফজবা পুম্বনা লৈতেংলদুনা কৃষ্ণনা লেংশিল্লে।

কৃষ্ণনা লেংশিল্লবদা গোপীশিংনা প্রেমলীলাবু য়াংথৎহনবা মীনোক্লা হংলকই— কনানা (মীনা) ভজনা তৌরগা ভজনা তৌই। হায়বদি মীনা সেবা তৌবা উরগা ভজন তৌবা উরগা তৌই, কনানা মীনা তৌবগী রা য়াওদনা ভজন, সেবা তৌই, কনানা অযুক ভজন ইতৌ তৌদে — মরম তাকপীয়্য।

কৃষ্ণনা খুম্লকই — মীনা থাগৎনবা, উননবগী দমক ভজনা তৌবা অসিদি মশা উৎপা লাক্লবা সাধক্লি অসুদা ধর্মগী রা য়াওদে,

মুংশিবগী য়াম্ন য়াওদে ; কনানা উত্রবসু, উনবা হোংনরক্রবসু সেবা, ভজন তৌবা মাগী ধর্ম্ম অমসুং প্রেম—মুংশিবা সুনা য়াওই। ভজন, সেবা পুমতৌ তৌদবা মাহাক্না আত্মারাম, অপাম্বা য়াওত্রবা মী নত্রগা তৌবিমল্ল থংত্রবা গুরু মশক থংত্রবা পাপীনি। ঐবু সেবা তৌনিংবা, ভজনা তৌনিংবা অত্তবু ঐদি তৌদে। মরমদি ঐনা তৌদবা অত্তুনা ঐবু তত্তনা মানা থনগনি — অসিগী দমক ঐনা ঐগী য়াথংদা লুপ্নবগী দমক মাংউবনি। ঐবু উদবা অতুদা ঐ অসে, নখোয়বু চাংশিন্নবা মরম ওইগনি। কাপ্পা ঐবু উহুন্দনা ঐনা নখোয়বু ভজনা তৌরিবনি — অতুদা ঐভোন্দা দোষ পীবা চুমদে। ঐগা নখোয়গী মরি'দ তৎনবা য়াত্রবনি। নখোয়না থাওমত্রবা নয়ুম নকৈগী মার থদংকবনি। কাইগী পুক্ত কংহুনসু ঐ নখোয়গী চম্মন শিংবা ওন্নবোইদবনি নখোংগী নিংথিজংবা লমচৎ অংনা নখোয়গী লম্মনশিংবা অমসুং চম্মন কোকপা ওইগনি—কৃষ্ণনা ভাবপীখি।

অসিগুম্নবী গোপীগী লম্মন শিংবা শ্রীগৌরচন্দ্রপ্রভুগী অবতারনি। শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌরগা য়াথলশিং অাস প্রভুদা হাউখি। প্রভুনা ভাবপীখি - ঐ ব্রাহ্মণ নত্তে, নিংথৌসু নত্তে, ক্ষত্রিয় নত্তে, বৈশ্যসু নত্তে, শূদ্রসু নত্তে য়ুম্বানবসু নত্তে, ব্রহ্মচারীসু নত্তে, বানপ্রস্থসু নত্তে, সন্ন্যাসীসু নত্তে ; ঐদি মপুংকানা কোংলবা হুংজোইবা পূম্বনা থল্লবা অমৃত-ঈপাক, গোপীশিংগী মবুঙত্তা, কৃষ্ণ অতুগী মখোং থম্বালগী মনাইগী মনাইনি। ভক্তশিংগী লুচিংবা উদ্ধবনা য়ুম্না থংত্রবা গোপী প্রেমি। মাহাক্না বৃন্দাবন্দা নাপী ওইনা হৌজয়গা গোপীশিংনা নেৎপীসনু নিখি। গোপী প্রেমগী ভরাংবা থাক মাগুম্বা মহাভাগবত বৈষ্ণব লুচিংবতনা থংই। [ শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা রাস শান্নবা লোইরবদা গোপীশিং অতুদা হায়খি — যমুনা য়াংমদা দুর্ব্বাসা মুনি লৈরমগনি,

মাঙোন্দা অথুম অহাও, অচাপোৎ পুরগা পীজরু। য়া অসি তাবদা মাখোয়না চৎথিবদা যমুনানা লম্বী পীব্রবদা চৎপা ওমজন্থনা হল্লক্লগা কৃষ্ণদা তম্নরে' অতুদা অমুক ইবুঙেঙোনা তাকপীখি —কৃষ্ণদি অখণ্ড ব্রহ্মচারীনি — হায়রু অদুগা লম্বী পীরকনি। তাকপীবথু হায়রুবদা লম্বী পীরুহুনা দুর্ব্বাসাদা অচা অথক অহাও অথুম পুম্বা পুহুনা পীজরুরে। অমুক হল্লকপদা লম্বী অথু লৈরমন্ত্রে অতুদা অমুক দুর্ব্বাসাদা হায়রুবদা দুর্ব্বাসাদি করিস্থ চাদে হাংরু তাক্লক্লে অমস্থং অথু হায়রুবদা লম্বী অথু কন্দুনা কৃষ্ণ নাক্তা লাক্লে। কৃষ্ণদি পূম্নমক্লি, অমস্থং পুম্নমক মাঙোন্দনি. মাহাক্তি দশানা মশাগা শান্নবনি, জীব থুদিংগী মপুংদা মাহাক লৈ মাহাক অদুদগী পুম্নমক ওইবা অথুনা অকায় অতোয় থোকহনব। অমাদি অরোন্দ অথুপ থন্নবা কনাগুম্বা নত্রগা গরিগুম্বগী লৈতে অথুনা মাহাক্তি 'অখণ্ড ব্রহ্মচারী' অথু ওইহুনা অথুম লৈ। লৈনা অমাঙ-অশোয় কত্ত-হাওদি পুম্না চাকউহুনস্থ মঙোন্দা অকায়বা অমতা থোকউবা ওমদে। অস্থম্না চৈতন্যদেবস্থ মাহাক্কী মরোন্দ অসিদগী থংবা ওম্বাদি মাহাক কনানো — ব্রাহ্মণরা, ক্ষেত্রিয়রা, বৈশ্যরা শূদ্ররা ককোইবরা পোইদবরা, ব্রহ্মচারীরা য়ুম্বানবরা কনানা হায়গনি কয়ম্না হায়গনি— মশানস্থ ঐ অনতা নত্তে তাকপীরি। অসিস্থ কয়ম লাল্লি হায়গনি! মাহাকস্থ 'অখণ্ড' অথু ওইবনিনা, পূম্না অথুম ওইবনি।

ব্রহ্মঋষি নারদনা মাহাক্কী পুন্সিগী রারী লিবদা মাহাক অখণ্ড ব্রহ্মচারী ব্রত তৌবা অমস্থং অথু কাম্নদনা চৎপা নিপানি হায়। ব্রত অসি তৌবা নিপানা অষ্টাঙ্গমৈথুন মুপীদা পুক্লিং থিংজিনবা পুম্না থাদোকই, — মথকশিং অতুদি (১) মুপীদা পুক্লিং থিংজিনবগী রাথন্দ থনবা (২) মাগী য়া ঙাংবা (৩) মাগা শান্নবা (৪) মাগী অক-কত্তগী য়া ঙাংবা (৫) মাগা অয়োনবা য়া ঙাংনবা (৬)

মাঙোন্দগী মুংঙাইনীংবা (৭) ইন্দ্রিগী মথা পোনবা মঙং কোংবা অমসুং (৮) কল (মচৈ) গা মরি লৈনবা থবক্কী হোৎনবা থবক্তা মশাদা লৈবা নিপাল অসিনি। মাথোয়শিং অসি অংতা চংদনা চংপা নিপা অছুবু 'অখণ্ড ব্রহ্মচারী' কোই।

— স্মরণং কীর্ত্তনং কেলি প্রেক্ষণং গুহ্যভাষণম্।
সঙ্কল্পোঽধ্যবসায়শ্চ ক্রিয়ানিবৃত্তিরেব চ॥

মাঙোন্দগী পুম্নমক ওইবা অমসুং পুম্নমক্তা মাঙোন্দা ওইবা কৃষ্ণদদি মাগী গুণনা মচেৎ ওইগদবা নত্তে—অখণ্ড মচেৎ তাদবা অছু অছুম ওইগনি। অছুংবা চৈতন্যদেবগীন্তু মাংনা কনি ওইংবা পোক্লগা করি ওইনা পোক্লিবনো, করি ওইরকখিনি কনানা থংকম থোকপগে? মাহাক পুম্নমক অছুনি অমদি পুম্নমক অছু অমতা নত্তে। করি হায়রবা বরম্বা হায়বা কাংলুপ্তা মাহাক তিনবনি কমদৌনা হায়গনি।

[ মহাভাগবত — মাহাকী মথরায় বাসুদেবদা লুপ্পা ইন্দ্রিনা পাম্বা পোৎ পুম্বা তায়রকপবা, কামগী থবক পুম্নমক লৈতবা, সং-সার ধর্ম্মদা শুদ্ধংপা পোক্তবা, জীব পুম্নমক মাহনা উবা হংবা, লাতকবা য়াওদবা, মিকুপ অমা কাওবা ভগবান্দগী লৈথোক্তবা মাগী থম্মোইদা ভগবান্না মতম পুম্বা পোংথাবা — মাহাক অছু মহাভাগবতনি।

ভাগবত – লৈংলি পাল্লিবা পুম্বদা ভগবান্বু উবা অদুগা ভগবা-ন্দা পুম্নমক উবা মাহাক থোইদোক হেন্দোকপা ভাগবতনি (উত্তম ভাগবতনি)। হরিবু নিংশিংজহনা লৈবনা হকচাংগী শিবা নাবা থরায়গী অরান্বা, পুক্লিংদা কিবা বৃদ্ধিনা থৌরাংবা অমসুং ইশ্বরনা রাববু সংসারগী ধর্ম্মনি খল্লুনা জ্ঞান মাংদবা মাহাক ভাগবত অথোইবনি ( শ্রেষ্ঠভাগবতনি )।

বৈষ্ণব - মাওোন্দা অপাম্বা লৈতবা অমসুং বাসুদেবনা মাগী অমতা ওাইজবা চংজকম অমসুং মপাজল ওইজবা, পোককম (মানা পোকউবা অছুনা মরম ওইছুনা) মথো অমসুং জাংনা মরম ওই-ছুনা মাওোন্দা চাউথোকপা য়াওদবা, মশাদা, মিংচংতা ঐগী মীগী থন্দবা, জীব থুদিংদা অমতা ওইনা উবা, হংবা, বিশ্বজগংকী মপু ওইনি হায়ছুনসু মাহাক্না হরি চরণদগী মিংচি কাওবা লৈদবা মাহাক অথোইবা বৈষ্ণব ( বৈষ্ণবশ্রেষ্ঠনি ) ]

শ্রীমদ্ভাগবতে - ১০।৪৭।৬১—

আশামহো চরণরেণু যুষামহং স্যাং।
বৃন্দাবনে কিমপি গুল্মলতৌষধীনাম্ ॥
যা দুস্ত্যজং স্বজনমার্য্যপথঞ্চ হিত্বা।
ভেজুর্মুকুন্দপদবীং শ্রুতিভির্বিমৃগ্যাম্।

মশাগী মী থাদোকপা নঙ্গণা আর্য্যপথ (মীওইবগী হৌনবা লমচং) থাদোকপা য়াম্না লুবা অমনি। অওকপনি। অছুবু মাথোয়না পুম্নমক অসি থাদোকনা শ্রুতি শংনা থীননবগী মশক ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম কনবা লম্বীগী ভক্তি সাধনা তৌথিবী মাথোয়গী থুরা উফুলগা শোকথিবী উরি, মোংশোং অমসুং হিদাক পাম্বীশিংগী মনুংদা অমতং ওইজবা ফংজনিংই।

জাং ভেদাভেদনা (থেম্নবা থেম্নদবনা) কম্ননথিছুনা কাম্নরক্লিবা অমসুং ধর্ম্মগী নিংদা থক থা নাইবা ময়ামদগী কনাবগে নীংছুনা গৌরাঙ্গদেবনা শাম্নথিবা লীলানি। অতোনবা জাংনা অরাংবা জাংপু ভম্বীবা অসিনচিংবগী দমক্তা তক্ক ময়াম হায়া অমসুং কোন্না থারকথি। প্রভুনা তাকপীথি — হরিদাস ঠাকুর মহাভাগবত

মকোক্তি। সুমিৎ খুদিং মানা নাম লথা অহুম লৌই। ঐনা নামগী গুণ মাঙোন্দগী ওয়্বনি। মাগী থোজাল্না নামগী গুণ থংজবনি।—

'হরিদাস ঠাকুর মহাভাগবত প্রধান।
দিন প্রতি লয় তিঁহো তিন লক্ষ নাম॥
নামের মহিমা আমি তাঁর ঠাঁই শিখিল।
তাঁহার প্রসাদে নামের মহিমা জানিল''। চৈ, চ,

ঃংহৌদনা প্রভু উদ্দণ্ড নৃত্য হৌগৎখ্রে। প্রভুনা লৈরকপা চোংলকপদা পৃথিবী প্রভুগী খুযাদা রানা নীকুনা থাংলে। মীনা চেনশিনরূপ ভাকুবা পল্লোল অহুম থোক্না থিংলে। অহানবা পল্লোল নিত্যানন্দন চিংলে, অনিশুবা গোবিন্দ, কাশীশ্বরনা অহুগা অহুমশুবনা মনাই মশলগা প্রতাপরুদ্র মহারাজ মশামক্না লৈল্লে। প্রভুগী হকচাংদা অনৌ অনৌবা সাত্ত্বিক বিকার থোরক্লে — অনৌ অনৌবা হকচাং ওনবশুম তৌরে [রোমাঞ্চ (ভু চুংবা) কম্প (নীকপা), স্বেদ (হুমাং শোবা), স্বরভেদ (খো ওনবা) অশ্রু (পিই) বিবর্ণ (কুচু ওনবা) স্তম্ভ (উখোং মুংবশুম লৈবা) অমসুং প্রলয় (হোৎনবা অমসুং জ্ঞাননচিংবা মাংখিবা—অসিশুম্বা অরা মুংলাইবগী কৈভম) সাত্ত্বিকভাব নিপাননা প্রভুদা থোগল্থি। পুন্নমক অসি কৃষ্ণ কাননবগী থোইথিৎপনি। চোংহুনা কোইনা চেন্দুনা পাম্বেম থাজত্রুনা শাবা জগোই উদ্দণ্ড নৃত্যনি। তাণ্ডবসু হায়]

তাণ্ডব জগোই লোইবদা প্রভুনা স্বরূপ দামোদরদা ঈশৈ শকউ হায়রকই। স্বরূপ ভাব তারহুনা শরক্লে —

সেইতো পরাণ নাথ পাইলুঁ।
যাহা লাগি মদন-দহনে ঝুরি গেলুঁ॥—' চৈঃ চ

প্রাণ নাথ অহুবু কাওনবদা কাম্নগী মৈনা চাক্তুনা
শিরুদৌরে, হৌজিক ঐগী থমায়গী মবুক্তেওদো মকম
অসিদা কংলে।

লোল অসি রাধিকাগীনি। কুরুক্ষেত্রদা কৃষ্ণগা উন্নরবদা শ্রীমতী রাধানা খনখ: মাহাক ঐগী প্রাণনাথ অহুমক্তি, থায়নবদা চারুম্বা মৈ উন্নবা অসিদা মুৎপ্রে। রাধাভাব লৌরবা প্রভুনা জগন্নাথ দর্শন তৌবদা ভাব ওন্নবা অমা লাক্লে। অসিদি কুরুক্ষেত্রনি। বৃন্দাবন্দা মিলন অ'স ওইরম্নবদি কো। অহুদগী প্রভুনা চাংদ'মজাই কৈত্রবা শ্লোক অসি শিরুকই —

যঃ কৌমারহরঃ স এবহি বংস্তা এবচৈত্রক্ষপা-
স্তে চোন্মীলিত মালতী স্বরভয়ঃ প্রৌঢ়াঃ কদম্বানিলাঃ।
সাচৈবাস্মি তথাপি তত্র স্বরত ব্যাপার লীলা বিধৌ
রেবা রোধসি বেতসী তরু তলে চেতঃ সমুৎকণ্ঠতে ॥—
পদ্যাবল্যাং।

ঐগী ইনথৎলকপা হুণানবদো ঐগী বর (নিপা) নি, অম্নুম্না লমদা থাগী অহিং পুম্বা ফুগাইনা শাৎলবী মালতী লৈগী মুংশিবা মনম পুবা, ওপ্না শিৎপা মুংজাইবা পীবা কদম্ববনগী মুংশিৎ অহুগুম্বনি, ঐ অহুম্ন লৈরে অহুমক্তুদা রেবা তুরেল মপান্দা বিপাস্বীগী মথাদা শান্নখিবা, মিলন ওইখিবা অহুগী দমক ঐগী থরায়না খোংহংজি

মরমদি—মিলন ওইরবমক্তুদা খীরাংবদি—মুমগী ফক্লাং মরিগী মসুংদা য়ৈথাই থিনগাই কৈতনা মিলন ওইবদা হুরানবা প্রেমগী মথোইকাবা অহুদি য়াওত্রে মীম্ন ঐখোয় অনি অহুনি অংদা মকমদি ওন্নরে, অকোইবদা লৈরিবা মওংমু খেন্নরে অহুনা মুংজাইবগী সুর থাক অহু য়োবা ওমদবনা মহাও হন্নরে।

রাধাভাবনা পুথিবা অহুদা প্রভুনা রাধা ওইনা শ্লোক অসি

তোইনা থিরকই সথীদা হায়বগুম। ঐস্তু রাধা অস্থুনি লৈরিবসি অস্থুগা কৃষ্ণস্থ লৈরে, ঐখোয়গী মিলনস্থ ওইরে। কুরুক্ষেত্রদা মিলন ওইবা অসিনা প্রংঙাইবদো — বৃন্দাবন্দা চিক্লা, চিক্লবা মকমদা নিকুঞ্জদা ঐথোক্না প্রেমগী শান্নবদো অস্থুতবু ঐগী থম্মোইনা খোরা লিবা, নিকুঞ্জগী লৈপাক য়োনা চোম্বরবা লি মখানা কোইশিনবগী অচিকপা মকমগী প্রুংঙাইবা কুরুক্ষেত্র মিলন অসিনা পীবা ঙমদবননি।—

"সেই তুমি সেই আমি সে নবসঙ্গম।
তথাপি আমার মন হরে বৃন্দাবন॥"

নংনিসি ঐনিসি অসিনা অনৌবা মিলন্নি।
অস্থুবু ঐগী পুক্লিং বৃন্দাবন্না হুন্নাল্লি।

নং অসিদা লৈরে, মকম অসি মীগী বন ওইরে, শগোল শামু খোলাই মখোলনা থল্লে নং অসিদা রাজবেশ নিংথৌ ফিজোল শেৎলে খুজু খুৎল্লাই মখল কয়ানা ইম্মনা লৈরে। মাসিদা ঐগী পুক্লিং লুপ্পু য়াদ্রে। ঐগীদি বৃন্দাবন্না স্বর্গনি, লাইরৈবাক পুম্বগী অথোইবনি। মাস্থদা মীগী বন লৈত্রবস্থু লৈগী বন লৈ। শগোল শামু লৈতসস্থু, খোইমু কোকিল লৈ। খুজু খুৎকাইগী মখোলদগী নংগী বাঁশিদগী থোক্লকপা মখোল্লা কয়া হেন্না মুংশিপ্রবনো। রাজবেশনা ঐঙোন্দা করি তৌননি? নংগী মণি মুক্তা অমদি নিংথৌগী লুহুপ অস্থুনা করি কান্নগনি। বৃন্দাবন্দা নংনা কয়া নিংথিনা বনগী লৈনা লৈতেংবা, লাইবক্তা, লাইবক মতাইদা অলকা তিলকা অস্থুনা কয়া হেন্না নিংথিজপ্রে। [ চুবা মতাইদা খোইখোইনা শম শেন্নগা চন্দন্না কোইনা নপ্পবু অলকা-তিলকা কৌই।] ঐদি ঐশ্বর্য্য —মতিক মঙল পাম্বদে, মাধুর্য্য — থুন্নবা অস্থুতনি ঐনা হেন্না পাম-

পামজরবা। মকম অসিদদি মুংঙাইবা অহুগী মচেৎ অমা কাওবা য়াওদে। অহুনা ঐবু বৃন্দাবন্দা পুহুনা চৎলো। ব্রজতনা ঐগী য়ুম্মি, অহুগা নংনা ব্রজগী থরায়নি।

কুরুক্ষেত্রদা অচিকপা মকমদা কৃষ্ণনা গোপীশিংগা উন্নবদা মাখোয়না মুংঙাইজবা শিংথানিংঙাই লৈতে। মাখোয়না মিৎকুপ্তনা কৃষ্ণবু য়েংজ-নিংঙি, মিৎনদি কুপকস্নু য়াদে। মিৎ শাবা বিধাতাবু মাখোয়না তাথি অমস্নুং থিনা-চৈথি। অসিদা পেম্রহনা মিৎনা কৃষ্ণবু থম্মোইদা চীংশিন্দুনা চেৎনা কোন্দুনা লৈবগী ভাবনা মাখোয়বু শুক্কৎলে।

মপুক্লিংদা চীংনরবা কৃষ্ণনা হংকলই—নখোয়না ঐবু নিংশিং-লিবরা, ঐ নখোয়গী থম্মোইগী কাচিন্দা মকম থরদং পীরিবরা? তৌবিমল থংদবনি হায়হুনা তুকচল্লিব্রা? ভগবান্না জীবশিংবু অমুক নকশিন্নহল্লি, অমুক লাপথোক্লহল্লি - মাসি মাগী লীলানি। মুংশিংনা লৈচিন, নাপীশিঙনা, লশিং, তেরানচিংববু পুন্নপ অমুক থোম্জিন্নপা অমুক চাইথাইহনা পুথিবগুম্বনি। অহুম্না ভগবান্না ঐবু নখোয়দগী শেন্তোক্নুনা লাপ্পা পুথোকপনি। অহুদা ঐবু ভগবান্নি হায়রগনা করিস্ন হায়নিংঙাই লৈতে, ঐগোন্দা ভক্তি লৈয়গদি অমৃত-দো অহুম ফংগনি। নখোয়না ঐবু চানবা কয়ামুক কনপ্রবগে হায়রবু ঐবু নখোয়না অরাপ্পদগী ননাক্তা লায়না চীংশিনবা গুম্মি। নখোয়গী থম্মোইদা চেৎনা থম্মিবা ভগবান্ অদো নখোয়গী নাক্তগী লেংজ্রবনি, তাকপী।

অহুদা ঐখোয় য়ুম্বানবীনি, সংসার হায়রবদি য়ুম্বানবগী কোমদা তারবীনি—অহুগা লান্নবা বৃন্দাবন্দা ইয়ুম্মি — হায়না গোপীশিংনা খুম্নে।

কৃষ্ণনা সংসার কোম অহুদগী কাথৎনবগী লম্বীদি ঐনি হায়রে।

গোপীশিংনা হায় — থংই! অহুনা ইবুঙো পুমমক থংবা ভগবান্, নংগী খুয়া থম্বাল ঐখোয়গী থম্মোইদা ভানবিয়সন্নু।

অহু ওইবসনু। অহুনা যুম্বানবগী নখোয়গী কোমদি কদাই, যুম কৈ, ইমুং মনুং, ধর্ম্ম কর্ম্ম, ঐগী দমক পুমথা থাদহুনা মমল য়াওদনা মীনাই ওইরবীশিংনি।

—'দেহস্মৃতি নাহি যার সংসার কূপ কাঁহা তা'র ?—' মশা লৈ কাউরবা মাগী সংসার কোম কদাই? নখোয়দি করিগুম্বদা নখোয়গী মুংঙাইবা পামজরবীনি, ঐগী মুংঙাইবতনি নখোয়না পাম্বা।

'চৎলো, অহুননি বৃন্দাবন্দা হন্নসি হায়রিবা। অহুনা নং ইলায় লায়বা ভাব অমসুং চীংনদনা মুংঙাইবা কংগনি। ঐখোয়না বৃন্দাবন, বৃন্দাবন লাউরিবা যুম্বানলোন্দা পুক্নিং চংবগী দমক নত্তে, নংগী দমক্তনি। থম্বনা য়েংউ মায়কৈ মরি য়েংউ, অসিদদি অথিংবা কয়া লৈখ্রে, চীংনবা কয়া লৈখ্রে, কয়াদা য়েংশিন্নখ্রে। অহুগা বৃন্দাবন্দনা পুম্না শেংলবা থরায়, পুমহাং হাংবা অকোম্বা মচৎনি। নীংথৃংনা সেবা তৌনবনি। চৎলসি অহুনা বৃন্দাবন্দ — গোপী-শিংগী শেংলবা প্রেম অনুরাগ কৃষ্ণমক্তা কয়া পনগ্রবানি। ব্রজগী প্রেম অসিনি প্রভুনা ঐ নত্তবা কনা পীবা ঙমদে তাকপীরিবা।

প্রভুগী থোজাঙ মপাল নাইদবনি। মনাই প্রতাপরুদ্রগী মায়-কৈরোমদা জগোই শানা শানা চংশিল্লকপা প্রেমা জ্ঞান মাংখিহুনা তুগদবগী মওং ওইখ্রে—নিংথৌ প্রতাপরুদ্র প্রভুবু পায়খি। নিংথৌগা হাংবদি লল থুমগী ওইরিবা, সম্পত্তি পূর্ণ মপু অহুগা সন্ন্যাসীনা উরবা, শোক্লবা য়াদে। মপান্দা জ্ঞান মাংশিন্নহুনা কৃপা পীবিখি। প্রতাপরুদ্র মথবায় রারে —প্রভুনা খংলক্লগা করি থোক্লক্লগদগে থনবদা মাহাক রাবগী ঙমখৈ খংখিদে। সার্ব্বভৌমনা থামখি—প্রভুনা চানখিরবনি, করিমত্তা রাবিগনু।

প্রভুগী মপানগী জ্ঞান হেক লাকপদা 'লল থুম্না' শোক্লে হায়হুনা লাউবকপা তাবদা সার্ব্বভৌমগী পাউতাক্তগী নিংথৌ রাজ-

বেশ হোংদোকুনা বৈষ্ণব বেশ হোংলুরে। মসুং মপান নাইনা চৎলিবা প্রভুনি মপান্দা উৎপনি, থৌজালদি নিংথৌবু লৌখৎত্রে। জগন্নাথগী ভোগ মতম ওইছুনা ইলাং লাংথরে। মতম অসিদা ভক্তগী পাউতাক ইন্না নিংথৌনা প্রভুগী থুয়াদা কমছুনা প্রভুগী খোং নোইখ্রে — প্রভু প্রেম লাকুনা মাই লুকথনা চেপ্তুনা লৈরে, খোং নোইরিদি খংই। নিংথৌদি খোং নোইবদা নত্রে রাসলীলাগী শ্লোকশিং খীছুনা প্রভুদা থৌগল্লে। হায়খো, হায়খো হায়তুনা হবাওনা হায়রক্লে। অছুদগী নিংথৌনা মথং মথং তোইনা থিরপা শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০।৩ ৯ শ্লোক খীরক্লে

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভিরীড়িতং কল্মষাপহম্।
শ্রবণমঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ॥

চাকুবা মীগী হিংনবা ওইবা, পূন্নমক খংবশিংনসু লুবা তৌবা, পাপ মাংহনবা, তাবদা মঙ্গল পীবা, পূন্নমক্তগী থোইদোক হেন্দোকপা, সংসার পূন্নমক্তা শিনথুংনা লৈবা অমৃতগী মশক ওইবা নংগী য়াবু শোগ্রবশিংনা নীংজবা পূন্নমক কংজে

প্রভুনা পেনথছুনা ঐগী কার লৈজদে হায়না চেংনা আলিঙ্গন তৌবিখি। অছুনা কৃপানা যন্ত্রী (অখোংবা মী) ভগবান্না যন্ত্র (খোংনবতা) ওই হন্দকী প্রেমগী অবতার অসিদা। ভগবান্ থৌজালগী মপু নত্রে অবতার অসিদা থৌজালগী মথা পোল্লে।

শ্রীজগন্নাথ মন্দির তান্না চল্লক্লে। মন্দির লেংশিনবদা পট্টডোরি (রেশমগী থৌরি) অমা তৎলে। অছু উবদা প্রভু মুংঙাইত্রছুনা কুলীনগ্রামগী জমিদার সত্যরাজখান অমসুং রমানন্দ বসু মাখোয় অনিদা প্রভুনা চহি খুদিং নখোয়না পট্টডোরি শেমছুনা পুরক্কদবনি অছুগা মাসি নখোয়গী পুন্সিগী নখৌ ওইরগদবনি তাকপীখি।

মাথোর অনি হয়াওবনা লুতোন কাথরে। অদুগা অতৎপা ভোরি অসি পুখ্রো হায়দুনা পীরে। নথোয়না পুরকপা ভোরি অসিদগী হেন্না কনগদবনি। মুর্ত্তি তরা থোক্না অনন্তদেবনা কৃষ্ণ সেবা তৌই —পে(ছত্র), চামর, খুরুম (খোংউপ), সঙ্গাই (য়ুম), আসন, (ফিদা) শয্যা (ফমুং) মোন, ফিজোল, নগুণ অমসুং পোথাকম (উপবন) অসিসু তাকপাখি।

রথ যাত্রাদা শ্রীজগন্নাথনা লক্ষ্মী পুদবা করিননো হংলকপদা স্বরূপ দামোদরনা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকখি। রথযাত্রা লীলা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদগী বৃন্দাবন লেংবগী লীলানি। সুন্দরাচলদা শায়রুরিবা লীলা অদু বৃন্দাবন লীলানি। বৃন্দাবন লীলা অদুদা লক্ষ্মীগী মফম লৈতে করিগী লৈতে ?

বৃন্দাবন্দি ঐশ্বয্য করিমতা য়াওদবা মাধুয্যগী মফম। মাধু-র্য্যবু পুন্না খুদুম চনবী ব্রজগোপীতনি, লক্ষ্মীনা নত্তে। লক্ষ্মীদদি ঐশ্বর্য্যনা পুন্না য়োম্নিবনি। বৃন্দাবন্দদা ঐশ্বয্য মাধুয্যগী য়াথং ইন-বীনি। লক্ষ্মীদি দেবীনিনা মথা পোনবদু য়ানিংদে। মাহাক বৈকুণ্ঠগী মবেম্মনি। বৃন্দাবন লীলাদা মাগী করিগুম্বা শরুক অমতা লৈতে। কৃষ্ণঅঙ্গগা মরি লৈনবীসু ওইসনু, থবাক্তা ভান্থোইবীসু ওইসনু —মাহাক্তি লীলা অসিদা য়াওবা যাত্রবীনি। মরমদি মাহাক অথোঙ্গ-বীনি, ঐশ্বর্য্যদা তোংবীনি। লক্ষ্মীদা গোপী প্রেমবিলাস য়াওদবনি। মাহাক্তা মশাতদা কৃষ্ণগী মঙ্গল পাম্মি—গোপী তুংইনবী নত্তে,ওইদুনা ভজন তৌদে। গোপী হকচাং মানা পামদে, গোপী মতৌ তম্মিংদে। অদুনা কৃষ্ণগী মুংশিনবী ওইদুনসু লক্ষ্মীনা রাস য়াওবা ফংদে করিনা রাণী বৈকুণ্ঠেশ্বরী ওইরগা হেক্তা য়াবা নত্তে। থবাক্তা লৈতেংলগদা য়াবা নত্তে, শ্রীচরণগী মনাইসু ওইগদবনি।

বৃন্দাবন লীলাগী মতেং ব্রজগোপীনি। মাদি কৃষ্ণ হুংঙাই-রবতদা হুংঙাই। মাগী প্রেমদা অপাম্বা, অনীংবা, থোঙ্গবা য়াওদে। মানা পেনবাদ কৃষ্ণ হুংঙাইবা অত্তগী মশক অহুবুনি। হায়রবদি—

'নিজেন্দ্রিয় সুখবাঞ্ছা নাহি গোপীকার।
কৃষ্ণে সুখ দিতে করে সঙ্গম বিহার॥'
মশাবু পেন্নবা পামদবী গোপীনি।
কৃষ্ণ হুংঙাইনবা অঙ্গসেবা চংবীনি॥

অহুনা - ' বৃন্দাবন ক্রীয়ায় সহায় গোপীগণ।
গোপীগণ বিনা কৃষ্ণের হরিতে নারে মন।'
গোপীশিংনা মতেংনি বৃন্দাবন লীলাদা।
গোপীশিং নত্তনা ওমদে কৃষ্ণ পূর্ক্তি হুবদা।

কৃষ্ণগা হুংশিনবী রূপী মথুম অহুম্নি। লক্ষী, রাণী অমসুং গোপীকা। লক্ষ্মীশিংনা পরব্যোমদা, নৈমাকোনগী ইবেম্মশিংনা দ্বারকা, মথুরাদা অমসুং গোপীকাশিংনা বৃন্দাবনদা, মাখোয় মাখোয়গী মকম্নি অহুগা ব্রজ ইবেম্মশিংদ কান্তা অথোইবীশিংনি। মাখোয়গীদি খাকপা নাইদনা হৈদোক্লবীশিংনি। মাখোয়দি হুংশিবা অহুদা কয়া লুপথ্রবগে হায়নবু মশা হিংলি হায়রবা কাওবা কাউথোকই। পরব্যোমদা ঐশ্বর্য্যগী মকোন্নি, দ্বারকা মথুরাদা মাধুর্য্য লৈরবসু ঐশ্বর্য্যনা হেংশিল্লি অহুগা ব্রজদদি শুপ্পা মাধুর্য্যথক্কনি। [পর ব্যাম—মাসি মহাবৈকুণ্ঠনি। শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা ভগবংকি মশক ওইবনচিংবগী মকমাশং পুল্লপ্পা পুনশিল্লগা চাউরাক্লা পরব্যোম হায়না থোল্লি। পরব্যোম শ্রীকৃষ্ণগীদগী নেমথনা লৈ। মাসগী মপুনা শ্রীনারায়ণনি। মসিহাক শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসরূপনি। ভগবান্গী প্রকাশ অমসুং বিলাস হায়না থংবা মশা কোংবা রূপ অনিনি। মশক, মওং অমসুং গুণ অমসুং লীলাদা চপ মান্নবা রূপ অমতা ওইনা মূর্ত্তি অহুমতনা মতম অমতদা, মকম অতোপ অতোপ্পদা

লৈবা অহুবু প্রকাশ কৌই। অহুগা মুর্ত্তি অমতনা লীলাগী দমক মওং অতোপ্পা ওইবা অদুগা শক্তিদদি ওইরককম (মুল) অদুগা অঙ্গা ওইনা তৌবা অহুনা বিলাসনি। দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণনা লৈমা লিশিং তরাতরুক রূপ অমতনা মতম অমতদা মকম অতোপ অতোপ্পদা লুহোংখিবা অমসুং মেরাগী মহারাসতা কৃষ্ণনা গোপী অমমমগা মশিং শুননা রূপ অমতনা লেপ্তুনা রাস শান্নখিবা মহু প্রকাশনি অদুগা বলরাম, পরব্যোমগী মপু শ্রীনারায়ণ অমসুং দ্বারকাগী চতুর্ব্যূহ (বাসুদেব, সংকর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ) মাখোয় কৃষ্ণগী বিলাস ওইক'ন অহুনা পরব্যোমগী শ্রীনারায়ণ শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস মূর্ত্তিনি। পরব্রহ্ম – মূর্ত্তি অমতন মূর্ত্তি ময়া'ম ওইবা মাহাক অমদি মূর্ত্তি ময়াম্না অমতা ওইবা মাহাক পরব্রহ্মনি। 'একোঽপি সন্ যো বহুধা বিভাতি' (গোপাল তাপণী)। 'বহু মূর্ত্ত্যেক মূর্ত্তিকম্' (ভাগবত ১০৪০৭)। পরতত্ত্ব – খ্বাইদগী হেনবা মরম, মাচ ওইবা মশক অদু পরতত্ত্বনি পর খ্বাইদগী হেনবা (তত্ত্ব মচি, হায়বদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ।)]

গোপী ময়াম হা'যববু শ্রীরাধানি। কান্তা হা'ধবাদ মুপী মশিং য়ামজ্রবদি রস মপু' কাদে মচু কয়ানা, শাথেক কয়ানা, মওং মচৎ কয়ানা রস হেন্নবগী মচাক্লি। কান্তা ময়াম নত্তনা রস শাৎকাইদে। লীলাগী মতেং ওইনবা যাম্না থোকপনি –

বহু কান্তা বিনা নহে রসের উল্লাস।
লীলার সহায় লাগি বহুত প্রকাশ॥
কান্তা ময়াম নত্তনা রস শাৎকাদে।
লীলা মতেংগী ময়াম ওইদবা য়াদে।

কান্তাশিং অসি মথল মখলনি। কনানা ইংই, কনানা ঈশৌ লাংই, কনানা ওাংবা তাদে, কনানা মচিল কল্লি, কনানা চৌংলেন্মি।

কনা কনানা মীচংলি, কনা কনানা মাম্নয়োক্নবীনি। কনা কনানা মরল্পি, কনা কনানা মরল্লাইনি। অসুম্না মখল মখলগী অসিল্লা রস হেন্‌ন্হল্লি। খুদম্,—ভগোই শাবিনবা মল্লামগী ভগোই অমু রাসনি। অনিতা কনা উদনবা শাবা ভগোই রাস ওইরবদি মশানা রস অহুম রাংলে। কৃষ্ণনা মদনগী অচাউরম হাংপনি অদুগা গোপীশিং-না কৃষ্ণনা থনবী, কৃষ্ণগী মশক্তি। হ্লাদিনী শক্তিনি। কৃষ্ণনা নুংঙাইরবতদা, পেল্লবতদা গোপীগী খোংকাপ লোইকল্লি।

লক্ষ্মীগী 'মান' অমুক য়েংসি। [ মান — তোঙান্না নত্তগা পুন্না লৈবগা মশা মশা য়াম্না চান্নবা নায়ক নায়িকানা পামজবা মতুং ইন্না উন্নবা, আলিঙ্গন (কোম্নবা) তৌননিংববু কাম্নহনবা মওং অদুবু মান কৌই। মাসিদা পুক্নিং চংদবা, চীংনবা, শাওবা' চল্লাংনবা, খোঙবা, মল্লাল থিবা, রা লোৎপা, রাবা অমসুং রাখল অসিনচিংবা য়াওই মাসিদা নুংশিবদগী ঐগীনি খনবনা হেল্লি। অদুনা মসুংগী ভাব লোত্তুনা তৌশিল্লবা অশাউবা উৎপদা কৃষ্ণগী নুংঙাইনবা মরম ওই।] মাহাক্কী মাননা মওং অনৌবা অমনি। মাগীদি অশাউ-বানি। মাননা অথুর্বানি, অশাওবনা অল্লাকপনি, অশাবনি খুদম্না পারিজাৎকী রাথোক। স্বর্গদগী নাম্নদনা পারিজাৎ পুরক্তুনা কৃষ্ণনা কংলে, কৃষ্ণনা রুক্মিণীদা পীরে। অদুদা ঐবু মাগী থাইদগী লুনা তৌ-বীনি, অচানবী রাণীনি মাচন্নদি হায় অদুগা পারিজাৎ পুরক্তপনা রুক্মিণীদা পী। রুক্মিণীদনা হেন্না খোইদাবা ভাক্রে। অদুম্না মমাল্ল মক-শিল্লা তুমিল্লা লৈরে। মাসিদি শাউবতবু নত্তে, মীনা নুংঙাইবদা থবায় চাকপা, কলঙ্ক-য়েংথিবা ওইরে, হায়বদি ঈর্ষ্যা (ঈর্ষ) ওইরে। অদুনা মান অসি ঈর্ষ্যা মান মরম লৈবা, কল পান্বা অপান্বা লৈবা 'সহেতুক' মাননি। অদুগা গোপীমাননা কল পান্বা নত্তবা 'অহেতুক' মাননি। মানগী মসুংদা চোল্লবা রাগী মরমদা মহাপ্রভুনা মাহাক্কী শ্লোক অমদা অসুম্না হায়রম্মি।

'আশ্লিষ্য বা পাদরতাং পিনষ্টু মামদর্শনান্ মর্মহতাং করোতু বা
যথা তথা বা বিদধাতু লম্পটো মৎপ্রাণনাথস্তু স এব নাপরঃ ॥'

অসিগী মরু ওইবা অর্থদি— শ্রীমতীনা হায়, মানা হেক ওয়-
জবা মথৈ হুপী য়াম্না পাম্বা, ওকুবা অসিনা অৱাবা পীজসনু, মাহাক
সী থৱায়গী মবুঙেঙানি, অনিগুবা অমা ঐগী লৈতে।

কৃষ্ণনা রাধিকাগী কুঞ্জদা লাক্রুপা চন্দ্রাবলীগীদা লেংঙ্গে, অদুদা রাধাগী মান ওইঙ্গে। অদুদা মান অসিদি চন্দ্রাবলীগী মরাইবক কবদা কল্লকপা মান—ঐর্ষ্যা মান নত্তে, চন্দ্রাবলীনা কৃষ্ণবু নীংবা, থুংহল্লা সেবা তৌবা অমসুং মুংঙাইবা পীবা ঙম্মোই হায়না চীংনবগী মাননি। মান অসিদি মপা লৈত্রবীনি। রসকী পুকৈনি। থাইদগী শেংলবা প্রেমবু ফোংবনি। গোপীমানগী ভুরেল ঈচেল চামা কাংবীনি। মখল মথাগী রসগী ঈচেল য়াওবীনি।

স্বরূপ গোস্বামীনা চথরকই—প্রেম মখল অহুম্নি— মন্দ, মধ্য, প্রৌঢ়া। মন্দ প্রেমদা কাউরুবা, পুক্নিং চোইরুবা য়াওই। রারবস্থ কায়নবা অদু থাংবা য়াবা প্রেম অদু মধ্যনি, অদুগা কায়নবা অদুদা থাংবা ঙমদ্রবা প্রেম অদুনা পৌঢ়ানি। ব্রজদা মধ্য অমসুং প্রৌঢ়া লৈ মন্দদি লৈতে।

মানদা নায়িকা ধীরা, অধীরা, ধীরাধীরা হায়না মখল অহুম থোকই। মানদি তৌরগা নায়ক অতনা লাকপা অরাপ্পদগী উরগা কক্কম থাদোক্তুনা হোৌগৎপা, মনাক য়োৌরক্লগা ফিদা থাবা, মপুক্তা শাওরবস্থ মচিন্দা খোইহি তৈবা, আলিঙ্গন তৌগে চংলক্লবস্থ তৌহনবা, কাগি জুগাই তৌরবস্থ অদুম খুম্বা নায়িকা অদু ধীরানি। আধীরাদি করম তৌবগে হায়রবু নায়ক অদুবু ওৎ-নৈ, চৈ করিগুম্বদা লৈপরেং ১ কাওবা পুল্লি। ধীরাধীরাদনা করিগুম্বদা মগুণ শকই, করিগুম্বদা নিন্দা তৌই, করিগুম্বদা ওয় তৈনবা ভাংই, পুক্নিং থিংজিন্দে।

নাকুল অমদগী যেংলগা নায়িকা মুগ্ধা, মধ্যা অমসুং প্রগল্ভা ওই। মুগ্ধা মানদা মমায় খুমজিন্দুনা কপই, নায়ক অহুনা হায়জগা হয়াউই। মধ্যদা করিগুম্বদা থোংলি করিগুম্বদা ক্রং ক্রং লাউই। অহুগা প্রগলভাদনা ভাবনা থোরকপা থংহোদবা মচিন্নগী থোরকপদা হায়বা ওং-নৈবা মওং ওই। করিগুম্বদা সম্ভোগকী মমমদম্ম পুক্নিং চংদবা প্রগল্ভানি।

নায়িকাশিংগী ভাব অহুম্মা উংপা মওং লৈ। প্রখরা, সমা অহুগা মৃদু। মাগী মরা ককপা য়াদবী অদু প্রখরানি। মরা ককপা য়াবী অমসুং য়াদবী অনিমক লৈবা অহুনা সমানি। মানা ওাবো ককপা য়াবী অহুনা মৃদুনি।

মা মানা ওইজবা ভাব ভাব অহুগী নায়িকা ওইজসম্ম গোপীগী মচংতি লোয় চেন্নবনি। মশাগী মুংঙাইবা পাম্বা অমদি থৌরুবগী লোয় চংজবী গোপীশিংনি। অহুনা ভক্ত প্রেমগী মথা পোমবা প্রেমগী হকচাংনা য়োম্লবা কৃষ্ণদো গোপীকাগী শেংলবা প্রেম অসিগী রসনা থোংবাল্লবী হকচাংগী রস চুম্নদো কৃষ্ণনা হয়াওই। অদুদা প্রভুনা হায়য়ু, হায়য়ু হায়না দামোদরবু থৌজিন্নরে।

গোপীশিং অসিগী মবেম্মনা শ্রীরাধিকানি। শেংলবা মেংলবা লংলবা রসগী পেরেনি। অধিরূঢ় মহাভাবনা ওত্তনা থৌগনবী রাধাগী প্রেমি। তরারক হয়া ফংদোংলবা সনানি। অনুরাগনা অরোইবা ওমথৈগী অরোইবা মভাই কাওবা শন্দোপ্রবদি মহাভাব হায়না থোনখ্রে। মহাভাবকী অধিরূঢ় মওংনা মিংকুপ্পদা মতম থররদং অহু দর্শন কংদবা থাংওমদে। কল্প অমা চুপ্পা মিলন ওইরবস্ম ভাহাক্তনি খল্লি অহুগা কায়নবদা মিকুপ অমবু লোইবা লাইরবা মতম্মি খল্লি। নায়কা মুংঙাইবা মতমদা অকায় অভোই করি লাক্কদগে খল্লুনা রাই অহুগা মশাগী অরা মুংঙাইজবী য়ানা

পূরুকাউ কাউথোকই। শ্রীমতী রাধিকাগী অধিরূঢ় মহাভাব অসিনা ওই। মাসিদা কয়ামুক শেংবগে হায়রবু মৈদা তরায়রক হয়া কুদোংলবা সনাগুম অমোংপা পক্রবীনি। মাগী হায়রবু কৃষ্ণনা নুংঙাইবদা নুংঙাইজবীনি।

রাধা থংহৌদনা কৃষ্ণদর্শন ফংলগা ভাব ময়াম্মা কিজোল ওইহনা নিংথিথংলকপীনি। হৌরকইবা ভাবশিংনা মৌঘ্য, চকিত, ললিত, বিলাস, কুট্টমিত, বিব্বোক, মোট্টায়িত, কিলকিঞ্চিতনি। থংলবস্থ থংশিন্নদনা হংবর মৌঘ্য কৌই। নুংশিথোইবা অতুগী মনাক্তা কীনবা করিগুম্বা অমতা লৈত্রবস্থ য়াম্মা কৈবা মালহন্দুনা উৎপা ভাব অহনা চকিতনি। হকচাং লৈতেংবগী ভঙ্গিদা নিংথিজবা উৎলকপনা ললিতনি। নুংশিবগা থেংনববদা মিংতা মাইথোংদা নুংঙাইবগী নোংথাং লাকপা অত্তবুনা বিলাস কৌই। হকচাং শোকপদা থম্মোইদা নুংঙাইরবস্থ রাহনবগী ভাব উত্তুনা শাওনা থনদোকপা (যাদবা) অহনা কুট্টমিত মমিংনি। নুপাদা নত্রগা নুপানা পীবা মনা মথুমদা থৌশাদবা উৎপা অহনা বিব্বোক কৌই। কান্ত (নুপা) গী রা তাবদা নত্রগা মপান্দা রারিবা অহ থম্মোইগী লেংদ্রবা নুংঙাইবনা কুমগা থম্নবগী হোৎনবনা মোট্টায়িতনি। হরাওবদা থোঙ্গবা, অপাম্বা, কপ্পা নোকপা, য়েংথিবা, কীবা অমস্তুং শাওবা ভাব তরেৎ অসি অমুক্তদা পুন্না হৌরক্লবদি কিলকিঞ্চিত ওই।

শ্রীমতী রাধাগী কিলকিঞ্চিতনা লৈতেংলবা মায়থোং অহ উবদা কৃষ্ণনা নুংঙাইবা সঙ্গমদা নুংঙাইবা অতুগী শকক কোটিরক হেন্না নুংঙাই অমস্তুং শককম অদো তাক্লবা লোল লৈতে। মায়থোং অসি রাধাতদা ওইবনি, 'পূর্ণতম' হ্লাদিনী শক্তি ব্রজেশ্বরী কৃষ্ণপ্রেমা মাহাকী হকচাং ওইবী মাঙোত্তদা ওইবনি।

অসি তাবদা ফাগি ওইনা শ্রীবাসনা হায়রকই 'করি মওংনো জগন্নাথনা তৌরিবা অসিবো? বৃন্দাবনগী লল থুমগী পোৎশকপু করি করিনো? লম অতুগী হায়ববু লৈ, উনা, উরি, মনা অনৌবা মতোল, চীংলৈপাক অতুগা য়াহোংমতু। কনানা অতুদা নীলাচল থাদোক্তুনা চৎনিংবা হৌনবগে? অসিদনি, অসি থনবদনি লক্ষ্মীনা থোইশাওরিবা। জগন্নাথগী মহাও থংনবগী পাঙল অমুক শোন-জিবা করিননো? মাহাকপু লংনেগদবগী দমক মাগী ঐশ্বর্য্য, মরল মথুম সম্পত্তি পূম্নমক পুথোক্তুনা পৈত্থনা উৎলিবা অসিনি লক্ষ্মীনা। ঐবু থাদোক্তুনা মদা চৎশারিবনো মানা! অসিগী মথক্তা নংগী গোপীশিংদি করি করি তৌই? যঙোম ভৌই, শঙোম অকম্বা মাথা চিংই তো, ঐগী লক্ষ্মী ঠাকুরাণীসে য়েংউ, মণিগী সিংহাসনদা রাণী ওইনা ফম্মিবা অসিনি।'

> 'দুগ্ধ আউতে দধি মথে তোমার গোপীগণে।
> আমার ঠাকুরাণী বৈসে রত্ন সিংহাসনে।
> ঘঙোম ভৌই, মাথা চিংই গোপীশিং নংগী।
> মণি তাংবলদা ফম্মি ঠাকুরাণী ঐগী॥

দামোদরনা খুমকই — বৃন্দাবনদা মশানা লৈজরবা সম্পদ (সম্পত্তি) ঈপাক লৈরিবা অদুগী দ্বারকা বৈকুণ্ঠদা মরিক অমমম-তনি। বৃন্দাবনদা কৃষ্ণকান্তা—ইবেম্মশিং মরল মথুমা নিংথাইরবী লক্ষ্মী ওাক্তনি। কান্তনা—মবুঙেত্তানা মুপা পূম্নমক্তগী থোইদোক্লবা ভগবান্ কৃষ্ণনি। মাগী লৈফমদা লল লৈবা বৃন্দাবন ধাম্নি। লম অতুগী উ পূম্নমক কল্পবৃক্ষ—নীংবতা পীবা উওাক্নি, ষণ পূম্নমক্না কাম-ধেনু ওাক্নি। লৈপাক্তা চিন্তামণিগী মশক্নি, মণিনা লৈতেংনি, (চিন্তামণি নীংবতদা পূম্নমক থুংহনবা মণি), ঈশিংনা অমৃত পৈত্থনা থবওঙনি। মকম অতুদা ভাংন-খোৎনবা পুম্না লাইরৈপাক্তা

ঊৈশোনি। চথোকলকপনা লগোইনি। কল্পবৃক্ষশিং অদো মাথোঙ্গী বনগী মরম্রি। চিন্তামণিগী লৈপাক অহুনা মণিগী লৈতেংনি, চিন্তামণিশিংনা মানাই ওইনা চরণ লৈতেই। লৈ উ:হ নত্তনা কল্পবৃক্ষ অতোপ্পা লল পামদে। মশিং থংত্রবা কামধেনুনা মকম অহুগী বন বন্দা চাই—ম.ঙামতা মপীই লগ, অতৈ থদে। চিদানন্দগী মঙালনা মুমিং থা ওইহনা মকম অহুদা মূর্ত্তি ওইনা লৈবনি। মকম অহুগী লক্ষ্মীশিং লক্ষ্মীগী গুণ পূম্নমকপু ওম্বীনি। কৃষ্ণগী বংশী অহুনা সখীগী থবক তৌই। ( পাউ চথোক চংশিন মকম মতম থংহল্লি)। চিদানন্দ মাথোরগী চিন্তাঙ্কি মাথোরগী মহাও চুপকম্নি। হায়বদি—

বৃন্দাবনে সাহজিক যে সম্পদ সিন্ধু।
দ্বারকা বৈকুণ্ঠ সম্পদ তার এক বিন্দু॥
পরম পুরুষোত্তম স্বয়ং ভগবান্।
কৃষ্ণ যাহাঁ ধনী তাঁহা বৃন্দাবন ধাম॥
চিন্তামণিময়-ভূমি রত্নের ভুবন।
চিন্তামণিগণ দাসী-চরণ ভূষণ॥
কল্প বৃক্ষলতা যাহাঁ সাহজিক বন।
পুষ্প ফল বিনা কেহ না মাগে অন্য ধন॥
অনন্ত কাম ধেনু যাহাঁ চরে বনে বনে।
দুগ্ধ মাত্র দেন কেহ না মাগে অন্য ধনে॥
সহজ লোকের কথা যাহা দিব্য গীত।
সহজ গমন করে নৃত্য পরতীত॥
সর্ব্বত্র জল যাহাঁ অমৃত সমান।
চিদানন্দ জ্যোতিঃ স্বাদ্য যাহাঁ মূর্ত্তিমান॥
লক্ষ্মী জিনি গুণ যাহা লক্ষ্মীর সমাজ।
কৃষ্ণ বংশী করে যাহাঁ প্রিয়সখী কাজ॥

বৃন্দাবনদা মশাগী লৈবা লল-ঊপাক।
দ্বারকা বৈকুণ্ঠ লমি অহুগী মরিক॥

পুরহেন হেৎবা নিপা ভগবান্ অদো।
লৈরেবা কৃষ্ণতুনি বৃন্দাবনধামশিদো॥
চিন্তামনিগী লম মণি মুক্তা মকয়ি।
চিন্তামণিশিংনা মনাই থোংগী লৈতেংনি॥
নীংবা পীবা উ-উরি মশাগী উমংতুনু।
লৈ উহৈ নত্তবা করি লল নিদে কনাগ্নু॥
থাম্লবা কামধেনুশিং চাই বন বন্দা।
কনা নিদে লল অতে পীবগ্নু শক্তোমতা॥
চুম্না ভাংবা লোল অহুনা লাই-ঈশৈনি।
চথোক্লকপদনা জগোইগী মথক্নি।
লমচুগী ঈশিং মাম্লে অমৃতগা পুম্বা।
চিদানন্দ মডাল মূর্ত্তিনিচুদা চুপ্না॥
লক্ষ্মী হেৎবা গুণ লক্ষ্মী, কাংলুপ্নি অচুগী।
প্রিয়সখী মথৌ তৌই বংশীনা কৃষ্ণগী॥

[ মথক্তা সখী মশক তাকপদা প্রিয়সখীগী রা, মশক উপ্রে। থোইদোক হেন্দোকপী ললিতা বিশাখানচিংবী পেষ্ঠাসখী হায়নবী মাথোয়গী তুংইনবীশিংবু প্রিয়সখী কৌই হায়বা য়াওপ্রে।]

রাধাগী শেংলবা রসকী রা তাবদা প্রভু জগোই হৌগৎপ্রে।

নোংমা অদ্বৈতাচার্যনা প্রভুবু মাগীদা লুক হাবিনবা নিমন্ত্রন কৎলে। অচুগা মাহাক্না প্রভুনা হেক পাম্বা এম্লাং মথেল গুনা থোংলে মানা মতাং অসিদা করি খল্লিবগে হায়ববু প্রভুনা সন্ন্যাসী অতৈগা লেংলকলবদি লুক ইহা হায়োই। অচুনা ওসি প্রভুতা লেংলকল্লবদি মুংঙাইনিদা খল্লি। প্রভু পুক থম্না হায়বদি মাহাক্না পেজগদৌরি। অচুনা মথুৎমক্লা লুক হৌরে।

মুমিৎ মুংলকপদা প্রভুনা ভক্তশিং পুচুনা চাইথবা লেংপ্রে। মতম অসিদা থংহৌদনা নোংমুংশিং কম্না শিন্নজুনা উমুগনা

মায়কৈ পুম্বা য়োমখ্রে। মধায় অহু মকম খংঅহুনা মানা মানা থোকপা মায়কৈদা মকম খংহনা চেম্নখ্রে। প্রভুগা মণাইহৌরে। অশোমদা অদ্বৈতনা লৈবা অদোমদা মরিক থরদংদি য়ৌই। অদ্বৈতনা লুক থেনগৎলগা মথক্তা তুলসী মঞ্জরী হাপ্লহুনা মপুক চপ মুংনা ধ্যান তৌরক্লে, অহুদম্ব প্রভু মতোমতা লেংতকসন্থ, ঈশ্বরদো মতোমতা লেংলক্লবদি—পেন্না খুলহন্নিংঙি খল্লিত্তৈদা "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ" শোম্লুনা প্রভু মতোমতা লেংশিল্লক্লে। অদ্বৈতনা নতোমতা লাক্লবরা হংলে। প্রভুনা লাক্লবদি করি তৌন! নংনদি নোংমুংশিং হৈথহল্লে, নংনা নিবদি ভগবান্ কৃষ্ণনা মতম পুম্নমক্তা লৈইথোকপা ওমদে, নংগী হুঙ্কারদা, কপ্পদা মা লেংথরকইবনি।

প্রভুনা মথেল মথেপ শাক য়াম্না থোংলেদা হায়রকই। শাকশিং নং পাম্বহুদা মগা তরাদ' হোৎনবে।—হায়বদি মঙোম পোথোক ঐ হৈনদে হায়বিবরা? নত্তে, নত্তে— অহুম্ব য়াওরি। ভক্তনা পেল্লগদা পেনবা মনাইনা হাপ্লিবথৈ হারে, ওক্লে হায়বিক্লে। ভক্তগী প্রেমগী রস অহু চুপ্পা চুপ্পা হারে। অহুগা তাকপীরকই—

'প্রভু বলে যে জন তোমার অন্ন খায়।
কৃষ্ণভক্তি কৃষ্ণ সেই পায সর্ব্বথায়।
আচার্য্য! তোমার অন্ন আমার জীবন॥
তুমি খাওয়াইলে হয় কৃষ্ণের ভোজন॥
তুমি যে নৈবেদ্য কর করিয়া রন্ধন।
মাগিয়াও খাইতে আমার তথ মন॥
প্রভুনা হায় নংগী চাক চাবা মী অহু।
কৃষ্ণভক্তি কৃষ্ণ পুয়মক্তা কই মংহু॥
আচার্য্য নংগী চাকৃতি ঐগী থরায়নি॥
নংনা পীজরগা কৃষ্ণগী লুকথোম্নি॥

নহাকনা নৈবেদ্যবু থোঙলগা শেম্বা।
ঐগী থম্বায়না পামজে নিঙ্গুনা চাবা॥
[ বিষ্ণুদা দেবতাদা কৎননবা শেম্বা অদু নৈবেদ্যনি ]

প্রভুনা লুক হাবা লোইরবদা আচার্য্যনা ইন্দ্রগী স্তব তৌরগা 'ঙসিদগী ঐ থংলে ইন্দ্র! নহাকসু বৈষ্ণবনি হায়না'। প্রভুনা 'করিগীনো ঙসি নংনা ইন্দ্রবু অসুক লুনা তৌরিবা'? আচার্য্যনা 'অদু থংলপা নং করি তৌনগনি?' ৫ ভুনা 'থংজেদা ঐসু। ঙসিগী নোংমুংশিং অদু ইন্দ্রবু নংনা তৌহনবনি, ঐ ইতোমতা লাক্লবা হায়হুনা। মাখোয় অতে য়াওরক্লবদি ঐবু য়াম্না পীজবা য়ারোই হায়হুনা নংনা তৌবনি। নত্রনে? অদুদা ঐনা থল্লিবদি ইন্দ্রদা অসিগুম্বা আজ্ঞা —য়াথং পীবা ঙম্বা নংগী শক্তিসি কদায়দগীনো? যম, কাল, মৃত্যুবু শিজিন্নরিবা, মাগী য়াথং মাখোয়না মকোক থোংনা য়াংশিবা নিপা অদুবু নংনা করম শিজিন্নরিবা. নংগী পাঙ্গল অসি কদায়দগীনো ?"

'ঐগীদি ভক্তিতদগী পাঙ্গলনি। মতম পুম্বা ঐ নোংশানি নঙোন্দা ভক্তি পাঙ্গম্না' ঙংলক্লে আচার্য্যনা।

প্রভুনা মতেক মতেক ওইনা তাকপীবসু য়াম্না লৈ। মনাই-শিংগী য়া হংবদা মঙ্গল ওইরিবরা হংই; অদুগা মঙ্গল করিনো তাকপী।—ভক্তি লৈবা মী মাক্তাক অদুগী তত্তুনা মঙ্গল ওই। ভক্তিবু য়াওত্রবদি নিংথৌ ওইসমু মঙ্গল ওইদে. অদুগা লাইর-বগীসু ভক্তিবু লৈরবদি মাগীসু মঙ্গলনি।

'অদ্য-খাদ্য নাহি যার দারিদ্রের অন্ত।
বিষ্ণুভক্তি থাকিলে সেই সে ধনবন্ত॥'
ঙসি চানবা লৈত্রবা লায়রবা পঙ্থংনি।
বিষ্ণু ভক্তি লৈরবদি মা ইনাক খুনবনি॥

কনাগুম্বা ব্রাহ্মণনা ভিক্ষাগী দমক নিমন্ত্রণ কৎলরগা প্রভুনা

তাকপী "চৎলো নং হায়া লক্ষ্মী মপু ওইরক্সো অদুগা নিমন্ত্রণ লৌগে।" ব্রাহ্মণ করে—'লিশিং তানবা ওয়দবা ঐনা বদায়দগী লক্ষ (লাখ) তানবা ওমগনি'—প্রভুনা ঐদি লক্ষ মপু নত্ত-বনদি নিমন্ত্রণ লৌদে তাকপীরে। 'লক্ষ্মী মপু লক্ষেশ্বর' হায়বদি থংলক্রা ?— নোংমদা নাম লক্ষ অমা লৌবা অদুবু লক্ষেশ্বর কৌই। লক্ষ্মী মপু—[ মালা জপ তৌবা মৈতৈনা লীক্ চৎপা হায়না কৌবা অসিদা মরু কয়ানা কয়া কয়ারক চৎপবু করি করি কৌবগে হায়বা মথাদা উৎলি।

মালা নত্রগা লীক হায়রিবা অসি তুলসী কাষ্ঠ—তুলসী পাম্বী অকংবনা খেৎপা মরু ১০৮ না লে বনি হায়বদি লেংবা মালা-লীক্লি। মরু ১০৮ অসিবু অমমমতা ওইনা নাম লোনববু কেরা অমা কৌই। লোইরবগী মতুদা, হৌখিবা মংকোক অহুদগী ক্রমুনা অমুক শোনবা হৌগনি অহুনা ১০৮ শুবা অসিদা হুনকম ওইবে হায়বদি 'কেরাগী' মকম ওইরে। অসুম্না নাম শোনবদা কেরা মরি শুবগা গ্রন্থি কৌবে—মপুল অমা ওইরে। গ্রন্থি অসি ১৬ শুনা শোল্লগনা-লীক চৎলপনা লক্ষ অমা শোনবা কৌরে। মশিংদা পারবদা ১০৮ না কেরা অমা ৪৩২না গ্রন্থি অমা অহুগা ৬৯১২-না লক্ষ অমনি নাম লক্ষ অসি নোংমদা লৌববু প্রভুনা 'লক্ষেশ্বর' কৌখিবনি ]। অসিবু লক্ষগী মপু কৌই। 'ব্রাহ্মণনা' অদুদি ঐ লৌরুরগে। নংনা নিমন্ত্রণ লৌখিত্রবদি ঐনী য়ুম্বানবগী ধর্ম্ম পুন্মাং মাংওসনু তৌবনি। অসুম্না প্রভুনা নাম শোলহল্লি, পীবি।

'ভক্তি লওয়াইতে শ্রীচৈতন্য অবতার।
ভক্তি বিনা জিজ্ঞাসা না করে প্রভু আর॥
চৈতন্য অবতারনি ভক্তি লৌহন্নবা।
হৃদয়ে দা অমা প্রভুনা ভক্তি নত্তবা॥

নিত্যানন্দগা অচিকপদা কনফুনা মহাপ্রভুনা রা তাররখি। প্রভুনা নখোয় পুন্নমক হৌজিক হল্লো, প্রেম ভক্তি য়েন্নুরো— অদুগনে চহি খুদিং রথযাত্রাগী মতমদা নীলাচলদা লাকুনা ঐগা উরসি। অদুন্না চৎনবগী হুমিৎ লেপরে। পুন্নমক প্রেম তৌন-রক্লে।

প্রভুনা আচার্য্যদা হায়রকই 'চণ্ডালদা কাওবা কৃষ্ণভক্তি পীয়ু। ভক্তিদদি শাগৈ কাংকী রা চংদে, ব্রাহ্মণগা চণ্ডালগা খেন্নদে। তোন্নবা পাপী কাওবগীনি কৃষ্ণভক্তিদি।' অদুগী নিত্যানন্দদসু য়াথং পীরক্লে। 'কংবা য়াবা য়াদবা, পীবা য়াবা য়াদবগী রা প্রেমভক্তিদা চংদে। প্রেম ভক্তিদা বিচার তৌবিনবা লৈতে। পৌরোল পুন্নমক শত্তুনা প্রেম ভক্তি পীগ-দবনি। প্রেম মন্দিরগী থোং থিঙ্গদবা নত্তে। পুন্নমকী দমক থোং লাউনা কাংকদবনি।'—

প্রভু বলে শুন নিত্যানন্দ মহামতি।
সত্বর চলহ তুমি নবদ্বীপ প্রতি॥
প্রতিজ্ঞা করিয়া আসি আমি নিজ মুখে॥
তুমিও থাকিলা যদি মুনি ধর্ম্ম করি।
আপন উদ্দাস-ভাব সব পরিহরি॥
তবে মূর্খ নীচ যত পতিতসংসার।
বোলো দেখি আর কে বা করিবে উদ্ধার॥

প্রভুনা হায় তাও নিত্যানন্দ পুককবা।
থুনা তৌয়ো নহাক নবদ্বীপ চৎনবা॥
য়াশকপ্রবনি ঐ ইচিন অসিমক্তা।
পাংল-তোন্ন-নংলবা তাউনবা প্রেমদা॥
লৈখোক্রবদি নহাকনু মুনি ধর্ম্মদা।

লোইনা থান্নুনা করবা ইয়াং নপুক্তা ॥
সংসারগীশিং পংলবা-তোল্ল-তারবা।
হায়র্ তাম্নি কনাবো মাথোর কয়বা ॥

মথক্কী মতেক অসিদগী খংবা ওয়দি প্রভুগী রাংলবা রাথল, তৌপে নিংসল্লিবা মথৌ, সংসারগী মঙলগী দময়ক্লি। শাপৈগী, জাংকী মথক মথানা সমাজদা পীরিবা অকায়বা পুন্নমক কোকথো-কপীনবা প্রভুগী খংগুমজবা মচৎনি। ব্রাহ্মণ খংদে, চণ্ডাল খংদে, নামবু শোজরবা, প্রেমদা চংজবা ওয়বা মাহাক অমত্তুং মাওোন্দগী রাংনবা কনা লৈতে তম্বীরিবনি। য়েংসি, হরিদাস ঠাকুরনা প্রভুগী ভক্ত মকোক্লি অহুগা মচিনমক্লা তাকপীরম্মী হরিদাসতগী নাম শোনবা ভক্তি তম্বনি। পতিতপাবন — তোল্লবদদা কৃপা পীবিবা-নাম শোনবা, প্রেমভক্তিদা লাক্লিবা পুন্নমক্কী মশক নাইখিদবা শ্রীচৈতন্য-দেবনি। অহুনা—

মূর্খ নীচ পতিত দুঃখিত যত জন।
ভক্তি দিয়া কর গিয়া সভার মোচন ॥
পংলবা তোল্লবা তারবা রারবা পুম্বা।
ভক্তি পীহুনা চৎলো তৌরুরো লাজনবা ॥

হায়না প্রভুনা নিত্যানন্দদা শিন্নখি।

প্রভুনা শ্রীবাসবু বিদায় পীবদা কোল্লহুনা হায়রকই 'নংগীদা কীর্ত্তন নিতি তৌবা অহুদা ঐ য়াওগনি। ঐবু কনানু উবা ফংলোই নংতনি উগদবা। অহুগা প্রসাদীক্তি অসিগা পুথো ইমাদা পীবু প্রসাদ পুম্বা অসিগা।' মতাং অসিদা প্রভুগী পেন্দবা অরাবা মওং অমা তৌই অহুগা হায়রকই— 'ইমাগী সেবা থাদোক্তুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরুবা অসিগী ইমাদা

তাকপীয়ু হায়রু। মহাগী লেবাতনা মচাগী মপুং ওইবা ধর্মনি। তাও শ্রীবাস, অঙাওবা মচাগী মমানা অঙাওবা মচা অহুবু তাকপী-য়োইদরনে ? ঐগী মাসে ইমাদা হায়রু ঐবু তাকপীয়ু হায়রু। ঐনা সন্ন্যাস লৌরুরিবা অসিগী কারণ ঐ খংবা ওমদে।—প্রেম হারবা লল অসিদি ঐ ইশাগী ললনি। য়েংঙোই, ঐ নিতিগী ইমা য়েংবা চংলি নবদ্বীপ্তা, অহুবু ইমানা ঐবু উরবস্থ উদে। ইমানা খল্লি-বনা রাখলনা হেম্মনখিবনা ইমানা উরিবা রাখলদগী ওইরকপা মমিনি। বালগোপালগী লুক কয়ারক চারে, ঐবু উরবা-মক্তদা রাখল তোপ্তে। — কনানা চাখোকপ্রে, চাক্ল্ক তক্সা চাখোক-প্রে। অহুদি গোপালনা চাপ্রবরা নত্রগা হুইনা চাপ্রবরা ? নত্রগা ঐনা লুক খেনগৎপা কাউপ্রবগা ?— অস্নমতা খল্লি।'

শচীমাতাগী বিষ্ণুভক্তি লৈরবা প্রভুনা হংউবদা স্বরূপ দামো-দরনা তংওহনা খরা পাইখি। 'নঙোন্দা লৈরিবা বিষ্ণুভক্তি পুম্বা ইমা অহুগী শক্তি অমস্নং থৌজাশনি। বিষ্ণুভক্তি কৌরিবদো শচীমাতানি। ভাবকী মওং পুম্নমক মাহাকী মশাদা অহুগা শ্রীমুখদনা হরিনাম্নি ইমাগী।' প্রভুনা মনাই চেজেং কোল্লগা "নংনা ঐগী পুক্লিংগী রা পুম্নমক ফোংলে। ঐগী ভক্তিগী লল ইমাদগী ফংবনি। ঐনা মর্ত্ত কোইরিবসে ইমাগী ই াদগীনি। ঐ অসে অহুনা মতম পুম্বদা মাঙোন্দা পুল্লবনি, অহুননিনে ঐনা ইমাগী নাক্তা ইক্তত্তনা লৈরুরিবা।'

সত্যরাজখান অমস্নং রামানন্দবস্নুনা 'ঐখোয়দি সংসার, লল থুম ত নবা মীনি। ঐখোয়গী সাধনদি করিনো।' হংবদা—প্রভুনা কৃষ্ণসেবা বৈষ্ণবসেবা অমস্নং নাম সংকীর্ত্তন্না নখোয়গী সাধন্নি' — তাকপীখি।

'বৈষ্ণবপুদি করম্না খংগনি— ?' হংখরকপদা প্রভুনা তাকপীখি

'মতিমগী কৃষ্ণনাম তাবা কংবা মাহাক বৈষ্ণবনি। মাহাক পুরু-
মকী পূজা তৌকগ্নি, খুইদগী থোইবনি। কৃষ্ণনাম মরক্তা পাপ
পুম্নমক মাংখি। নাম অসিদগী নববিধা ভক্তি মপুং ফাই নাম অদি
শোনবগী মমক লাইমিং লৌবা, পুরশ্চরণ ভাইবা চংদে। পুম্নমক
মম্নেক শেংনা হায়ত্রবস্থু কায়দে। লৈয়েংবা অমুক্তংবু শোকখবনি,
চণ্ডাল ফাওবা অহুম লানত্রে। [ মন্ত্র মমা কংলগা মাহ্ সিদ্ধ ওই-
নবগী মমক হৌনবী]তৌবা অহুবু পুরশ্চয়ণ তৌবা কৌই। প্রভুগী
মঙ্গ অসিবা উরিবনা যুগ অসিগী মীনা পুম্নমক ঙমজবা য়াবগী
কীবম্না পুম্নাই লাইথোকহল্লে। নাম অমস্তুং নাম সংকীর্তন্না লোইরে
হায়না অমস্তুং কলিগী সাধনি তাকপীরে ]। অহুনা প্রভুনা —

অতএব যার মুখে এক কৃষ্ণনাম।
সেই বৈষ্ণব, করি তার পরম সম্মান॥'
অহুনা মাগী চিন্দা কৃষ্ণনাম অমরক।
বৈষ্ণব নমা, ভৌনৈ সম্মান মাহাক॥

প্রভু বৃন্দাবন লেংবা লেপ্লে। বৃন্দাবন লেংবদা গৌড়দেশ
কাওহুনা লেংগনি তাকপীরে। গৌড়দেশনা ঐগী পুক্নিং অসিদগী
লাপথোকহনবা য়াত্রবা চীংশিনবা অনি লৈ—ইমা অমস্তুং জাহ্নবী।
অনিমক অসে থৌজালগী ঈচেলনি, চানবীবগী তুংনক্নি। ঐগী
চংজকম অনিদনি—ইমা অমস্তুং জাহ্নবী অহুনা মাথোর উজনবগী
ঐ গৌড়দেশ চংলিবনি।

রামানন্দনা মহাপাত্র অনিগা খিন্দোকপা লাক্লে। তক্ত অদৈত
কন্নাস্থু য়াওরক্লে। অহুদা গদাধরগীনা কমদৌবা ?

গদাধরদি গৌরাঙ্গ খাদোকুনা মিকুপ অমা ফাওবা লৈবা
ঙম্মোই। নিত্যানন্দগদি প্রভু থাদোকপ্রে অহুগা মাদি লাপ্না

লৈরবা ওন্লোই। অদুনা গদাধরসু চৎপা য়াওগনি হায়রে। গদাধরনা প্রভু থৌগল চৎলগনি কদা তকশিল্লকপদা প্রভুনা হায়রকই 'নংনা হায়রিবা অসিদি নং ক্ষেত্র সন্ন্যাস করম্মা থাদোক্কে হায়বনি—অদুদি নং থাদোকপা য়াদে, অদুনা নীলাচলদা হল্লো।'

গদাধরনা য়াশ্লকখি, মাহাক পুন্সি চুপ্পা শ্রীক্ষেত্রদা লৈগনি। অদুনা মাম্না অতোপ্পা মফম অমদা চৎপা অথিংবা ওইরবনি। য়াসি প্রভুনা মাবু নীংশিংহল্লে। গদাধরনা অদুদা খুম্মকই 'নংনা লৈরম্বা মফম অদু নীলাচলনি। অদুনা নংগী মনাক্তবু লৈরবদি ঐগী ক্ষেত্র সন্ন্যাস হায়বদু ওইরবনি। ক্ষেত্র সন্ন্যাস অতোপ্পা অমা ঐখোয় করিসু কায়দে। গৌর লৈতবা শ্রীক্ষেত্রদা ঐ লৈতে অমসুং লৈরোই।'

'অদু করম্মা ওইগনি? নং গোপীনাথকী সেবা চৎলিবনি। সেবা কনানা তৌগনি? নং চৎপা য়াদে। সেবাদা কায়গনি।'

'নংগী খুয়া থম্বাল অদু উজবদা ঐগী কোটি বিগ্রহ সেবাগী ফল ফংই।' গদাধর মথা তাথদরে, থোংকাপ হেক্তা কানথরে। সমুদ্র মপান্দা যমেশ্বর টোটাদা গধাধরগী শ্রীক্ষেত্রদা লৈফম্লি। থুমিং খুদিংগী চৈতন্যদেবনা মফম অদুদা গদাধরদগী ভাগবত তাই। অসুম তৌবা অসিদা নোংমা লৈঙোই মথক্তা কম্মগা কৃষ্ণগী য়া অসুম তাবদা থুং য়েংনা লৈঙোই অদু অসুম থোক্তুনা প্রভুনা কোম হুৎলহুনা শাদ্রে। অদুম তৌবা অদুদা চূড়াগী মতোন থরা উরে। 'থোংলো লাও থোংলো লাও হায়দুনা গদাধরদা লাউরক্লে। প্রভু তথক তথক্লে অদুগা তাকপীরকই 'য়েংঙো লাও কনানো অমা অসিদা লোত্তুনা লৈরে। নংগী দমক লেংথোরক্লদোরে।' অদুদগীদি মপু মনাই চৎহুনা থোংলে—থেংনরে গোপীনাথ মপু মনাইনা।

তাকপীরকই—' গদাধর, গোপীনাথ সেবা নং কৌজরো' দর্শন তৌরগদি গৌরহরি অহুনা অমুবা বংশীবদন গোপীনাথ ওইনা লেংখোরকপা ওইরে।

গদাধরনা রাধক অনি শকথি ; অমনা মাহাক ক্ষেত্র সন্ন্যাস ওইগনি অহুগা অমনা গোপীনাথ সেবা থাদোক্লোই। মাহাকী ক্ষেত্রসন্ন্যাস হায়রবদি মাহাক ক্ষেত্র কৈদোংতদা থাদোক্লোই। ক্ষেত্র থাদোকুনা কদাইদহ চৎলোই। মাহাক্না সেবা চৎখ্রিবা গোপীনাথ পু টোটাগোপীনাথ হায়না খংনৈ। যমেশ্বর টোটাগী বিগ্রহনি হায়হনা অহুম থোনখিবনি। মাহাক্না রাধকলুরিবনা প্রভুনা নী-লাচলদা লেংশিল্লবা অহুদা মতম পুম্বা প্রভুগী নাক্তা নক্লনা লৈয়-গনি অসিগী ভাবতগীনি। প্রভুনা মতম কুইনা নীলাচলদা হায়রবদি ক্ষেত্রদা লেংশিল্লগদবনিনা যাম্ন প্রভুগী মমি ওইনা লেংদনা লৈজবা কংগগনিগী আশাদনি। মাহাক্না শিংথবনি খনবহ্ কায়রে। প্রভুনা লেংপ্রবদা ক্ষেত্রসন্ন্যাসী করম হিংহৌগনি? অহুনা মা প্রভুগী ভুং ইনগে লেপ্লে। প্রভুনা ক্ষেত্রনি মাগী, মাগী ক্ষেত্র অসিদা মাগী সন্ন্যাসনি।

প্রভুনা 'ঐগী দমক গোপীনাথ সেবা থাবা য়াদে, সেবা থাদোকুনা ঐগী দমক লাক্লবদি ঐগীম্ন অপরাধ ওইগনি। ঐগী দমক্তা নংনা খনবা ওইরগদি হল্লো গোপানাথ সেবা তৌক্ল। অসিনা ঐগী সুডাইবা পেনবা ওইগনি।' 'নগা চল্লবহ্ ইতোমতা চৎকনি' হায়রহুনা গদাধর হায়রে। অদুকপনি গদাধর মতোমতা চৎলে মা খোংবু থারে, সেবা থারে, দর্শন থারে।—

> 'পণ্ডিতের কৃষ্ণপ্রেম বুঝন না যায়।
> প্রতিজ্ঞা কৃষ্ণসেবা ছাড়িল তৃণপ্রায়॥
> পণ্ডিতকী কৃষ্ণপ্রেম তমদে খংকম।
> রাশক্না কৃষ্ণসেবা থাবনা নাপীতম॥

য়াদি ওলাইনা হাক্সে মাহাক করিন্থ থাদে। প্রভু লৈবা মকম শ্রীক্ষেত্রনি অদুগা প্রভুগী পদ দর্শন্না কোটি গোপীনাথ সেবাগী কলনি।

গদাধরনা লাক্লগা কটক য়ৌরবদা ভুনা খংলদুনা হায়রকই— নংনা কটক তাম্না লাকপা অসিদা নংনা লেপচবা অনিমক সিদ্ধ ওইরেগনকো? নংগী পান্দমকম অনিদি অমনা ক্ষেত্র থাদোকপা অমনা সেবা তোকপা। নং নীলাচলস্থ থাম্নে গোপীনাথস্থ সেবা তৌত্রে অদুনা নংগী ধর্ম্ম অনিমক মাংপ্রে।' গদাধর খুম্নকই "লোইবা মাংজখিসস্থ, নংতা লৈরগা লোইরে।" পুক্নিংদা পেল্লবস্থ নপান্দা প্রভুনা হায়রকই "অদুনা নংনা পাম্বদি নংগী মুংভাইবতনি, ঐগী মুংভাইবগীদি করিন্থ খপ্রে। নংগী ধর্ম্ম অনি অসি মাংখি-বদা ঐনা য়াবা করি খুংলাইনা ওনগনি? ঐগী মুংভাইবগী দমক ওইরবদি নীলাচলদা হল্লো' হায়রগা ভু হিদা লেংখৎখরে— 'অদুগা হায়রিবা অসিনি মখা তারক্লবদি —' তাবদা গদাধর য়াম্বদুনা তাপ্রে। ভুনা সার্ব্বভৌমদা 'মাগী ক্ষেত্র শ্রীক্ষেত্রদা পুপ্রো মাবু। হায়রল্লগা লেংপ্রে।

সার্ব্বভৌমনা হায়রকই 'হৌগৎলো। প্রভুগী লীলানিনেসে। য়েংউ ভক্তনা খুদুম চনবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মনাই ভক্ত ভীষ্মগী য়াশক ওাকহন্নবা মশাগী য়াশক থুগায়খি"। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা খুৎলাই পাইরোই শ্রীকৃষ্ণ লাল য়াম্নবদা য়াওরোই অতে, মতেং পীগনি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা য়াশকখি, অদুগা ভীষ্মনস্থ কৃষ্ণবু খুৎলাই পাইহন-গনি য়াশকখি। লানকমদা ভীষ্মগী তেম্না অর্জ্জুন য়োমশিনখিবদা অর্জ্জুন লিৎথোক্লবগী মায়কৈ লৈরক্লবদা কৃষ্ণ লোলাই চাকা অমা পাইরদুনা ভীষ্ম তাম্না হাৎকে চেনশিনখি। মশাগী য়াশক থুগাই-দুনা মনাই ভক্তগী য়াশক ওাকহনখি।

'শত্রাবরগা কাম্‌নবা ঐভোক্তা খাংতমদবা অত্রাবা ভইরবস্থ মাগী রাশক' ঐনা ভাক্‌বা য়াদে' হায়না প্রভুনা শিনখিবনি।

চন্দ্রবংশগী লংলবা মুমিং ইঙ্গিবু জয় তৌবা, ধর্ম্ম চেৎবা গঙ্গানা পোকপা শান্তনুগী মচানুপা দেবব্রত মপানা চুংঙাইবদা রৈথায় থিনগাইবা লৈতনবা মুপী থিরোই, নিংথৌ ওইরোই হায়না রাশকথিবা অমসুং রাশক অসিদগী অন্তকপনি হায়দুনা ভীষ মিং-থোল সংসারনা পীথিবা, ভীষ্মনা কুরুক্ষেত্রগী লালদা শ্রীকৃষ্ণ খুৎলাই পাইরোই রাশকপদা মাহাকপু পাইহনগনি রাশকথি অমসুং ভক্ত অসিগী রাশক ভাকহনখি হায়বা মথক্তা পনগ্রে। ভীষ্মদেব অসিবু মপানা 'ইচ্ছা মরণ' শিনিংবা কালদা শিবা ওন্নগী বর পীরম্মি। অরোইবা মিং উইশিল্লমদাইদা গঙ্গাগী মচানিপানা কৃষ্ণগী স্তব তৌখি— ধর্ম্ম মওং কয়ানা ঐগী খুৎলাই ওইহনা পুক্লিং লাকশিন্নবগী মশক ওইনা নিষ্কামগী সাধন তৌজবা পুম্বা মনাইবু চানবিরবা ভগবানদা কৎচরে। চেংলবা খাংদা সনা ফিগে অঙাংবা থোনবা, মাইথোং থম্বালদা খোইখোইবা শম্না মথং মনাও নাইনা চাইথরকপা, রাবক্তগী ভয়াল অঙ্যংবগুম, নৌনা হন্দোক্লকপা চুমিং-কুম মিংকম হোংবা য়াদনা কয়াদা নিংথিজরবা! ঐগী নিনিংঙাই করি লৈজদে, লৈজরিবা অমত্তংদি মনাই চানবিরবা ভগবান্ অসিদা ঐগী লেংজবা পুক্লিং লৈজবা অসিদদি শীনবীয়ু। মা গাণ্ডীব পাইবা মপা লৈত্রবা অর্জ্জুনগী মরুপ্নি—মনাইগী মিচং কনজবা পরমপুরুষনি। মাগী মুখৈনবা হকচাংবা মরোল অহুম ভুমংলি। লানকমদা অর্জ্জুনগী শারথি কৃষ্ণগী কুংলবা শমদা শগোলগী মথোং-দগী হাইগৎলকপা উফুগবা পুমকুপ ফুম্না, সনা মায়থোংদা হম্বাং মরিক্কা থৌগনবা, লান অত্তদা থৌরবা ভেল ময়ায়া থৌগনবদা লান-হুন্নিং-শাইগকপদা ঈনা চেৎবা কয়াদা শিংথিরবজো। মাঙ্তানা ঐগী পুক্লিংনা লেংদবা ওইজসয়ু। মঙ্গল অর্জুনগী মীচং কয়া কয়-

থয়ে। লানকমদা মীশক ওহাক্তং য়েংউসি হায়রূনা চংলক্লগা মাহাক্না পুম্নমকী পাক্তন হুখিবনি৹ মাঙোন্দগী ঐগী পুক্নিং কৈনোক্তনা কৈসন্নু। অর্জুন্না য়েক্লবা মাঙ্কৈকদা মক্লপ মপাং শাদৈ নাত্তে মরাম উবদা হংবনিংদরূনা লাল পাংমক্লবদা 'ঐনা হাংপা' হায়রবা অরাংবা বুদ্ধি কোকথোকপীখিবা মাঙোন্দা ঐগী অয়েম্না পুক্নিং ওইসন্নু। লালদা লালগী মথক লেংশিল্লক্লপা ঐদি পাণ্ডবকী মতেং পা বদনি থুংলাই পাইয়োই হায়রে অদুদা ঐস্নু থুংলাই পাইহনবা পায়ে। কনাগী হাখক্লো ভাকদবা মাগীরা ভক্তগীরা? ঐবু নিংবা থুংজসন্নু হংরূনা চাকা পাইহনা ঐবু হাংকে চেনশিল্লকপা মাগী মথোক্তদা ঐগী পুক্নিং পিসন্নু চকচাংদা থোনবা সনা কিগেনা কিস্নহনা কৈমাইদা ভাখিবা মাক্তাকী থেংথোং পুবা কংদহনা পুংইনা থক থক নীকখিবা, প্রলয় লাক্লগদবগুম ওইরকপা মাগী তুংক্তগী মৈকুপ্না কৈতেংলকপা. সংসার পুম্বা য়েংবকদবগুম উংলকপা অণ্ডক- পা, অকন্নবা কনবদা মপা কৈত্রবা বীর পুকযতো অর্জুন ভীম ঐনা থম্মোইদা কেংজবিবা মাঙোন্দগী ঐগী পুক্নিং লাপথোক্তবা ওইসন্নু। মতম অংসদা ঐগী তেলদা ঐগী তেলনা শানসদগী থোকলকপা ঈনা চোংলশি— নিংথবা য়েংবদা পেনবা কৈত্রবা মুক্তি অহ ঐগী পুক্নিংদগী মংথদবা ওইসন্নু।

অর্জুন্না কয়া থাশি. কাবা লাক্লে ইমা য়াদহনা ঐবু হাংকদ- বগী চেনাশল্লকপা ভগবান্ অহনা ঐগী গংউ ওইসন্নু। ইয়াথবক কয়া কগ্রবনো। পুম্নমকী মপু ওইরবা জগৎকী মশক ওইরিবা বিষ্ণুনা মশক শেংনা উংশীহনা ঐগী শিরমদংই অসদা ঐগী চোইগ্রবা ভাব ওহসন্নু। হোক্লিক ঐ মাবু পুন্নপ কংজরে। মা ঙোন্দা চংজবদা ঐগী অংপাইমা অমক্তং পুক্নিং চোইবা পুম্নমক মাংখ্রে। অসিগুম্বা ভীশনি, আসগুম্বা ভক্তনি। মাগী মাশক

রাধিকা করম্না কৃষ্ণনা ও'কহল্লোই! রাধিক, রাধিক নত্তবা করিম্ন কৈক্ত্রবা অহিবা নিপা'না যাগী রাধিকাদমক মনাইবু গোপহনগত্রা! অহুম্না মনাই গদ'ধবগী রাধিকা ওাফনখি।

মহক্কা নৈন প্রবন্ধিং অসি চৈতন্যচরিতামৃতগী মধ্যখণ্ডনা মকনি। আদি অমসুং অন্ত্য ইশোকখোক্তগুম'নি। মহাপ্রভুনা তৌরম্বা পূম্নমক পানখংনবা ত্রৈগী শক্তি নত্তে অদুগা পিকথ্রবা রাখলগী পে'খোক অসিনা পুরক চৈংশিনগা তাবনদি নীংজবা লোইঙমদবা ওইবা তাই। অদুনা চাউরাক্না থবা পীবতনি অমসুং অসুম্না শমজিনবনা লোইশিনফম ওইরে। লোইশিন্দ্রিঙগী মমা'দা থবদং শেংদোকি'ই।

কনা কনাগুম্বগী মোত্তা শ্রীচৈতন্যদেববু মধ্বাচার্যাগী মোত মত্তুং ইল্লি হায়। মধ্বাচার্য্য বেদান্তগী দ্বৈতবাদী ব্রহ্ম সম্প্রদায়গী মকোকথং'বা আচার্য্যনি। চৈ: চ: গী আ'দগী মাপণগুবা মতাংবা শ্রীচৈতন্যমাল্লীগী কল্পতরুগী (geneology গী) ইহান হানব মতোম শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী মধ্বাচার্য্যগী শিষ্যনি অদুগা শ্রীচৈতন্যদেবনা মাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্য ঈশ্বরপুরীগী শিষ্যনি. মরি অসিনা অসুম্না পোখিবা ওইবা য়াই। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী মাপলগুবা পরিচ্ছেদ (মতা')দা মধ্বা ইনবগা শ্রীচৈতন্যগী মোতকা থবা পেন্নবগী মরমদা ইরি। মধ্বাপন্থীশিংগী মোত্তা শ্রীকৃষ্ণদ কংশবা বর্ণাশ্রম ধর্ম (কাংলুপ মরিগী ধর্ম্মনা কৃষ্ণভক্তশিংগী থ্বাইদগী চেনবা সধনি অদুগা মুক্তি মথল মঙা কংলগা বৈকুণ্ঠবা চংপতবা অংবাইবা সাধ্যনি। অদুদা শ্রীচৈতন্যগী মোংনা মুক্তি মথল মঙা কবিসু নৈগনি। শ্রীকৃষ্ণনা প্রেম কংহবনা খোইদোক হেন্দোকপা পুরুষার্থ (ধর্ম, অর্থ, মোক্ষ, কাম) নত্রগা সাধ্যনি, অদুগা তাবা শকপনচিবা নববিধা —মথল মাপনগী ভক্তিঅঙ্গ অসিনা খোইদোক হেন্দোকপা সাধনি। অসিনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মপাগী সম্প্রদায় —গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী

হুর খুঁদিংগী মখক অমমম নাইবগুম অমসুং মাখোয়গী মপুওইবা লাই অমমম লৈবগুম রসগীসু মখক নাই অমসুং মপু লৈ। শৃঙ্গার রসগী মখক মুরৈনৈ অমসুং মপু ওইরিবনা শ্রীকৃষ্ণনি।

শৃঙ্গার রস অসিনা য়েংশিন্নবা লৈরিবনা কাম হা বগি পাম্বা রস অসি অপংকী ইচান হানবা 'আদিরস'নি। ভগবাননা মতোমতা লৈবা পাম্নবনা সৃষ্টি রা লাক্লে অমসুং মাসি হেক লাকপনা শৃঙ্গার রস অসি কাইরক্লে মবনদি কাম—পাম্বা হায়বদি প্রেম-পাবী রা অসিনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি থোকখিবনি। ভগবানদা কাম অসি পোকখি প্রেম পাবী রা পাম্বা, মতোমতা তাইবম্বা ময়াম ওইনি ওইপগী য়েংবদা লেনবা নাইত্রবা অত্তকপা বিশ্ব অসি থোকখি। অসিনি ঐথোয়গী শাস্ত্রনা ভগবানবু 'রসো বৈ সঃ' কৌ-রিবা মাগাক রসনি মহাক্না ইহান হানবা রসনি। অদুগা আদিরসগী শংশংবা রসনা কুংনা থম্লবা লেংত্রবা মূর্ত্তিনা শাথেক অহুম থোকপা মুরলীধর শ্রীকৃষ্ণনি।

ঐথোয়না নিতি শিজিন্নবা অসিদা কাম রহৈগী থিরবা তাব অমা ওইহল্লে। রসগী লাইরিক্তা, শাস্ত্রনা কামগী অর্থ অহানবা প্রেম পানংবা অহুদা লেপ্লি। শক অসিনা হায়বদি মাসিগী হানবা লৈত্রবা শক্তি অসিনা খংথাকৰ খংবা মতমদগী—মরুদগী মতোম থোকহল্লি, মতোম অহুদা উ ওইহন্নগা মপাম অমসুং মহৈ থোকহল্লি। মাসি লেপ্পা নাইদনা ওইরক্লি অমসুং পুথি পুম্নগী মমানি। লুহোংবগী মরু ওইবা শরুক অহুম কামস্তুতি—কাম থুকপনি। মথাগী মন্ত্র অসি য়েংসি—

ওঁ ক ইদং কস্মা অদাৎ কামঃ কামায়াদাৎ।

কামো দাতা কামঃ প্রতিগ্রহীতা কামঃ সমুদ্রমাবিশৎ॥

কন্যা অসি কনানা দান পীরিবনো? কনাদা দান অহনা

পীরিবা ? কামনা কন্যা অসিবু পীরিবনি অমসুং কামদা দান পী রবনি। কামনা পীবা কামনা লৌবনি, সমুদ্রগী ঈথক্কী সমুদ্রদা তিনবগুম মাখোয়হ কায় সমুদ্রদা তিনখরে।

হায়রিবা আদিরস অসিগী লীলাগী থুংকম হুংগাইবনি, হুং-গাইবা অহুনি জীব পূম্নমক্না পাম্বিবা। হুংগাইবা ফংবা অহু জীব লীলাগী অরোইবা অমসুং থোইদোকপা পান্দফমনি, মরমদি ভগবান্দি ভরনা হুংগাইহনা লৈবগী মওনি। অহুনা উপনিষদনা হায়—

আনন্দাদ্ধ্যেব খল্বিমানি ভূতানি জায়ন্তে
আনন্দেন জাতানি জীবন্তি,
আনন্দং প্রযন্ত্যভি সংবিশন্তি।
—হায়বদি

হুংগাইবতদগী প্রাণীগী (মথরায় পানবগী) বিশ্ব পূম্নমক অসি থোকই, হুংগাইবা (আনন্দ) অহুদা চংজহনা জীবনা মথরায় হিংই অমসুং জীবলীলা অসিনা লোইবদা হুংগাইবা অহুদা থুপখি। রাধাকৃষ্ণগী থুম্রবা প্রেমলীলাগী মনুংদা আনন্দগী থোইদোকপা তত্ত্ব অসিনি মখোং পান্দুনা হৌগৎলক্লিবা। ভগবান্ মশামক্না হুং-গাইবা অসিগী মহাও চুম্নবগী দমক মশাবু শককম কয়াদা পুথোক্লুনা লীলা শাইরে। বৃন্দাবন লীলা হায়রিবদো অহুনি। বৃন্দাবন্দা রাধিকাগা, সখীশিংগা, কৃষ্ণগা শাররিবা রসগীগা লেপচনমরবা যুগ থুদিংদা হুপা হুপীগী থম্মোই মনুংদা ভরবা চেম্নবা নিংথিগী রাসলীলানি। তত্ত্ব মসিবু ভাব ভানা ইরবা জীবনা শৃঙ্গাররসদা হুংগাইজবা পোক্কে, থওইনহুম পেজবা ফংই।

অমগা অমুক হেংসি,—কৃষ্ণনা কদম মথক্তা বাঁশী খোংলহনা কপ্পি অহুগা গোপীশিংনা যমুনাদা লোৎলি। মাখোয়গী কি

পুন্নমক্তা কনম মথোক্তা পৈছনা থন্নে। মকি পীন্নো হায়হনা মিকন্নে গাতি পৈত্রবনিনা। কৃষ্ণ পীন্নো হায়বা মাত্রে—মাথোন্নহুম লাকুনা থন্ থম্মুনা লৌজন্না হান্নে। ভৌনিংভাই পৈত্রহনা কৃষ্ণনা হায়বা অছু ঈশিংদগী কাথত্তুনা লৌরগা লেংগে। অছুতদা কৃষ্ণনা নথোন্নবা নীংবা থুংজন্নো হায়না বর পীবিন্নগা লেংগে। মতুং অসিনা কৃষ্ণদা কাথুক্কি হায়বনচিংবা দোষ কন্না পীবা য়াওদ্রি। মতুংদা চেঙ্গিবা রস দ বাংথ্রবা থাকিনি। থম্মুনা য়েংসি, লাগ্ননবা লোন্না পেংনা হায়ববদা, জীব পুংনকী থম্মোইদা লৈরিবা, অন্তর্য্যামী ভগবান্, উনবা থবা পৈত্রবা মাঙোন্দা কি মচেৎ অননা কন্ন থবগনি গোপী কল্লকপা দনক কি হুরবনী মন্নন করিস্থ লৈতে। গোপীশিংদি মাথোন্নগী হুংভাইনবা হায়বা অমতা থন্দবীশিংনি—কৃষ্ণদা আত্মনিবেদন তৌবা লৌবীমু নিঙ্গবীশিংনি। কৃষ্ণ হুত্ত্বইনবী লৈঙ্গবা পুরা কংঃস্বীনি। বস্ত্রহরণ অসিনা লৈরিবদি কৃষ্ণনা আঃরাইবা পরীক্ষা চৌবনি। অপস্বা, মীঃহাগা, কল্লকপা, ইচ ইরা অসিনচিংবা গোপীশিং অতুনা থাদোকপা কনায় কাওবা থৌন্নবগে চাংঙেরনি কৃষ্ণী দনক ইচাই ইকি পুরা থাগোকপা ভয়বা অতুনা নথোন্নবা নীংবা থুংজনবা বর পীবিন্নবনি। গীতা শাস্ত্রী জগদীশ ঘোষনী সাইরিক 'শ্রীকৃষ্ণ ও ভাগবতধর্ম্ম' দগী পাংবং থন্না খুদম ওইনা লৌথংদি' অসিগুম্বা মথা কথোকপগী বস—আত্মনিবেদন অতৈ বর্ষ চংপা কাংবুনতু প্রেমগী লীলা আত্মনিবেদন পৈতবা নত্তে। খুদম ওইনা মথাগী খুদমশিং অসি য়েংসি,—

"Western mystics ( অন্তরঙ্গ সাধক ) —

Let Him kiss me with the kisses of His mouth.

—Song of Solmon.

[ ঐবু চুপসনু মা মাপী মচিনগী খুদমশিংনা ]

Behold Thou art fair, my Beloved ! Yea pleasant,
Also our bed is green
And His left hand is under my head
His right hand doth embrace me.
By night on my bed—I sought Him
Whom my soul loveth,
His left hand should be under my head
And His right hand should embrace me.
Ye stir not up nor awake
My love until He please.

—Song of Solomon.

[ য়েংউ নং ফজৈ. ঐগী নুংশিথোইবা। নং অপেনবনি,
অদুগা ঐখোয়গী ফমুংসু শংঙি.
মাগী মখুং ওই ঐগী কোক মথাদনি
অদুগা মাগী মখুং য়েৎনা ঐবু কোন্নি।
অহিংদা ঐগী ফম্মুংদা ঐনা মাবু থি
ঐগী আত্মনা মাবু নুংশিবদো।
মাগী খুং ওই ঐগী কোক মথাদা লৈগদবনি।
অদুগা মাগী খুং য়েৎনা ঐবু কোনগদবনি।

সখি! হের দেখ্ সিয়ে বা।
চন্দ্রবদনী, ঘুমাইয়া ধনী
শ্যাম অঙ্গে দিয়ে পা॥
নাগরের বাহু উপাধান করেছে,
বিধান বসন ভূষা।

মাথার নিঃশ্বাসে বেশর ছলিসে,
হাসি খানি আছে মিশা। —জগন্নাথ দাস,

সখি ! বেংউ উরবসে।
থাবু ওমজবী, চুম্ববী মথোংকাবী,
মথোংনা শ্যাম অজদা থাংগত্তুনা ॥
নাপরগী পাংগোমা, মোন ওইরি,
কিমোলদি কৌতম কাৱবহুনা
ছুংশা হোনবদা, নাচিন হাইরি,
অহুদা য়াওরি মোমোনবা ॥

Upon my flowery breast
Wholly for Him and save Himself for none,
There did I give sweet rest
To my Beloved one,
The fanning of the cedars breathed thereon,
All things I then forgot,
My cheek on Him who for my comming came.
All ceased and I was not,
Leaving my cares and shame
Among the lilies and forgetting them.

—St. John of the cross

[ ঐগী তৈদনা তৈদভংদবা থবাক মথক্তা
মাতগী ওইবা অনহুং মা নত্তগা কনাগীহ্ নতবা,
অহনা ঐনা পীথুরবা পোথাবা
ঐগী ছুংশিথোইবা অহুদা,
সেবাক্ষনী হমকপনা মকম অহুদা শিংপা

পোং পুরমক ঐ অতুদা কাউখরে,
ঐগী খজাইনা মাংচোন্দা মা ঐনা লাকপদা লাকপা।
পুরমক লেপথ্রে অতুগা ঐদি নত্তে,
ঐগী অরা অনা অমসুং ইকাইবা থম্মমতুনা
থম্বাল মরক্তা অমসুং মাখোয় কাউবোকুনা।]

অতসী কুসুম সম শ্যাম সুনাগর
নাগরী চম্পক গোরী।
নবজলধর জনু চাঁদা আগরোল
ঐছে রহল শ্যাম কোরি॥
বিগলিত কেশ কুসুম শিখি চন্দ্রক
বিগলিত নীল নিচোল।
দু'হুক প্রেমরসে ভ'সল নিধুবন
উছলল প্রেম হিল্লোল। —বিদ্যাপতি

[অশংবা লৈগুম্বা নিংথিবা সুনাগর শ্যাম,
নাগরীনা লৈহাও অঙৌবী।
অনৌবা নোংঙৌবু ভমজবা থা থোক্লরে
লৈররে শ্যাম শাথেকতা॥
ভুংশম চাইথোক্লে, রাহোং মতুগী অকোইবা লৈচল
চোইথোক্লে খাংগী অশংবা কিজোল।
অনিগী প্রেম রসনা তাউথোক্লে নিধুবন
প্রেমগী ঈথক কারক্লে।] —বিদ্যাপতি

If thy soul is to go on to higher spirtual blessedness, it must become woman,

—FM. Newmen

[ঐগী আত্মানা রাংথংপা আধ্যাত্মিকী থাক্তা
কাগে নিংলবদি নুপী ওইগদনি]।

ছাড়িয়া পুরুষ দেহ কবে বা প্রকৃতি হব।”

—শ্রীনরোত্তম দাস ঠাকুর

(ঠাকুর মহাশয়)

[ মুপাগী হকচাং থাদোক্লুনা কদোইঙৈ মুপী ওইজগবা ]

The soul thus spake to her Desire -Fare forth and see where my Love is, say to him that I desire to love. So Desire sped forth (to the Lord) and cried, Lord, I would have thee know that my lady can no longer bear to live. If Thou wouldst flow forth to her, then might she swim ; but the fish cannot long exist that is left stranded on the shore. 'Go back said the Lord, 'bring that hungry soul, for it is this alone that I take delight'

Mechtchild

থম্মোই (আত্মা) না অসুম হায়বকই মাগী অপাম্বা (কাম)দা
চংলো থুনা অমসুং য়েংলুরো ঐগী মুংশিবদো কদায়দা লৈ;
ঙায়যু মাঙোন্দা ঐ মাবু মুংশিনিংই। অসুম্না অপাম্বা
(ঈশ্বরদা) চেনখ্রে অমসুং লাউরুবে প্রভু (ঈশ্বর) ঐনা নংবু
খংহন্নিংঙিবদি ঐগী মবেম্মা হিংনবগী থাংবা
ওম্মরোই। নংনা থুনমক মাগী নাক্তা চেল্লবদি মা
ঈরোইজবা ওমগনি, অদুবু ঙাদি কুইনা হিংবা
ঙম্মোই তোর্বান্দা হুনগত্তনা থম্লগা। ঈশ্বরনা হায়
'হনখ্রো, খৌরাংলবা আত্মা অদুবু পুরকউ মরমদি
অসিগুদনি ঐনা নুঙাইজরিবা।”

ন খোঁজলুঁ দূতী না খোঁজলুঁ আন
দুহুঁ কেরি মিলনে মধ্যত পাঁচবান ॥ —রায় রমানন্দ

[ দূতী থিরুদে অতোপ্পা কনানসু অনিনা ঈন্নবদা।
মরক্তা চান (Tesire)তনি। পাঁচবান -কাম Desire বৈষ্ণব লেকাচস্ত্রা
কামসি প্রেম্ন।

Let Him kissd me with kisses of His mouth."
'Who is it that speaks these words ? It is the bride Who is the Bride ? It is the Soul thirstding for God. – St Bernard.

[কনানো ৱাহৈশিং হায়ৱিবসে ?
কন্যা (bride) অহুনি। কন্যা অহুদি কনানো ?
অহুদি আত্মানি ঈশ্বরবু থৌৱাংজরিবা।]

অসিনি শৃঙ্গার রস লৈতবা য়াত্ৰবা ইহান হানবা রস হায়-বদো। মাসিবু ঈশ্বরগী লৈ লেংবা শেম্বা অমদি অরংবা কজবা লাইগী বেশ (ফিজোল) বুস্থ থংই শিঙার (শৃঙ্গার) হায়নস্থ থংই। মুমিৎ খুদিং শ্রীগোবিন্দদা শিঙার (শৃঙ্গার) আরতি লৈলেং-বা কুহনা চৎনরক্নবনি, মণিপুর শ্রীগোবিন্দগী শিঙারগী মতমদা চত্থরিবা সেবানি।

প্রেম অমসুং প্রেম লীলা লৈতবা য়াদে অমসুং লৈত্রগা বিশ্ব অসিমক লৈবা ঙম্মোই। শৃঙ্গার রস অসিদগী পুম্নমক ওই-রিবনি অমসুং ওইথ্রিবনি। অদুনা মসিবু আদি রস—ইহান হানবা রস কৌই হায়বা মথক্তা উত্রে। বৈষ্ণবশিংগী মরোলদদি কাম হায়বসি প্রেম্নি। কাম হায়বা লোল মাখোয়দি শিজিন্নদে।

রাধা-কৃষ্ণ প্রেমলীলাগী রস চুপচহুনা, শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু-না অথাকপা লৈতনা প্রেম রস য়েনবিরম্বা অদুবু থরদং চুপচবা ঙম্বা মাহাক্না পীবিসনু। প্রেমাবতার মাঙোন্দগী নিজদনা কদায়দগী প্রেম ফংগনি ! অদুনা সাধন, সাধ্য মশক থংনা রাধাকৃষ্ণ সেবা লাগ্নত ওইরবসু ফংজবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা কৃপা পীবিসনু—বৈষ্ণব ভক্তগী—গুরুদেবগী কৃপাদগী কৃপা অসি ফংনবগী থুংলাইনি।

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা তাকপীরম্বা কাউরোইদবনি।—

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।

মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ! সর্ব্বশঃ ॥ গীতা ৪|১১

হে অর্জ্জুন মানা পামজবা মতুংইন্না ঐবু নীংজবা অদু গুম্না ঐনসু মাবু চানবী (নীংই) মীওইবনা মওং পুম্নমক্তা ঐগী লম্বী (ভজন মার্গ) ইন্দুনা চৎলি।

শ্রীশ্রীরাসেশ্বরীমদনমোহনজিগী জয়।



# অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্ব

বৈরাগ্য-বিদ্যা-নিজভক্তি যোগ শিক্ষার্থমেকঃ পুরুষ পুরাণঃ
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য শরীর ধারী কৃপাম্বুধির্যস্তমহং প্রপদ্যে ॥
— শ্রীবাসুদেব সার্ব্বভৌম

—বৈরাগ্য, বিদ্যা অমসুং মাগী ভক্তি অহুম অসি তম্বীনবগী-দমক অরিবা নিপা অহনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা লেংথবিরকপা মাঙোন্দা ঐ চংজরি।

জীবগা ব্রহ্মগা—শক্তিগা শক্তিমানগা, পাঙ্গলগা পাঙ্গনবগা খেন্নে-খেন্নদেগী রাকম অসি দার্শনিকশিং মায়কৈদ'দ য়াম্না নৈনবা মওংনি। খেন্নবগী মরম ময়াম্না খেন্নদে হায়বগী মরমশিং কক্কুনা উৎলি। খেন্নদে হায়বা কাংবুনসু খেন্নে হায়বা রাকম কক্কুনা মরম উৎলি। হৌরম অসি 'ভেদাভেদাবাদ' হায়না পুল্লপ্প ওইনা থংনৈ। চৈতন্য-দেবনা বাসুদেব সার্বভৌম উদ্ধার তৌবিবা মতাংদা রাকম অসি শেংদোকপীরম্বা। চৈতন্যচরিতামৃতদা য়াওরি শেংদোকপীরম্বা অসিবু অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্ব হায়না থনৈ। মাসি-না গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী অরেপ্পনি-সিদ্ধান্তনি। তত্ত্ব অসিগী মশক মওং মথং মথং শেংদোক্ক্রকখি। সিদ্ধান্ত অসিগী মরমদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধানদা অসুম্না হায় "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অচিন্ত্যভেদাভেদ সিদ্ধান্তের একমাত্র প্রকাশক" অচিন্ত্যভেদাভেদ কী অরেপ্পা সিদ্ধান্তগী রা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যতনা কৌংলম্বনি। 'অচিন্ত্য' রাহৈ অসি বৈষ্ণব দর্শন-তদা য়াওই। অতৈগীদি ভেদ অমদি অভেদবাদ হায়বনা মরুওইবনি।

মহাপ্রভুনা তত্ত্ব অসিগী মরমদা তাকপীরম্বা অহু খুদম পী পীদুনা তাকপীরম্বনি। মৃগমদ হায়বদি কস্তুরীগা মাগী

মনমগা থাইদোক্নবা য়াদে অহুদা কস্তুরীগা মনমগা পোৎ অমত-দি নত্তে। কস্তুরীগা মনমগা নত্রগা মুমিৎকা মঙালগা খেন্নদে হায়রবদা অত্তুক লুবগুম খেন্নৈ হায়রবদস্তু অহুম লুই। অহুনা খন্দুনা য়েংবদা মাখোয়দা কস্তুরী অমসুং মনমদা, মুমিৎ অমসুং মঙান্দা ভেদ অমসুং অভেদ খেন্নবা অমসুং খেন্নদবা অনিমক অমতদা লৈ হায়রবা নত্রবা লৈকন থোকই হায়বা রাখলদা পোকই অমসুং রাখলনা লাম্বা কংগ্রবস্তু লৈকমদি থোক্লে হায়বা অমদি কাউরে। অসুম্না পাঙ্গনগা পাঙ্গ-বগা হায়বদি শক্তিগা শক্তিমানগা মাখোয়শিং অসিদা ভেদ অমসুং অভেদ খেন্নবা অমসুং খেন্নদবা, লৈরে অহুদা ভেদকা অভেদগা মতম অমতদা লৈমিন্নবগী রাকম অসি খন-কম থোক্কবা মওংনি. চক্রনা নিংঙাইনা অচুম অনান উৎনবা, প্রমাণ পীনবা মশক লৈতে। অতুনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা শক্তি অমসু‍ং শক্তিমান্‌ওম জীব অমসুং ব্রহ্মগী মরিবু অচিন্ত্যভেদাভেদ সম্বন্ধ কৌই। [ রাখলনা লাম্বা কংদবা অত্তু অচিন্ত্যানি, ভেদক. অভেদকা পুন্সিন্নগা ভেদাভেদ থোকই-খেন্নবা খেন্নদববু হায়বনি, সম্বন্ধ হা' বনা মবি লৈনববুনি। শক্তিমান-পাঙ্গনবা হায়রবদি ব্রহ্ম নত্রগা ঈশ্বর শক্তিনা শক্তিমান অহুগী শক্তি—পাঙ্গনবুনি ]

চৈতন্যচরিতামৃতনা রাধা কৃষ্ণগী লৈনবা মরিগী খরমদা অসুম্না হায়—

রাধা পূর্ণ শক্তি কৃষ্ণ পূর্ণ শক্তিমান।<br>
দুই বস্তু ভেদ নাহি শাস্ত্র পরমান॥<br>
মৃগমদ তারগন্ধ জৈছে অভিচ্ছেদ।<br>
অগ্নি জ্বালাতে যৈছে নাহি কভু ভেদ॥<br>
রাধা কৃষ্ণ ঐছে সদা একই স্বরূপ॥<br>
লীলারস আস্বাদিতে ধরে দুই রূপ॥

রাধা কৃষ্ণ মপুম ওাক্নি শক্তি শক্তিমান।
পোৎ অনিসি খেন্নদে শাস্ত্রশীনি প্রমাণ।
কস্তু,রীগা মনমগা খেন্নদবগুম্নি ।
মৈগা মৈরিকা খেন্নবা লৈতগুম্বনি।
রাধাকৃষ্ণ অস্নুম অমতনি মশক।
লীলা'রস চুপ্পগী অনি ওইরি শক।

শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা অমতনি, অমা অসিনা লীলাগী দমক অনিথোক্না খাম্নদোকবনি। অদুগা শ্রীরাধানা মপুংফাবী শক্তি (পাঙল) অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা মপুংফাবা শক্তিমান (পাঙনবা) অদুনা অনি অসি শক্তি অমসুং শক্তিমান হায়বদি তোঙান তোঙানবা মশক অনি ওইরি। অনি অসিনা অমতা ওইবা মতমদদি শক্তিগা শক্তিমানগা পুনগ্রে, তোঙাগ্রে অদুনা অনি শুই টাগ্রে অমসুং থংগ্রে খায়নরিভৈদদি পোৎশক অনিনি অদুনা খেন্নবে 'ভেদ' ওইরে পুনগ্রগনা অমতা মওংদা অদুনা খেন্নদরে— 'অভেদ' ওইরে। অসুম্না ব্রহ্মগা জীব অমসুং জগৎকী মরক্তা 'ভেদ' অমসুং 'অভেদ' খেন্নবা, খেন্নদবা অদুম থোকই। ব্রহ্মগা জীব অমসুং জগৎকা অমমমনি-তোঙান তোঙানবনি হায়বগী রাকম ভেদাভেদ তত্ত্বনি।

মওং অসিদা মপুং ফারবী শক্তিগী মশক ওইরিবী শ্রীরাধা অমসুং মপুংফানা শক্তিমা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদবা (অভেদকী) মওং অদু লৈরে অদুদা লীলা'রস চুপ্পবগী দমক মাথোম্না মশক অনি থোক্তোকপদা শক্তি অমসুং শক্তিমানদা 'ভেদ অমসুং অভেদ' (ভেদা ভেদ) খেন্নবা, খেন্নদবা তত্ত্ব মতম অমতদা লৈবগী রা উৎলে। অদুগা রাখলনা লাম্বা কংগ্রবস্থ লৈবদুদি কাউরে। জীবগা ব্রহ্মগগী মারস্থ অসুম্না অদুম কাউই। শ্রীমহাপ্রভুনা নীলাচলদা সর্বভৌমদা কাশীদা শ্রীপ্রকাশানন্দ অমসুং সনাতন গোস্বামীদা তম্বীখিবা অদুদা রারোল অসি অম্মা ওইনা অদুম কোংবিখি। রাখলনা করম তৌরি-

বনো লাম্বা কংদবা, তৌই হায়বদি কাউরবা অচিন্ত্য ওই হায়রুনা অহুম' কৌই— অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্বনি হায়।

জীবের স্বরূপ হয়— কৃষ্ণের নিত্যদাস।
কৃষ্ণের তটস্থা শক্তি ভেদাভেদ প্রকাশ।
সূর্য্যাংশ কিরণ যৈছে অগ্নি জ্বালাচয়।
স্বাভাবিক কৃষ্ণের তিন শক্তি হয়।

জীবগী মশক শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি।
কৃষ্ণগী জীবশক্তি খেন্নরে খেন্নদবা উৎলি।
নুমিৎকী মঙালগা, মৈগা মৈরিকগুম।
মশানা কৃষ্ণ গুণ অহুম ওইগুম

—হায়বদি নুমিৎকী মপাল থোক্লক্লিবা মঙাল মশেকশিং মঙাল ওইনদি নুমিৎকা খেন্নদে। অহুগা মঙাল অতুদি নুমিৎতি নত্তে। মঙালদি উক্নম শাংবা মমতনবনচিংবন। হক্লোকাখবা লৈহন-খিদবা য়াদে। নুমিৎপুদি অদু য়াদে। অহুনা মঙাল নুমিৎকা খেন্নরে। অস্নুম্না মৈরিকশিংসু মঙাল ওইনদি মৈগা খেন্নদে। অহুগা মৈদগী খাইদোক্লক্লুনা মওং অমা ওইনা তাবকপদা খেন্নরে। অহুনা জীব পূম্নমক চিদানন্দগী শক্তি ওইনদি ভগবান্গা খেন্নদে অমসুং মায়াগী খৎবাত্তা তাংনা ভগবানগ মায়োক্লবা ওমদে, মরম অসিদগী খেন্নৈ ভেদ অমসুং অভেদনা মতম অমতদা লৈমিন্নবা খনকম থোক্লুবা রাখলগী রাংমগী রানি অস্নুম্না যেৎনথবা খাই-দোকপা রাবা রাকম অসি পুথোক্কনা চৈতন্যদেবনা শুগাইবি-রম্মিবা অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্বনি। মতুংদা শ্রীসনাতন গোস্বা-মীনা বৃহদ্ ভাগবতামৃতদা অমসুং বৈষ্ণব তোষণীদা, শ্রীরূপনা লঘু ভাগবতামৃতদা অহুগা শ্রীজীবনা ষট্সন্দর্ভদা অমসু সর্ব্ব-সম্বাদিনীদা অচিন্ত্যভেদাভেদ তত্ত্ব অসি লৌথংখি। প্রভুনা মনাই সার্ব্বভৌমদা তাকখিবা, সনাতনদা অমসু, প্রকাশানন্দ

সরস্বতীদা তাকপী খবা অদুদগী হারেপ কায়ক্তনা মশা, মনা, মহৈ, মপাল মরেক চুম্না মথং মথং মনাইশিংনা চখখিবনি। শক্তি শক্তিমানগী মরি লৈনবগী মরমদা দার্শনিক আচার্য্যশিংগী মরোল মথাদা শম্পং শম্পং সৌখৎগে।

পণ্ডিত শ্রীল ভগবান্‌দাস বেদান্তাচার্য্যনা হায় বেদদা বেদান্তদা পুরাণদা অমসুং দর্শনশাস্ত্র মখল মখলশিংদা ভেদাভেদবাদ অসি পল্লি অমসুং লৈনৈ। অদুগা বৈষ্ণবদর্শন শাস্ত্রদা ভেদাভেদবাদগী মরমদা লৈনবা য়াওরিবশিং অসি দর্শনশাস্ত্রগী রা ওইনদি নত্রগা দার্শনিকী মায়কৈদদি লৈপাক অসিগী পণ্ডিতশিংগী মরক্তা য়াম্না পন্ন-নৈনরিবা ফীবাম্ন। বৈষ্ণবদর্শনদা ভেদাভেদ তত্ত্বগী মরমদা হায়রিবা অসিগা দর্শনশাস্ত্র অতৈগা পুথচান চান্নবা নত্তে। অদু ওইহনসু বৈষ্ণবদর্শন্না হায়রিব, উৎলিবা অদুদগী খংনিংঙাই ওইবাদি য়াম্না লৈ। মথক্তা উগ্রে রাধা কৃষ্ণ মশক তাকপদা ভেদাভেদতত্ত্বনা প্রমাণ তৌখি। অতৈ অতোপ্পা রাকমদসু করিগুম্বা শ্লোক অমা নত্রগা মরুওইবা করিগুম্বা অমগী মশক তাকপদা প্রেমদা, ভক্তিদা ভগবান্দা পুশিন পুশিন্দুনা তাকই। অদুম তৌদুনা খংহন্নিংবা শক খংহল্লি। শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক অমবু তরানিপাল্লক অমসুং তুঙ্ক্‌মাথোইলক থোক্না ব্যাখ্যা তৌখিবা অদু প্রভুনা ভগবান্দা তাক্না ওনশিনবা মথাদা লাকখিনি।

অদুনা ভেদাভেদ তত্ত্ব অসি খংনবগাদমক ঈশ্বর জীব অমসুং জগৎ মশক মওং খংদোকপনা অহানবান অদুগা ঈশ্বরগা জীব অমসুং জগৎকগী মরিনা করিনো। অদুসু খংবা চংঙি। অদুদা হিরম অসিদা মোত্ য়াম্না খেন্নখরে। কনানা শক্তিমান (পাঙনবা) ঈশ্বরগা মাগী শক্তিগা (পাঙলগা) য়াম্না খেন্নৈ হায়। মোত অসিবু 'কেবল ভেদবাদ' কৌই অদুগা অসিবু হৌদোকখিবনা শ্রীমধ্বাচার্য্যনি। খরনা অমুক জীবগা ব্রহ্মগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবা (ভেদ) অদু

শিজিন্নবা অমদি নরম্নাই বুদ্ধিদগী চোংথোকচরুপা মওংতনি অদুনা ইথেন থেম্নদে হায। অসিনা শ্রীশঙ্করাচার্য্যগী কেবলাদ্বৈতবাদনি। শেংলবা জীব হায়রিবদি মাযা, হিংসা মাওদবা জীবগা ব্রহ্মগা অমত্তনি. অনিমক জ্ঞানগী মশক্কি ইথেন থেম্নদে অমসুং মায়ানা শোকপদা য়াম্না থেম্নবা থোকই হায়বা অভেদবাদকী রাকম কক্কুনা 'বিশুদ্ধাদ্বৈতবাদ' হৌদোকখিবা শ্রীবিষ্ণুস্বামিনি। কনা কনানা অমুক শাক্তগা শক্তিমানগা থেম্নবা মারগম্বু শক্তিবু মশক অদুগী (স্বরূপকী) মচুং চল্লি হায়না লৌই। রাকম অসি শ্রীরামানুজাচার্য্যগীনি মমিংনা 'বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ' কৌই। অতৈ কনা কনানা ভেদ অমসুং অভেদ (থেম্নবা অমসুং থেম্নদবা) অনিমক সত্যনি, নিত্যনি অমসুং মহৌশাগী ওইনা মান্নবা অদুম লৈরবান—হাগারবা মোত অসিনা শ্রীনিম্বার্কগীনি অদুগা মাসিবু 'স্বাভাবিক ( মহৌশানা ওইজরবা ) ভেদাভেদবাদ' হায়। অদুদগী কনা কনানা তর্কনা ভেদ অমদি অভেদ লেপ্পা য়াদবা মরম্না নত্রগা শক্তি অমসুং শক্তিমানদা ভেদ অমসুং অভেদ নশানা লৈজরবান থল্লুবা তৌকদনা 'শ্রুতার্থাপত্তি' প্রমাণগী পাজলনা হায়রিবদি তারিবা রাহে অদুগী মশাগী অর্থনা থোকচবা অদুনা যুক্তি পীদুনা নাকল অনিগী রা শ্রুতি মন্ত্রনা সাক্ষি ওইনা মরি থম্মন্দুনা শক্তি অমসুং শক্তিমানগী 'অচিন্ত্য-ভেদাভেদবাদ পুথোকই। অসিনা গৌড়ীয বৈষ্ণবশিংগী 'অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্ব হায়বদুনি। অদুগা গৌতম, কনাদ, জৈমিনি, কপিল, পাতঞ্জল মাথোয়শিংস্তু ভেদবাদীনি। পৌরাণিক অমসুং শৈবশিংনা ভেদাভেদবাদীনি। শ্রীভাস্করাচার্য্যনা ঔপচারিক নত্রগা 'ঔপাধিক ভেদাভেদ বাদ' হৌদোকপনি। [ মশানা ওইজবা অদু নত্তনা লক্ষণনা অতোপ্পা অর্থ খংহনবা ঔপচারিক নত্রগা ঔপাধিকনি। ] মাহাক্কা অভেদপু স্বভাবিক [ মশানা ওইজবা ) অদুগা ভেদবু ঔপাধিকনি হায়না লেপ্পি। শ্রীভাস্কাচার্য্যনা ভেদ অমসুং অভেদ মান্নবা অওইবা,

অশেম্বা ওইরবস্তু লেংদবা মায়না নৈবদি নত্তে। মাহাক্কী মোত অসিবু 'ঔপচারিক ভেদাভেদবাদ' কৌনৈ। ব্রহ্মগা জীবগা অমতনি অময়ম্নি, তোপই তোপ্নদে, তোঙান তোঙানবনি তোঙান্নদেগী মোতশিংগী মশক মমিং থয়দং উরে [ 'মোত' হায়রিবা অসি 'মত' পুনি। মৈতৈনা খোম্থোক্লরিবা অসিগী মতুং ইন্না মোত হায়না ইবনি, অচুম্বদি নত্তে। ]

অবস্থাগী মতুংইন্না পোং অমতগী মখম ওইবা 'কারনত্ব' অমসুং থবক ওইবা 'কার্য্যত্ব' মশক অনিসি ওই। অদুনা ফীভম খেন্নবগী মতুংইন্না ভেদাভেদ উবা ফংই। মরম অসিনা জীব অমসুং জগৎ সৃষ্টিগী মতমদদা ব্রহ্মগা তোপ্পবনি, প্রলয় অমদি মোক্ষগী ফীবমদদি খেন্নদে মকম পুম্নমক্কা থবক্কা অমসুং মশক্কা পোং অমগা অমগা খেন্নে. অদু ওইরবস্তু মরম অমতদগী ওইরকপা অমসুং জাতি কাংলুপ অমদা চল্লগনা অতোপ্পা পোং অদুগা খেন্নদে অভেদনি। খুদম ওইনা হায়রবদা যণ লাবগা অমোঘগা মশক মওংদা খেন্নে অদুবু কাংলুপ ( জাতি ) ওইনাদ খেন্নদে।

শ্রীজীবগোস্বামিনা মোত অসিবু য়াদে। মাহাক্না হায় থবক্কা মরমগগী মবক্কা ভেদাভেদ লৈতে, থবক্কা ফীবমদনা থবক ওইবা উবা ফংই, মরমগী ফীবম ওইরগনা 'মরম ওইবা' অদু অদুম ওই। চফু ওইরকপগী থোরম 'থবক ওইবা' নি মরম ওইবগী নত্তে। 'চফুওইবা' থবক্কগী পাংথোকপনি ; অদুনা থবক অমসুং মরম অমসুং খোয়গী ভুংকম. ওইফ পোং শোইদনা খেন্নবনি, অমতা নত্তে। ঔপচারিক ভেদাভেদ বাদনা ব্রহ্মদা উপাধি-সম্বন্ধ (হাপচিল্লকপা মরি) লৈবা য়ানা লোরে অমসুং মাসিনা মরম ওইদুনা জীবনা জীব ওইবা (জীবত্ব) য়াম্নবনিনা জীবদগী ওইবা দোষ পুম্নমক ব্রহ্মদা থোক্লরে। লৈরিবা দোষ পুম্নমক্কা চংজ্রবা লোই-ভমজ্রবা মঙ্গলগী, গুণগী মশক ওইরবা ব্রহ্মগা জীবগা অভেদনি

তাকপা অসি অমগা অমগা ওনশিন্নবা য়াবা মওং নত্তে হায়রুনা মাসি থাদোক্লয়ে। তর্কনা ভেদবাদ অমদি অভেদবাদ শাগৎপা য়াদে। করিনা হায়রবু তর্কনা লেপ্পা রাবেপ অত্তু দোষ অমতা লৈতবা ওইবা য়াদে। অদু-১ শক্তিগা শক্তিমানগা খেন্নহন্নবা লাক্লবদা রাবা অদুক খেন্নহন্দনবা হোৎনবদসু অদুম রাই। অদুনা কনা কনাশিংনা ভেদাভেদ পুথোকপদা রাখলনা পাংথোকপা য়ান্দবা হায়বদি রাখলগী রাংমর্দা য়াদুনা অচিন্ত্যভেদাভেদবাদবু য়াই। শ্রীজীবনা মরমশিং অসিদগী অচিন্ত্যভেদাভেদপু মাহাক মশাগীনি হায়না হায়বদি গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী থুংথোক্ল হায়না য়াম্না শেংনা য়াই। অচিন্ত্য' শব্দ য়াওবসি গৌড়ীয় দর্শনতদা উই। শ্রীসনাতন গোস্বামিনা হায় জীব পূন্নমক পরব্রহ্মদগা অতোপ্পা ওইনা মতম পূন্নমক্তা লেংদনা তত্ত্ব ওইনা, অংশগী মশক ওইনা লৈরক্লি। মায়ানা কুপখিবদা খেন্নে থল্লুদবনি। অদুনা জীব তত্ত্ব পরমেশ্বরদগী মতম পূন্নমক্তা মায়কৈ খুদিংদা খেন্নে। সুমিৎকা মশেক মঙালগা, মৈগা মৈরিক্তা অমসুং সমুদ্রগা সমুদ্র ঈথক্তা তত্ত্বনা খেন্নবগুম্বনি।

মথক্তা পনখ্রিবশিং অসি পুন্না খোংজন্দুনা অমুক য়েংসি। অচিন্ত্যগী অর্থ শ্রীধরস্বামিনা রাখলগী হিরম নত্তবা তর্কনা চংউবা যাদবা হায়না হল্লি। অসিদগী থোরকপদি রাখলনদি লাম্বা কংদবা অদু লৈ হায়বদি কাউবা কাবম অত্তবুনি। বলদেব বিদ্যাভূষণনা তাবত্তদগী খংবা হায়না হল্লি, হায়বদি শ্রুতি' তাবা নত্রগা নাকোং-দগী কংবা খংবা অদুবুনি হায়। শ্রীজীব গোস্বামিনা অসিবু 'দুর্ঘট ঘটক' থোকহনবদা রারবা অদু থোকপা হায়না হল্লি। মহাভারতকী ভীষ্ম পর্ব্বদা তর্কযুক্তিদগী লাকশিনবা ওমদবা' ওইরবসু শাস্ত্রদগী খংবা নত্রগা রাহৈদগী থোরকপনা খংবা অদুনি হায়। শ্রীশঙ্করা-চার্য্যনা ব্রহ্মসূত্রদা তত্ত্ব বস্তু অসি শব্দ (অচিন্ত্য) অদুমগী খংই হায়।

শ্রীবিষ্ণু সহস্রনাম ভাষ্যদা 'প্রমাণাদি সাক্ষিত্বেন সর্ব্ব প্রামাণাগোচ-রত্বাদ'চিন্ত্যঃ' প্রমাণনচিংবা সাক্ষিনা প্রমাণ পুম্নমক্কী লাম্বা কংদ্রবা অদু অচিন্ত্যনি হায়। মরম অসিনা থোইদোকপ্রবা লক্ষণ (খুদম' লৈরবা, প্রমাণ পুম্নমক্কী, অর্থ পুম্নমক্কী ন্নানা য়োৗবা ঙমদ্রবা, অদুদা থোক-হনবা ন্নাব্রবা হীরম অদুবুদি থোকহনবা অদু অচিন্ত্যনি। পরতত্ত্ব (শ্রীকৃষ্ণ)গী শক্তি ঙপুনবা অদুগা শক্তি অদুদগী ওইবা পোং পুম্নমক্কা অমসুং পরতত্ত্ব অদুগগী মরি অদু 'অচিন্ত্য' ওইবা( মর্ত্তগী জীবনা ওইহনবা ঙমদবা, ন্নাগৈ অদুতগীদা খংবা, পিল্লবা জীবগী ন্নাখল যুক্তি, নিঙাইগী মপান্দা ওইবা), মতম মতমদা খেন্নবা অমসুং খেন্নদবা পুন্না লৈবা মরি অসিবুনি অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ কৌরিবা। ভেদ অমসুং অভেদনা পুন্না লৈমিন্নবা অদুগা মাখোয় চপমান্ননা সত্য অমসুং নিত্য ওইবা অরেপ্পা অমসুং লে'দবা ওইবা —হায়রবদি ব্রহ্মগা জীবগগী মরক্তা খেন্নবা খেন্নদবগী মওং মতম অমতদা পুন্না অরেপ্পা অমসুং লে'দবা ওইনা লৈমিন্নবা অদুগা মওং অসি খংবা ঙমদবা, থিন্দুনা তাক্লিংঙাই ওইদবা অমসুং ন্নাখলনা লাম্বা কংদবা মরম্না মীওইবগী যুক্তিনা লাম্বা কংদ্রবসু শাস্ত্রনা হায়রবগী মতুংইন্না য়াদবদি ঙমদে। ব্রহ্মগা জীবগা—ব্রহ্মগা মাগী শক্তিগা অমতনি, নত্তে—হায়রবদি খেন্নে, খেন্নদে; শক্তিগা শক্তিমানগা অমতনি, নত্তে খেন্নে, খেন্নদে লেপ্পনবা ন্নারোলশিংদগী ভেদাভেদবাদ অমসুং অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্বগী ন্না থোক্লকপনি। বাদ নত্রগা তত্ত্ব অসিগী মরুওইববু ঈশ্বরগা, জীবগা অমসুং জগৎকা মরি করিনো খংনবগী নৈনবা ন্নারেপশিংনি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা লংলা লংজিন কাংদুনা শ্রীশঙ্করা-চার্য্যগী ন্নারোলশিং—ব্রহ্মগা জীবগা অভেদনি, খেন্নদে শন্দোক্লম্বা মরোলশিং কক্তুনা মনাইশিংদা তম্বীরম্বা অদুদগী মথা তারক্লুনা

মথং মথং শ্রীসনাতন গোস্বামি, শ্রীরূপ গোস্বামি অমসুং শ্রীজীব গোস্বামিনা শন্দোক্লা মাখোয়গী লাইরিকশিংদা ময়েক লানা লানা খোংপীরম্মে। খরা হেন্না মপুং ফানা শ্রীজীবনা নৈনরম্মি। মাহাক্না শ্রীমদ্ভাগবত্তা হায়রিবা অদ্বয়তত্ত্ববাদ 'একমেবাদ্বিতীয়ম্' তত্ত্বগী অনি শুদ্রবী স্বরূপকা থাদোক্নবা য়াত্রবী শক্তি (স্বরূপানুবন্ধিণী) গী অত্তকপা মথক অহবু লৌরহনা য়াম্না কুপ্না নৈনহনা লেপ্লম্মি। মাহাক্না জীব অমসুং প্রকৃতিবু তত্ত্ব কৌরম্মদে অমসুং মাখোয়বু শক্তিনি হায়না ফীরেপক্কম পীহনা পরতত্ত্বগী অনিশুদ্রবা মশক লেপ্লি। পরতত্ত্ববু পাঙ্গল য়াওদবা (নিঃশক্তিক) নত্রগা জীবগা খেন্নদবা তোপ্তবা হা না। লৌরবদি শক্তিমান্‌বু মপুং ফাদবা ওই-হল্লে হায়বগী ৱাক্সম চৈতন্যচরিতামৃতদসু হায়। অহুগা শ্রীজীব-গোস্বামিনা শক্তি য়াওরবা পরতত্ত্ববু পরব্রহ্মনি হায়। মশাবু অচৌবা ওইবা অমসুং মা অহুদগী অতোপ্পবুসু চাউহন্নবগী— স্বরূপকা থাদোক্নবা য়াত্রবী শক্তি (স্বরূপানুবন্ধিণী শক্তি) লৈবা মাহাক ব্রহ্মনি। অদ্বয়তত্ত্বনা সচ্চিদানন্দ শ্রীকৃষ্ণ ওইবা মরম্না শক্তিসু অনি শুদবীনি, সচ্চিদানন্দগী লম্বী ইনবীনি। সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দ শক্তি অহুম অসিনা পূনবা সচ্চিদানন্দ শ্রীকৃষ্ণনি। মাহাক্কী শক্তি অহুম অসিবু সন্ধিনী সম্বিৎ অমসুং হ্লাদিনী হায়না থৈ। সন্ধিনীনা লৈনবগী (স্থিতগী) মরি ওইবা শক্তিনি। অসিনা ভগবান্ মশা অমসুং অতোপ্পনা লৈবা অহু ঙাকই। সম্বিৎ শক্তিনা জ্ঞান মরমগী শক্তিনি। অসিনা ভগবান্ মশানা খংই অমসুং অতৈবুসু খঙহল্লি। হ্লাদিনী শক্তিনা নুংঙাইবা মরমগী শক্তিনি। শক্তি অসিনা ভগবান্ মশানা নুংঙাইবা ফংই অহুগা অতৈবুসু নুংঙাইবা অহু পী। সৎ চিৎ অমসুং আনন্দ থাইদোক্নবা য়াদে অসুম্না সন্ধিনী, সম্বিৎ অমসুং হ্লাদিনীসু থাইদোক্নবা য়াদে। ব্রহ্মগী শক্তি অহুম অসি পাংথোকপা থোইদোকপা মথৌনি,

হায়না ভগবৎসন্দর্ভনা হায়। তন্দগী মওং অনি থোক্লা লৈ —(১) শক্ত থক্তা ওইরগা মাহাক মূর্ত্তি পান্দে অমসুং শক্তিগী মপু ওইবা মতমদা মূর্ত্তি পাল্লি। মূর্ত্তি পান্দবা শক্তি মওং অদুদা শক্তি পুন্নমক ভগবৎবিগ্রহগা আত্মা অমতগী মওদা লৈ অদুগা মূর্ত্তি মওং ওইবদনা ভগবানগী খোংলোই ওইরদুনা কোংচ। পরতত্ত্বগী হ্লাদিনী শক্তি পরতত্ত্বদা লৈ। পরতত্ত্বনা রস চুপ্পিংঙকপা মতমদা হ্লাদিনী শক্তি মুংঙাইবা পুন্নমক্লা তুংসবী অসিনা মাহাকী শক্তিগী শকক ওইরবা ভক্তশিংগী থম্মোইদা চেংহল্লি অমসুং মওং অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাইনবগী মশক ওইদুনা নিংথিরব', থুন্নবা মশক ওইদুনা থোইদোকপা মহাওনা থন্নবা অওকপা শকক ওই। ভক্তিনা ভক্ত কেটিদা চংই; অদুনা ভক্ত অমসুং ভগবানবু পোন্দোক্নবগী শক্তি ওই। অদ্বয়তত্ত্ব অদু কনবগী পদ্ধৈবু স্বরূপশক্তি হায়বদি ভগবান্দা তুংহনা লৈবা শক্তি অদুগী থোচংনি -হায়বদি ভক্তিনি। ভক্তিদগী জ্ঞান থাইদোকপা লাক্লবা অরেম্বদা অরাবা কংগদবতনি। শ্রীমদ্ভগবতনা ১।৫।৩৫ দা —

> যদত্র ক্রিয়তে কর্ম্ম ভগবৎ পরিতোষম্ ॥
> জ্ঞানং যত্তদধীনং হি ভক্তি যোগসমন্বিতম্ ॥

> শ্রীকৃষ্ণ পেন্নবা থবক তৌবা তারবদা মোক্ষ পাংথোকপগী জ্ঞান অদু কংই; মরম অসিনা মোক্ষ পাংথোকপা জ্ঞান শ্রীকৃষ্ণনা পীবিবা কর্ম্ম (ভক্তি) গী মথা পোনবনি।

অদ্বয়তত্ত্ব অনিশুদবা মতোমতা ঙাইবা অদুবু কনবা উপায়সু অনিশুদ্রবা, স্বরূপ শক্তি অদুগী পোৎচং ওইরিবা অদু ভক্তিনি। জ্ঞান ভক্তিগী য়াকা ঙাইবনি। পরতত্ত্ব শ্রীকৃষ্ণ, ব্রহ্ম পরমাত্মাগী তুংকম ওইবগুম শ্রীকৃষ্ণভক্তিসু অদুম্না জ্ঞান-কর্ম্ম-যোগকী তুংন্দ্মি।

অসিগী মরম শ্রীমদ্ভাগবতকী প্রথম স্কন্দা শলোক্লা য়াওরি।

সমুদ্রগী নাকল অমদগী হৌরকপা ঈথক্লা নাকল অমদা মাংই নত্রগা তিল্লি; ঈথক অছু ঈশিং ওংক্লা ওাইবা মশক অছুনা সমুদ্রগা খেন্নত্রবসু সমুদ্রগী মরেপ লূরবা মণিমুক্তানা তূংহনা লৈবা গুণ অছু য়াৎপনা নত্রগা লৈংবনা সমুদ্রগা খেন্নরে; সমুদ্রদা মাংখিবা মরম্না তোপ্না উবা য়াবগী মওং মাংল্রে, অছুদগী ঈথক অছু সমুদ্রগা অমতা ওইরে হায়নবতনি। অছুম্না মাগী মওং ওইরিবা ব্রহ্মগী মওাম্না লৈরিবা মকম অছুদা জীবনা প্রলয় মতমদা থুম্ন রিবা জীবগা মশক অমত্তা ওইরে হায়বতনি। মশক্কসু মথোনা মপাঙ্গলদসু কংজবা খরগী মন্নুংদা লৈবা জীবনা মপাল নাইত্রবা কুংনা মুংওাইরবা ব্রহ্ম ওইবা কংলে হায়বা য়াদে। মরম অসিনা মুক্তিদসু ব্রহ্মগা জীবগা তোপনা তোপনা উবগী শকক য়াৎপনা খেন্নদনা অমসুং করিগুম্বা অংশ অমদা উবা ফংদনা মাংখিবনা খেন্নদে হায়। অসুম ওইরবদা ভক্তিগী মুংওাইবা চুপচনবগী দমক্তা সচ্চিদানন্দ –হকচাং ওইথ্রবা অদুনা জীব ওইনা অমুক লৈজরবা য়াকম লাক্লবদি ভগবান্‌গী পেংইদে কপা কৃপাতদগী ওই। কীবম অসিদগী অভেদবাদ কনথ্রবা শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা 'হে প্রভো! ভেদনা মাংথ্রবসু ঐ নংগীনি; অদুগা নংদি ঐগী নত্তে.—মরমদি ঈথক্লা সমুদ্রগী ওই অদুগা সমুদ্রদি করিগুম্বদা ঈথকী মথা পোন্দে' হায়খি। 'নংগীনি' হায়বা লোল মায়ানা কুপথিছুনা শিজিন্নবা অসিনা 'ভেদ'-খেন্নবা হায়বা অছু পাংথোক্লে। 'ইবুঙো'! ঐ নং-গীনি' হায়বা অসিনা জীবগা ব্রহ্মগবু, অমতনি হায়বা অভেদ-বাদীশিংগী মোং মশানা অছুম ককচরে। হায়বদি লূববা তুংরলগী ঈচেল পূন্নমক্লা মমিং থাদোক্তনা তিল্লুখবসু অমোৎপা, নিংখিরবা মণিমুক্তানা থল্লবা সমুদ্র অদুদি ওইবা ঙমদে, মাথোয়গী মপান-গী মশক ওইনা লৈরম্বা অছু মাংখিবদা সমুদ্র ওনখিবা ওইনা

খংনবতনি। অহুনা জীবনা মুক্তি ফংজরবস্থু ব্রহ্মগা পুম্মান মান্নবা শককম ওইবদি য়াদে। অওইবনা ব্রহ্ম অমসুং জীব মশক্তা পাঙ্গলদা পুমথেন খেন্নবনি। মুক্ত ওইরবা জীবশিংনা ব্রহ্মগী ওইরিবা জগৎকী থৌরমশিংদা কয়িগুম্বদা মথুং থিংজিন্নবা য়াদে। চাউরবা জ্ঞান অহুনা ব্রহ্মনি, জ্ঞান মরিক্লা জীবনি। জ্ঞানগী অংশ অহু খল্লুরগদি অনিমক অমতনি হায়বা য়াই অহুদা মশক্তা মপাঙ্গলদদি মতম পূন্নমক্তা থেন্নৈ। অংশীগা অংশগগী (খাইরক-ক্ষম মপুম অমসুং খাইরক্ষপা মচেৎকগী) ভেদাভেদ—খেন্নবা খেন্নদব-গী মরি লৈবনা ব্রহ্মগা জীবগগী মরক্তস্থু মতম পূন্নমক্তা মরি অসি লৈ হায়রিবা রাকম চেৎশিনহন্ন। শক্তি অমসুং শক্তিমান্ খাইদোক্লবা ইয়া য়াগ্রবা হায়বা অসিদগী গৌড়ীয় আচার্য্যশিংনা ভেদাভেদবাদ লৌপ্লি। চৈতন্যচরিতামৃতগী মতাং অমদা উখ্রে—কস্তুরীগা মাগী মনমগা খাইদোক্লবা য়াদবগুম মৈগা মৈশাগা খেন্নবা লৈতবগুম শক্তিমান্গা শক্তিগা খেন্নদে। মনম কস্তুরীগী শক্তিনি, অশাবনা মৈগী শক্তিনি। শক্তিমান্গী মশক অহুদা শক্তি লৈ, মাখোয় তোপ্পবা পোৎ নত্তে, অমগা অমগা শেংনবা য়াগ্রবা মরিনি। পরব্রহ্মগী শেক্তোকপা য়াগ্রবা মশাদগী তোপত্রবী শক্তি (স্বরূপানুবন্ধিণী) মশাগী ওইজবনি, হাপচিন্নকপা নত্তে। কস্তুরীনা শোকপা পোৎ নত্রগা মৈনা চাকপা য়োংনচিংবগী মনম—শক্তি অহুদি হাপ্নকপনি (হাপকংলকপনি) মশাদগী থোকপা নত্তে; অহুনা পরব্রহ্মগী শক্তিদি মহৌশাগীনি, মশাদগীনি। শক্তিগা শক্তি-মানগা খেন্নদবনি, কস্তুরীগা মাগী শক্তি মুংশিবা মনমগা, মৈগা অমসুং মাগী চাক্লবা শক্তিগা তোপ্তবনি, খেন্নদবনি—হায়না হেক্তা লেপ্পসি হায়রবস্থু চান্নন। পুমতোপ তোপতে হায়বস্থু য়াদে, মরমদি মৃগমদ (কস্তুরী) অমসুং মৈ উরবস্থু কয়িগুম্বা মকম, মতমদা মনম অমসুং মৈশা কাউবা থেংনৈ। কস্তুরীনা শোকউবা পোৎ অহু

কস্তুরী য়াওজবা মতমদা মনম অহূদি লৈথহৌই। অসুম্না মৈদা ইক্উরবা য়োং মৈ মুংগ্রবসু অশাবা অহূদি শাংথনা লৈগৌই। পরব্রহ্ম উত্রবসু মাগী শক্তিগী মশেং মরাং ওইবা মওং অহূদি কাউবা অমসুং উবা ফংই। মরম রসিনা কস্তুরীগা মাগী সুংশিবা মনমগা, মৈগা মাগী চারুবা শক্তিগা পরব্রহ্মগা মাগী শক্তিগা পুমখেন খেন্নদে হায়বা অসিদি পুমরোই ওইবা পুম্চুম চুর্বনি হায়বা য়াদে মাখোয়গী মরক্তা কুপ্পা য়েংশিন্নগা উবা ফংই। অমরোমদা অমুক পুমখেন খেন্নে হয়রবসু য়াম্না লুবা রাকম্নি। মাখোয়গী মরক্তা শেংনবা য়াত্রবা মরি লৈরি। অসিদগী লাক্লিবদি কস্তুরী অমসুং মাগী মনমগী মরক্তা খেন্নে হায়না লেপ্পবা রাবা অহুক খেন্নদে হায়না লেপ্পবসু অহুম রাই—অসিগী মহুত্তা মতম অমতদা ভেদসু লৈ, অভেদসু লৈ হায়বা অসি লেপ্পা তাই। মথক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা খুদম ওইহনা প্রমাণ তৌথিবা থেংনগ্রে। অমুক হঙ্গিল্লুবা কান্নদ্রে। অনিনা আত্মা অমতা ওইবা অমসুং তোপথোকুবা আত্মা ওইবা খংত্রবা মতমদগী ওইরক্লবনি অমসুং মতম পুম্বদা অরেপ্পা ওইরক্লবনি। মতম অমতদা লীলা অনিমক নিত্যনি হায়বদি ধ্রুবনি—লেংত্রবনি। চৈতন্যচরিতামৃতগী মধ্য-খণ্ডদা রায় রামানন্দগী ঈশৈ 'পহিলাহি রাগ নয়ন ভঙ্গ ভেল'গী 'না সো রমণ না হম রমণী' হায়বা পদ অহুতদা অচিন্ত্যভেদাভেদ তত্ত্বগী মপুং কারবা পসুংফম অহুনা ভক্ত রাখল চাউবা রসিকশিংগী মতম কুইনা খঙ্গহনা কেঙ্গরিবা সত্যনি।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুন সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরহনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বা নাম লৌরে। সন্ন্যাস ধর্ম্ম হেক ফংবদা গোপী ভাবতা কৃষ্ণ কাইনবগী মৈচাক্তা ভাওখিহনা বৃন্দাবন চৎলিবনিগী রাখলদা লম্বী ভাওহনা মুমিৎ হুম্নি চুপ্পা রাঢ় কোইহনা লৈরুরগা নিত্যানন্দ প্রভুনা শিন্দুনা শান্তিপুর য়োরক্লুনা মমা ইবেম্মগা উন্নরগা মমাদগী বিদায় লৌহনা

মমাগী য়াথং মতুংইন্না নীলাচলদা বাস তৌবা লেংলক্নে। অম্বুম্না মথং মথং লাকপা অসিদা শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দির মতোল হেক উন্নকপদা নাক য়েং করি য়েংঙমদনা কল্লা মন্দির তাল্লা চেনখৎখি, মন্দির য়ৌরক্লবদা মীনা খাম্বকা অমতা তাদনা বিগ্রহ অদুবু কোনগদবগী চেনশিনখি। থোং মনাক য়ৌরকপদা রাম্থদুনা তাখি। তাল চারুবদগী বাসুদেব সার্বভৌম মকম অদুদা লৈরম্মি। মাগাক্লা প্রভুবু ফু চৈবা তৌহন্দনা মাগী য়ুম তাল্লা পুহনখি। অদুদগী মতম খরা কান্-নরগা নিত্যানন্দ প্রভুনা চীংলদুনা মহাপ্রভুগী তুংইল্লকপা ভক্তশিং থুংলরে অমসুং মাথোয় ময়াম চংদুনা রানা অমসুং কুইনা হোৎনদুনা লাক্লগা সংকীর্ত্তন তৌদুনা অমসুং নাম শোল্লগা মহাপ্রভুগী ক্ষান লাকখি।

শক-চু চাংদম্নভাই লৈতনা ফজখ্রবা, উবদা পুক্নিং হেক্তা ছুবা শককম্না মাগী ওইবা, অভাংদি ওইরিবা 'নবীন সন্ন্যাসী' অদুবু উরগা সার্ব্বভৌমনা মাহাক্কী দমক্তা মথরায়মক য়াওনা রাবিখি। সন্ন্যাস ধর্ম্ম ইনবা ঙমন্দুনা মুন্না খংবা রাৎপদগী মশা কনবা ঙমদদুনা অয়ানবা লম্বীদা চৎখিস্রা কীদুনা ইন্দ্রি খুদুম চনবা ওম্নবগী পাম্বৈ বাসুদেবনা খনবিখি। খরা হোৎনহল্লগা, খংহল্লগা অফবা সৈন্ন্যাসী অমা কৌদুনা প্রভুগী মওং অমুক শেমদোকপীগে নীংখি। অদুগুম নত্তনা বেদান্ত তম্বীদুনা অদ্বৈতমার্গদা পুশিনবিগেসু খনখি। সর্ব্বভৌমনা বেদান্ত তম্বীবগী রা প্রভুনা হোঁদাক্লকপনা প্রভুনা য়াম্না য়ানিংনা হয়াওনা য়ারে, হয়াওদুনা—ভট্টাচার্য্যনা মপাল নাইদনা চানবিবনি—খুমখি। ভট্টাচার্য্যগী লোন্দা অদুদা ভক্ত মুকুন্দনা শাওদুনা 'চানবিবা? অসিবু চানবিবরা উইশিত্তবনি' হায়রকই। প্রভুনা 'উইশিত্তবা নত্তে, ঐগী মঙ্গলগী দমক ভট্টাচার্য্যনা সন্ন্যাস ঙাকপা ওম্নবা চানবিবনি' খুম্নকই।

অদুদগী সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু মন্দিরদা পুরক্নে অদুগা

হায়রকই 'নং সন্ন্যাসীনি, বেদান্ত পাগদবনি, তাগদবনি, তমগদবনি। মাহুনা সন্ন্যাসীগী বিধি ধর্ম্মনি অমসুং অহু কায়রনবা লম্বীনা বেদান্তনি'। 'তাকপীরিবা অহু তৈজগনি' হায়না প্রভুনা য়াম্না নোম্না খুম্নকই। অসুম ঙাংনবগা বেদান্ত তম্বীবা সার্ব্বভৌম কন্নে। ছাত্র অহুনা মথরায় য়াওনা অমসুং পুক্নিং চনা তাৱে—প্রভু শুক্ষৎপগুম উৱে। ৱারা অমতা ঙাংদে। অসুম্না নুমিৎ তরেৎনি তম্বীববা কাওবদা ছাত্র অহুনা ৱা অমতা ঙাংদ্রে। অবাইবা ৱাহং অমা কাওবা হংদ্রে। অহুদা আচার্য্যনা খল্লি— সন্ন্যাসী অসিবু অঙাওবরা নত্রগা অপংবরা? কৈ, কত্তে অমতা হায়দবা করিননো? থোঈবিবরা? অহুসু মান্দে। অসুক নোনবা, ইকাইথিবা ছাত্রদি লৈবু লৈতে—হায়না মওল মওল খল্লকই।

'নুমিৎ তরেৎনি শুৱে—ঐনা নংবু তম্বীরিবসি। য়ানিংবা য়ানিংদবা নংনা অমতা হায়দে খংই খংদে অমতসু হায়দে' হায়বগা মপুক্তা পেল্লহুনা মথা তারক্লে, 'উ য়ুংবগুম খিন্দুনতা লৈ—খংই খংদে. য়ানিংই য়ানিংদে অমতদি হায়দুনা?' প্রভুনা খুম্মকই 'ঐগীদি তাবগী ৱানি। অহুনা তারিবা অসিনি।' ঐনা ব্যাখ্য তৌখিবশিং অহু ভাব তানা তানা চংখিবরা?' 'ঐদি অপংবনি লাইরিক লাইগুসু হৈবা নত্তে, অহুনা করিমতা খংদে ভট্টাচার্য্যনা শাওরহুনা হায়রকই 'খংদ্রবদি হংফম থোকইদনা। হংদনা তুমিন্না কমহুনা লৈথোকপদে করিগীনো?' প্রভুনা য়াম্না নোম্না খুম্নকই বেদান্ত সূত্রগী ৱাদি য়াম্না শেংথ্রে অহুগা ভট্টাচার্য্যগী ব্যাখা অহুনা ঐবু মন্ধাল্লি।'

"করিনো সন্ন্যাসী অসিনা হায়রিবা অসিদি' লেংত্রবা উথোংগুম আচার্য্য খিন্দুনা লৈথ্রে। প্রভুনা চথরকই। 'সূত্রগী অর্থদি য়াম্না শেংথ্রে। অহুদা শঙ্করাচার্য্যনা মাগী পুকথোক্তনা ভাষ্য অংতাম্না অমা পুথোক্লে। মানা পুথোক্লম্বা অহুনা লম্বী ওইরহুনা মহাক্না

ব্যাখা তৌবা অহুনা মঙ্কাল্লে। শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্যনা লৈরিবমখৈদি অচুম্বা অর্থ ভাব তাররোই' হায়না নোল্লুক্লা অমসুং চেকশিনবা রাহৈনা প্রভুনা হায়রকই। শঙ্করভাষ্যনা হায়রিবনা শ্রুতিনা থারিবা ব্রহ্মদি থবক তৌদবা গুণ য়াওদবা অহুবুতনি। ব্রহ্ম নিরাকারনি, মওং লৈতবনি, মরম—গুণ য়াওদবনি অহুনা ব্রহ্ম হায়বা পোৎ অসিদি জ্ঞানতনা কংই। অহুনা ভক্তিনা খুরুম্বনচিংবা অর্থ য়াওদবা রানি। মাসিদি নাস্তিক মথল অমনি। [ময়েক য়ামদবা, ফজনবা রাহৈ হাপ্তবা, মরু ওইবা অথ য়াওবা, ওইবা য়াবা মরম পূন্নমক্তা থিংদনা থম্বা করিগুম্বা শকক্তা অশোইবা য়াওদবা রাহৈ পরেংবু সূত্র কৌই। সূত্রগী রাহৈ লৌখত্তুনা সূত্রদা য়াওবা রাহৈ পরেং-দগী সূত্র অর্থ কোংদোকপা অহু ভাষ্যনি। আচার্য্যনা তৌবা ব্যাখ্যানা সূত্রগী ভাষ্যনি। অতৈনা তৌবা ব্যাখ্যানা টীকা কৌই।] সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য মোত অসি চৎপা নিপানি। মাসিবু গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা ককথরক্লে।

ব্রহ্মগী অর্থ ক রনো? মাহাক অচৌবা, অচৌবা পোৎ মাহাক্নি ব্রহ্ম। অহুগা অতোপ্পবুসু চাউহনবা মাহাকসু ব্রহ্মনি। অসিদগী থোকপদি ব্রহ্মদা শক্তি লৈ, শক্তি অহু লৈত্রবদি করম্না অচৌবা ওইগনি? অহুনা ব্রহ্ম শক্তিমান্নি—পাঙ্গনবনি। অহুগা অচৌবা মাহাক অদো থবক পূন্নমক্তা চাউই, মাহাক পূন্নমক্তা অমসুং পূন্ন-মক্তগী চাউবনি। থোইদোক হেন্দোক্লা চাউবা ওইরিবা অসি গুণ নত্তুনা কবিসু ক্ত্রে অহুনা মাহাক মওং অমসুং গুণ লৈবনি। মওং লৈবনা সাকাৎ ওইরে। শক্তি লৈবনিনা সগুণ ওইরে, বৈভব লৈরে, মশিং যাম্না উৎপত্তসু লৈরে হায়বদি 'প্রকাশবৈচিত্রী' লৈরে। অসিনি ঐশ্বর্য্য হায়রবু। মরম অনিসা ব্রহ্ম ঐশ্বর্য্য পূম্বনা য়োম্লবা ভগবান্নি। [মশক মান্নরবসু শক্তিদা হুম্বা বৈভবনি অহুগা মকম মন্নামদা মতম অমতদা শককম অহুম্মক ওইবা অহুনা প্রকাশনি।]

ঐশ্বর্য্য পরিপূর্ণ স্বয়ং ভগবান্ ॥
তাঁরে নিরাকার করি করহ ব্যাখ্যান ॥
ঐশ্বর্য্যনা পুন্না থল্লবা ভগবান্নি ॥
ব্যাখ্যা তৌরি মহাক্না মাবু নিরাকারনি ॥

শ্রুতিনা ব্রহ্মবু নিরাকারনি হায়জরবস্থ নিরাকার ওইনা থম্বদি ভমদে। ব্রহ্মগী খোং খুৎ মিৎ লৈতে হায়রি অতুমজুদা স্বর তৎ-কাত্রিস্তৈদা অমুক হায়রি —মাহাক্না লৌই, চৎলি, উই। খুৎ যাউদনা করিনা পায়হুনা লৌগনি? খোং পান্দনা করম চৎকনি? মিৎ য়াওত্রবদি করিনা উগনি—নত্রগা ইন্দ্রি পান্দ্রবদি ইন্দ্রিগী থবক লৈরিবা করম্লনো? য়াম্না তমহুনস্থ, পাহুনস্থ আত্মাবু খিবা ক দে, —অতুত নত্তনা রাখলমস্থ বেদ মযাম তাবনস্থ ক'বা ভমদে। অতুদা আত্ম'না রাবিনিংবা, কৃপা তৌবিবা মাহাক অতুদ'দি আত্মানা মশক উৎলি হায়রি। অতুনদি আত্ম'গী মশা লৈরে হায়বদি হকচাং য়াওরে। মাহাক্না হকচাং পান্দবা ওইববদি মাগী মশা কোম্লনা থোক্লকইবা কদায়দগীনো অমস্থং করম্লনো? ফীবম অসি করিনা লেপকনি? মাসগী ফীরেপকম'দি—ব্রহ্মগী মশাগী ওইবা হকচাং লৈতে, মওং লৈতে, ইন্দ্রি লৈতে। ব্রহ্মগী মশাদি শেংলবা জ্ঞানগী মশক্তি, চৈতন্যগী মশক্তি, থোইদোক হেন্দোকপা হকচাংনি। মাগী মতিক মঙন—ঐশ্বর্য্যগী হকচাং পুন্না জ্ঞানগী মশক্তি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ:স থোইদোক হেন্দোকপা লোইবা নাইদবা গুণনা পুল্লবা অমস্থং মুংভাইবনা কুংনা থল্লবা মূর্ত্তিনি।

শঙ্করনা ব্রহ্ম মশক মওং লৈতবনি হায়জনিংবা অতুদা মাগী দোষ লৈতে মরমদি ভগবান্গী রাথংনা মানা অতুম তৌজবনি মানা অতুম তৌরম্মে হায়হুনা নংদি ভগবান্গী নিন্দা তাকনু। নংস্থ হায়রগনু ভগবান্গী ঐশ্বর্য্য লৈতে, লৈফম লৈতে লীলা লৈতে, লীলা শারকম লৈতে। মাহাক্কী বিগ্রহস্থ শচ্চিদানন্দগী মশক্তি। ঈশ্বরগী থোইদোক

হেন্দোকপা হকচাং নত্রগা মূর্ত্তিবু য়াদবা মাহাক অহুদি শোক্ল-পন্নবদা মতিক চাত্রবনি। ভগবান্গী নিন্দা তান্নগা হৌগৎতুনা মকম অহু থাদোক্তবা মাহাক অহুগী অকবা মিংচৎ পুম্বা মাংলবনি।—

পদ্মপুরাণে ৬২ অধ্যায়ে একত্রিংশ শ্লোকে শিবং প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্

স্বাগমৈঃ কল্পিতৈস্ত্বঞ্চ জনান্ মদ্বিমুখান্ কুরু।
মাঞ্চ গোপয় যেনস্যাৎ সৃষ্টিরেষোত্তরোত্তরা ॥

[ভগবান্না শিবদা হায় হে মহাদেব] নংনা
শাবা তন্ত্রনা মীওইবা পুম্ববু ঐঙোন্দগী মমায়
লৈথোকহল্লু অমসুং ঐবু লোত্তুনা থম্মু অহুম তৌবনা
মথং মথং সৃষ্টি অসি হেনগৎলকপা য়ানবা ॥

তত্রৈব—২৫ অধ্যায়ে ৭ম শ্লোকে দেবীং প্রতি শ্রীশিব বাক্যম্

মায়াবাদমসচ্ছাস্ত্রং প্রচ্ছন্নং বৌদ্ধমুচ্যতে।
ময়ৈব বিহিতং দেবি কলৌ ব্রাহ্মণ মূর্ত্তিনা।

[শিবনা দেবী ভবানীদা হায়] হে দেবী কলিদা
ঐনা ব্রাহ্মণ মূর্ত্তি লৌরহুনা (ব্রাহ্মণ শঙ্করাচার্য্য
ওইহুনা) মায়াবাদতা তুক্কচরবা মীনম্বা শাস্ত্র
শন্দোকপনি মাহুবু কুপাশল্লবা অহু বৌদ্ধ শাস্ত্র
হায়না হায়নৈ।

ভট্টাচার্য্য মহাশয় অমগস্থ অমুক তাও—

ব্রহ্ম হৈতে জন্মে বিশ্ব ব্রহ্মাতে জীবয়।
সেই ব্রহ্মে পুনরপি হয়ে যায় লয় ॥
অপাদান করণাধিকরণ কারক তিন।
ভগবানের সবিশেষ এই তিন চিহ্ন ॥

ব্রহ্মদগী পোক্লগা জগৎ ব্রহ্মদা হিংই ॥
ব্রহ্ম অহুদা হন্না অমুক থুপলুই ॥

অপাদান করণাধিকরণ কারক-হুম ॥
ভগবানগী লেংঙ্গবা অহুম্নি খুদম ॥

হায়বদি ব্রহ্মদগী পোক্লপা ব্রহ্মদগী হিংহুনা লৈ অমসুং মমৈদা ব্রহ্ম অহুদা অমুক চংই—মাসি শ্রুতিগী ৱানি। অহুনা শ্রুতিগী অর্থ অসিদগী উৱিবদি ব্রহ্ম 'কারক' অহুমগী থবক তৌই হায়বদি মথৌ তৌই। মাঙোন্দগী ভূত পুম্নমক পোক্লে অহুনা মাহাক 'অপাদান' কারক্কি; মাহাক্না হিংহল্লিবা মরম্না মাহাক 'করণ' কারক্কি; অমসুং মমৈদা মাঙোন্দা অমুক চংখি হায়বদি তিনখি—থুপখি অহুনা মাহাক 'অধিকরণ' কারক্কি। অহুনা মশক মওং মতৌ লৈতবা, গুণ য়াওদবা পোৎ অমগী কারক হায়বদি মথৌ মশিল থবক অসি লৈবা য়াদে। মরম অসিনা ব্রহ্ম মশক য়াওবনি অহুনা মাহাক সাকারনি। সগুণ ওইবা মরম্না থবকশিং অসি পাংথোক্লিবনি। [ মতাং অসিদা লৌকম থোকপা অমা লৈরিবনা মহাপ্রভুনা শঙ্করাচার্য্যবু নিন্দা তৌদে অমসুং তৌবগী ৱাহৈসু শিজিন্নদে মাগী মাগী ৱাখলগী মতুং ইন্না চৎপা অহুবু তাথিরুদে। লাল্লি লান্দেগী ৱাতা হায়বনি। শঙ্করনা উৎলম্মিবা অহু মাগী পুকখোক নত্তে—ভগবান্না তৌহনবনি হায়রুনা মাবুসু কল্লি। মথক্কী পদ্ম পুরাণগী ৱা য়াওব্রবসু মতম চাবা চাদবা ভগবান্না শক্তি পীহুনা থোকহনবদা ওইথোক্কবা করিসু লৈতে। প্রভুনা হিংসা থাদোকপা অহুহুম তন্বীরি। ]

প্রভুনা মখা চম্বরক্লে। ঈশ্বরনা জগৎকী মওংদা ওল্লক্লে; অহুদা হায়বা য়াই জগৎনা ব্রহ্মগী মশক মওং ওইরবদি ঈশ্বরগী মওং কাইথরকপা ওইরবনি হায়বদি মাহাক্কী শক্তি ঐশ্বর্য্য মাংথরক্রবান। ওইরোই, মাহু ওইবা য়াদে। ঈশ্বরনা মাহাক্কী খংঙমদ্রবা শক্তিগী পাঙ্গলনা জগত্তা ওল্লক্রবসু মাহাক্কী কীভম অহুবুদি কাইহনবা ঙমদে। স্যমন্তক মণিনা সনা কোকথোং কোকথোং ওলহনগ্রবসু ওলহনখিবা অহুনা মরম ওইহুনা মাগী শক্তিদা হুম্বা নত্রগা মওংদা মাংথরকপা

থোক্কনবা ওমদে। জগৎ অয়ানবা নত্তে, মীওইবগী হকচাংদা মরমাই লৌশিং হায়বা অহুনি ওইদবা—মিথ্যাদি। অদ্বৈতবাদীশিংনা অয়ানবনি হায়রিবা অহুনি অয়ানবাদ। ঐখোয়না মায়কৈ মরিদা মিৎনা শংশং উরিবা অসিবু অরৈবা পোৎ নত্তে হায়বসিবু যাক্কম থোকপ্রা? অরৈবা মক্তি, অহুদা অমাংবা নাই হায়বতনি। লৈবা হায়বা (স্থিতি) অহু নত্রবদি সৃষ্টিনা (শেম্বনা) করিনো? প্রলয় (মাংহনবা) হায়বনা কনাবুনো? সৃষ্টি—শেম্বা অহুদগী স্থিতি লৈবা থোকপনি অহুগা স্থিতি অহু ওইবনা প্রলয় (মাংহনব) লৈরিবনি।

প্রণবনা ব্রহ্মনি। ওম্ ইতি ব্রহ্মঃ। কোইনা উারবা অকোইবদা লৈরিবা অসিনি ওঙ্কার। পূম্নমকী চংকম্নি, পূম্নমক্কা শিনথুংবনি। প্রণবনা ব্রহ্মগী মশক ওইবনা বিশ্বজগৎ প্রণবকী মনুং চল্লে। অহুনা প্রণবনা খ্বাইদগী হেনবা য়াহৈনি অহুগা য়াহৈ পূম্বনা প্রণবতগী হুম্বনি অদ্বৈতবাদীনা 'তত্ত্বমসি' না মহাবাক্যনি হায়। প্রণবতি ঈশ্বরবুম্ থংনৈ, অহুগা 'তত্ত্বমসি'নদি মাহাকপু থংনদে। অহুনদি 'তত্ত্বমসি' প্রণবতগী হুম্বরে। অহুনা 'তত্ত্বমসি'না মহাবাক্য ওইবা য়াদে—মরমদি মপুমদগী মচেৎনা চাউবা যাদে। মরম অসিনা প্রণবনা মহাবাক্যনি। [প্রণব—ভক্তিসন্দর্ভনা প্রণবপু বেদগী মরম, ওইরকক্কম অমসুং মহাবাক্যনি হায়।] পদ্মপুরাণনা ঋক, যজুঃ অমসুং সামগী মশকমক ওইবিবা প্রণবনি হায়; প্রণবতা অ,উ,ম ময়েক অহুম অসি য়াওই। অকারনা বিষ্ণুবু উকারনা লক্ষ্মীবু অহুগা মকারনা অনিগী তত্তনা মনাই ওইবা জীববুনি। অউম্ হায়বদি বিষ্ণু, মহেশ্বর অমসুং ব্রহ্মা অহুম অসিনা ওইবা য়েন্নিংনি—মতোন্নি হায়বদি যথা প্রণবঃ সর্ব্ববেদেষু।

মহাবাক্য— অর্থ কোংদোকপা ময়েক (বর্ণ) নত্রগা ময়েক অপুনবগী মমিং পদ কৌই। পদশিংনা পুন্সিল্লগা অর্থ মপুং ফানা কোংদোকপা অহুবু বাক্য কৌই। হায়ক্কম থোকপা পূম্নমক বাক্য অহুদা

য়াওবা অহু মহাবাক্যনি হায়বদি মহাবাক্য শিন্থ্রংনা লৈবা পোংশক্লি। শঙ্করাচার্য্যনা বেদ মরিদগী মহাবাক্য মরি খন্দোক্লম্মি। অহুগী মনুংদা সাংবেদগী ছান্দোগ্য শ্রুতিগী 'তত্ত্বমসি' মহাবাক্যনা অথোই-বনি হায়। অহুদা বেদবাক্য মরি পনপ্লিব। অহু বেদগী শরুক অমমম্তা ওইবনা মহাবা'ক্য ওইবা য়াদে। বেদ পূম্বগী ময়ম ওইয়ককম. ঈশ্বরগী মশক, বিশ্বগী তুংকম ওইরিবা প্রণবতনা অচুম্বা অশেংবা মহাবাক্যনি। বেদগী শরুক অমমমদা য়াওবা বেদগী মন্থু'চনবা বাক্যশিংনি শঙ্করাচার্য্যনা—মহাবাক্যনি হায়হনা খন্দো'ক্লম্মিবশিং অহু। মাথোয়না বেদবু খংহনবা ঙম্ফম থোক্তে অমম্থুং ঙমদে। অহুগা প্রণবতি বেদবু খ'হনবা ওই অহনা বেদগী মচেৎ অমম্দা য়াওবা 'তত্ত্ব'ম'স'বুম্থু খংনবনি। বেদা'ন্ত বাক্য পূম্বগী লম্বীনা চংশিল্লিবা অহুতনা মহাবাক্যনি। বেদান্তগী বাক্য পূম্বগী লম্বীনা প্রণব নত্রগ। লোইনা খংবা ব্রহ্মা:রামদনি পাংলিবা। অহুনা প্রণবতনা মহ'বাক্যনি।

'তত্ত্বমসি'না ক'রিবু খ'হল্লি? শঙ্করনা অ বগা ব্রহ্মগা থেম্ন-দবা পাম্মম্মি, অহুনা মাহাক্লা মপুক্তা শাগংখি—নং জীবনি, ব্রহ্মা:দা নং অসিনি-'তৎ' (মা অহুনা, ব্রহ্ম অহুনা) 'ত্বম' (নং, জীব) 'অ স' (ওইরু)—হায়বদি ন'সে ব্রহ্ম মহুনি। অ'সি নত্তবা মশানা থোকচবা, চোংথোকচরকপা অর্থ অমম্থু লৈরি। তাও। [মহ'প্রভুনা সন্ন্যাস লৌবা মতমদা 'তত্ত্বমসি' গী ময়মদা কেশব ভারতীদা অর্থ অ:তাম্ন। আসনা হায়খি।] তস্য ত্বম্— তত্ত্বম্ (ষষ্ঠী তৎপুরুষ)—অহুনা 'তস্য (মাগী-ব্রহ্ম অহুগী) 'ত্বম্' (নং - জীব) 'অসি' (ওইরু'; জীব ব্রহ্মগীনি—মনাইনি। মধ্বাচার্য্যনম্থু ব্যাখ্য। অমুম্না তৌই। হায়-বদি-নং মাগীনি। পূম্নমক্লা য়ানম্রিবা অর্থনা হে জীব! নং ব্রহ্মগী ওইযু অসিনি। নং ব্রহ্মগীনি। নং ব্রহ্ম নত্তে, ব্রহ্মগী অমনি। নং মাগী মনাইনি, মনাইগী মনাইনি। অর্থ অসিনা ভক্তি মার্গদা

চংলক্নে।

মতাং অসিদা ভক্তিগী মা লাক্নে। সম্বন্ধ নত্রগা অরেপ্পা ওইবা মশক্না ভগবান্, অভিধেয় নত্রগা জীবনা ভৌকম থোকপনা সাধনভক্তি অদুগা প্রয়োজন নত্রগা পোৎচংনা ভগবৎ প্রেম্নি। সম্বন্ধ, অভিধেয় অমদি প্রয়োজন—পোৎ অদুম্মক বেদদা নৈনবা মওং ঙাক্কনি।

অদুদগী ভগবান্না কমদৌবা? মাহাক্তি থুম্মি, থুম্মি, থুম্বদগীসু হেন্না থুম্মি -অসিদগী হেন্না হায়নবা অমা লৈত্রে।
কর্ণামৃতে দ্বি নবতিতম শ্লোকে বিল্বমঙ্গল বাক্যম—

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভোর্মধুরং বদনং মধুরম্।
মধুগন্ধি মৃদুস্মিতমেতদহো, মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্

থুম্মি থুম্বদগীসু হেন্না থুম্মি কৃষ্ণগী হকচাং।
থুম্মি থুম্বদগীসু হেন্না থুম্মি মাহাক্কী মায়থোং॥
থুম্নবা মনম্মা হকচাং অদুদা, থুম্নবা মৈনোক্না
মায়থোং অদুদা থুম্মি নিংথিনা থুম্মি, য়াম্না থুম্মি
পূম্নমক্কগী পুমথুম থুম্মি।

অদুগা ভগবান্গা জীবগী মরিদি সেবা তৌকমগা তৌবগীগা মশিন্নি। অদুগা ভক্তগী রস চুপচবদো অদুনি ভগবান্না নুংঙাই-বনা। সাযুজ্য মুক্তিদা মশক মওং য়াওদবা ব্রহ্মদা নুংঙাইবদি কদায়? ব্রহ্মদা তিনগ্রবা, ব্রহ্ম ওইগ্রবা মাগী নুংঙাইবনা ব্রহ্মনগী করিনো? চিনি ওনগ্রবা খোইহি ওনগ্রবা জীব অদুনা চিন খোই-হিদগী অথুপ্পা রস করম্না ফংগনি? মওং অসিদা প্রেমদা লুপচনবগী অহাংবা থুদোংচাবা কদায়? অদুগা মধুর্য্য রসগী ঈথক্কা তাউজনবগী মতাংনা কদায়দা? ভগবান্বু সেবা তৌজহনা প্রেম্না ঈহৌরকপদা প্রেমরস ময়েকলানা, মরিক চুম্না চুপচবদগী হেন্না নুংঙাইবা করি

লৈ ? চিনিগী খোইহিগী মনাক্তা লেজবদা রসদদি ফংবা ওমজে। রস অসিবু ফংজনবা ভক্তশিংনা 'কোটি জন্মে জন্মান্তরে প্রেম সেবা দেহ মোরে' হায়না কপ্পুনা নিজৈ করিগী নিরি ? রস অদো তত্তুনা চুপচনবগীনি। ভক্তনা মবুঙেওগী পেমরসদনি ফংজনিংবা। মুক্তি মখল অমতবু পাম্মুদে—পীরবস্থ লৌদে, লৌরোই।

অভিধেয়দি করিনো ? নীংজরিদা অত্থবু ফংজনবা পাম্বৈ অত্থনা অভিধেয়নি, ভগবান্‌বু করম খংগনি, করম্না উগনি ? ভগবান্‌বু খংজবদি কীনিংঙাই লৈত্রে। অরাবা পাপ পূন্নমক মাংত্রে। পোকপা শিবদা নাচুংলুত্রে। উরবস্থ অত্থনি। থম্মোইদা অপুনবা লৈরম্বা পূম্বা মাংত্রে, চিংনবা পূম্বা চৎত্রে। কর্মদা রাৎথরক্লে। মাসিগী উপায়না কবিনো ? উপায়দি ভগবৎ নীংজবনি।

অত্থগা যোগ মার্গদদি পূন্নমক্কী হক্ লৈতে, পূন্নমক্তা ওমদে। মপুক্কিং লাকশিনবা ওম্নবদদা যোগকী মতিক চাবা ওই যোগগী দমক অশেংবা মকম, কম্ফম, হিপ্‌কম, মুংঙাইবগী পোৎচং রাওই। অত্থনা যোগদা মীগী মতেং চংদবা নত্তে। জ্ঞানস্থ অত্থনি। জ্ঞান-মহে ফংনবগী দমক ভক্তিগী মতেং চংই। জ্ঞানগীস্থ মীশক খল্লি। মপুক শেংবা মীতনা জ্ঞানদা হক্ লৈ। অত্থগা যোগ, জ্ঞান অভিধেয় ওইববস্থ অথোইবা অভিধেয়দি নত্তে। অথোইবা অভিধেয়দি ভক্তি-নি। ভক্তি মনিং তম্মি, কনাগী য়াকা ঙাইদে। মশানা অত্থম লৈজরবনি। কীতম পুম্বদা, মকম পুম্বদা, মতম পূন্নমক্তা কনাবু ঙাইদে। নিয়ম, থিংবা পূন্নমক্কী মপান্দনি। ভক্তিনা খাইদগী লায়, পূন্নমক্কী মমুংদা মশানা অত্থম তাজবা হায়বা অত্থ ভক্তিনি অমস্থং পূন্নমক্তগী থাজকম্লি।

অত্থগা প্রয়োজনদি কবিনো ? করিগী পোৎচংনো ?—পান্দক্তম অত্থগী দমক্তা নিজবা অত্থ পোৎচংনি। নিজবদা কবিনো পাম্মিবা ? সংসারগী অকীবদগী, ত্রিতাপজ্বালা—অচাকপা অত্থমদগী কনবিবা

অহুনি নিজরিবা পামজরিবা। ভক্তিগী পাজলনা মপোক মপোক খম্মোইগী অথুম্বনা থোইদোক হেন্দোকপা মপা লৈত্রবা অথুম্বা অহুগী সেবা কংনি খবেমজকদা, লৈরবমজকদা কন্নিগী দমক উদ্ধার পাম্মি? পাম্মুরিবা অসিগী মরমদি—প্রহ্লাদনা নৃসিংহ ভগবান্দা হায়জখিবগুম্বনি। মাহাক্না মবুঙেঙডাদা হায়জখি ঐগী কর্ম্মফলগী মচুং ইন্না মপোক লিশিং শিশিংদা চংলুখিনি, অহুবা মপোক অমদমু ওইসমু, ওইনিংবা মকমদা ওইসমু নঙোন্দা ঐগী ভক্তি অসিদদি কায়দনা লৈজগে। অসুম্না রসগী শকফম অহু কংজবগী অর্থবু সেবা তৌফম ওইনা কংজবনি। সেবা অহুবু রাংখৎনবগী দমক্তা নীংজবনি, খুরুমজবনি। অহুদগী সেবাদগী কংজবা মুংঙাইবদো—অহুনি প্রেম হায়বদো। প্রেম অসিনি য়াম্না চংগ্রবা পোৎচং।

অহুনা সম্বন্ধ, অভিধেয় অমসুং প্রয়োজন—পান্দফম, তৌফম থোকপা অমসুং পোৎচং পোৎ অহুম অসি নত্তবা শঙ্করাচার্য্যনা হায়রম্বা পুম্বা মাগী পুক্লিংগী খুৎথোক ঙাক্নি। শঙ্করাচার্য্য মহাদেবগী—অবতারনি। ঈশ্বরগী য়াথংনা মাহাক্না বেদগী অর্থ অশাবা ঙাক্তা তৌরম্বনি। শ্রীকৃষ্ণনা শিবদা হায়খি, নংনা আগম শাস্ত্রনা পুম্নমকপু ঐঙোন্দগী মমাং লৈথোকহন্লু, ঐবুসু লোত্তুনা থম্মু, অহুম তৌবদা লন্সথুমগী মুংঙাইবদা লুপ্তনা মাখোয়না প্রজা হেনগংনবা হোৎনসনু।

'আচার্য্যের দোষ নাহি ঈশ্বর আজ্ঞা হৈল॥
অতএব কল্পনা করি নাস্তিক শাস্ত্র কৈল॥'

আচার্য্যগী দোষ নত্তে ঈশ্বর আজ্ঞানি॥
অহুনা ভাবনা শাবা নাস্তিক শাস্ত্র ইবনি॥

পুম্নমক অসি তারবদা সার্ব্বাভৌম মিহুন্ হুদ্রবগুম লেংখিদ্রে। মওং, মশক, গুণ য়াওদবগী মা ককন্ত্রে। সগুণ, সাকারগী রানা লেংদনা লৈদ্রে। সম্বন্ধনা ভগবান্, অভিধেয়না ভক্তি, প্রয়োজননা

প্রেম—পূম্নমক অনৌবা তত্ত্ব ওইরে। সার্ব্বভৌম মরোল থোকখিদ্রে অসিবুনিকো ঐনা অপংবা অঙাওবা অঙাংনি হায়রুবদো—হায়না। মাহাক্না ওক্নুনা খিন্দুনা লৈবগী জীবম উবদা প্রভুনা হায়রকই—অসিদা ওরুবগী রা করিস্সু লৈতে। ভগবান্দা ভক্তি লৈবা মীওইবগী অথোইবা লমনি. পুরুষার্থনি। ধর্ম্ম, অর্থ মোক্ষ অমস্থং কাম হায়বা পুরুষার্থ ( মী অমগী ওইক্কম থোকইবা ) মরি অসিগী মথক্তা মঙাগুবা নত্রগা থোইদোকপা পুরুষার্থনা ভক্তি নত্রগা ভগবৎ প্রেম্নি। প্রেম অসি ব্রহ্মদা মুংঙাইবদগী হেন্না কংনিংবা পোৎনি। প্রেম মহাধননি। প্রেম অসিতনা কৃষ্ণগী থুম্নবা রস চুপহল্লি।

প্রভু কহে ভট্টাচার্য্য না কর বিস্ময় ।
ভগবানে ভক্তি পরম পুরুষার্থ হয় ॥

প্রভুনা হায় ভট্টাচার্য্য করি ওকনি ।।
ভগবান্দা ভক্তি অথোইবা পুরুষ র্থনি ॥

মথংদা প্রভু শ্রীমদ্ভাগবতগী ১।৭।১০ গী শ্লোক থীরকই—

আত্মারামশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে ॥
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূত গুণোহরিঃ ॥

—মাথোইগী থম্মোইদা মীহৌবা, অপাম্বা লৈত্রবা
অমস্থং আত্মাগী মুংঙাইবগী জ্ঞান্দা লুপ্নবা মুনিশিং
অত্তস্থু মায়খিবা পীঙমত্রবা শ্রীকৃষ্ণবু নিস্কাম
ভক্তি তৌই।

অসিনি ভট্টাচার্য্য হরিগুণদি। অত্তদা মাহাক্না—চানবিহুনা শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা শন্দোক্না অমুক্তা তৌবিয়ু—হায়রকই। সার্ব্বভৌমনা ইথক থক্লকপা উবদা প্রভুনা মাহাক ভক্তিগী রা তানিংলে খংখি। প্রভুনা—নং হান্না ব্যাখ্যা তৌখো—হায়রে। অত্তদা মাহাক্না ব্যাখ্যা মখল মখাগী তৌরে। অত্তদা প্রভুনা—নংদি বৃহস্পতিনি,

নংনা তৌখিবা অসুম্মা কনানসু শাস্ত্রগী ব্যাখ্যা তৌবা ওম্মোই। নংনা ব্যাখ্যা মাপল থোক্না তৌবা ঙমে, অদুবু ঐনা নীংবদি নংগী ব্যাখ্যাশিং অসিগী মপান্দা। খরসু লৈরি নীংই—হায়রগা মাহাক্না মাপল অদুগী মথক্তা মাখোয় অদু ইশোক শোক্তনা তরানিপাল অমা তৌরে। ব্যাখ্যাগী মওং অদু শম্পংনা অসুম্মনি 'আত্মারামনা হৌরিবা শ্লোক্তা পদ তরামাথোই লৈ। অর্থশিং লেপ্নবা পদশিং অদুগী অর্থ তোঙান তোঙান তৌরে। মরু ওইবা পদদা আত্মারাম তিনশিন্দুনা অর্থ তরানিপাল থোক্না, করি হায়গদবগী উৎলিবনো তাক্লে। ভগবান্, মাগী শক্তি (পাঙ্গল) অমসুং গুণশিং অদুম অসিগী খনকম থোক্লবা মতিক মওন্ হায়নবগী লোল লৈতে। সাধ্য, সাধন পূম্নমক খুমজিন্দুনা অদুম অসিনা সাধক্কী মপুক শেং-দোকপী। সনক সনাতনচিংবা অমসুং শুকদেব অসিগী প্রমাণনি। অসুম্না অর্থ ময়াম তৌরকপদা ভট্টাচার্য্য পূমওক ওকখি। মাহাক্না খল্লকই—সন্ন্যাসী অঙাং অসি মী ওইকম থোক্তে হায়না লৌখ্রে অমসুং মপুক্তা নিঙমদবা অমা লাক্লে। মাগী পণ্ডিত ওইবগী রাংঙ্করম্বা নাপল উৎ ওইখ্রে। কৌভম অসিনা মপুক্তা মশাবু রারোরক্লে। প্রভুবু কৃষ্ণনি খংলদুনা মশাবু হঙ্গোইঙ্গরক্লে। রা মথা তারুদনা প্রভুগী চরণদা চংঙ্গরক্লে। বাসুদেব ভট্টাচার্য্যনা মপুক্কিংদা মওল মওল য়াম্না খল্লকই অদুগা মচিনসু থোক্লে। অদুগা অসুম্না হায়রকই 'জগৎকা নংগা খেন্নদ্রবসু 'ভেদ' ওইদ্রবসু ইবুঙেঙা, ঐ নখা পোল্লি হায়বা অসি ঐ মুম্না খংই। ঐ নঙোন্দগী পোকপনি, নং ঐগী ইখা পোন-বা নত্তে, নং ঐঙোন্দগী পোকপা নত্তে। ঈথক্কা, ঈথক্কা হৌগৎলকপা সমুদ্রগা খেন্নদ্রবসু আসমদি অরেপ্পনি—ঈথক অদো সমুদ্রগীনি অদুগা সমুদ্র অদুদি ঈথক্কী নত্তে। মাহাক্কী মথক্তা পনগ্রবা শঙ্করা-চার্য্যগী অদুগুম্বা লোল অসিনা তাকপাদা বাসুদেব সার্ব্বভৌমনা অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্ববুসু অচুম্বনি য়ারে।

প্রভুনা মখা তায়কই—থোঈবা চাউথোকপা নত্তনা থন্দুনা য়েংউ সন্ন্যাসতা করি লৈ? হৌবদগী থোঈবগী থৌরিনা পুনশ্রবা সন্ন্যাসীনি।

'বুঝ দেখি বিচারিয়া কি আছে সন্ন্যাসে।
প্রথমেই বদ্ধ হয় অহঙ্কার পাশে॥

থন্দুনা য়েংউ মুন্না করি লৈ সন্ন্যাসতা।
হৌবদগী পুনশ্রে চাউথোক থৌরিদা॥

মাহাক্না চৈ অমা পায়রগা মশাবু শিংশ্রবনি খল্লি। কদায়দমু-কনাদমু মখুৎ লোন্দে। ভগবান্না অন্তর্য্যামী ওইনা মাগী অংশ হকচাং খুদিংদা চংদুনা লৈ, অদুমক্তদা ধর্ম্মগী কিরাল পায়রিবা সন্ন্যাসীশিং অসিনা মাথোয়বু খুরুমদে। জীবগী মশাগী ওইজরবা ধর্ম্ম— ঈশ্বর শোপ্রবা অদু তোকুনা মশাবু নারায়ণনি খল্লি। গর্ভদা লৈরিঙৈদা মাবু কনবিররুবা ঈশ্বর, মাগী থৌজান্দগী জীব অদুগী জ্ঞান বুদ্ধি কংজরিবা, মাহাক্কী অনিংবা অমদা সৃষ্টি, স্থিতি, সংহার—শম্বা লৈহনবা, মাংহনবা থোকহল্লবা মাহাক কনা নত্তে, সন্ন্যাসী অদুনা ওইরে।—তুমশ্রবদি মা কনানো খংজদবা অদুগুম্বা মী অদুনা মশাবু নারায়ণনি হায়জে, হায়বদি,—

'নিদ্রা হইলে আপনি কে ইহাও না জানে।
আপনারে নারায়ণ বোলে হেন জনে॥'

জগৎ অসিগী মপা, মমা, মপু, য়োকপীরিবা মাহাকপু ভক্তি তৌরিবা অদু অকবা মচানি। মচা অদুনা মশাগী মপা ওইবা য়াবরা? য়াদে, য়াকম থোক্তে অদুনা ঈশ্বরগী না মাহাক্না য়োকপীবা ভাকপীবা, শেম্বীবগী না কাউবা য়াদে শেংনা তাক্লি। মপা ওইজবা যাদবা মানা মপাবু কাউকম থোক্তে।

অদুদা ভট্টাচার্য্যনা 'প্রভুদি কবিগী সন্ন্যাসী ওইরি?' হংলে।

প্রভুনা খুম্মি—'ঐদি সন্ন্যাসী নত্তে, কৃষ্ণ কাইনবদা রাবনি।'—

প্রভু বোলে শুন সার্ব্বভৌম মহাশয়।
সন্ন্যাসী আমারে নাহি জানিহ নিশ্চয়॥
কৃষ্ণের বিরহে মুঞি বিক্ষিপ্ত হইয়া
বাহির হইনু শিখা সূত্র ঘুচাইয়া॥
সন্ন্যাসী করিয়া জ্ঞান ছাড় মোর প্রতি।
কৃপা কর যেন মোর কৃষ্ণে হয় মতি॥'

—অখণ্ড অমিয় গৌরাঙ্গ।

সার্ব্বভৌম মশায়, প্রভুনা হায়, তাউ।
ঐহাকসে সন্ন্যাসী নত্তে নং লেপ্পা খংউ॥
কৃষ্ণ কাইনবদা ঐহাক ডাওহনা।
থোক্লকর্পান শিখা নগুণ থাদোক্লনা॥
সন্ন্যাসীনি রাখল থমগনু ঐভোন্দা।
কৃপা পীয় ঐবু পুক্নিং চংজবা কৃষ্ণদা।

প্রভুনা কৃপা তৌবিরে মনাইবু। সার্ব্বভৌম খংজরে সন্ন্যাসী অসি কৃষ্ণ নত্তনা কনাসু নত্তে। মাগী পাণ্ডিত্যগী অথোঙ্গবা অহুদা অহানবদা মানা শক খংবা ঙমখিদে। অথোঙ্গবা অহুনা চাউথোকপা অহঙ্কার অহুনা মাবু কুপ্পম্মি। মাহু হেক মাংখিবদা মাগী থম্মোইদা ভগবৎতত্ত্ব কাউররে। মতাং অসিদা প্রভুনা মনাইগী মাংদা ষড়ভুজ মূর্ত্তিনা লেম্মিরে। প্রভুগী খুযাদা তুপ্রে সার্ব্বভৌম। মাগী মথবাক্তা প্রভুনা মখোং থম্বাল পীনবিরে, সার্ব্বভৌমগী মশা পূম্বদা সাত্ত্বিক বিকার কাউরক্লে। কনা লৈজরবা মৌগুম মাহাক মখোল থোক্লা কপ্লক্লে।

ভট্টাচার্য্যনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী স্তুতি তৌরক্লে। কল্লবা শ্লোক মতুঙ্গু নংনা বঙ্গোম মপাল ওইহল্লে। থৌরি য়াওদনা শামু লমশা কাহনা পুল্লে। ঈশিং চাইদনা থম্মোই মৈচাক মুৎপীরে। কল্লবা

বস্ত্র অমৃত কোম ওইহল্লে।

জগৎ নিস্তারিলে তুমি সেই অল্প কার্য্য।
আমা উদ্ধারিলে তুমি এ শক্তি আশ্চর্য্য॥
তর্ক শাস্ত্রে জড় আমি যৈছে লৌহ পিণ্ড।
আমা দ্রবাইলে তুমি প্রতাপ প্রচণ্ড।

নংনা জগৎ কনবিবা থবক মচানি।
ঐবু হন্না পোকপীবা শাক্ত ওককন্নি॥
ঐ য়োক্তুন্নি নিঙাই শাস্ত্রদা পংশল্লবা।
ঐবু শোঁদোকপীবা পাঙ্গন্নি কনথবা॥

অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্বগী রা মতাং অসিদা তেনশিনবা য়ারে। তত্ত্ব তম্বীবদা নত্তনা মনাই সার্বভৌম মতম অহুদা মপা লৈত্রবা অদ্বৈতবাদী, বেদান্তবাদীবু ভক্তি মার্গদা পুশিন্দুনা লানবিথিবা কনানা ওক্লোইদগে। মাহাক প্রভুগী কৃপা ফংবদগী প্রভুগা নক্নথবা মনাই ওইবা কংজখি। অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্বনা মাবু তম্বীবদা নত্তনা কন্‌বিনবগী খুৎলাই ওইখি। মথাদা প্রভুনা মনাইবু চাংয়েংবগী রা থন্না চত্থরি। তত্ত্ব অসিগী মরমদা চৈতন্যচরিতামৃতগী আদি তরেৎ-শুবা মতাংদা ফনা শুগাইনা য়াওরি। অহুমু য়েংলগা অমমুং পারগা প্রভুনা মতাং চানা চানা মায়াবাদীশিংবু শেংদোকপীবা উবা ফংগনি।

—প্রভুনা মনাই ভট্টাচার্য্যবু চাংয়েংবা—

নোংমা প্রভুনা অয়ুক য়াম্না ওনবদা জগন্নাথনা লেংখৎপা মতমদা দর্শন লেংঙি। অহুদা পূজারীনা মালা অমমুং প্রসাদ লুক পুরক্নুনা পীররে। মালা প্রসাদ কিজিদা পুন্দুনা ভট্টচার্য্য সার্ব্ব-ভৌমগী ময়ুমদা থুনা লেংঙল্লে। মতম অসি নোংঙাল্লকপা মতম্নি। মতাং অসিমক্তদা ভট্টাচার্য্য মিকপ থোক্নুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা হৌগৎলক্লে। মাহাক্না কৃষ্ণনাম শোনবা তাবদা প্রভু য়াম্না পেল্লে।

থোং হাংদুনা মাহাক্কা থোক্লকপদা প্রভুবু উরে। তপ্পা অমসুং য়ৌনিং-বগা লোইননা প্রভুগী নাক্তা চংঙকুনা চরণ খুরুম্লরে। লেংশিন্নবা আসন (খুদা) কৎলগা অনিমক ফম্লে। প্রভুনা প্রসাদ লুক কিজিদগী লৌথোকুনা ভট্টাচার্য্যগী মখুত্তা পীরে। প্রসাদ ফংবদা ভট্টাচার্য্য য়াম্না হরাওনা, মচিন, ময়া, মখোঙ মখুৎ শেংত্রিবনি, অদুবু চৈতন্য-দেব কৃপানা অতঙ্গ-অরাক, হিংনা হঙোয় কোকখিদুনা পুক্নিংগী অকনবা থৌইনশিন্না মথাগী শ্লোক অমি থিরম্দুনা চাখরে। --

তথাহি পদ্মপুরানে—

শুষ্কং পর্য্যুষিতং বাপি নীতং দূরদেশতঃ।

প্রাপ্ত মাত্রেন ভোক্তব্যাং নাত্র কালবিচারণা॥

মহাপ্রসাদ অকংবসু ওইসনু, চক্তিকসু ওইসনু

নত্রগা অরাপ্পা লৈপাক্তগী পুব্রকপসু ওইসনু হেক ফংবগা

চংগদবনি, হিরম অসিদা মতমগী রাখল অমতা লৈতে।

তত্রৈব —

ন দেশ নিয়মস্তত্র নকাল নিয়মস্তথা।

প্রাপ্তমন্নং দ্রুতং শিষ্টৈ ভোক্তব্যং হরিরব্রবীৎ॥

হিরম অসিদা দেশগী ওইবা নিয়ম লৈতে, মতমগী নিয়ম লৈতে (হায়বদি মফম মতমগী রা চংদে)। শ্রী-হরিনা হায় - অকবা, জ্ঞান লৈবা মীনা মহাপ্রসাদ ফংবা খুদক অদুমক্তদা চাগনি।

মনাই সার্ব্বভৌমগী মতৌ উবদা প্রভু হরাওবগী ওমখৈ খংখি-দরে। মনাই চেংজেৎ কোল্লগা অমি কোম্ন-কোম্ননা জগোই শাখরে। মপু মনাই কোম্নবদা থম্মোই মকা লাম্লরে—সাত্ত্বিক বিকার লাক্লে। অদুগা হায়রকই—ঙসি ঐ লায়না ইকোম কোম্না ত্রিভুবন জয় তৌরে ঐ বৈকুণ্ঠ য়ৌরে। ঙসি অনিংবা পুম্না থুংলে—সার্ব্বভৌমগী মহাপ্রসাদতা অয়ুংবা থাজবা পেংক্লে—অদুগা মনাইদা ওনশিন্দুনা — নং ঙসিদগী মায়াগী অপুনবা পুম্না কক্লবনি। ঙসিদি কৃষ্ণ ফংনবগী

মত্তিক চাবা থম্মোই নংগী ওইগ্রে ; বেদবিধি পূজা লাম্থোক্তুনা প্রসাদ খুগ্রে।

মুমিৎ অদুদগী মাহাক মহাপ্রভুগী চপ মুংথবা ভক্ত ওইগ্রে। মহাপ্রভু নত্তবা অমা মানা সেবা তৌকম অতোপ্পা থনখিদরে। অসুম্না প্রভুনা মনাইগী অথোঈবা পুকচেল মাংহনবিরবদা, মাহাক্কী বৈষ্ণব পম্মেং উবদা গোপীনাথ আচার্য্যনা খুবাক খুহনা হরি হরি শোল্লুনা জগোই শারে। অদুগা মতুং নোংমা ভট্টাচার্য্য দর্শন লাকপদা জগন্নাথ দর্শন তৌদনা প্রভুনাক্কা লাক্লে। মাহাক্না তৌখিবা নীংশিংহনা দণ্ডবৎ তৌরহনা মপুক শোক্না স্তুতি মযাম তৌরক্লে। স্তুতিশিং অদু তারগা প্রভুনা নাম সংকীর্ত্তন তৌ তাকপিরে।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা।

মথংদা ভট্টাচার্য্যনা গোপীনাথদা হায়রকই—নংগা মরি লৈনবা অসিদা প্রভুনা ঐবু কৃপা তৌবিরবনি। নংনা মহাভাগতনি, ঐনা তর্কদা মিৎ তাংলবা মীনি। অদুবু নংগী মরি অসিতনা প্রভুনা কৃপা তৌবিবনি। অসুম ওাহাক নৈনরগা জগদানন্দ, দামোদর অনিগা জগনাথ খুরুম্বা চৎমিন্নখরে। অহাও অহাওবা প্রসাদ খল্লহনা ব্রাহ্মণ অনিবু য়াম্না পুহন্লুনা লাক্লে। প্রভুদা পীবিয়ু হাপ্পহনা শ্লোক অনি জগদানন্দদা পীরম্মগা মাহাক হনখ্রে। চে অদু প্রসাদকা পুহনা মাখোয় অনি চংলক্লে। মুকুন্দদত্তনা চে অদু উরহনা লৌহনা পারে অদুগা মপান্গী কক্লাংদা শ্লোক অনি অদু ইহনা থম-হোরে। জগদানন্দনা প্রভুদা পীরুরে। প্রভুনা পারগা শেগাইগ্রে। সার্ব্বভৌমগী শ্লোকশিং অদুদি —

বৈরাগ্য, বিদ্যা, নিজভক্তিযোগ শিক্ষার্থমেকঃ পুরুষ পুরাণঃ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শরীর ধারী কৃপাম্বুধির্যস্তমহং প্রপদ্যে॥

বৈরাগ্য, বিদ্যা অমস্তুং মাগী ভক্তি অহুব অসি
তম্বীনবগী দমক অয়িবা নিপা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য
ওইনা লেংথবিরকপা মাঙোন্দা ঐ চংজরি ।
কালান্নষ্টং ভক্তিযোগং নিজং যঃ
প্রাদুষ্কর্ত্তুং কৃষ্ণচৈতন্য নামা ॥
আবির্ভূতস্তস্য পাদারবিন্দে
গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গঃ ॥

মতমগী মতুং ইম্না ভক্তি যোগনা মাংথরকই। ভক্তি অহুবু নৌনা অমুক পুন্থনা লাকবগী দমক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কাউবিয়রে। মাগী খুয়া থম্বালদা ঐগী থম্মোইগী থোইমু তিনজখসনু।

নোংমা ভট্টাচার্য্যনা শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০। ১। ৪৮ শুবা শ্লোক প্রভুগী নাক্তা পারকই—

তত্তেহনুকম্পাং সুসমীক্ষমাণো ভুঞ্জান এবাত্মকৃতং বিপাকম্।
হৃদ্বাগ পুর্ভির্বিবদধন্নমস্তে জীবেত যো ভক্তিপদে স দায়ভাক্ ॥

মশাগী কর্ম্মফল চানা চানা পুক্নিং হকচাং
য়াওনা নঙোন্দা লুপচন্থনা নংগী কৃপাগী—
আশাদা হিংজবা মাহাক নঙোন্দা ভক্তি
কংজবগী মতিক চাবা মী ওই।

[শ্লোক অসি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা থিবা মতাংদা চৈতন্যচরিতামৃতনা হায়—'দুই অক্ষর পাঠ ফিরাইলা'। মরেক অসি পাবা ওস্মোক্রে। শ্রীমদ্ভাগবত্তা 'মুক্তি' হায়না লৈবা মাহাক্তা 'ভক্তি' হায়না ওস্মোক্তনা থিখি। প্রভুনা ওয়রে উৎপগী বা য়াওখি। মাসি মাহাক্তা শম্দোক্লি।] অসিবু তাবগা প্রভুনা হায়রকই—অদুদি মুক্তি পদ হায়না পানৈ অদুগা নংনা ভক্তি পদ পারিবদি কয়িননো? ভট্টাচার্য্যনা খুম্মি, ভক্তিদি মুক্তিগী ফল (মহৈ) নত্তে। ভগবান্দগী মমায় লৈথোকপগী দণ্ডিত্তনি। কৃষ্ণগী বিগ্রহ অচুম্বনি য়াদবা মাঙোন্দা

নিন্দা অকনবা লাললগী হেনবনি। মাখোয়না কল্পা ঈশ্বরকপদগী ব্রহ্ম সাযুজ্য মুক্তি ওইরে। মুক্তি অসিগী কলদি ভক্তিনা পোখোক নত্তে। মরমদি মুক্তি মখল মঙানি—সালোক্য (লোক অমতদা লৈমিন্নবা ৺ংবা), স্বামীপ্য (নক্কনা লৈমিন্নবা ৺ংবা) সারূপ্য (শককম মান্নবা ৺ংবা), সাষ্টি (ঐশ্বর্য্য মান্নবা ৺ংবা) অমসুং সাযুজ্য (ব্রহ্মাগা অমতা ওইবা ৺ংবা) হায়রিবশিং অসিগী মনুংদা অহানবা মরি অসি সেবাগী রাকম থরস্থ মরৈ অহুবু ভক্তনা কয়িগুম্বদা পাম্মুদে। সাযুজ্য তারগা ভক্তদা হঙোইবা পোকই, অসিগী মহুত্তা নরক্কা হেন্না মানা পাম্মি। সাযুজ্য ব্রহ্মগী অমসুং ঈশ্বরগী মখল অনিনি। ব্রহ্ম সাযুজ্যদগী ঈশ্বর সাযুজ্যনা ভক্তনা অমুক্তা হেন্না হঙোই। অহুদা প্রভুনা হায়রকই,—মুক্তি পদগী অর্থ অমসু লৈরি। মুক্তিপদ শব্দনা ঈশ্বরমকপু খংহল্লি। হায়বদি মাগী মখোংদা মুক্তি লৈ নত্রগা মাগী মখোংদা চংজরগা মাপল শুবা পদার্থ (নবম পদার্থ) মুক্তি ৺ংই নত্রগা দশম পদার্থ (তরাশুবা পদার্থ) আশ্রয় ৺ংজৈ। শ্রীমদ্ভাগবতকী ২।১০। -২ দা পদার্থ তরাবু অসুম্না হায়—সর্গ, বিসর্গ, স্থান ,পোষণ, উতয় (কর্ম্মবাসনা) মন্বন্তর ঈশানুকথা, নিরোধ, মুক্তি অমসুং আশ্রয়-খংনবগী দমক পদার্থ মাপল অহু পনবনি। মাপল অসি থোক্লকপা মরমগী দমক আশ্রয়গী অর্থ চংলকপনি। কৃষ্ণ পূম্নমক্কী চংজকম ধাম অমনি —কৃষ্ণগী হকচাংদা জগৎ পূম্নমক্কী পোখাকম্মি—হায়বদি,

'আশ্রয় জানিতে কহি এ নব পদার্থ।
এ নবের উৎপত্তি হেতু সেই আশ্রয়ার্থ॥
কৃষ্ণ এক সর্ব্বাশ্রয় কৃষ্ণ এক ধাম।
কৃষ্ণের শরীরে সর্ব্ববিশ্বের বিশ্রাম॥

আশ্রয় খংনবা পদার্থ মাপল পল্লি।
আশ্রয়-রা লাকপা মাপল অসিননি॥

কৃষ্ণতনা চংজকম ধাম্মি পূম্নমক্তী ।
কৃষ্ণ হকচাং পোথাকম্নি বিশ্বপূম্বগী ॥

[ ভগবান্না জগৎ সৃষ্টি তৌনিংলকপা মতমদা প্রকৃতিগী গুণশিংনা ইন্নাং লাকপদা মখোল (শব্দ) নচিংবা পঞ্চভূত, ইন্দ্রিগী মিৎনচিংবা অহুগা মহত্তত্ত্ব অমসুং অহঙ্কারতত্ত্ব থোকহনবা অহু সর্গনি—(মহত্তত্ত্ব বুদ্ধিতত্ত্ব হায়না শর্থ তৌই অমসুং মাসিগী মতুংদা অহঙ্কারনচিংবা সৃষ্টি থোকই। অহঙ্কার—মন, ইন্দ্রি অমসুং পঞ্চভূতকী মরম ওইব্রিবা অহুগী তত্ত্ব )। শ্রীভগবত কৃপাদগী ব্রহ্মানা ব্রহ্মাণ্ড শেম্বগী মমিংনা বিসর্গ কৌই। শ্রীভগবত কৃপানা ব্রহ্মাণ্ড শেম্নবা মতুংদা হৌনবী মতুং ইম্না ভাকপা, য়োকপা অহুনা স্থান হায়বদি স্থিতি কৌই। শ্রীভগবান্না মাগী ভক্তশিংবু চানবীবা অহুনা পোষণনি। মন্বন্তর শিংগী মপুশিংগী ধর্ম্মবু মন্বন্তর কৌই। হৌম্নকফম থংব্রবা মতমদগী লেপ্তুনা চেল্লিবা থবক্তী ঈচেল অহুবু উতি (উতয়) হায়। শ্রীভগবানগী মৎস্য, কূর্ম্মনচিংবা অবতার অমসুং মাখোয়গী চয়নদা চংজবা ভক্ত-শিংগী ইতিহাসনা থল্লবা রা মথল মখা অহুনা ঈশানুকথা কৌই। মহাপ্রলয়গী মতমদা হরিগী যোগ নিদ্রা মতুং ইন্দুনা শ্রীভগবান্দা চংশিনখিবা অহুনা নিরোধ অমসুং জীবনা পরমাত্মাগা থেংনবা, উম্নবা অহুনা মুক্তিনি। মাঙোন্দগী সৃষ্টি থোকখিবা অমসুং মাঙোন্দা অমুক থুপখিবা শ্রীভগবান অহুনা আশ্রয়নি। তরা অসিবু পদার্থ তত্ত্ব হায়না কৌই।]

শ্রীমদ্ভাগবত ২। ১০। ১-২ দা উপনি।

সার্ব্বভৌমনা চথুরকই—'মুক্তিপদ' হায়বদা পুক্লিংদা কীবা, হন্জোইবা পোকই। ভক্তিপদ হায়রগনা পুক্লিংদা হরাওবা পোকই। হায়বদি —

'মুক্তি শব্দ কহিতে মনে হয় ঘৃণা ত্রাস।
ভক্তি শব্দ কহিতে মনে হয়ত উল্লাস ॥

মনাইগী রা অসি তাবদা প্রভু থরাম হুংতাইগ্রহনা নোক্লে অমসুং মাবু চেৎনা কোনবিরে। মায়াবাদ তম্বা অমসুং তম্বীবা ভট্টাচার্য্যদগী লোল-দা অসি চৈতন্যদেবগী কৃপানা থোক্লকপনি। য়োৎপু শোক্পনা সনা ওনহল্লিব্রবমথৈ স্পর্শ মণিবু কনানম্ম মশক থংদে। ভট্টাচার্য্যনা ওইগ্রিবা বৈষ্ণবকী মওং উবদা পূম্নমক্পা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ব্রজেন্দ্র-নন্দন অহুমক্তি লেপ্লে। কাশী মিশ্রনচিংবা নীলাচল মী পূম্নমক প্রভুদা চংজরে।

ঐথোয়গী থম্মোই খোইমুম্থ বাসুদেব ভট্টাচার্য্য সার্ব্বভৌমনা তাকপীবগুম রাধাকৃষ্ণনা পুনশিন্নরবা, পুন্নপা লেংথরকপা, কৃষ্ণগী মশক ওইরবা চৈতন্যপ্রভুগী খুয়া থম্মাল সেবা কংজরসনু।

কালান্নষ্টং ভক্তিযোগং নিজং যঃ  
প্রাদুষ্কর্ত্তুং কৃষ্ণচৈতন্য নামা।  
আবির্ভূতস্তস্য পাদারবিন্দে  
গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গ।—বাসুদেব সার্ব্বভৌম।

( অর্থ হন্দোকপা মথক্তা য়াওরে )

জয় জয় শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী জয়।

## —সনাতনসঙ্গ—

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবং তং করুণার্ণবম্।
কলাবপ্যাতি গূঢ়েয়ং ভক্তির্যেন প্রকাশিতা॥

—কবিরাজ গোস্বামী—চৈ,চঃ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুরুমজৈ। মাহাক থৌজালগী
ঈপাক্নি। কলিয়ুগতা মানা য়াম্না থুম্নবা ভক্তিবু
কোংদোকপীরৈ।

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ।
অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণ কারণম্॥

—ব্রহ্মসংহিতা (৫। ১)

কৃষ্ণ থোইদোক হেন্দোকপা ঈশ্বরনি। মাহাক
সচ্চিদানন্দ বিগ্রহনি। হৌরককম খংত্রবা অমসুং
অখংবা মাহাক্নি মরমদি মরম পুম্নমক্কী মরম
ওইরিবা মাহাক গোবিন্দনি।

সনাতন গোস্বামী—ভরদ্বাজ গোত্রগী যজুর্ব্বেদী ব্রাহ্মণনি, কর্নাটলোমগীনি। মাহাক্কী মপা মপু মকম অহুদা নিংথৌ ওইহনা পাল্লম্বদগী নিংথৌ খুবম মুনখিহনা মথং মথং অহুম সাকপদা নৈহাটিদা লৈখি। মাহাক্কী মপাবুংগী মমিং কুমার দেব কৌই। মাহাক্কী মচিন মনাও মরামগী মনুংদা মাহাক্কে (সনাতননে) রূপ অমসুং অনুপমনে মমিং লৈবা মীশক ওইখি। মাখোয়গী মপানা মাখোয়বু থোনবা মিংনা অমর, সন্তোষ অমসুং বল্লভনি। মাখোয়গী মচৎ, মগুন অমসুং মমিং তাবদা গৌড়গী নিংথৌ হুসেন সাহনা সনাতন অমসুং রূপপু অচৌবা ৰুমদা হাপখি ময়াম্বনা মন্ত্রি মকোক অহুগা মনাওবুনা

খাসমুন্সি হাপখি।—হায়বদি অমনা প্রধান মন্ত্রি অহপা অমনা বিচারপতি হাপখি। মাখোয় অনিগী নিংথৌনা পীবা মিংথোল্লা সাকরমল্লিক অমসুং দবীরখাসনি।

নিংথৌগী থবক্তা কল্লা লৈরবসু মচিন মনাওনা শাস্ত্র নৈনবদি থক তোক্তে। অদুবু অসিনসু মাখোয়বু পেলহনবা ঙমদ্রে। মীগী মচিন্দগী মাখোয়না গৌরাঙ্গগী বা তাবদা মাহাক্কী মনাক য়োনিংবনা মথরায় ইংথবা ঙম্মদে। করম তৌরগা থবক থাদোকপা য়াগদগে হায়বা ৱাখলনা মাখোয়গী মরু ওইবা ৱাখল ওইরম্মি। নীলাচলদা প্রভুনা লেংশিল্লবদা মাখোয়না প্রভুদা মপুক্কিংগী ৱাশিং কোংদোকুনা প্রভুদা চিঠি ইহনা তত্তুনা থাই—মাখোয়গী উপায় তাকপীনবা। অম্নম লৈরকপা মরক অসিদা প্রভুনা বৃন্দাবন লেংগনি হায়না খোংশাল্লকপদা রামকেলি য়ৌরকখি। [ মালদহ ষ্টেসনদগী ক্রোশ অনিমথাই লাপ্পা খা নোংপোকতা—মৈরম পাংবদা লৈবা লম্মি ] রাম-কেলি মতম অদুদা হুসেনসাহগী লৈপাক মমুং চল্লম্মি।

গৌরাঙ্গনা মকম অসি য়ৌরকপদা মাহাকপু দর্শন তৌগদবগী লাকপা মশিং নাইত্রবা মীগী নিনখোং-লাউবদা নবাবনা লান হৌগুম্বা খোক্কদৌরবরা কীহনা মী থাহনা য়েংহল্লুরে। প্রধান মন্ত্রিদসু হংলে। সনাতন্না খুম্মি—মাহাক জীব পুম্নমক্পু য়োকপী থাকপীরিবা, নংবুসু মঙ্গল পীবিরিবা সন্ন্যাসীনি। নিংথৌনা ইংথপ্রবসু যবনবু থাজবা ঙমদহনা অহিং নোংয়াইদা অরোন-ফি শেত্তুনা রামকেলি তাম্না মচিন মনাও লাকখি। মচিন্দা নাপী চিক্কুনা মগুক্তা ফি য়েত্তুনা মাখোয় অনি চরন্দা তাহনা ওলথোইবরে। প্রভুনা মুংশি মিংয়েংনা য়েং-লগা তোম্থবা ৱাখল থাদোকউ, হৌগৎলো তাকপীরে।

মাখোয় অনিনা 'ঐখোয়দি তোল্লবনি, অতোনবা থবক তৌরবনি। নং নত্তুনা ঐখোয়বু কনবিনবা কনা লৈত্রবনি। কনবিয়ু হায়গদবসু ইকাইজরবনি। জগাই মাধাইদগীসু তোল্লব।

ঐখোয়নি। মাখোয় ব্রাহ্মণনি, নবদ্বীপতা লৈবনি, অতোনবগী মনাই ওইদে—পাপকী থবক তৌই হায়বতনি মাখোয়দা ওইখিবা। নংবু চৈবদা তাখিবা হায়বদা নংগী নমিং মাখোয়না শোল্লি ; অদুদা মাখোইদি ওইজবা কংই। মাখোয়গী পাপতি মাখোয়না শোনবা অদুদা চংশ্রবনি। অদুগা ঐখোয়না ! ঐখোয়না ভিন্নরুপ্নিবা সেবা তৌরুম্নিবা অদুনা যণ, ব্রাহ্মণগী য়েক্লবনি। অদুনা ঐখোয়গী গতি, উপায় নং নত্তনা কনা লৈতে। ঐখোয়বু কনবিদুনা নংগী পতিতপাবন—তোম্নববু কনবিবা মিং—মহৈ য়ালহন্নু, হঙ্গংলি।

প্রভুনা হায় নখোয়না তোম্বখিবা উবদা ঐগী থম্মোই কায়গদৌরে। কীগনু। নখোয়দি নিংথৌগী থবক তৌরবস্তু ভগবানবু কাউদে। মতৌ অসিনা ভগবান্না নখোয়বু শোয়দনা কনবিগনি। নখোয় উয়গে হায়বগী ঐ রামকেলি য়ৌরকপনি। নখোয় সংসারগী অকা-অপুন থুনা কোক্লগনি। ওসিদগী নখোয়বু ঐনা সনাতন অমসুং রূপ কৌরবনি। মচিম্নাও পেঙ্গরে।

মথংদা সনাতন্না হঙ্গংলি। 'অস রাইদা পংকুই কুইনা লৈবিরম্মু। ধর্ম্ম তিন্নদবা যবনশিং করি তৌরকনি খংবা রাই। অদুগী মথক্তা অসুক য়াম্বা মীগা তীর্থ লেংবা অসি করিবরা'? প্রভুনা সনাতন্না হায়বা চুম্মি খন্দুনা কানাইরনাটশালা [ রাজমহলদগী ক্রোশ অহুম্লোম লাপ্না লৈবা মকম্নি ] য়ৌবম্লগা নীলাচলদা হন্দুনা লেংখ্রে। অচাউরম, লনথুম করম তৌরগা থাদোকসিগেগী রা মচিম্নাওসু খম্লখরে। অহানবদা মাখোয়না কৃষ্ণমন্ত্রগী পুর রণ তৌরে মরমদি অদুনা চৈতন্যচরণ কংবদা অকায় অতোই থোক্তনবনি। [ মন্ত্রগী সিদ্ধি কংনবগী অহানবা হৌনবী ভৌবা অদুবু পুরশ্চরণ কৌই। ] মাখোয়না মতাং অসিদা পুরশ্চরণ তৌরুবগী মরম্মু গৌরাঙ্গ কৃষ্ণমক্রি হায়বগীনি। হায়বদি শচীগী মচা অসিনি নন্দগী মচা হায়বদো।

বৃন্দাবনগী অমেংবা নিপাদো গৌর নিংথিবা অসিনি। মনুংদা মুয়পা মপান্দা ঙৌবা মচু নাপু মানবা (সনামচু মানবা) "ছন্নঃ কলৌ" মশা কলিদা কুপশিনবা লোৎশিনবা মাহাক অহুবু প্রহ্লাদনা নৃসিংহ স্তুতি মতমদা কলিদা লাক্কদবা মাহাক অহুনা মশা কুপশিল্লগা লাক্কনি মাহাক্কী মশাগী মচু উবা ফংলোই, মপাল থংবা মঙাল অহুদা উগনি। মাগী মচু অতোপ্পা মচুনা কুপকনি হায়বা রাধাগী অঙৌবা মঙালনা কুপ্পা শ্যাম নিংথিববুনি।

'অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ।' মনাই ভক্তশিংবু চানবিহনা মীওইবগী হকচাং লৌবি। ব্রজলীলাদা কৃষ্ণনা কোংবিবনা মাহাক্কী রা তারগা মীওইবগী নীংজনিংবগী রাখল লাকচনবনি অহুগা গৌরলীলাদনা কৃষ্ণ নীংবগী খুদম জীবদা উৎপীরে। অহুনা তাকপীরম্মি 'আপনি আচরি ভক্তি শিখাইমু সভারে।' ইশানা তৌরক্রবদি ভক্তি তম্বিবা য়াদে হায়রবনি। অহুনা হন্দক ইবুঙেঙানা নবদ্বীপ্তা লেংবিরকপদি যুগ অমদা পৈশিন্দুনা থাম্বরম্লবা প্রেমলীলা পুকৈদগী অথাকপা লৈতনা, মাশক নাইদনা প্রেম অমস্তুং 'প্রেমভক্তি লীলা তম্বিবা য়েনবিবা, পীহুনা ফংহনবিবা লেংঙকপনি। যুগ অনিগী লীলা যুগ অমদ মীওইবগী ওইজনবা 'থনম্বা' যুগ অসিদা মীওইবগী মরল ওইহনবিবা অমস্তুং গোপী প্রেমগী রাংথবা, লাম্বা রাবা থাক অহুগী লম্মন শিংবা মপুং ফানা ওম্নবা প্রভু লেংঙকপনি। ভজন মতৌ অসিগী পল্লেপকম ওইরিবনা নাম সংকীর্ত্তননি। চৈতন্যদেবগী—নাম য়েনবদি জগাই মাধাইতগী রা নত্তে, পাপী চণ্ডালতদা নত্তে—শা, কৈ থাক্কে। শিবানন্দ সেনগী হুইদ ফাওবা নাম পীবিখি। মাহাক্কী মওংদি সম্মোহিণী তন্ত্রনা হায়বা 'গোপণীয়ং গোপণীয়ং গোপণীয়ং প্রযত্নতঃ দত্তেচ সিদ্ধি হানিঃ স্যাৎ তস্মাদ যত্নেন গোপয়েৎ' কী ইওন ওম্নরবনি —[ লোৎশিন্না থম্মু, লোৎশিন্না থম্মু, লোৎশিন্না থম্মু চেকশিন্না। পীথোক্লবস্তু সিদ্ধি মাংই অহুনা চেকশিন্না থম্মগদবনি।] মরমদি

লীলা অতৈদনা থোঙাল ভগবানগী মথা পোল্লি, হন্দক্তি ভগবান অদো কল্লবা, লিক্রুবা থোঙালগী মথা পোল্লি—করিনা হন্দক লাকপদি থোঙাল 'করিগুম্বা মতমদা কনাদম্বু পীখিঙ্গিবা'—'মশা-মক্কী লল' থাক্তনা পীরুরগে লাক্লবনি অতুনা থাকচিনবা, লোৎশিনবা, খুমজিম্ববগী ৱা চংঙ্গে।

গৌড়গী মথাৱোম্ব গী মুর্শিদাবাদ জেলাদা লৈবা মাড়গ্রামদা রূপ সনাতনগী অহল্লম্মনগী য়ুম লৈ। [ মতম অতুদা বঙ্গদেশকী অয়াম্বা শরুক গৌড়দেশ হায়না খংনরম্মি ] রূপনা মাড়গ্রাম অমুক্তা য়োরুগে হান্নতুনা নবাবতগী ছুটি লৌতুনা চেনখ্রে। মাহাক্কী মরল মথুম পূম্নক ৱাওতুনা মাহাক চৎখ্রবনি। অসোমদা সনাতনগী অবস্থা মওং চাঙ্গে। ছুটি নীরবম্বু মাহাক প্রধান মন্ত্রিনি পীৱোই; তোক্কে হায়ববম্বু অভাং ওনবগী ৱশি ক্ংগনি। গতি লৈত্রতুনা সনাতন নাশিন্নতুনা লৈরে। রূপনা মাগী শেলদগী লুপা লিশিং তরা অচা অথক য়োনবা তুকান অমদা শিন্নরম্লগা অরেম্বা অতু দান অমম্মুং মরি লৈনবশিংদা পীথোকখ্রে। অতুগা সনাতন থবক তোক্কেম্বু হায়ঙ্গে, ছুটি পীম্মুম্বু হায়ম্রে, নাশিন্নতুনা কাচিন অমদা কমতুনা লেপ্লে। অতুদম্বু মাইবা থারক্তুনা য়েংহল্লবে। মানা নবাবতা তম্মুরে, সনাতন নাদে শাস্ত্র নৈনতুনা লৈহোই। অতুদা নবাব মশামক লাক্তুনা সনাতনগী ময়ুমদা মাগা উন্নরে। মাহাকপু উরগা 'সাকরমল্লিক্লা থবক তৌদনা তুমিন কমতুনা লৈরবদি সরকার শাসন করম্না চত্থগদগে হংলরে। অতুদা সনাতন্না খুমখি, ঐগী থবক তৌনিংবগী ভাব লৈত্রে, ঐগী ইচ্ছুত্তা কনাগুম্বা অমত্তু হাপ্পিরো। নবাবনা শাওনা —নংনা খংনা খংনা থবক্তা নপুক্লিং চংঙ্গে, ৱয়াম্বা রঘুনন্দনম্বু লুট পাট তৌতুনা প্রজাগী য়ান্না মাংহল্লে, খাজনানচিংবা অমতা পীদ্রে অতুগা নংম্বু তৌরিবা অসিনি। মথংদা লালদা চৎশি হায়রে অতুদম্বু ৱাঙ্গে, 'মরম্মদি উরিষ্যাগী শোরুগদবা লালনি। নবাবনা লাইগী

জায়গাদা অকায়বা পীরবদি ঐ থাংবা ওম্মোই।' নবাবনা হাতকড়া চন্দুনা কৈেশুমশংদা থম্মু হায়রম্লগা চৎখ্রে।

মরক অসিদা সনাতন্দা রূপনা চিঠি ইথুনা থারক্লে। মাগা অম্রুপমগদি প্রভুগী মাক্তা চৎলে সনাতনবুসু যেছা উপায়দা চেল্লক্লো হায়রক্লে। মাহাক্না অচা অথক য়োনবা দোকান অমদা লুপা (মুদ্রা) লিশিং তরা থনম্বনি, মাতুনা রা-নাতুনা লাক্নবা লাক্নরো। চিঠি ফংবদা সনাতন্দা অকনবা ইরাং অমা হৌরক্লে—মাহা ও ভাই-ওমদবা কীবমদা লৈরে। মাবু শংলিবা নিপা অত্তবু চীংবা ষানবা রাথল তৌরকুনা হাইরকই 'নংদি জিন্দাপীর ( সিদ্ধ ও'রবা ) মহাপুরুষনি। নংগী কেতাব কোরান নং মপাল নাইদনা থংলবা নিপানি। নংমুক নরাইবক ফবসিবু কয়া লৈরমগদগে?' প্রধান মন্ত্রি সাকরমল্লিকী থাগৎরা তাবদা অশংবা নিপা অতুগী মপুক ওল্লে। 'নংনা কৈেশুমশংদগী রারবা বন্দী অমবু থাদোকপীরবদি ভগবান্নসু নংবু সংসারগী অপুনবা পুম্বদগী কোকপীগনি' হায়তুনা হায়জবগী অম্মৌবা মিৎয়েংনা সনাতন্না য়েংলে ; অতুগা 'নংদি সাধনদা সিদ্ধ ওইরবনি, নংনবু অসি থংজ্রিবরা?'

'করি তৌগে তাকপীয়ু।'

'নীশিংলিনি, ঐসু নংগী কান্নবা কয়া তৌখ্রে। নং তৌজিক অতুগী থরতসু শিংঙু। ঐবু থাদোকউ কৈেশুমশংদা থম্মতু।' মনাক্তা চংশিন্নকুনা খোল নেমথনা 'শেল (লুপা) লিশিং মঙা পীগে। নংনা পুণ্য তানবগা লোইননা শেলসু ফংলনি।' মাসু লোম্না থুম্মি—'নবাবপু কীই।' তাবদা সনাতন্না মথা তাথরে 'নিংথৌ লালদগী হল্লক্তবসু মাই করিনা শিবসু য়ারিবনিনা।' 'হল্লক্রবদি?' 'অতুদা থুম্মু, অম্নুকী হকচাং শেংদোকপগী গঙ্গা রাংমদা চৎপদা মিৎ থরা লল্লুবদা গঙ্গাদা চোংথখরে। য়াম্না থিরে থিবা ফংদ্রে। মথুত্তা হাতকড়া য়াওথি, ঈরোইবা ওম্মোই ঈরাক্লতুনা শিগ্রবনি।

ঐ শিরে হায়রুনা নিংথৌনা দণ্ডি পীররোই। অহুগা অসিমসু তাও, করিমতা কীগনু। নথোয় লৈপাক্কী মনুংদা ঐ লৈররোইদবনি, দরবেশ ওইহুনা মক্কা চংগ্রগদবনি।' অহুদসু প্রহরীবু লেংহনবা ডমন্ত্রে 'করে লিশিং তরেৎ পীরগে। দোকান্দা পুহুনা চংলো, ঐনা অহুদা শেল থম্লি' শেল মশক উরো, মশিং থিরো,—অহুদগী ঐবু থাদোক্লো'। শেগয়াম উবদা প্রহরী মপুক ওল্লে মথুৎকী য়োস্লিং কক্কুনা সনাতনবু থাদোক্লে। অহিং অহুমক্তদা গঙ্গা শান্দুনা চেনখ্রে।

প্রভুগী চানথবা মনাই, সংসারগী অপুনবা পূম্বা কক্লবা সনাতন মীনম্বা অমসুং চিরোম্না খুৎসাই ওইরহুনা নাম্থোক্লবগী দমক্তা শেল পীজবা কাওবদা হালেংখিদরে মাসিদা পাপকী রা করিমতা লৈতে —পুণ্যাত্ম ওইরিবনি। নীংজরিবা মাগী মবুঙেডা অহুগী চরণ ফংনবগী দমক অথিংবা লাকপা পূম্বা লৌনম্নবা পাঙ্গলনবা, বুদ্ধিনবা পাং-থোকপা লেংজবা, রাংথবা ধর্ম্মনি, চাউরবা পুণ্যনি। মীনম্বা ওইরবসু মপুং ফারবা অচুম্বনি। মায়া সংসারগী মায়া কক্লবগী দমক ওইদবা অয়ানবা হাযবা অনানবা নত্তে—তৌকম থোকপনি। অসিগুম্বা মকমদা অওইবনি হায়না ওাক্তুনা চৎপা অহুনা কান্নজবা অমম্বা ধর্ম্মনি। অহুনা সনাতন গুম্বা নিপা মতাং অসিদা মীনম্বনা চিংবদা হঙ্গোইখিদে। কৃষ্ণ ভক্তিদবু অকায়বা পীরবদি পুণ্য কর্ম্ম ওইজসনু থাদোক্কদবনি। মশা মুংঙাইনবগী রাখলদা পুণ্য তাল্লি মীওইবনা —মশাগী মুংঙাইবগী রাখল ওইরবা কৃষ্ণ ভক্তিদা অথিংবনি। অমনা ইন্দ্রি পেম্নবগী হোৎনবনা মীওইবদা পাপকী থবক ওইহল্লি। মরমদি অসিদসু মশা মুংঙাইবগী রানি, অহুনা কৃষ্ণ ভক্তিদা য়েক্লরে। কৃষ্ণ মুংঙাইনবগী রাদা পাপ পুণ্য চংদে। পুণ্যনা মুংঙাইনবগীনি হায়বা খল্লোইদবনি। অহুনা পাপ পুণ্য অনিমক থাদোক্কনি।

লম্বী অচুম্বা মুংঙাইবা লম্বি থাদোক্কুনা মীনা চৎনদবা লম্বী খম্মুনা মনাই ঈশানগা লোইননা সনাতন খোংশাল্লক্লে। অহিংদা

পাতড়া চীংদা থুংলয়ে। [ মকম অহুদা গৌড়-কোম্নুং লানবনগী খোংদগী দিল্লী কাওবা চৎপা সোরোক অচৌবা অমা লৈরম্মি, অসিবু মীনা গড়িদ্বার লম্বী হায়না কৌরম্মি। হায়রিবা লম্বী অসিদা রাজবন্দীনচিংবা চেনবা ওমদনবা মিৎশেন থাংবা লাম্নী থনম্মি। অহুনা অদোমদা চেনবা ওইথেক্লোই খন্দুনা সনাতননা লম্বী অকবা অসি থাদোকুনা খুদেংথিবা লম্বী পাতড়া চীংগী লম্বীদা চেনখিবনি।। মকম অহুগী লম মপু ওইরিবা ভুঁইয়া [ লমগী মপু, মমাংঙৈগী জমিদার অচৌবা নক্রগা মীথা পোনবা নিংথৌ ] দা 'ঐবু থরা লাম্নোকপীয়্' হায়রুরে। অরোন ঙথুপ থংবা ওম্নবা হোৎপা হৈবা মিপা অমা মনাক্তা য়াওরমহুনা মানা ভুঁইযাগী নাকোংদা সনা মোহর নিপাল যাওরি তাৎপদা হন্নাওন তরাম তরাম্না সনাতন্দা হায়রকই 'ঈক্ল মায়থক্লরো থোঙ থাক্লবা পীরগে, নপুক থল্লা চাথোক্লা অহিংদ মী পীগে থিংবা।' অনিমক চাবা থকপা লোইহুনা অহুম পোথাবদা সনাতন্দা চিংনবগী রাখল অমা থোক্লক্লে। ঐবু মানা থংকম থোক্তে, অসিদগী হেন্না তোম্বগদবা লাইরবা ফিজোল লৈত্রবনি ঐনা শেংলিবা অসি, অহুমক্তদা মানা ঐবু শুক লুনা তৌরিবা করি ওইকম থোকই। অহুনা তৌরিবা অসিবু কররম্বা খুদোংথিনবগী কুয়োম্লো' ? অহুদগী ঈশান কৌহুনা হংলে—'নঙোন্দা মীনা পাম্বা য়াবা শেল থুম করি য়াওরি?' ঈশান্ন হায়রকই—'মোহর তরেত্তং য়াওরি' অমুবা লিলগুম্বা যম অহু কবিগী পুহুনা লাক্লি? কদাই ঐঙোন্দা পীয়ু।' ঈশান্না পীরে মোহরশিং অহু পুহুনা ভুইয়া নাক্তা চৎখ্রে অহুগা হায়রকই, সে„ মোহর তরেৎসি য়াওরি; ঐখোয়বু লুনা তোবিবগী ইকায় খুম্নবা উৎপগী মশক ওইনা নঙোন্দা পীরবনি। ঐখোয়বু চীং লাম্নোকপীরো নংগী পুণ্য ওইগনি।'

'তরেৎ নত্তে, নিপাল্লি মোহর' হায়রে ভুইয়ানা—'নিপাল।'

ভুঁইয়া নোক্তনা 'করে লৈজরসনু। ঙসি অহিং নখোয়বু হাংলগা মোহরশিং লৌশিনগে তৌবনি। মাদু ওইদ্রে। নং নশামক্তা লাক্তনা ঐত্তোন্দা দান তৌরবে নংনা ঐবু মী হাংপা পাপ্তুগী কনবিয়ে। তারো ঐ মোহর লৌরবাই, পাপ্তুগী পুণ্যনা ঐ হৌজিক পায়ে। ঐ মী পীরগে, নখোয়বু চীং লাম্হোকপীহনা অশোই অচাম খোকহল্লরোই।' সনাতন হঙ্গিন্দুনা লৌ য়াদ্রে। অদুগা হায়রকই- 'য়েক্রবসি ঐগা লোয়নরগা হুরানচিন্থিগী মখুত্তা ঐ শোয়দনা শিররনি। মোহরশিংসি লৌরগা ঐগী থরার কল্লো' হায়হনা মোহর তরেৎতু পৌ মাত্রবদা গতি লৈত্রহনা লৌশিল্লগা মী মরি পীহনা বন লম্বীদা মাখোয়না ভাক্তনা লাম্হোকপীরে। অসি ন ভক্ত বৈষ্ণবকা ভাইহাক সঙ্গ ওইজকবদা মপুক পুন্না ওনখি। সাধু- সঙ্গগী কৃপা কংহৌরে ভুঁইয়া।

চীং লাম্হোক্লগা ঈশান্দা 'নংগী নখুত্তা থরা লৈরিবরা' হংলকই। ঈশান্না 'উপায় ওইনবা মোহর অমতং লৈরি' হায়। 'অদু নং লোজরো। অদু পুবগা নখুম এ'থ্রো।' ঈশান্না কপ্লক্লে। সনাতন্না মমিৎ ঈরা চেল্লহনা হায়রকই 'ঐ ইতোমতা লাইরনা চৎখ্রগে। ঐ সঙ্গ থমত্রবনি, ঐ তোল্লবনি।' ঈশান মমুমলোমদা হনখ্রে। লাইরনা ত্তোম্না চৎখ্রে সনাতন—

> তারে বিদায দিয়া গোঁসাঞি চলিলা একলা।
> হাতে করোয়া ছিঁড়া কন্থা নির্ভয় হইলা॥

> মাবু বিদায পীরগা চৎলে গোসাই মতোমগা।
> খুত্তা খুজাই শেগাইবা কান্থা কনা কীদা॥

সনাতন কীকবা য়ারুবগী য়াথল অমতা য়াওখিদ্রে, মাত্তোন্দা করিগুম্বা অতোপ্পা অকৈবা য়া অমতা লৈখিদ্রে, মরমদি মাহাক শ্রীকৃষ্ণদা আত্মসমর্পণ—মশা মথরায় পুন্না কংথ্রে, কৃষ্ণদা মাগী

ঙাকশেনবা লিয়গ্রে অহুনা মা করিম্ভ চিংনরুগ্রে।—চংজগ্রবা অমস্থুং করিগীস্থ মপু ওইখিগ্রবা—অনি অসিদগী উৎলকপা মওং অমতনি হায়বা য়াই। কৃষ্ণগী পেম্নবা হিরমদা চপমুংবা, কৃষ্ণ নিংজবদা অকায়বা ওইবা অহুবু থাদোকপা. কৃষ্ণনা ঐবু কনবিগনি হায়বদা থাজবা, ঐগী ঙাকপী শেনবীনবা হায়ববু মানি হায়না লাম্হোকপা, মশাবু মাগী ওইদবা হায়বদি পুম্না কখোকপা আত্মসমর্পণ অমস্থুং ঐদি গতি লৈজদে হায়না তোঞ্জব।—অয়াবা উৎপা তরুক অসি ভগবান্দা চংজবগী খুদম্নি। অসি শুনা লৈরবা সনাতন কনাবু অমস্থুং করিবু কীরুদে, কীনিংঙাইস্থ লৈতে। মাহাক 'শরণাগত' ধর্ম্ম চৎগ্রবনি, করিমতা লৈত্রবনি। সংসারবু পাম্মুদ্রবনি। কৃষ্ণ সেবাগী সংসার থাদোকগ্রবনি। অহুনা অমুক্তং ভগবান্ অহুদা চংজহুনা 'ঐ নংগী ওইয়ে' হায়জবদা মাহাক্না মনাইবু অকী অথং পুম্বদগী কনাবে।

ভগবান্দি অতোন স্বভাবু লুনা তৌবি, অহুগা শাগৈ জাৎ কবা, মহৈ হৈবা, ইনাকখুনবনা থোঙ্গ। থোঙ্গরিবা কাংবু অহুগী শক্তিনদি মায়া লাম্হোকপা ঙমদে। অহুনা ভগবান্দা চংজরবতদা মায়াগী মখয়াত্তগী নাম্হোকপা ঙম্মি।

অস্থুম্না সনাতন হাজিপুরদা থুংলরে। মকম অহুগী লৈকোল অমগী মনাক্তা হৌবা উ অমগী মথাদা কমহুনা নুমিৎ অহুগী পনকম ওইরে। করি রাখল খন্নুদনা মপুক পেম্না হরিনাম শোম্দুনা লেপ্লে। ভগবান্দা পূন্নমক কৎগ্রবা সনাতন মাগীনি হায়বা করিমতা লৈত্রবা, করিস্থ পাম্মুদ্রবা সনাতন মথা করি খল্লিরৈঙনা মানা চংজগ্রবা মবুঙেঙা অহুনা মাগী লম্বী অহুম হাংলকই। হাজিপুরদা সনাতনগী মচনগী মপুরোইবা শ্রীকান্তগী ময়ুম্নি। মাহাক গৌড়গী নিংথৌগী শগোল ছল্লি। মনাক্তা হরিহর ছত্রগী মেলা তৌই। মাহুদগী শগোল লৈরগা মাহাক্না গৌড়দা থাই। লুপা লাখ অহুমগী কায়বায়নি।

হরিনাম শোনবগী মখোল শ্রীকান্তনা তারে। চংহুনা য়েংলম্নে—'এঃ সনাতননিনা অসিদে। নিংথৌগী ঐশ্বর্য্য পুম্বনা য়োমহুনা পানবা হকচাংগী মওং অসিনা কয়িনো? কয়িনো তৌয়িবা অসে,? সনাতন লোম্না শ্রীকান্তদা মা পুম্বা তম্লে। প্রভুগী দমক কৈশুমশংদগী চেন্নকপনি তাক্লে। 'অহুদা কিজোল অসিনা কয়িনো? চংলো ঐগী য়ুমদা হুমিৎ খরদং পোত্থাউ। খুজিল খুয়া, শম, কোই কক্ত্না কীবম শেমদোকখিসি। উফুল মাইফুল শেংদোকউখিসি' হায়না কম্না তক্লে। সনাতন্না নোক্লহুনা য়াম্না ইংনা খুম্নকই 'ঐ অসিদা পম্নরোই, কাশী য়োৎরগে। ঐবু গঙ্গা লাম্থোকপীরো'। অহিংদা মী অমগা লোইনহুনা শ্রীকান্তনা লাক্লগা কৃষ্ণ কথা কম্না ভাংনরে।

অতোপ্পা মওংগী সনাতন অমা শ্রীকান্তনা থেংনরে। মফি মরোল ককবা খিবদা মপুক চংশুত্রবা, ঈশ্বর মাখলতনা কিজোল ওইরবা, ঈশ্বর নীংজবনা চিঙ্গাক ওইরবা, ঈশ্বরদা কথোকচবতনা মাগী মুংঙাইজবগী মতোল লোমজবা—পুম্নো নৌবা সনাতন অমা ওইখরে।

শ্রীকান্তনা গঙ্গা লাম্থোকপীরে। অইংবা ভারুবা ভোট কম্বল অমতং পীরকই। অসুম অসুম লাকপনা কাশী য়োৎরক্লে। কাশীদা প্রভু লেংশিল্লি তারে। প্রভু কাশীদা লম্বী ওইবগী পল্লম্বা নত্তে, ভক্তনা খুহুম চনবা, ভক্তদনা পেলহনবা ভগবান মনাই ভাইরিবনি কনানদি খংউবা নত্তে। চন্দ্রশেখরগী য়ুমদা প্রভু লেংশিল্লি, মাগী য়ুম থিরক্ত্না কোম্থোংদা সনাতন কমহুনা লৈকয়ে। চাক্লীবা কনা ওইগনি হায়হুনা কনানসু সনাতনদা পুক্লিং চংলুদে। ময়ুংদগী প্রভুনা লাউরকই—'য়েংউ কনাগুম্বা বৈষ্ণব অমা কোম্থোং মপান্দা কম্বগুম তৌই—মাবু কৌশিল্লকউ।' চন্দ্রশেখরনা মপান থোক্ত্না য়েংবদা কনা বৈষ্ণবপু উদ্রে। প্রভুনা 'লৈত্রনে' হংবদা 'বৈষ্ণম কনা কমদে দরবেশ অমদি লৈহৌই'। 'অং দরবেশনে। অহুবু পুশিল্লকউ' হায়রগা

প্রভুগী পুক্বিংদা, হকচাংদা ইরাং অমা হৌরকই।

চন্দ্রশেখরনা সনাতনবু পুশিল্লক্লে। শুমাং মতোল হেক হৌরকপা উবদা প্রভু চেম্বাক্তুনা মনাইবু চেজেৎ কোল্লরে। 'ঐবু শোকনু শোকনু হায়রহুনা সনাতন কপ্পক্লে। 'ঐদি লৈখা তারবনি, তোল্লবনি, ঐ শোকপদা মত্তিক চাত্রবা মীনি' হায়রকই।

প্রভুনা চীংশিন্দুনা মনাক্তা কমহল্লগা—

শ্রীহস্তে করেন তার অঙ্গ সম্মার্জ্জন।
তোঁহো কহে মোরে প্রভু না কর স্পর্শন॥
প্রভু কহে তোমা স্পর্শি পবিত্র হইতে।
ভক্তি বলে পার তুমি ব্রহ্মাণ্ড শোধিতে।
প্রভুগী শ্রীহস্তনা মশাদা নানবিরে।
মাহাক্তা শোকপীগনু ইশা হায়জরে॥
প্রভুনা হায় নং শোকপনি ইশা শেংনবা।
ওস্মি নং ভক্তি পাঙ্গলনা ব্রহ্মাণ্ড শেংবা॥

নংদি নথরায়, হকচাং, হোৎনবা, লৈজবা, শেল থুম, অপাম্বা পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণগী খুন্নাদা কৎপ্রবনি; অদুগুম্বা নহাক্তি অতোনবা জাৎ ওইরবা কাওবদা শাগৈ জাৎ রাংলবা ব্রাহ্মণ ভক্তি লৈতবদগী থাক রাংনা হেল্লি। নংদি অতোনবা জাৎতা পোকপন্নু নত্তে, বেদগী শাস্ত্রগী ললনা লৈতেংলবা নংগী ভক্তি অদুনা সংসার মরোল অহুম ঙেংদোকপীবা লায়না ওস্মি। ভক্তিবু য়াওত্রবদি মীদি লায়রহুনা মশাবু কাওবা শেংবা ওমদে। অদুবা নংবু ঐনা য়েংনিংই, শোক্লিংই, নগুণ শক্লিংই। ভক্তবু উবদা মিৎ মহৈ য়াঙ্গে, ভক্তনা হকচাং শোকপদা হকচাংনা মহৈ য়াঙ্গে, ভক্ত মগুন শকপদা লৈয়েংনা মহৈ য়াঙ্গে। অদুনা জগৎ অসিদা ভক্ততনি অতাংবা—'সুদুর্লভা ভাগবতা হি লোকে।'মথংদা প্রভুনা কৃষ্ণনা নংবু লানবিরবনি'হায়রহুনা মাবু তপথহল্লে। সনাতন্না থুম্মি 'ঐদি কৃষ্ণ খংদে, ঐনা খংবদি নংতনি, নংগী কৃপানা ঐবু কৈশুমশংদগী থাদোক্তুনা পুবিরকপনি'।

মথংদা মানা নাম্বোক্লকপগী রারি রাখোং পুম্নমক প্রভুনা হংবদা হল্লংলে। অতুগা প্রভুনা মাহাক্কী মনাওনিপা অনি রূপ, অনুপমগা উন্নবগী রা তম্নগা মাখোয় বৃন্দাবন চৎপ্রে তম্লে। অতুদগীদি মাহাকপু তপনমিশ্র অমস্তুং চন্দ্রশেখর বৈদ্যগা প্রভুনা খংনহল্লে। তপনমিশ্রনা বার্ত্তোন তৌরে মাগী য়ুমদা ভিক্ষা ওইবিনবা। প্রভুনা সনাতনগী মশম-মনা, কোই-মুং, ককথৎ-কোকথোক্তুনা মশা শেংদোক্লবগী দমক মিশ্রদা হায়রে। অতুদগী চন্দ্রশেখরদা গঙ্গা স্নান তৌহন্দুনা মফি মরোল হোংদোকহল্লুরো তাকপীরে। পুম্নমক লোইত্নুনা গঙ্গাস্নান্দগী লাক্লবদা ফি অহনবা পুৱক্তুনা পীরে। সনাতন লৌ য়াদ্রে, প্রভুদি পেনবনা লোইরে। প্রভুনা সনাতন পুত্নুনা ভিক্ষাগী দমক তপন মিশ্রগীদা লাক্লগা সনাতনবু ভিক্ষা ওই-হল্লো তাকপীররে। সনাতনদি মাগী মথৌ খরা রাংলি হায়ত্নুনা প্রভুবু লুক হাইনপ্রে। মথংদা তপনমিশ্রনা প্রভুগী অরেম্বা লুকক্কম অতু পীত্নুনা সনাতনবু প্রসাদ খুল্লো হায়রে। অমোংপা শেগাইবা ফি অতু হোংদোক্তুনা অহনবা ফি হোংদোক্লবা তপন্না পীত্নুনা হায়জরে। সনাতন য়াদ্রে—অহনবা পামদ্রে হায়রগা অমনবা শেংনরবা অমা পীয়ু হায়না নিরে। তপন্না পুথোক্তুনা পীরবদা ফৈজোম অতু শোগায়ত্নুনা বহির্ব্বাস অমস্তুং কৌপীন শেমত্নুনা সনাতন্না মফি হোংদোক্লে। [গার্হস্থ্য ধর্ম্ম থাদোক্লবা, মপুক লেপথ্রবা, সংসার থাদোক্লবা মীওইশিংনা ফিজোল অসি শেংলি। হৌজিক উরে ফিজোল অসি লৌবদা মন্ত্র নত্রগা গুরুগী রা চংদে মন্ত্র কংবা তারগনা অতোপ্পনি। অনৌবা অহনবা ফি-লোলগী পোৎচং লাক্কে। কনাগুম্বা পুকচেল চাউবা নিপা অমগী ফিমল অমনা বহির্ব্বাস অমস্তুং কোপীন শেমত্নুনা শেংলগা 'বেশ ওনবা' ওইরে। অত্নুনা সনাতন গোস্বামিনা তর্পন মিশ্রগী ফিমল নিরগা বেশ ওনখি। অস্তুন্না বেশ ওনবা ফিজেৎ হোংবা

অসিবু অমুম ওহয়রকপনা 'ভেক কংবা হায়না খংনৈ। মমুংদা শেৎপা লেঙুটি গুম্বা অহুনা কোপীন অহুগী মপান্দা শেৎপা অহুনা বহির্বাস (মপান ফি) কৌই। বেশ ওয়বগী দমক শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুদা (লম্বোইখ্রিবৈগী প্রভুদা) ফি অহনবা কত্নুনা থম্বা মণিপুরদা নিংথিনা চৎনরি। কৎলিবা অহুদি পুজারি অহুনা কংজকম থোকই, করিনা লাইদা কৎপদি সেবা কংজরিবা লাই লাৎপা অহুনা কংই। অহুগা লম্বোইনবগী দমক্তদি মাহাক্না লৌদবা ভুংগী লম্বী শেমহুনা থম্বা ওইবা তাই। অমুম্না বেশ লাংহুনা থম্বিরবা, শিরমদাইদা ভেক গুরু ওইগনি লেপ্লরবা মীশক অহুনা মতা চাখিদবা অমদগী অকংবা ব্রাহ্মণ অমনা বেশ অহু ওলহুনখ্রবদি মাহাক্না গুরু ওইথিবা আইননি চৎনরি। অহুদসু অমত্তা নংহৌদবা থোক্নুনা মনাক্তা শংবা ঝামথ নত্তবা মাইবনা হুকপসু য়াওই—মওং অহুনদি মাইবনা গুরু ওইদে। মাসি মণিপুরগী দমক লমসু লম্বোই-দবা, তাসু চাবা ব্রাহ্মণশিংনা শেম্বিবা আইন ওইবা তাই। সনাতনগী থোকখিবা থৌদোক অসি মহাপ্রভুগী মাংদনি। সনাতনগুম্বা নিপানা চুম্নি থম্নুনা ভৌখিবনি অহুগা প্রভুনসু লাম্নি তাকপীখিদে। [ভেক হায়বা ঝাহৈ অসি ঐখোয়না খংলবা অথ অমসুং ভাব অসিদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়নসু অহুম শিজিন্নৈ, মাসি 'অপভ্রংশ' (corruption) হায়বদি মশাগী লৈজবা ঝাহৈনা ওম্বরকপনি। বেশ (কিজোল) 'ব' না 'ভ' পাবা, তাংবা মুংঙাইবগী মতুং ইন্না ওইরকই মরমদি 'শ' না 'খ' নক্রগা 'ক্ষ' গী থোম্বোক ওইরকপদা 'বেখ' গী মহুত্তা হায়বা মুংঙাইবগী মতুং ইন্না 'ভেক' তা মথং মথং ওম্বরকপনি। কীর্তনগী লোলদা 'নিঠুর পুরুখ জাতি' অসিদা 'খ' 'ব' দগী ওইরিবনি। 'পুরুষ' না 'পুরুখ' ওইথিবনি।]

মহারাষ্ট্র ব্রাহ্মণগা সনাতন গোস্বামিগা প্রভুনা খংনহল্লবদা মাহাক্না সনাতনবু কাশীদা লৈরিবা মতম পুন্নমক্কী দমক মাগীদা

ভিক্ষা ওইবিনবা মহানিমন্ত্রন তৌরে। সনাতন্না য়াত্রে—মাহাক মাধু-করীনা হিংগনি, ব্রাহ্মণগী য়ুমদা করিগী অতুক কুইনা চাগনি হায়রে। তাবদা প্রভু য়ৌনা পেনখ্রে। [ঐগীদা ভিক্ষা ওইবিয়ু হায়রবদি চন্না অতুমা মপুং কানা খুনবা তারে —ভিক্ষা অসিবু কুইনা ওইবিয় হায়বগী মহানিমন্ত্রণনি। ভিক্ষানা মকম অমদা প্রসাদ থন্না খুনববুনি মাধুকরী হায়বনা য়ুমখোং য়ুমথোং চত্তুনা খরা নিবা (মুষ্টি ভিক্ষা) নি, হায়বদি খোইমুনা লৈ অমদগী অমদা চত্তুনা খরা খরা খোম্বদা লৈদা অমাংবা অকায়বা লৈতবা—'মধুকর' খোইমুনা তৌবগুম তৌহনা নিয়গা চাববু মাধুকরী কৌই।]

প্রভুনা সনাতনগী মপুক্তা, মশাদা চাউথোকপা খোঙ্গবগী খন্নদং লেমহৌরবস্থু নত্রগা মানবা খরা য়াওরবস্থু পূন্নমক লোইশিনবিরগে লেপ্লবনি। প্রভুনা সনাতনগী ভোট কম্বল অতুদা তোয়না তোয়না য়েংবা উবদা সনাতন্না মানা কি আস শিজিন্নবা প্রভুনা পেন্দবা তাই থল্লে। মাধুকরীদা চারগদবা মানা লুপা অহুম পীবা কম্বল শিজিন্নবা চুমদ্রে, বৈরাগ্য ধর্ম্মদা অকায়বা ওইরে খংলে। অসি খন্না খন্না মধ্যাহ্নগী মতম ওইরহুনা গঙ্গাস্নান চৎখরে। গঙ্গা মপান্দা গৌড়িয়া অমনা কাম্থা শেগায়বা অমা শুহনা কৌরম্বা উরুরে; অতুদা মানা মাগী কম্বল অতুগা শিন্নাস হায়রুরে। থাজন্নমদবা নিপা অতুনা অওইবা ওইরকপদা য়াম হন্নাওনা য়ারহুনা শিন্নখ্রে। কাম্থা শেগাইবা অতু মরেংবান্দা য়াল্লগা সনাতন প্রভুগী মাংদা লেপ্লরে। প্রভুনা পূন্নমক খংলে খংহুনা হায়রকই 'কৃষ্ণনা নংগী লল থুমগী অপাম্বা পুম্বা কোকপীরে। খুদম ওইনা তাকপীবি—অহৈবা মাইবনা অনাবা মখাক থমদে—

সে কেনে রাখিবে তোমার শেষ বিষয় ভোগ।

রোগ খণ্ডি সদ্বৈদ্য না রাখে শেষ রোগ॥'

নংগী ললগী মহাও করিগী লেঙ্খল্লি মানা।
নাবা করগা মচেৎ থাক্কে মাইবা হৈবনা ॥

প্রভুগী য়া তাবদা মথরায় চাউরক্লা প্রভুগী নাক্তা তম্লিংবগী য়াথলগা নকশিন্না কমথি। তোল্লবা মল্লবা সংসার কোমদা লেল্লুরবা মাবু কনবিরে, হৌজিক মাগী মথৌ করিনো তাকপীনবা হঙ্গৎথি। সনাতন্না য়াংলবা, অমাং অতা চংদবা নিত্য ওইরবা য়াহং অহুম প্রভুদা হংজখি।—ঐ কনানো; অরাবা অহুম্না ঐবু য়াহল্লিবা করিগীনো; করিনা ঐগী অকবনো?

প্রভুনা হায়খি 'সনাতন নং কৃষ্ণগী কৃপা পুন্না লৈরিবনি, অহুগা নংস্থু খংলিবনি। অসিমক্তদা নংনা খংলবা অহুবু হংলি। মাসি নংগী জ্ঞান অহুবু চেৎশিন্নবা, চিংনবা লৈত্রনবা হোৎনবনি। শোয়দ্রে হায়বা লেপ্নবা য়াহংনি। মাসি সাধুশিংগী হৌনবনি।'

'কে আমি কেনে আমারে জারে তাপত্রয়।
ইহা নাহি জানি আমি কেমনে হিত হয় ॥'

ঐ কনানো য়াবা অহুম্না করিগী চাকই।
অসিস্থু খংদে ঐগী অকবা কারিনা ওই ॥

ভাগবত ধর্ম্মগী থুপ্পবা 'তত্ত্ব' খংনিংবগী য়াথলনা অথোইবা ওইরিবা মাখোয়না কংজানিংলিবা পুন্নমক থিন্দনা কংজে। [তত্ত্ব—পোৎ থুদিংগী মরুওইবা শরুক অমমম লৈ—মরু পুন্নমক্কী মরু ওইরিবা অহুবু তত্ত্ব কৌই। পোৎকী মশক খংনবা বিজ্ঞানবু তত্ত্ব কৌই হায়না শ্রীধরস্বামিনা হায় ]। হৌজি ক্ত তারো তত্ত্বগী য়া পুম্বা-নংদি ভক্তি ধর্ম্ম শন্দোকপদা মতিক চারবা নিপানি।

তাপত্রয়না অন্নাবা পীরিবা ঐ কনানো হায়বগী য়া তারো। 'জীব' অসিগী মশক করিনো অহুগা 'ঐ' হায়বা জীববু অচাকপা অহুম পীরিবনা কনানো নত্রগা করিনো?—হৌরককম খংদ্রবা মতমদগী লোইকম খংদ্রবা মতম কাওবা জীব পুম্বা কৃষ্ণগী মনাইনা। অস্থুম ওইহুনতা লৈরবা জীবশিংস্থু মায়াগী মখা পোনবা মওংদদি

মশাবু কাউথোকচরবস্থ, কৃষ্ণগী মনাইনি কাউথোক্লবস্থ পোৎশক থংলকপা জ্ঞান লৈবা মীনা কৃষ্ণগী মনাইনি হায়বা অসি কাউবদি কাউই।

'জীবের স্বরূপ হয় কৃষ্ণের নিত্যদাস।
কৃষ্ণের তটস্থা শক্তি ভেদাভেদ প্রকাশ॥'
জীবগী শক্লা কৃষ্ণগী মনাইনি লেংত্রবা।
কৃষ্ণগী তটস্থা শক্তি কোংই খেন্ন-খেন্নদবা॥

কৃষ্ণগী অন্তরঙ্গা (চিচ্ছক্তি) সু নত্তবা বহিরঙ্গা (মায়া শক্তি) সু নত্তবা শক্তি অমুবু তটস্থা (জীব শক্তি) কৌই। তটস্থা শক্তি অসি অন্তরঙ্গা বহিরঙ্গা শক্তিগা মরি লৈনবা য়াই অমুগা ভগবানগসু করিগুম্বা অংশগা খেন্নদবা অমুগা করিগুম্বা অংশ অমগনা খেন্নবা থোকই।
বিষ্ণুপুরাণনা ১।২২।৫৪ দা হায়—

একদেশস্থিতস্যাগ্নের্জ্যোৎস্না বিস্তারিণী যথা।
পরস্য ব্রহ্মণঃ শক্তিস্তথেদমখিলং জগৎ॥

মফম অমদা মৈনা লৈ, অমুবু মাগী মঙাল্লা
মায়কৈ মরিদা শন্দোকই। অমুম তৌদুনা ব্রহ্মসু
লৈ, মাগী শাক্তদনা বিশ্ব অসি শেম্মি।

মুমিৎকী মঙান্দা হাইদোক্লক্লিবা পুম্বা মঙাল ওইনদি মুমিৎকা খেন্নদে অমসুং মরুম্না থনখিবনা মুমিৎ মমাংদা চংশিনবা ওমত্রবদা মুমিৎকা খেন্নরে; অমুগা মৈগী মশেকশিং অমুসু মঙাল ওইনা মৈগা খেন্নদে অমুগা মাঙোন্দগী থাইদোক্লকুনা মওং অমা ওইনা তারকপদা খেন্নরে। অসুম্না জীব পুম্বসি চিদানন্দগী অংশ ওইনা ভগবানদগী খেন্নদ্রে অমুদা মায়ানা শুম্মৎখিদুনা ভগবান্‌গা মায়োক্লবা মংদে, মরম অসি-দগী খেন্নে। অমুনা কৃষ্ণগী মনাইতা ওইদুনা লৈরবা জীব, মফম পুম্নমক্তা শিনথুংনা লৈরবা পরম ব্রহ্মগী পিকথ্রবা শরুক অমনি।

ঈশ্বরনা মপান নাইত্রবা জ্ঞানগী পুকৈনি। অদুগা জীবনা পিকপ্রবা জ্ঞানগী মরিক্কী মরিক্কি। জীব পুম্নমক মতম পুম্নদা সুংত্তাইবগী (চিদানন্দগী) মনাই ওইবনা কৃষ্ণগী মনাইনি। কৃষ্ণদি কুংনা সুংত্তাইবা (আনন্দঘন) মপান নাইত্রবা পুরুষনি। [মতাং অসিদা মহাপ্রভুনা মনাই সনাতনদা অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্ব তাক্লি।]

কৃষ্ণবু কাউথোকপদা নংনা অচাকপশিং ফংই। ঐ কৃষ্ণগী মনাইনি, লেংত্রবা মনাইনি কাউথোক্নুনা নমায় হেক লৈথোকপদা মৈচাক অহুম্না (ত্রিতাপ জ্বালানা) চাকই। অদুদগীদি মায়া মন্নদা লুপখিদুনা ঈরাক্লে। ত্রিতাপ তাপত্রয় অরাবা অচাকপা অহুম হায়বদি (১) আধ্যাত্মিক—পুক্কিংনা, পুক্কিংগী মরম্নাই ওইবা মরমদা রাবা, ত্রক্মগী হায়বদি লাইগী মরমদা রাবা ; (২) আধিদৈবিক—লাইদগী থোকপা অরাবা, বজ্রতাবা, নোংলৈ নুংশিত্তগী থোকপা অরাবনচিংবা ; (৩) আধিভৌতিক— ভূতগী ফংবা অরাবা, মথরায় পানবদগী থোকপা অরাবা হায়বদি শাকৈ লিপকাংনচিংবদগী থোকপা অরাবা—অহুম অসিবু ত্রিতাপ কৌই। আধিনা' অরাবা অচাকপবু খংই। মাসিনা থোকহনবদি—

"কৃষ্ণ ভুলি সেই জীব অনাদি বহির্ম্মুখ।
অতএব মায়া তারে দেয় সংসার দুখ॥
কভু স্বর্গে উঠায় কভু নরকে ডুবায়।
দণ্ড্যজনে রাজা যেন নদীতে চুবায়॥

কৃষ্ণদগী মতম খংদনা মায় লৈরবা।
মায়ানা পী মাঙোন্দা সাংসারগী অরাবা॥
করিদা স্বর্গ য়োহল্লি নরক করিদা।
দণ্ডি ফংবদা নিংথৌনা তিংগুম ভুরেন্দা॥

কৃষ্ণদগী মমায় হেক লৈথোকপদা সংসারগী অরাবা লাক্কবগী মরম্নি। মায় থিত্তুং লৈথোকপদা মায়াগা থেংনরে, থেংনবা অসিদগী মায়ানা

খুছুম চনখি। অছুনা মায়াবু লাম্বোক্লবগী উপায়দি কৃষ্ণদা লেংত্রবা রাখল, অমুংবা ভক্তি অমসুং অচেংপা প্রেম থমজছুনা মাবু সেবা তৌজবনি। ত্রিতাপ অসিদগী নাম্বোক্লবগী দমক্তা গুরুবু লাই-মক্লি খনবা অমসুং ভাব অসিনা লেংত্রবা ভক্তি থমছুনা ভগবান্‌বু নীংজবতনা মাসিগী উপায়নি।

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১১ শুবা স্কন্ধ অনিশুবা অধ্যায়গী ৩৭ শুবা শ্লোক্লা হায়।

ভয়ং দ্বিতীয়াভিনিবেশতঃ স্যাদীশাদপেতস্য বিপর্য্যয়োঽস্মৃতিঃ।
তন্মায়য়াতো বুধ আভজেত্তং ভক্ত্যৈকয়েশং গুরুদেবতাত্মা॥

—ঈশ্বরদগী লাপথোকপ্রবা মাহাক অছু ঈ রবু কাউরবনি। মশাগী শকসু কাউরবনি। মওং অসিদগী থোরকপনা হকচাং অছুবু মাহাক্লা আত্মানি হায়না খল্লি অছুনা অমুক ওইরিবনা ভগবান্ নত্তবদা মাগী অপাম্বা পোক্লে। অছুদগী কংবা মহৈনা শিববু কীবা। পূম্নমক অসি ঈ রগী মায়াদগী শাক্লি। মরম অসিনা অশিংবনা গুরুবু লাইনি, আত্মানি খল্লুনা ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরবু নীংজে।

মশানা খংত্রিবা, খংনিংবা গুরুদগী খংবা শুমজে অছুগা খংলবা অছুসু গুরুদগী অমুক তারগা চিংনবা পূম্বা মাংখিছুনা অচুম্বা লেপ্পা শুম্মি। অছুনা গুরুদা থাজত্রবা, ভক্তি লৈত্রবা ওইজবগী মরম থোকহনবা শুমদে। ঈ রদা থাজবগুম গুরুদসু থাজগনি, ভক্তি তৌগনি, পেনবিনবা তৌগনি। অছুনা লাইগুম্বদগী লাই অছুম ওইরে। গুরু কৃপাদগী ভগবান্‌গী কৃপা কংজরে।

মথক্তা পনখিবগুম খংত্রবা মতমদগী হায়রবদি কুইনা কৃষ্ণবু কাউখিবনা কৃষ্ণদগী মমায় লৈথোকই। অসুম্না মমায় লৈথোপ্রবা জীববু খংত্রবা মতমদগী মায়াগী মখা পোলহনপ্রে। মরম অসিদগী ভগবান্‌না চাল্লবী মায়ানা জীব অছুবু শিবা, হিংবা, অরা অনাগী ঈচেলনা সংসারগী অরাবা, অচাকপা পী।

'সাধু শাস্ত্র কৃপায় যদি কৃষ্ণোন্মুখ হয়।
সেই জীব নিস্তরে মায়া তাহারে ছাড়য়॥'

কৃষ্ণনা লৈশিন্নবা সাধু শাস্ত্র কৃপানা।
জীবচু লাগ্নরে মাবু থাদোক্লে মায়ানা॥

শ্রীভগবতগীতায়াং সপ্তমাধ্যায়ে চতুর্দ্দশ শ্লোকঃ— ৭।১৪

শ্রীভগবতগীতানচু ৭শুবা অধ্যায়গী ১৪ শুবা শ্লোকশু হায়—

দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া।
মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে।

ঐগী গুণ চেন্নবী দেবী মায়া মাবু লাম্বোকপা য়াম্না লুই।
ঐঙোন্দা চংজরবা মাখোয়শিং অদুনা মায়াসিবু লাম্বোকপা ঙম্মি।
করিনা ঐগী অকবনে। হায়বগী রা তারো সনাতন। মথক্তা মায়াদগী লাম্বোকপগী উপায় হায়খ্রে। অসিদগী লাকপদি কৃষ্ণ নীং-বতনা মরু ওইবা রাকম্নি হায়বনি অদুদি কৃষ্ণদি কনানো? কৃষ্ণ ঐগী (জীবগী) মবুঙেঙানি, মাঙোন্দগী হেনবা মপু মবুঙেঙা কনা অমা লৈত্রে, মাতনা কনবিনবা মশক্তি। ফংকম থোক্লিবস্তু মহাক্তনি, অদুদি ফংনবা অদুগী উপায়দি, পাম্বৈদি করিনো? - সাধন ভক্তিতনা মাবু ফংনবগী লম্বীনি [সাধন ভক্তি ইন্দ্রিয় শিজিন্নরগা থোকপা ভক্তি হায়বনি শ্রবণ কীর্ত্তনচিংবা—তাবা শোনবনচিংবা ইন্দ্রিয়গী মরিদগী থোকপা ভক্তি অদুবু সাধন ভক্তি কৌই।]—

শ্রীমদ্ভাগবতকী ৭।৫।২৩—২৪ শ্লোকশিং—

শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোস্মরণং পাদসেবনম্।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্॥
ইতি পুংসার্পিতা বিষ্ণৌ ভক্তিশ্চেন্নবলক্ষণা।
ক্রিয়েত ভগবত্যদ্ধা তন্মন্যেঽধীতমুত্তমম্॥

বিষ্ণুগী নাম তাজবা, শকচবা, শোজবা, মথোং সেবা তৌজবা,

পূজা তৌজবা, খুরুমজবা, মনাই ওইনা, মরূপ ওইনা অমসুং মবুঙেঙো ওইনা মশা কথোকপা মওং (লক্ষণ) মপাল অসিগী ভক্তি ভগবান্ বিষ্ণুদা লৈজবা অমসুং লৈজহনা চৎচবা মী অহুগী তমজবগী মহৈ য়াল্লে।

গুরুপাদদা চংজবা, মন্ত্র দীক্ষানচিংবা অমসুং নাম তাবা শোনবা, শকপা পূম্নমক সাধন ভক্তি মনুং চ'ল্ল। মা'সম্ম অমুক বৈধী অমসুং রাগ'নুগা খেন্নবগী মতুং ইন্না অনি ওই বৈধী অমসুং রাগানুগা— বেদগী শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা সাধন তৌজবা অদুবু বৈধী কৌই। পামজবগী লল ওইবা, মাগী দমক্তা অকনবা খোয়াংবা মাঙোন্দা অয়ুংবা অকুংব) পুক্লিং থিংজি-ববু রাগ কৌই। মুং'শবা (স্নেহ) য়োমদা চংশিল্লক্লগনা অসুম্নসু হায় মুংশিবা অহুনা অরাবসু নুংঙাইবা ওইবা অহ রাগনি—অহুগা নুংশিনবা (প্রণয়) না কু থিবা মরমদা কৃষ্ণ শঙন চংবদা হেঞ্জিন্না অরাববু থম্মোইদা নুংঙাইবা ওহনা কাউবা অহুবুসু রাগ কৌই হায়। অসিগুম্বা রাগ নত্রগা রতি ভাক্তদা য়ম্ন কন্না লৈবা অহুবু রাগাত্মিকা ভক্তি কৌই। রাগাত্মিকা ভক্তিবু ইন্দুনা তৌবা ভক্তি অহুবু রাগানুগা ( রাগ + অনুগা ) কৌই। প্রেমদা পুক্লিং থিংজিনবগী লক্ষণ লৈবা অহুনা রতিনি। রতি অসিনা কুংশিল্লগা প্রেম ওই। ভগবান্গী হ্লাদিনী হায়বদি নুংঙাইবাপীবী শক্তি অহুগী মরুওইবা শরুক অহুনা ভাবনি। ভাব অসিদগী প্রেম লাকই। প্রেম অসিনা য়াংথং য়াথংলক্লগা স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব, মহাভাব ওই। স্নেহ—প্রেম্না হেনগৎলক্লগা থম্মোইবু থোৎহনবা অহুবু স্নেহ কৌই। মান—স্নেহনা কুংশিল্লক্লনা হেনগৎ লকপদা অনৌবা নত্রগা মমাংদা কাউপ্রবা মাধুর্য্য নত্রগা মহাও চুপহল্লক্লবদা পুক্লিংগী অচুম্বা অহু থাদোক্লনা তৌশিন্নবা অহুবু মান কৌই। প্রণয়—মাননা হেনগৎলক্লনা 'বিশ্রম্ভগী' কীবম ওইরক্লবদি মাহুবু প্রণয় কৌই—বিশ্রম্ভ হায়বনা নুংশিনরিবা অহুগা পুক্লিং

খেন্নদবা অহুবুনি। অনুরাগ—রাগ অহুনা হেনগৎলকপা, কুংশিল্লকপদা নুংশিখোইবা অহুবু মতম পূম্বদা কাউহনতা লৈরবস্থ নৌনত্তা থোকপা অহু অনুরাগনি। ভাব—অনুরাগ অহুনা মাগী আশ্রয় ভুংকম অহুগী ওমথৈ য়ৌনা রাংখৎলকপা অহুনা ভাবনি; হায়ত্রিবশিং অসি প্রেমগী লীলা ওাক্তনি। ভাব অসিনা কুংশিল্লক্রগা হায়বদি রাংখৎ-লক্লগা ওমথৈগী অরোইবা য়ৌবা অহুনা মহাভাব ওই। মাসিদি অতে কনাদা ওইদে ব্রজদেবীতদা কাউবনি। চু পাম্বীনা মথং মথং থাক কায়কপনা সিতামিশ্রি য়ৌরকপগুম রতিনা মথং মথং মহাভাব ওইরকই অমসুং থাকশিং অহু প্রেমগী বিলাস ওইবনা প্রেমদা পুন্নপ গুপচিল্লি। সাধন অসিগী য়াওদবা য়াত্রবা প্রয়োজন-পোৎচংদি করিনো, প্রেম্নি। অসিদগী হেনবা কৃষ্ণ কংববগী পোৎচং লৈত্রে।

অপাম্বা পুন্নমক্তগী লাম্ভোক্তুনা শেংলবা কৃষ্ণ সেবাবু পুক্লিং লোংদনা ইগ্রিনা তৌবা অহুবু ভক্তি কৌই। হরিভক্তি বিলাসনা অমুমসু হায়—হকচাংনচিংবা অতোপ অতোপ্পা হীরমশিংদা অপাম্বা, মীহোৌবা অমভা লৈরুদনা শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম থিংজিন্না পামজবা অহুবু ভীষ্ম, প্রহ্লাদ, উদ্ধব অমসুং নারদনা ভক্তি কৌই। ভক্তিগী দমক প্রেমদগী হেনবা পোৎচং অমসুং কান্নবা লৈত্রে হায়রে। মাসিনা রাংবদি পুরুষার্থ হায়বদি মী অমগী সাধন তৌজকম থোকপা হীরম পুন্নমক্তী ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষগী কোকথক্তী মণিনি।

"কৃষ্ণ মাধুর্য্য সেবানন্দ প্রাপ্তির কারণ।
কৃষ্ণ সেবা করে আর কৃষ্ণ রস আস্বাদন॥
কৃষ্ণগী অথুম্বা সেবা নুংঙাইবা পীবীনি।
কৃষ্ণ সেবা তৌহনা কৃষ্ণ রস চুপ্পনি॥

প্রেম্না কৃষ্ণ মাধুর্য্যবু চুপই। প্রেম্না কৃষ্ণ সেবা তৌই। প্রেম্না কৃষ্ণ

রস চুপই। প্রেম য়াউদনা, প্রেম লৈতনা কৃষ্ণ নীংবগী করিগুম্বা উপায় অমা লৈত্রে। অতুনা প্রেমতনা মহাললনি। প্রেমগী মপান্দা কৃষ্ণ ফংনবগী মওং মশক অমা লৈতে। মথাদা লাক্লিবা রারি অসিনা খুদম ওইনা পীরি।

লাইরবনা তৎলবা ইমুং অমদা য়াম্না শিংলবা পুন্নমক খংবা নিপা অমা লাকই। মাহাক্না য়ুম্বু অতুনা রাবা উবগা 'নং অমুক রারিবা করিগীনো? নংগী য়ুম্ফম অসিদা নপাগী লন য়াম্না ফুমহনা লৈরে। তৌথোক্লগা শেল মরাম অসি লৌরগা নংগী লাইরবা কোক্লো।' তাবদা য়ুম্বু না কদোমদা তৌগদগে হংবদা মাহাক্না খুম্মি—মথারোমদগী তৌরবদি খোংরেল থোক্লকনি, শেল ফংবা য়ারোই। মনীংলোমদা তৌরগা যক্ষ অমা থোক্লকুনা য়েখায়বা থোকনি অমসুং ভূতনা তোংহনা লৈগনি, শেল লৌখৎহল্লোই অরাংদা তৌরগা লিলজাও অমা থোক্লকুনা নহাকপু য়োৎকনি। নোংপোক্ক-দনি লৌরিবা শেল মপে অহু, খরগা তৌবদা নহাকী নখুৎকা হেক্তা থেংনগনি।

অসিগুম্না কর্ম্মনা, জ্ঞানবা, যোগনা পীতুনা নত্তে ফংগদবা ভক্তিতনা লমজিংহনা খাদং তৌবদা ফংগদবনি কৃষ্ণ-লল হায়বদি অতৈ মায়কৈদা হোৎনদনা, মাথোয়শিং থাদোক্কুনা ভক্তিগী মায়কৈদা তৌরগা কৃষ্ণ ফংগনি তাকপনি।

ঐছে শাস্ত্র কহে কর্ম্ম জ্ঞান যোগ ত্যজি।
ভক্ত্যে কৃষ্ণ বশ হয়, ভক্ত্যে তাঁরে ভজি॥

শাস্ত্র হায়মুন্না, কর্ম্ম জ্ঞান যোগ থা-না।
ভক্তিনা পুল্লি কৃষ্ণ, মাবু নীংবা ভক্তিনা॥

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১১।১৪।২০ দা হায়—

ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাঙ্খ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
ন স্বাধ্যাস্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা॥

হে উদ্ধব ! য়ুংলবা ভক্তিনা ঐবু লাকশিনবগুম যোগনা, সাংখ্য-জ্ঞাননা, ধর্ম্ম ভাকপনা, বেদ পাবনা, তপস্যা তৌবনা, লয়োইবনা (ত্যাগ-থাদোকপনা) তৌবা ঙমদে।

মথক্কী খুদম্না উৎপাদি মানা তৌরুরিবা 'কর্ম্ম' অদুনা হায়রবদি খোইরেলনা চিকপদা অকৌবা ফংবা, অনাবা ফংবগুম কর্ম্মদা মপূক থিংজিনবা জীবগী মখল মথা অয়াম্বা অরা অনাবনচিংবা থোরক-নিঙাইনি। দক্ষী যোগনা লল থুম শংবদনি, লল অদু মশানা শিজিন্নবা ঙমদে, অতোপ্পদা পীবসু ঙমদে। অসুম্না যোগগী লম্বীনা যোগিশিংনা ভগবানবু কাউবা নথৈ ফংই, অদুগা ভগবান্গী মাধুর্য্য অদুদি কাউবা ফংদে, অতোপ্পদা কাউহনবসু ঙমদে। অরাং লোমদনা অমুবা লিনজাওনা য়েংখিনি হায়রি। মাসি দৃগদৃষ্টান্তগী মতুংইন্না থা, নোংচুপ, অরাং মথংশিংনা কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং যোগ সাধন অদুম অসিবু লেপ্পি অদুগা খোইরেল দক্ষ, লিল অমুবা খুদমশিং অসিনা স্বর্গ, মুক্তি, অণিমানচিংবা সিদ্ধিশিংবু লেপ্পুনা প্রমাণ ওইনা পীরি। নোংপোক্কী খুদম্না ভক্তিবু থংহল্লি অমসুং ফংলিবা লল অদুবুনা কৃষ্ণলবুনি থংগনি। কর্ম্ম তৌবনা কৃষ্ণ ফংবা ঙমদে, খোইরেলনা চিকপগী চৈনাখোলগুম রাডুনগা তোকই। জ্ঞাননা শংবমথৈ শংলবা ব্রহ্মদা তিনখি। যোগ সাধন্না কৃষ্ণ ফংদে অমুবা লিলগী থয়ান্তা তাবা মীনা রাবগুম অরাবগী মশক ওইরবা অণিমানচিংবা সিদ্ধিশিং ফংদুনা তোকই অদুগা ভক্তি সাধনাদ কৃষ্ণ ফংই। অদুনা কৃষ্ণ, কৃষ্ণভক্তি, প্রেম থোইদোক হন্দোকপা ললনি। বেদনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্তা কৃষ্ণনা অখোইবা সম্বন্ধনি (ফংনবা পোৎনি) হায়রি। মাসিগী ভাব ফংজবদা মাম্না মশানা অদুম মাংজখি।

শ্রীমদ্ভাগবতে ১১।১৪।২১

ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মা প্রিয়ঃ সতাম্।
ভক্তিঃ পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বপাকানপি সম্ভবাৎ॥

সাধুশিংনা সুংশিজরিবা আত্মা ঐনি, থাজবা ভক্তিতনা
ঐবু ফংং। ঐগোন্দা পুক্তিং থিংজগ্গবা অহুবু ভক্তি কৌই।
ভক্তি অ'সবু লৈববদি চণ্ডাল ফাওবা পোকপগী দোষ
অহুদগী কোক্তুনা শেংগও।

'গৌণ মুখ্য বৃত্তি কি অন্বয় ব্যতিরেকে।
বেদের প্রতিজ্ঞা কেবল কহয়ে কৃষ্ণকে॥'

গৌণ মুখ্য ৱাকম অন্বয় ব্যতিরেক্তা।
বেদনা লেপ্লিবা ওইবনি কৃষ্ণংদা॥

মাসিদা গৌণগী ৱাকয়া পোৎখনবগী ৱার্কায় অহুগা মুখ্য ৱাকয়া
তৌদবা য়াম্রবা ফংনিংঙিবা অহুবু ফংনবা সাধনবুনি। মা লৈরগা
লৈবা অহু অন্বয়নি, মা লৈত্রগা লৈতবা অহুনা ব্যতিরেকনি। খুদম
ওইনা হায়রবদা লৈপাক্কী চফু থোকই অহুগা সনা লৈবনা নাইনুগী
লৈনবা ওই, অহুনা মাসি অন্বয়নি। অহুগা লৈপাক্কা সনাগা
লৈত্রবদি চফুগা নাইনুগা লৈরোই অহুনা মাসি ব্যাতরেকনি।
অমুম্না মরম পুন্নমক্কী মবম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ লৈবনা জগৎ লৈবনি,
মাহাক লৈত্রগনা জগৎ লৈরোই। অর্থ অসি বেদনচিংবা শাস্ত্র
পুন্নমক্কা মকম অমদা গৌণ বৃত্তিদা অমদা মুখ্য বৃত্তিদা, কবিগুম্বদা
অন্বয়দা কবিগুম্বা অমদনা ব্যাতিরেকতা অসিনচিংবাশিং অসি লৌর-
ছুনা কৃষ্ণতবু সম্বন্ধ (ফংনবা পোৎ) নি হায়রি।

শ্রীমদ্ভাগবততে ১১।২১।৪১-৪৩

কিং বিধত্তে কিমাচষ্টে কিমনূদ্য বিকল্পয়েৎ।
ইত্যস্যা হৃদয়ং লোকে নান্যো মদ্বেদ কশ্চন॥
মাং বিধত্তেঽভিধত্তে মাং বিকল্প্যা পোহ্যতে হ্যহম্।

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১১।২১।৪১-৪৩ দা হায়—

বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা পীরিবা নিয়ম, দেবতাকাণ্ডদা ফোংদোক্লিবা অহু,

জ্ঞানকাণ্ডদা মরম পুথোক্তুনা তর্ক তৌরিবা পুম্নমক্কী মরু হনগ্রবা অদুদি ঐ নত্তনা কনানসু খংদে। অশেংবদি কর্ম্মকাণ্ডনা হৌনবনি হায়রিবা ঐবুনি। দেবতাকাণ্ড ঐনা ক্ষোংবনি অদুগা জ্ঞানকাণ্ডদা তর্কনা যুক্তি তৌদুবা লেপ্লিবা ঐবুনি।

[ বেদগী কর্ম্মকাণ্ড, দেবতাকাণ্ড অমসুং জ্ঞানকাণ্ডগী মরু ওইবা না ভগবান্‌নি ]।

লল কংলগা করি কাইরে ? নুংঙাইবা ফংই, নুংঙাইবা অদু কংলগা লাইরবগী অরাবা মাংগ্রে। অদুনা লল কংবগী মরু ওইবা হায়বদি মুখ্যফল নুংঙাইবনি। অদুগা লাইরবা মাংখিবনা মশানা ইঙ্গরকপা মহৈনি। অদুগুম্বদুনা সাধন ভক্তিগী মহৈনা প্রেমনি—প্রেম অদু কংলগা কান্নবা করিনো ? প্রেম কংলগা কৃষ্ণবু চুপচবগী নুংঙাইবা ফংই। অদুগা নুংঙাইবা অদুদগী সংসারগী নুংঙাইবগী না মাংখি। সংসারগী নুংঙাইবা মাংখিবা মশানা ইঙ্গরকপনি। অদুনা কৃষ্ণ প্রেমগী নুংঙাইবনা মরু ওইবা মুখ্য প্রয়োজন (মসুং মপানগী পোৎচং) নি। বেদ শাস্ত্রদা সম্বন্ধ, অভিধেয়, প্রযোজন হায়রিবা অদু 'কৃষ্ণ,কৃষ্ণভক্তি প্রেম 'তিন মহাধন' বুনি। মথক্তা আদি ৭শুবা মতাংদসু হায়রে— শ্রীকৃষ্ণ সম্বন্ধনি হায়বদি প্রমাণ তৌনিংঙিবা পোৎ অদুগা অদুবু খংহল্লিবা অনিগী পুনকম মরী—সম্বন্ধনি ; শ্রীকৃষ্ণভক্তি অভিধেয়নি হায়বদি তৌদবা য়াদবা কংনবগী সাধননি। প্রেমনা প্রয়োজন হায়বদি মনুংদসু মপান্দসু ভগবংকা থেংনজবা উজবা হায়বা। বাকম অদুম বেদান্ত সূত্রদা প্রমাণ তৌরবন হায়না ব্যাখ্যা তৌই। মুখ্য সম্বন্ধ অসি থোকপদগী মায়াগী অপুনবা পুম্না মাংখি। অদুনা ভক্তিনা কৃষ্ণ কংনবগী উপায়নি। শাস্ত্র পুম্নমক্কা মাসিবু অভিধেয় কৌই।

সনাতন হৌজিক কৃষ্ণতত্ত্ব ঙারো।—

অদ্বয় (অনিগুম্রবা), জ্ঞান তত্ত্ব অদু কৃষ্ণতত্ত্বনি। মাগা মায়বা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈত্রবা অদ্বয়নি—মাসিনা করিগুম্বা

পোৎ নত্রগা পাঙ্গল ভাইদনা মতোমতদগী পাংথোকচবা (সিদ্ধ ওইবা) ওত্বা 'স্বয়ংসিদ্ধ' -অত্তুবু খংই। মাহাক্কা চাংদম্নবা কনা অমতা লৈতে। জ্ঞানগী অর্থনা সৎ, চিৎ, আনন্দনি — 'সত্যং জ্ঞানমানন্দং ব্রহ্ম'। সত্যনে জ্ঞাননে আনন্দনে অসিনা পূনবা অত্থু ব্রহ্মনি। অত্থুনা সচ্চি-দানন্দসে কৃষ্ণগী মশক্কি।

সর্ব্ব আদি সর্ব্ব অংশী কিশোর শেখর।
চিদানন্দ দেহ সর্ব্বাশ্রয় সর্ব্বেশ্বর॥

হৌকম খাইকম কিশোর মকোক্কি।
চিদানন্দ হকচাং খাই চংকম মপুনি॥

ব্রহ্মসংহিতানা হায় —

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদিগোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্॥

কৃষ্ণ থোইদোক হেন্দোকপা ঈশ্বরনি।
মাহাক সৎ চিৎ আনন্দ মূর্ত্তিনি। হৌরকফম খংদবা
অমসুং খংবা মাহাক্কি মরমদি মরম পূম্নমক্কী মরম গোবিন্দ মাহাক্কি।

'স্বয়ং ভগবান্ কৃষ্ণ গোবিন্দ পর নাম।
সর্ব্বৈশ্বর্য্য পূর্ণ যার গোলক নিত্যধাম॥'

কৃষ্ণ ভগবান্মক্কি, গোবিন্দ অতৈ মিংনি।
মতিক পুম্বা পুম্বা গোলোক মাগী নিত্যধাম্নি॥

শ্রীমদ্ভাগবতনা ১।৩।২৮ দা হায়—

এতে চাংশকলাঃ পুংশ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে॥

মাথোয় পূম্নমক (তারবা তাদবা অবতার পূম্নমক) পুরুষগী শরুক নত্রগা শরুক্কী শরুক্কি। কৃষ্ণতনি ভগবান্দি। মাহাক্কা দৈত্যশিংনা ওৎপিয়বা জগৎপু

মাহাক্কী অবতারশিংনা কনবিহনা মুগ মুগ খুদিংদা
মুংঙাইবা পীখি।

জ্ঞান, যোগ, ভক্তি সাধন অহুম অসিনা মানা মানা পুজরিবা
ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান্ মওং অহুমসি ওইনা কোংই। ব্রহ্ম
মাহাক্কী হকচাংগী মঙালগী মশক্তি।—মুমিংপু শউলগী মিংনা মঙাল
মতুমগুম উবগী মওংনি। পরমাত্মা কৌরিবা অদু কৃষ্ণ অদুগী অংশ
(শরুক মচেৎ) অমতনি। আত্মাগী আত্মা ওইরিবা অবতার পুম্নগী
থোককম—অবতার ওইরককম ওইবা কৃষ্ণনি—'আত্মার আত্মা হন
কৃষ্ণ সর্ব্ব অবতংস।' ভক্তিদা ভগবান্বু ফাওজনা মপু' ফাননি।
অসুম্না (অমতনা) মশিং খংদ্রবা মশক ময়াম ওইরিবা বিগ্রহ অমতননি।
শ্রীমদ্ভাগবতনা ১০। ৪। ৫৫ দা হায়—

কৃষ্ণ মেনমবেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্।
জগদ্ধিতায় সোঽপ্যত্র দেহীবাভাতি মায়য়া॥

কৃষ্ণ অসি আত্মা পুম্নমক্কী আত্ম নি হায়না খংউ। জগৎকী
মঙ্গলগী দমক থোইদোক চেন্দে কপ্রবা পুরুষ ওইরবসু মাহাক্না যোগ
মায়াদা থুপ্রহনা চুম্নী মীওইবগী মশক শ্রম গৌরগা কোংবিরি।
শ্রীমদ্ভগবতগীতানা ১০। ৪২ দা অমুক হায়রি—

অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জ্জন।
বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নমেকাংশেন স্থিতো জগৎ॥

শ্রীমদ্ভগবদগীতা ১০। ৪২। দা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন অমমমতা
খংবনা কান্নবা করিনো? ঐগী অংশ অমতনা জগৎ থুংনা শিন্দোক্লনা
থম্লিবনি—তাকপীখি।

অবতার সব পুরুষের কলা অংশ।
কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্ সর্ব্ব অবতংশ॥
অবতারশিং পুরুষগী কলা অংশনি।
অবতার মকম কৃষ্ণ ভগবান্নুনি।

লোইকম লেপকম খংত্রবা কৃষ্ণ মওং অহুম থোক্না খাইদোকই—ব্রহ্ম, পরমাত্মা, ভগবান্ হায়না। কৃষ্ণদি নিরাকারনি। মাহাকী মূর্ত্তি মশক মতৌ থেম্নকম, লেপকম খংদবা, করম্বা মওংনি হান্নবা ওমদবনি। [সম্মোহিণী তন্ত্রনম্ন হায়রি—

> অনন্তো নির্গুণো নিত্যো নির্ব্বিকল্পো নিরঞ্জনঃ।
> নিরাধারো নিরাকারো নিরাভাসো নিরাশ্রয়ঃ।।
>
> মাগী ওমথৈ খংদবা মায়াগী গুণনা মাবু শোকপা ওমদবা, অরেপ্পা কায়হন্দবা, অঙকপা লৈতবা, অমকপা ম্লাওদবা, মানা তুংওনবা লৈতবা মশক লেপকম খংদবা, মাগা মান্নবা লৈত্রবা, মাবু চংজকম পীবা ওম্বা লৈতবা মাহাক্নি।

গীতাদা অর্জ্জুন্না বিশ্বরূপ দর্শন কংখিবগী মশক মওং অহু তত্ত্র অসিনা হায়রিবা অসিনি। মাহাকী মশক করিনো, মওং করিনো কন্না পাকই, শাংই, রাংই খংকম য়াওদবা, খংওমদবা মওং মশক য়াওকম খংদবা অহু কৃষ্ণনা ওইবা নিরাকারনি। কৃষ্ণনা খাইদোকইবা শককম অহুম অসিগী ব্রহ্মনা নিরাকার ওইনা লৈরে; পরমাত্মানা মশক নাইরে অহুবু মাগী থোংলোই থোংবু কনা ম্লাওদে মতোমতথক লৈবনি অমসুং ভগবান্গী থোংলোই থোংবু লৈ, লীলা বিলাস লৈ অহুগা মশান্থ সাকারনি—মশক নাইবনি। অহুনা জ্ঞান সাধকশিংগী মকমদা মাহাক ব্রহ্মনি, যোগ সাধকশিংদা পরমাত্মানি অমসুং ভক্তি সাধকশিংদা ভগবান্ ওইনা কাউই। পুম্নমক অসিগী মহুংদা মীওইবগী শককম লৌহুনা লেংওকইবা কৃষ্ণদা মাহাক্না পুম্নমক্কগী থুম্বা, মুংশিবা, মীওইবগী মুংশিজনকম ওইবা শককম্নি। লাইবককবী

পৃথিবীনা মাগী শান্নকম ওইজে, অদুগা লম্মুক্লব্রবা মীওইবগী—সাধু সঙ্গী কৃপানা লমজিং মৈয়া ওইরি।

ভগবান্গী মশক অহুম্নি। স্বয়ংরূপ, তদেকাত্মরূপ অমস্যুং আবেশ। মওংশিং অসিনা ওইদুনা মাহাক্না লৈরক্লি।

'স্বয়ংরূপ, তদেকাত্মরূপ আবেশ নাম।
প্রথমেই তিনরূপে রহে ভগবান্।'

স্বয়ংরূপ, তদেকাত্মরূপ আবেশ কৌনা।
অহানবদা শক'হুম্না লৈ ভগবান্না।

কনাদগী কিরিগুম্বা অমা লাক্লিংঙাই লৈতবা মশাগী শককম অদুমক্লা কোংবা অদু স্বয়ংরূপনি। শককম অদুনা স্বয়ংরূপকী অতোপ্পদি নত্তবা অদুদা মওংদা মতৌদা ফিজেত্তা শাজংতা তোপ্পা উবা মাহাকপু তদেকাত্মরূপ কৌই হায়বদি মৎস্যানচিংবা লীলা অবতারশিং। ভগবান্না মাহাক্কী জ্ঞান, শক্তিনচিংবগী শরুক্না কনা জীবদা চংবা অদু-গুম্বা মকোকথোংবা জীব অদুবু আবেশ কৌই। স্বয়ংরূপপু অনি অমগা লৈরি—অমনা মশামক—স্বয়ং, অদুগা অমনা কোংবা—প্রকাশ, স্বয়ংরূপ কৃষ্ণতনি, ব্রজদনা গোপ মূর্ত্তি ওইবদুনি।—'স্বয়ংরূপে স্বয়ং প্রকাশ দুইরূপে স্ফূর্ত্তি। স্বয়ং এক কৃষ্ণ ব্রজে গোপমূর্ত্তি॥' স্বয়ং মূর্ত্তি অমথক্তনি—মাহাক্তি অহোংবা অমাংবা ওম্থোকপা নাইদে। মাহাক গোপবেশ থোনবা, বেনুবাঁশি পাইবা নটবর, ব্রজেন্দ্রনন্দন ইনথৎলকপা মপুং ফাবগী মশক্তদা ওইবা স্বয়ংরূপনি। [অককপা কক্তবা, অত্তৌবা, অশংবা, নাপু, অঙাংবা মচুনচিংবনা মকম চানা চানা হাপ্পুনা লংলবা অমস্যুং কৃষ্ণেগী মওং ওইনা শেম্বা ফিজোলবু নটবরবেশ হায়না খংনৈ]। মূর্ত্তি অমতনা মক্কম অয়াম্বদা মতম অমতদা ওইবা অদুবু প্রকাশ কৌই, খুদমদি—রাসকী মতমদা কৃষ্ণ অমগা গোপী অমগা লেপমিন্নদুনা শান্নখিবা অমস্যুং মতম অমতদা

অতোপ অতোপ্পা মকমদা ইবেম্মা ময়াম লুহোংখিবা প্রকাশকী খুদম্নি। গোপী খুদিংগী কৃষ্ণ অমমম, ইবেম্মা শিশিং তম্নাতরুক্কী লুহোংবদা কৃষ্ণ মশিং শুনহনৃবা অহুবু প্রাভব প্রকাশ কৌই। অহুগা স্বরূপকী হকচাংদা অতোপ্পা বর্ণ (মচু) না ওইবা অহুনা 'বৈভব প্রকাশ' কৌই। খুদম্না বলরাম। মচুভা খেন্নবনি, অতৈদি কৃষ্ণগী কৃষ্ণ অহুনি—'বৈভব প্রকাশ কৃষ্ণের শ্রীবলরাম। বর্ণ মাত্রভেদ সব কৃষ্ণের সমান।' দেবকী মচা অহু বৈভব-প্রকাশ নি। পাম্বোম অনিগী ইবুঙ্ঙোনা মম্নি পান্নুরিবা অহুননি। পাম্বোম অনি পানবা শককমগা করি খেন্নদবা মরমদগী দ্বিভুজ ওইরিবহুনা প্রাভব প্রকাশনি অহুগা চতুর্ভুজ ওইয়িবা অহুনা বৈভব ওইনা শান্নবা লীলানি। স্বয়ংরূপ্তা গোপবেশ থোন্নি, গোপনি তাকই। বাসুদেবগী ক্ষেত্রিগী বেশনি অহুদা ক্ষেত্রিগী ভাব উৎলি। স্বয়ংরূপ অহুনা মাধুর্য্যদা খ্বাইগী মথন্নি।

ভক্ত্যে ভগবানের অনুভবে পূর্ণরূপ
একই বিগ্রহ তাঁর অনন্ত স্বরূপ॥

ভক্তিদা ভগবান্ কাউই মপূংফানা।
মাগী শক মশিং থংদে মূর্ত্তি অমতনা॥

ভক্তিদা ভগবান্গী মপুং ফাবা শককম্না কাউহল্লি।

কৃষ্ণনা শান্নবা লীলা মফম অহুমদনি—গোকুল, মথুরা অহুগা দ্বারকা। অসুম্না মথুরাদা কেশব, নীলাচলদা জগন্নাথ, প্রয়াগতা মাধব, মন্দারদা মধুসূদন, আনন্দারণ্যদা বাসুদেব, বিষ্ণুকাঞ্চীদা বিষ্ণু, হরিদ্বারদা হরি—ভক্তশিংগী দমক্তা মথল মথা ওইনা ফোংবি।

সর্ব্বত্র প্রকাশ তাঁর ভক্তে সুখ দিতে।
জগতের অধর্ম্ম নাশি ধর্ম্ম স্থাপিতে॥

ভক্তনা নুংঙাইনবা মানা ফোংবি থুংনা।
জগৎকী ধর্ম্ম শেম্বিবা অধর্ম্ম মাংহনা॥

থা তরানিথোইগী লাই মশক তরানিথোইনি। হিয়াঙৈদা কেশব, পোইন্নুদা নারায়ণ, রাকচিংদা মাধব, কাইরেনদা গোবিন্দ। লমতাদা বিষ্ণু, শজিবুদা মধুসূদন, কালেন্দা ত্রিবিক্রম, ইঙাদা বামন। ইঙেন্দা শ্রীধর, থবান্দা হৃষীকেশ, লাংবন্দা পদ্মনাভ, মেরাদা দামোদরনি। [মেরাদা থাওৈম কত্তুনা চিংখৎপদা দামোদর শোন্নুনা মেরা রা মতোন্দা' কৎনরকই।]

হকচাং কায়াদ তরানিথোইগী শেমহুনা নাম তরানিথোই শোন্নুনা চন্দন মকমশিং অহু মথং মথং শোকুনা মূর্ত্তি তরানিথোই ধ্যান তৌগনি। লাইবক্তা চন্দন থিনবদা কেশবপু ধ্যান তৌগনি। পুক্তা নারায়ণ, থবাক্তা মাধব, খোরি অকুৎপদা গোবিন্দ, য়েৎ থংবা পুক্তা বিষ্ণু, য়েৎথংবা পাম্বোমদা মধুসূদন, য়েৎথংবা লেংবান্দা ত্রিবিক্রম, ওইথংবা পুক্তা বামন, পাম্বোম ওইদা শ্রীধর, লেংবান ওইদা হৃষীকেশ, নংগন্দা পদ্মনাভ অমসুং খৃংদা দামোদরবু ধ্যান তৌগনি।

কৃষ্ণদগী ওইরকপা অবতার মশিং থিঙমদবনি। কনানা মশিং থিবা ঙমদ্রবনি। ঙম্রোইদবনি। মনা কৃংনা পাল্লবা উগী মশা মরক্তা থা মচা মচা উবগুম কৃষ্ণ অমতনা মাগী লোইবা নাইদ্রবা লীলাগী দমক মশিং খংদ্রবা অবতারগী শককম্না কোংই।—

অনন্তাবতার কৃষ্ণের নাহিক গণন।
শাখা চন্দ্রন্যায় করি দিগ্‌ দরশন ॥

লোইদ্রবা কৃষ্ণ শক্রোল ঙমদে থিবা।
উশালক্তা থাগুম মায়কৈতনি উৎপা ॥

[অবতার—জগত সংসারগী থবকী দমক স্বয়ংরূপনচিংবনা উৎলবা অহু অবতার কৌই। (১) মাহাক ঈশ্বরগী শক্তক ওইবা অমসুং প্রকৃতি, সত্ত্বনচিংবা গুণশিংগী মতৌ ওইহনা প্রকৃতিদা য়েংবনচিংবা

তৌবা, মপু অমসুং অবতার ময়ামগী মশক ওইবা মাহাকপু পুরুষ কৌই। (২) শান্নবগী দমক তৌবা অবতারবু লীলা অবতার কৌই। (৩) বিশ্বগী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং পালন—শেম্বা, লৈহনবা অমসুং ভাকপগী দমক সত্ত্ব, রজ, তম গুণশিংগী মপু ওইনা তৌবা অবতার ( ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব ) গুণাবতার কৌই। (৪) মন্বন্তর খুদিংগী অবতার তৌবা অদুবু মন্বন্তরাবতার কৌই। (৫) যুগ খুদিংদা তৌবা অবতারবু যুগাবতার কৌই। (৬) মতিক চাবা কনা জীবদা ভগবান্‌গী শক্তি চংবা অদুবু শক্ত্যাবেশ অবতার কৌই।]

অবতারশিংগী ৱারী ময়াম তারকপদা সনাতন্না হংলকই 'প্রভু হৌজিক কলিনি। কলি অসিগী অবতারদি কনানো? করম্না খংগদগে?' প্রভুনা খুম্মি 'অবতার অতৈ শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না খংই, কলিগী অবতারসু শাস্ত্রগী মতু' ইন্না খংগদবনি। অবতার অদুনা মাহাক্না তৌরকইবা অবতার অদু ঐনি ঐনি হায়না লাউথুনা চৎলোই, খুদম্না ওংরিবা য়েংলগ, খল্লগা লেপকদবনি।' সনাতন্না খুম্মি 'মচুনা নাপু ওইবা, পোকপগা কীর্তন হো দাক্লবা অমসু প্রেম পীনরিবা মাহাক কলিগী অবতারনি। চুম্মি চুমদে তাকপীয়ু প্রভু। অশেংবা তাকপীয়ু। চিংনবা পুম্বা কোকচয়গে। প্রভুনা হায়রকই 'হৈবন শিংমনগনু সনাতন। কৃষ্ণগী অতৈ ৱা তারো।'

ব্রজলীলাদা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা বাল্য অমসুং পৌগণ্ডগী শককম লৌখি অমসু' লৌদুনা শান্নখিবা লীলা কয়ানি। বাল্য কৃষ্ণ অমসুং পৌগণ্ড কৃষ্ণ নিত্য স্বরূপনি—লেংদ্রবা হোংদ্রবা কৃষ্ণগী নিত্য স্বরূপনি। [ বাল্য চহি মঙা কাওববু বাল্য কৌই। মঙাদগী তরা কাওবনা পৌগণ্ড অদুগা তরাদগী তরামঙা কাওবনা কৈশোরনি]। বাল্যলীলা মরূপকী ৱা য়াওদে, মধুরসু য়াওদে, অদুগা পৌগণ্ডদসু মধুবগী ভাব য়াওদে। কৈশোরতদা ভাব পুম্নমক্না পুল্লি। নিংথিজবা অথুম্বা রসনা থনবা গুণ পুম্নমক মপুংফানা, থম্না য়োম্লিবা কৈশোরদনি।

কৈশোরগী মকোক ধর্ম্মীনা ব্রজেন্দ্রনন্দননি। [ গুণ পূরমক্না পূনবনু 'ধর্ম্মী' কৌই। ] অদুনা গুণ পূরমক্কী তুংকম ওইরিবা কৈশোরগী ভক্তিতনা থাগৎকম ওই। কৈশোরগী মথাদদি প্রৌঢ় (মীয়ায় চনবা) বার্ধক্য (হমুবা) গী লীলা লৈতে। কৃষ্ণদি কিশোরতা ওইদুনা লৈবনি। কৈশোরনা লেংদনা লৈবনা রাসনচিংবা, লীলা শারে—'রাস আদি লীলা করে কৈশোরে নিত্য স্থিতি।'

পূর্ণ, পূর্ণতর অমসুং পূর্ণতম—হায়বদি কৃষ্ণগী মপুংফাবা, মপুং হেন্না ফাবা অমসুং মপুং থাইদগী হেন্না ফাবা স্বরূপ-মওংদি—দ্বারকাদা পূর্ণ (মপুং ফাবা), মথুরাদা হেন্না ফাবা অমসুং ব্রজদা থাইদগী হেন্না ফাবা রূপ ওই। মওং অদুম অসিগী চাওদি মনাইশিংগী মফমদা প্রেম ফোংবিবগী মতুং ইন্না মাসিগী বিচার তৌই। দ্বারকাদা থরতনি মথুরাদা থরা হেল্লি, ব্রজদনা পূমহেন হেল্লি। ব্রজগী কৃষ্ণদো অদুতনা পূর্ণতম্নি—'এক কৃষ্ণ ব্রজে পূর্ণতম ভগবান্।'

কৃষ্ণগুণদি শমথৈ লেপ্পিডাই থংদে। লোইফম থিবা ঙমদে। কৃষ্ণ মশামক্না মশাগী মগুণগী লোইফম থংদে। অনন্তদেবনা মচিল লৌশিংনা মগুণ শক্লক্লিবা হৌরকফম থংদ্রবা মতমদগীনি অদুবু হৌজিক ফাওবা লোইবা ঙমদ্রি। মাহাক মগুণ অমৃত ঈপাক্কী মরিক অমা ফাওবা পুক্লিংনা, হকচাংনা চিন্না থংজবা, শোকচবা ঙমগদবা নত্তে। কৃষ্ণগা মান্নবা কনাসু লৈতে, মাঙোন্দগী রাংথৎনবা কনা অমত্তসু লৈতে। অদুনা মাহাকপু মামুক রাংবা লৈতবা মাগা মান্নবা লৈতবা হায়নৈ।— 'তাতে বড়, তারসম কেহ নাহি আন।'

কৃষ্ণের ঐশ্বর্য্য অপার অমৃতের সিন্ধু।
অবগাহিতে নারিল তার ছুঁইল একবিন্দু॥'

কৃষ্ণ মতিক ঙমথৈ লৈতে—অমৃত ঈপাক্নি।
লুপ্না ঙমদে মরিক থক্তা শোকপনি॥

অদুনা কৃষ্ণনা মশাগী ঐশ্বর্য্য, মাধুর্য্য মশানা চুপচরি।

কৃষ্ণগী মতিক্কী মগুণগী রা হায়রক হায়রকপদা প্রভুগী লোল মকা লায়ক্লে, অদুগা পুক্লিংনা লুপগ্রে মাধুর্য্যদা। কৃষ্ণগী মর্ত্ত-লীলাগী মঙু' হুনবা মবল য়াওরক্লে। কৃষ্ণগী লীলা পূন্নমক্কী মঙ্ দা মীওইবগী লীলা অসিনা হথোইথোইবনি। মাহাক্কা লৌমিবা অঙ্গ অসিনা লৈতেংগী লৈতেংনি। থোনবনা যগ্রেম্নাহাগী কিজোলনি-কোম্নরিবনা মগ্রেম্নবগী মপোৎ মচৈনি। খুৎতনা বাঁশি, কোকথক্তা চূড়া রাহোং মতুগী চূড়া, থবাক্তা লৈপরেং, খজাইদা লাইবক্তা থোইথোইনা চোম্বক্লা শেম্নবা শম্নাক্তা চন্দন্না মম্বা মাসিবু 'অলক-তিলক ভালে' হায়

য়েংউ সনাতন, শক অদুগা চাংদম্নবা করি, কনা লৈ। চাংদম্ন-কম লৈত্রবনি। শককম অসিনা চীংলোইদবা মথরাই পানবা করি, কনা লৈ'র। জীব পূন্নমক—মথরায় পানবা খুদিং মাথোয়ত নত্তনা উবি, রারি, উ রানচিংবা পূন্নমক মাহাক্লা চীংশিন্দবা লৈতে চীংশিল্লি-বনি মতম পূন্নমক্তা।—

> 'কৃষ্ণের মধুর রূপ শুন সনাতন,
> যে রূপের এক কণ, ডুবায় সব ত্রিভুবন,
> সর্বপ্রাণী করে আকর্ষণ।'
>
> তাও সনাতন, কৃষ্ণগী রূপ থুমলবা।
> রূপ অদুগী মাবক্লা থুম্নাল্লি মরোল অহুম্মা,
> চপ্পু থরায় পানবা পম্বা॥

মনিগী মথক্তা মুক্ত'না থাম্নবা, কজবা পূন্নমক্কী মথক্তা কঙ্গবনা থোম্নবা শক অমিনি ভক্তশিংগী থুম্নবা লম, থম্ম ইবী 'মংনা মতম পূম্বদা চকশিন্ন মাখিন কনা ওত্তনা শেম্ন'ব রূপন। মাগী শাথেক, অহুম, যেনা কজবা ললিত ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি মাগী পীগুমগী, মিৎচিগী থোইথোইনা লৈইরকপা মিৎকমগী মিংয়ে', কয় হায়ন সনাতন!

মশাগী মশক অসিদা মশাস্থ ওকচরিবনি। অহুনা মশাবু মহাও ভংনিংবা মাস্থ নীংলিবনি, পাম্নিবনি।

মপুরোইবা নিংবদা মকোক খোংলবী কনানা মাখোয়দা চিংক নিংঙাই ওইরবী বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিংনস্থ কৃষ্ণদা চীংশিনবীনি। অহুগা কৃষ্ণনা চীংশিল্লিবী ব্রজগী গোপীশিং-মাখোয়গী প্রেমদি শেংলবা কামগী, অপাম্বগী মনম য়াওদ্রবা পোশক্তি। অসিগুম্বী শেংলবা প্রেমগী মুংশিবীশিং অসিগনি কৃষ্ণনা শান্নরিবা রাস লীলা। অওকপনি কৃষ্ণনা শান্নরিবা রাসলীলা, লীলা অসিনা মদন মপুক ফাওবা নৈথেকই। পুম্নমকপী শুম্বাংনবা মশক ওইরিবা মাহাক অহুমকপুনি শুম্বাংলিবা। মতাং অসিদনি কৃষ্ণবু মদনমোহন কৌরিবা—গোপী থম্মোই দোলাই তোংহুনা মদনগী মন শুম্বাংলি অহুগা মমিংনা মদনমোহন লৌই— 'চড়ি গোপী মনোরথে, মন্মথের মন মথে, নাম ধরে মদনমোহন।' অমুকস্থ হায়রবদা -

রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদন মোহনঃ।
অন্যথা বিশ্বমোহোঽপি স্বয়ং মদন মোহিতঃ॥
কোটি মন্মথ সৌন্দর্য্য জগৎমোহন বিগ্রহ শ্রীগোবিন্দলীলামৃত
মন্দস্মিত তনো গোপীকা পরিবেষ্টিত॥ শ্রীগোবিন্দলীলামৃত

রাধাগা লৈমিন্নবা মতমদা মদনবু শুম্বাংলি।
অহু মগুবদা তেংবানবা শুম্বাংলবস্থ মশাদি মদন্না শুম্বাংলি॥
কোটি মদন্দগী ফজবা জগৎ শুম্বাংপা মূর্ত্তি।
মোমোবা রূপ গোপীশিংনা কোইশম্বা।

কৃষ্ণনা ওইরিবা মওংদি মুক্তা পরেংনা উরোক পরেংনি, রাহোং মতুনা চুমথাং, সনাকিগে অঙাংবনা নোংথাং কুপ্পনি। কৃষ্ণনা অনৌবা নোংপূবা লৈচিল্লি, জগৎ-মহৈ মথক্তা লীলাগী অমৃত ঈরি চুবিরি—

'মুক্তা হার বকপাঁতি, ইন্দ্রধনু পিঞ্ছ ততি,
পীতাম্বর বিজুরী সঞ্চার।
কৃষ্ণ নবজলধর, জগৎ-শস্য উপর,
বরিষয়ে লীলামৃত ধার ॥'

উরোক পরেং মুক্তা লিক্ন, চুমথাং রাহোং মতুনা,
অভাংবা কিগে নোংথাং কুপ্পীরি।
নোংপুবা কৃষ্ণ লৈচম্না, জগৎ মহৈ থক্তা শিন্না,
হৈথবীরি লীলামৃত ঈরি ॥

হন্দকী অসি নোংপুবা অনৌবা লৈচিন্নি। জগৎ-মহৈ জীবগী মথক্তা অমৃত নোং চুঁববন্নি। অমুবা নোংপুবা অসিগী রাহোং মতুশিংনা ওাহাক্কী চুমথাং নক্তে তথক তথক লেংজ্রবা নোংথাং ওইনা মতম খুদিং লেংদনা লৈ। রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রনা কৎচরম্বা কজেংলৈ নটবরবেশকী তথক-নোথাং অহুগী মশক্কি।

অহুগা সনাতন অসিমস্থু তাও মাধুর্য্য হায়বসি ভগবান্ অহুগী অরোইবা পন্থেং অদিনি ভাগবত্তা শন্দোক্লিবা ভগবান্গী থুম্নবা রাহৈ-শিং। মহুনা ভাগবত তাকম থোকপনি, তাজহনা জীব পুম্না ভাগবত্তা চংজগদবনি। অসিদগ জীবনা ভাগবান্দা মমার ওনশিন্নকপা ওমজৈ, মমিং পাংজরকই জ্ঞান ক'লকই, ভাব তারকই। ভগবান্না লীলা অমৃত থিকথবিরকপা, চুথরকপা থেংনজবা কংই। মাধুর্য্যনা ভগবান্গী মচিনি। মাসিবু ব্রজদা শন্দোকপীরম্মি—'মাধুর্য্য ভগবত্তা সার, ব্রজে কৈল পরচার'।

কৃষ্ণমাধুর্য্যগী রা স্থম স্থম ভাংলকপদা প্রভুদা প্রেমগী বিকার লাক্লে; সনাতনগী খুং পাইরহনা মথুরা নগরীগী মগুণ থারক্লে। কৃষ্ণগী রসদা হায়বদি মথুরা নগরীগী মরোলদা প্রোকশিং থিরকলে।

গোপীশিংনা কবি লাইনিংবু নিংথিবা, মতম পুম্বদা মমিংনা কৃষ্ণ রূপকী অথুম্বা ললিত ত্রিভঙ্গরূপ – লেংলবা শাথেক অতমগী ফিরেপ চিযান্দা থুম্নবা মুরলীধরগী মুরলী, তেংবানবরু চাংশিল্লিবা খোই খোইবা-মিৎয়েং ভঙ্গিবু চুপচন্না মথরায়-পুন্সি হকচাংবু খ্বাইগী থক্তা থাজংখিবা ?

'সখিহে ! কোন তপ কৈল গোপীগণ ?
কৃষ্ণ-রূপ-মাধুরী, পিবি পিবি নেত্রভরি,
শ্লাঘ্য করে জন্ম তনু মন ।

সখি ! করম্নবু নিংথিবা গোপীশিংনা ?
কৃষ্ণরূপ অথুম্বা মমিৎ থন্না থকখিবা ?
পুন্সি, মশা মন রাওহন্না ?' কবিরাজগী লোলদা]—

গোপীভাব গোপীতগী ভাব অদুগা কৃষ্ণগী মাধুর্য্য অওকপনি অমনা অমবু মাযথিবা পীবা ঙমদে। গোপীভাবনা রাখৎ রাখৎলকপগা লোইন-লোইননা কৃষ্ণমাধুর্য্য লংখৎলকই। অমরোমদা কৃষ্ণ মাধুর্য্যনা রাংখৎ-রাংখৎলগা গোপী ভাবশু অহুম অহুম লুবা, লেংবা হেনগৎলকই।—'ক্ষণে ক্ষণে বাঢ়ে দোঁহে কেহো নাহি হারি'

কর্ম্ম, জপ, যোগ, জ্ঞান, বিধিভক্ত, তপ, ধ্যানশিংদগী মাধুর্য্য ফংঙমদে রাগমার্গদা অনুরাগদা কৃষ্ণ লাংঙ্গরবতদা কৃষ্ণ মাধুর্য্য লায়না ফংই। মুমিৎ খুদংগী অনুরাগতা লুপ্পুনা নৌনা নৌনা কাউহনা, নৌনা নৌনা মশাদা থোক্লুনা নাংঙ্গগগা রাগমার্গ অসিতদা কৃষ্ণ-মাধুর্য্য চুপচবা ফংই। অসুম্না ভাবনা য়োমহনা তৌ.া সেবাতনা মতেংনি।

'কর্ম্ম জপ যোগ জ্ঞান, বিধিভক্তি তপধ্যান,
ইহা হৈতে মাধুর্য্য দুর্ল্লভ।
কেবল যে রাগমার্গে, ভজে কৃষ্ণ অনুরাগে,
তারে কৃষ্ণ মাধুর্য্য সুলভ॥
কর্ম্ম জপ যোগ জ্ঞান, বিধিভক্তি তপধ্যান,
মাধুর্য্য কংবা অসিনা লুই।
রাগ মার্গদা চংলগা অনুরাগদা নীংলগা
মাঙোন্দা কৃষ্ণ-মাধুর্য্য হোংই॥

কর্ণামৃতদা--

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভো-
মধুরং মধুরং বদনং মধুরম্।
মধুগন্ধি মৃদুস্মিতমেতদহো।
মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্॥
থুমই—খোইদগীসু হেন্না থুম্মি কৃষ্ণগী হকচাং।
থুমই—খোইদগীসু হেন্না থুম্মি মাগী মায়থোং।
অম্মোংই! থুম্মবা মনম্না যোম্ন ? মোমোন মীনোক
থুমই থুমই থুমই থুমই—খ্বাইদা পুংথুম থুম্ম।

সনাতন লাই খুনিংগী মন্ত্র অমসুং গায়ত্রী লৈবনি। গায়ত্রী অরাইবা পোৎ নত্তে। চেকশিন্না মরু মুপা থংগদবনি। শোঞ্জারবা শকচান্নবা অদুবু কনাং চাযদুনা গায়ত্রী পৌই। মন্ত্র অমসুং গায়ত্রীনা পূজা তৌগদবনি। লাই খুনিংগী হৈবা গায়ত্রী শৃঙ্গাররসগী অবুঙ্ঙো শ্রীকৃষ্ণগীসু লৈ। আদিরস—ইশান হানবা রস অসিগী হৌরকফম কৃষ্ণনি। ইবুঙ্ঙোনা সংসার শেম্লগে সৃষ্টি তৌরগে হেক নিংবদা শৃঙ্গার-রস মশানা অদুম থোক্লক্লে। কৃষ্ণগী গায়ত্রী মমিং কামগায়ত্রী কৌই, মাহুদি—'কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবাণায় ধীমহি তন্নো ঽনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ।' পামজবা কংনিংবা থংহনবগী দমক কাম হায়রিবনি।

কজবদা, থুম্বদা, শাম্বদা, রসদা কৃষ্ণনা খাইদগী ফংনিংবা পোৎনি। গায়ত্রী অসি জপ তৌরগা কৃষ্ণ ফংনিংবা পোক্লকই, য়াম্না মুংঙাই-বগী ঈথক হৌরকই। অদুগা কৃষ্ণদি মাতঙ্গা ওইবা কনা অতৈঙ্গা ওইথোক্কবা 'নবীন মদন' নি—নোদনতা লৈবা মদননি। মাগী খোইথুম্নবা মীনোক্কী মায়থোং জীব পুম্নমক লেংদনা লৈরবা উৎসবনি।

'সনাতন কৃষ্ণমাধুর্য্য অমৃতের সিন্ধু।
মোর মন সান্নিপাতি সব পিতে করে মতি,
দুর্দ্দৈব বৈদ্য না দেয় এক বিন্দু।'—

—সনাতন কৃষ্ণ মাধুর্য্যাদ অমৃত ঈপাক্ল। ঐগী থম্মোইগী থুসাই লাহহৌনা লোইনবা থক্লিংই, লাইবকখিবনা মরিক অমা কাওনা পীবিদে মহৌবনা হায়না প্রভুনা অমুক্কসু তাকপীরে খৌরাং-প্রবনি - নিংজরবদি মাধুর্য্য ঈপাক্কী অমৃত মরিক অমত্তা থাক্কনা পুম্ন থক্লিংইবনি। অদুগা সনাতন মাগী বাঁশি মখোল তারবরা? মখোল অদুদ করম তৌবগে হায়ববু তানিংদবা পীগী মনাকোংদসু লাক্কনা থুংতৈ। অতাবা পূম্বনু ঙাওহল্লি, মনাক্তা নমহুনা চীংশিল্লি মকওইনা মুপী কাংলুপ্প, মখোল অদু কয়া ঙাওক্লে, মপুরোইবা নীংবাগী ব্রত থুগাইবি, মপুরেইবগী ওম্পাক্কগী চৈংতুনা পুবকই। বৈকুণ্ঠ। লক্ষ্মীশিংবুসু মানা অসুম চীংশিল্লবন, অদুদা গোপীশিংনা হা নাবি, লক্ষ্মীশিনা অসুম তৌবদা নাবারণগী মথবাক থাদোক্কদবগী ঈরাং তৌরবদা গোপ নিঙোল ঐথোয়দা করি ওৎনি! সনাতন, নংসি নবায়বক য়াম্না কবান কৃষ্ণনা নংবু য়াম্না চানবিরে। ঐবু যন্ত্র ওইহল্লগা থরাংবুনা ঙাওহল্লগা ঐগী ইচন্দগী মাগী ঐশ্বর্য্য অথুম্বা নংবু তাহল্লি। ঐদি অঙাওবন, করি হায়গে নিংলগা করি হায়-দোকখিবা মকম থংত্রবনি। থংঙ সনাতন,—ঐ অঙাওবনি, হায়নি

হায়রোই খংত্রবনি। ঐগী ই.থৌদি কৃষ্ণ মাধুর্য্যগী ঈচেলদা তাউহুনা চৎচবদনি।—

'আমিত বাউল, আন কহিতে আন কহি।
কৃষ্ণের মাধুর্য্য স্রোতে আমি যাই বহি॥'

সনাতন, হৌজিক্কি ভক্তি তত্ত্ব তারো। করি পোৎনো মাঙোন্দগী কৃষ্ণ প্রেম-ফল ফংবা য়াবা, মাহুদগী কৃষ্ণবু খংবা য়াবা অমসুং অহু খংলগা অতে অমা খংনবা লৈত্রবা ?— কৃষ্ণ ভক্তিতনি অভিধেয় পান্দমকম ওইগদবা ফংনবগী দমক সাধন তৌদবা য়াত্রবা। কৃষ্ণভক্তিতনি তৌত্রবা য়াত্রবা নথো। ভক্তি হায়বদি করিনো ? ভক্তি হায়ববু সেবানি। অহুদা তৌগদৌরবা সেবা অহুদি নশাগী নুংঙাইনবা নত্তে, কৃষ্ণ নুংঙাইনবগী দমক্তনি। অসি নত্তবা অপাম্বা নত্রগা অচ্চা পূজা থাদোকদবনি। ইন্দ্র পুম্নমক য়াওনা কৃষ্ণগীতা নৈনগদবনি থনগদবনি. অহুগী থুংলুকম্না কৃষ্ণ পেম্নবগী থোওং। কৃষ্ণতনবু পেনবিরবদি বিশ্বজগৎ পেল্লে। [ মহাভারতকী বনপর্ব্বদা দুর্বাশাগী নখুৎতগী কলবিনবা কনা লৈত্রবদা দ্রৌপদীনা মবুঙেভাবু—'গোবিন্দ দ্বারক বাসিন্ কৃষ্ণ গোপীজন প্রিয়ো' হায়না সভাপবদা কৌজখিবা অমুকস্তু কৌজররুবদা কৃষ্ণ লেংঙক্তুনা চাক চাগে নিররে. দ্রৌপদিনা লৈত্রে হায়রমক্তদা চাকথোং চফুদা য়েংহনবদা মরু অমতং পল্লমহুনা অহু হানগা পেল্লহনা থগেরক্লবদা সংসার পুম্বা পেনখি অহুদা দুর্ব্বাশাসু য়াওখিহুনা পাণ্ডবপুকীহুনা চেনখিবগী য়া অহু অসিনি ]। অহুনা কৃষ্ণ পেম্নবা হোৎনবা তৌত্রবা য়াত্রবনি।

কর্ম্ম, যোগ, জ্ঞান হায়র্বাশিং অসিবু 'ভক্তি মুখ নিরীক্ষক' ভক্তিগী য়াকা য়েংবা হায়না শিংথায়। কর্ম্মসু, যোগসু, জ্ঞানসু ইলৈ লৈতবনি —ভক্তি য়াওদবা কর্ম্ম, ভক্তি য়াওদবা যোগ, ভক্তি য়াওদবা জ্ঞান

পূম্নমক অয়েম্বা, মহৈ কংব্রবা থৌচৎনি—লৈহৌম্নিবদি ভক্তিতনি। মাসিদা কর্ম্ম, যোগ, জ্ঞান না মহৈশিং লৈ, মায়াগী অপুনবদগীসু কোকপী। নিত্যমুক্ত—অকা অপুন কনা কারি লৈত্রবা জীব অদুদি কৃষ্ণগী খোং-লোইনি। মাগী মরবা কয় লৈদ্রিনি। মাহাক্কি কৃষ্ণচরণদা তত্তুনা ওনশিল্লবনি, মখোয়গীদি তত্তুনা সবা কংজবগী লেপত্রবা মুংঙাইবনি।

নিত্যবদ্ধ অকা অপুন্না কৈবা চৎলবা সংসারদা লুপ্রবা মাহাক্না কমদৌবা? মাগীদি শাস্ত্রবা খুদোং থিবনি। মাদ তত্তুনা সংসারদা পুন্দুনা লৈবনি কৃষ্ণগী মন য় লৈথোকপ্রবান। অদুনা মাদি মতম শাংনা নরকী অরাবদা ওন্দুনা লৈরবনি। মাহাক অপাম্বা অশাও-বগী মথা পোল্লগনি অরাবা ত্রিতাপকী মৈশা লাংলিবনি, মায়ানা থুহম চনখিদুনা তত্তুন লৈবা কৃষ্ণ নিংবনা—তত্তুনা ওৎপিরবনি। অদুদি মাগীদি করি উপায় লৈরা? লৈ, মগী উপায় লৈ।

মাগী উপায়দি সাধু মাইবনি কারণগুম্বা মপোক অমদা ময়াইবক কহুনা 'সাধুসঙ্গ কংজবা অদুগ সাধু অদুন চান বদুনা কৃষ্ণভক্তিগী পাউতাক পীরবা অমসুং সাধুসঙ্গদ। কংজবা ভক্তি অদুতদা মায়ানা লম্বী থাদোকনে সাধু, শাস্ত্র কৃপানা কৃষ্ণনা ওনাশঙ্গবা জীব অদু কনবিরে, মায়ানা মাবু থাদোকপারে—

'সাধু শাস্ত্র কৃপায যদি কৃষ্ণোন্মুখ হয।
সেই জীব নিস্তরে, মাযা তারে ছাড়য॥'

অদুদগী মায়ানবু থাদোক্তুনা চৎপীথনদ সংসারদা লুপ্রম্বা অদুসু চংথ্রে। কৃষ্ণভক্তিদা চংজদুনা হোৎনজবগা কৃষ্ণ নংশা চঙরকই। কৃষ্ণ ভক্তি পোকপগী মরুদি সাধুসঙ্গন কৃষ্ণভক্তি জন্মমূল হয় সাধু সঙ্গ।' মমল য়ামগ্রবা লগানি সাধুসঙ্গ। কৃষ্ণ কনবগী চাউনা ফাংনীবা লম্বীনি। অদুনা লম্বী অসি থাদোক্লোইদবনি।

ভক্তি রসামৃতসিন্ধুনম্ (৩।২।৬)দা হায়—

অপাম্বা অশাওবনচিংবগী অয়ানবা মাথং মওং কয়া ভাক্লুরে। অতুদা মাখোয়না ঐবু চানবিদয়ে। মাখোয় ইকায়বন্থু থংদে, লেপ্লম্থু লৈতে। হে যদুপতি! অতুনা মাখোয় থাদোক্লুনা, হৌজিক জ্ঞান ভাবক্লবদা নওোন্দা চংজববনি। ঐবু ননাই ওইনা থম্বিয়ু।

'কৃষ্ণ সূর্য্যসম মায়া হয় অন্ধকার।
যাঁহা কৃষ্ণ তাঁহা নাহি মায়ার অধিকার।'

কৃষ্ণম' নুমিৎকুম্ব'নি মায়ানা অমম্বা।
কৃষ্ণগী লৈকমদা মায়া ভমদে লৈবা॥

কৃষ্ণদা অমুক্কং ঐ নংগীনি হায়জবদা মায়াগী থৌরিদগী কৃষ্ণনা মাবু নাম্থোকহনবি। হবিভক্তিবিলাস ১১/৩৯৭ দা হায়—অমুক্তা ওইববস্থু 'ঐ নওোন্দা চংজবনি' হায়বা অসি হায়দুনা ঐবু পামজবা ঐনা মাবু মতম পুম্বদা অকীবদগী কনবি—মাসি ঐগী ব্রতনি—অংেপ্লন

'ভুক্তি-মুক্তি সিদ্ধিকামী সুবুদ্ধি যদি হয়।
গাঢ় ভক্তি যোগে তবে কৃষ্ণরে ভজয়॥

শিংলবদি ভোগ মুক্তি সিদ্ধিপাম্বাশিংনা।
নংজৈ কৃষ্ণবু অকনবা ভক্তি যোগনা॥

শ্রীমদ্ভাগবত ২।৩।১০ দা—

অকামঃ সর্ব্বকামো বা মোক্ষকাম উদারধীঃ।
তীব্রেন ভক্তিযোগেন যজেত পুরুষং পরম্॥

অপাম্বা লৈত্রবা ভক্ত, পুম্নমক পাম্বা মাহাক নত্রগা মোক্ষতবু পামজবা শিংলবদি কন্নবা ভক্তি যোগনা থোইদোক হেন্দোক্লবা পুরুষবু নিংজৈ। অমুক্তস্থু ১০।১৪।৪ দা হায়,

শ্রেয়ঃ সৃতিং ভক্তিমুদস্য তে বিভো ক্লিশ্যন্তি যে কেবলবোধলব্ধয়ে
তেষামসৌ ক্লেশল এব শিষ্যতে নান্যদ্‌ যথা স্থূল তুষাবঘা তনাম্॥

মঙ্গলগী মশক ওইরবা ভক্তিবু থাদোক্লগা জ্ঞান পূর্ণমক কংনবগী আ-শাদা কয়া হোৎনরিবা (হায়বদি শাস্ত্রনঙিংবা পাহ্নবা নৈনহ্নবা), অয়াবা খাংদিবা অহুদি য়াই শুরগা চেং লৌনবা লাক্লবগা অম্মানি। —হায়বদি ভক্তি য়াওদনা ভগবান্‌বু কংনবা উপায় কর্ম্মমত্তা লৈতে।

অতৈ কয়ি পাম্বা কনানা কৃষ্ণবু নীংজকরবা হায়জত্রবস্থু, নিজত্র-বস্থ কৃষ্ণনা মাগী চরণ পীথোকই। কৃষ্ণনা 'ঐবু নীংলা লল থুম মুংত্তা'নবগী দনক অপংবা অ মনা অমৃত হুন্দোক্লগা হু ানরি। ঐদি অশংব ন অপংবা অ সদা কয়িগী লল থুম ভোগ পীরুনি, চরণামৃত পীহুন মাগী আশ'হু কাউহনগ ন।' চরণবু কংলবদ অপাম্বা অতে অমা লৈত্রে।

> 'কাম লাগি কৃষ্ণ ভজে পায় কৃষ্ণ বসে।
> কাম ছাড়ি দাস হৈতে হয় অভিলাষে।'
>
> অপাম্বগী নীংই কৃষ্ণ, কংবনা কৃষ্ণরসনি ;
> অপাম্বা থারগা মনাই পাম্না ওই ন ।

মিংখেল মচেৎ থয়ব 'থক্তবস্থ লাইবক কথদ া মমল নাইত্রবা মপি কংজৈ, ক লুপবা মাহাকা তৌবিমল খ জরে বব অমা পামত্রে। অস্নুমা -

> 'সংসার ভ্রমিতে কোন ভাগ্য কেহ তবে।
> নদীর প্রবাহে যেন কাষ্ঠ লাগে তীরে॥
>
> সংসার কোইবদা কনা লাল্লি লাইবক্লা।
> তোর্ব্বান্দা থে শুম তুরললদা তাউবা উনা॥

থংহোদনা সাধুসঙ্গ কংজক্লবদগীস্থ কৃষ্ণদা পূক্লিং থিংজনবা কং-জব থোকই। আসগুম্বা অচৌবা কৃপা অমা কংজক্লিবা ভগবৎ কৃপানি। অহুনা ভগবৎ কৃপা অসি ভক্ত কৃপাগী মথাপোনবনি।

সাধুগী চরণধূলি কাপ্লিবা মথৈ কৃষ্ণগী মখোং থম্বালদা পূক্নিং চংদে। মসিগী মতাংদা সাধুসঙ্গ সিদ্ধি পূম্বা হায়ে— 'লবমাত্র সাধুসঙ্গে সর্ব্ব-সিদ্ধি হয়।' অসুম্না কৃষ্ণনা মনাই ভক্তন্দা কোংই, ভক্তগা থানদে। খোঙ্গালগী মপু কৃষ্ণনা মনাই ভক্ত অর্জ্জুনদা পন্দুনা জগত্তা পাউতাক থম্বিরমে - 'কৃষ্ণ কৃপালু অর্জ্জুনেরে লক্ষ্য করিয়া, জগতেরে রাখিয়াছেন উপদেশ দিয়া॥' খুদম অমা ওইবা তক্লবনি তাও হায়রি-দুনা শ্রীভগবদগীতাগী ৮ ৬৪ দা হায়—

> মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্‌যাজী মাং নমস্কুরু।
> মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে॥
>
> ঐগী মন্দা নপুক অমত্তা থম্মু, ঐগী ভক্ত ওইয়ু,
> ঐবু পূজা তৌ ঐবু খুরুম্মু — ঐনা কুপ্শিনবনি।
> নঙোন্দা অশেংবা হায়রিবনি—ঐবু নংনা ফংগনি।

কৃষ্ণভক্তি তৌবগী কর্ম্ম পূমক তৌবনি। অদুবা ভক্তি লৈবা মী অমত্তনা ভক্তি ধর্ম্মগী পবোক্নিত ওইবা পোকপা মীখক্তু। মাগী ভক্তি যাম্না চংবা, মীগী অচুম্বা নিংথাইবা নাপংদবা শাস্ত্র চংখোম্না হৈবা, মানা লেপ্লিবদা চিংনদবা মাহাক পুরোহিত ওইকম খোকপগী মরক্তা অথে ইবনি। শাস্ত্রগী চংখোম্লবসু মাগী থাজবা লেংদবা মাহাক ময়াম ওইবনি। অদুগা শাস্ত্রগী চংখোনবদা শাইরি-দুনা মাগী থাজবা অমত্তা ময়া লৈবা, মায়োক্নবগী খংবাই তারগা হেক্তা লোনবা মাহাক অদুনা ইতোন তোনবনি।

লেংই পাল্লিবা পূম্বদা ভগবানবু উবা অদুগা ভগবান্দা লেংই পাল্লিবা পূম্বা উবা মাহাক অদু ভক্ত অথোইবনি। ভগবান্দা প্রেম লৈবা, ভগবদ্ ভক্তগা চান্নবা, অপ বদা খোঙ্গাপবিবা অমসুং ভগবানবু থওই উপিত্তবা মীবু খোঙ্গারুদবা মাহাক ময়াম ভক্তনি। অদুগা

থাজকহন। বিগ্রহভনা ভগবানগী পূজা তৌবা, কনা অমত্তগী তৌদবা মাহাক ইতোন তোনবা ভক্তনি।

ভাও সনাতন মুন্না।—কৃষ্ণগী গুণ পুম্নমক কৃষ্ণভক্তদা লোইনা চনশিনবনি —'সর্ব্ব মহাগুণগণ বৈষ্ণব শরীরে।' গুণশিং অদুদি করি কায়নো? গুণশিং অদুদি থৌজাল, য়েক্কবা লৈতবা (হিংসা য়াওদবা) অওইবা ওাবা, পুম্নমকপু মিৎয়েং অমতনা য়েংব, মরাল লৈতবা, য়াওাং মু শিবা, তম্না, হকচাং লেংবা, ইংবা (থক্কবা), চংজরকপগী তুংফন ওইবা অসিগী মথক্কা কৃষ্ণভক্তশিংদি মথাগীশিং অসিমু ওাংগদবনি —অপাম্বা লৈতবা, মীহৌবা য়াওদবা, তপথবা, নিশ চংদবা, মীগী ইকায় খুম্নবা, মশা থাগত্তবা--চাউথোক্কবা, চীং-লম্ব। ৩থং ৩থং তৌদবা), মীনুংশি লৈবা, পুম্নমক্কা চান্নবা, তত্ত্ব খংবা, হৈশংবা বা য়ায়া ওাদবা, য়ায়া চাদবা, কনক য়েংথিবা থাবা অমত্তুং মী পুম্নমক্কা কান্নবা ওইবা।

মচৎ নাইবা, লৈবাক মচা ভাবা—মচৎ কবা হাগবনা মাশুইবগী বিধিনি, নিযমনি। অথিংবা, তৌবা হৌনদবনা মচৎ নাইদবগনি। মক ওইবা বিধি, নিযম্না তত্তনা কৃষ্ণ লোনবা, ভক্ত নত্তবগা সঙ্গ তৌবগা তিনবা অনিশিমক থাদোক্কদবনি। ভগবৎ ভক্তি লৈত্তব পুণ। পীকপা মীশিংগী মিৎনা য়েংবা কাওবা য়েংজো-দবনি

ম ধায়পা তিন্নকথা ম রঙ্গী অওইবা, অশেংবা থাজা, বুদ্ধি ইকাইবা, ললথুম, মিংচৎ, ওকপীহৈবা, অইবা, ই স্ত্র থুক্তমচনবা, মতিক নওাল মাংথন্নকপা অদুগুম্বা অথকপা, অপবা থম্মই লেপ্তবা হাগবদি মশাদা মশা মশাগী বুদ্ধিতগী ওইবা অমসু গুণীশিংগী শান্নপোৎ ওইবা শাথিবা দশা কংলবা মপুক চুমদবশিং অদুগী সঙ্গ থাদোক্কদবনি। মৈনা কোইশিল্লবা লাঙগী মমুদা থাবনা কৃষ্ণ রাখল য়াওব্রবা মীথিংগা লৈমিন্নবদগী হেন্না কৈ অদুনা মাথে রগ

তাবনচিংবা থৌদা স্বরূপ লক্ষণনি।

তটস্থ লক্ষণদনা প্রেম পোকপনি।

সাধন ভক্তি অনিনি। অমনা বৈধী, অমনা রাগানুগা। পুক্নিং চংশিল্লদনা শাস্ত্রগী চৈরাক কীহনা কৃষ্ণবু খুরুম্ম, নীংঙি—কৃষ্ণনা হুংডাইনবা নত্তে — অসিনা অহ'নবা মথলনি। অমনা অনুরাগনা নৈংেহ হনা যাবা বাবরা বিধিগী নিয়মগী রাংমদা চৈনবা হৈদবগী রা চদনা, থ.মু'ইগী থুম্নবা কাচিন্দগী চৌংকপা ঈচৌনা থর যগী মবুত্তেডা অহনা পেন'বনবা হোংনজবা অহনা অনিশুবা অসিনি।

মথংদা সাধন ভক্তিগী নক ওইবা অঙ্গ (মণক) অহু তাও।— গুরুপাদদা চংজবা, দীক্ষা (ল'ইমিং) লৌবা, গুরুসেবা তৌবা; অকবা ধর্ম্ম তম্বা, হবা লম্বী তিন্নবা সাধু'শিংগী মচং শাস্ত্র'বথি কারদনা ইনবা; কৃষ্ণ পেন্নবা নু'ডাই য়াইক মওং থাদোকপা, কৃষ্ণ তীর্থদা লৈবা, ঐগী চংনবা য়াগনবা অহুতা মবৌবা; একাদশীদা চরা-হেনবা, হৈক্রু, খোংনাং, যগ, ব্রাহ্মণ, অমসুং বৈষ্ণব পূজা তৌবা; সেবাপরাধ, নামাপরাধ থাদোকপা।

সেবা অপরাধ মথম কুহ্‌নিখোইন— ১। গাড়ী, দোলাই অমসুং খোংউপ, খুরুম তোংহনা লাইশংদা চংব। (মাসিনা লাইগী শং পুম্বু খংহু) ২। ভগবান্ যাত্রা থোকপা নুমিৎকী উৎসবশিংদা য়াওনবা ৩। ভগবান্‌গী মাংদা খুরুমদবা ৪। নুথাক তৈবা হক-চাং অমসুং হকচাং শেংদোক্তনা ভগবান্ খুরুম্বা ৫। খুৎ নামতনা খুরুম্বা ৬। মাগী মাংদা অতৈ লাই-নুমিৎনাচংবা কোইবা ৭। মাগী মমাংদা খোং তিংথোকপা,, ৮। মাহাকী মমাংদা খুউ পুনবা—খুংন্না ওইরবসু, ৯। মাগী মমাংদা তুম্বা, ১০। চাবা ১১। মীনম্বা ডাংবা ১২। লাউনা ডাংবা ১৩। রাবি রাতাই শাবা ১৪। কপ্পা ১৫। খৎনবা ১৬। ফুবা ১৭। থৌজাল উৎপা ১৮। মী খিনা হায়বা ১৯। ভগবৎ সেবাদা কম্বল ইনবা, ২০। মমাংদা মীগী তাথিরা ডাংবা ২১। মী থাগৎপা ২২। অকাম্বা রা ডাংবা ২৩।

লুংশিং থায়বা ২৪। ওয়া ওয়া ওমশিন্নদুনা ভগবৎ সেবাদা লিক্লশিনবা ২৫। লাইদা কত্তনা চাবা ২৬। মতম মতম অতৈদা মহৈ মরোং উহৈ রাহৈ থোকপা কত্তবা ২৭। করিগুম্বা পোৎ পুরক্লগা মকোকথ'বা মীওোন্দা পীথ্রগা অরেম্বা অদু ভগবানদা কৎপা ২৮ শ্রীমূর্ত্তিদা তুং ওম্থোক্লনা ফম্বা ২৯। শ্রীমূর্ত্তি মাংদা অতোপ্পবু খুরুম্বা ৩০। গুরু মাংদা খুরুম থাজংবা তৌদনা তুমিন্না ফমদুনা লৈবা ৩১। শ্রীমূর্ত্তি মমাংদা মশা থাগৎপা ৩২। লাইবু তাথিরা হায়বা। অসি নত্তনা বরাহ পুরাণদা সেবাপরাধ অতৈ নিফূ অমস্থ য়াওরি।

নামাপরাধ তরানি থম্মোই রাংবা, পুকচেল চাউববু তাথিরা হায়বা ২। বিষ্ণুগা শিবগা তোঙান তোঙানবনি খনবা ৩। গুরুবু থৌশাদবা ৪। বেদ অমদ বেদ ইস্না ইবা শাস্ত্রশিংবু নিন্দা তৌবা ৫। হরিনামগী মগুণদা অর্থ অয়ান-লান্দ থঁবা ৬। হরিনাম মাহাত্ম্যবু করি লৈতনা লৌবা ৭। নামগী পাঙ্গলদা পাপকী লমচৎ চৎপা ৮। কর্ম্ম থকবা অমগা নামগা চাংদম্নবা ৯। মপুক্কি চংদবা পামদবা মীদা হরিনাম মরমদা তাকপা ১০। নাম মগুণ তারবদসু নামদা মপুক্কিং চংদবা। সেবাপরাধ অমসুং নামাপরাধ থাদোক্লবা চেকশিনগদবনি।

বৈষ্ণব নত্তবশিংগা তিন্নরোহৈদবনি মরমদ মাথোয়গা তিন্নরগা ভক্তি মাংখি। শিষ্য মথাম থম্মোইদবনি। লাগরিক মথাম, মহৈ মথাম থাদোক্লনি— বহুগ্রন্থ কল ভ্যাস ভাঙ্গগা য়েক্লবা লাইরিক মথাম অমসু কল শিক্ষা (মহৈ মথাম) ভগবৎ-মরি লৈতবা মহৈশিং ঈশৈ জগোইনচিংবা থাদোকনি। বিষ্ণুনিন্দা তারোই, চিন্থাং থারি তারোইদবনি। পুক্কিংদা, চিন্না কনাগুম্বা মথরাগ পানববু লাওক্লহৌরোই-দবনি। নশানা কীর্ত্তন তৌগনি, অদুগা অতৈ কনানা তৌবা মতমদ পুক্কিং চনা তাগনি। কীর্ত্তন লৈত্রবা মতমদা পুক্কিং খিংজিন্না কৃষ্ণ শোনগনি। পূজা তৌগনি, খুরুমগনি, নোঙ্গগনি অদুগা সেবা তৌজগনি। ঐ মাগী য়াথং ইজবা মনাইনি খজদুনা মাঙোন্দা থবক

পূম্নমক ইঙ্খোকনি, মা ঐপী মন্নপনি থম্নুনা থাম্বাইদুনা পূম্বা পেনা চায়গনি' অহুগা কথে কনি [সংকীর্তনগী মতমদা সংকীর্তন হৌবগা নাম কন্না শোনবা কংবু অমা মণিপুরদা তাইনা থেংনৈ। মাখোযগী মওং অহু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবন তাকপীখ্রিবা অসিগদি ময়া থেঙ্নরে।

পোৎশক মখিগী সেবা চৎপদা ঙকনা পেল্লি। - তুলসী, বৈষ্ণব মথুরা অমসুং ভাগবত তারিবা, তৌজবা থবক পুম্নমক ভগবানদা পেনবিনবগীনি থনগনি।— 'কৃষ্ণার্থে অখিলচেষ্টা' থৌদাক খুদিংদা কৃষ্ণকৃপা কাউজগনি। খুদোংথিবদস্তু অমা অনাদস্তু ভগবানগী মঙ্গলগী ইচ্ছানি থনগনি। মতম পুন্নমক্তা মাত্তোন্দা চঙবনা পোক্তোকপা লৌশিংনি।

সনাতন—সাধন বিধিগী রা তারে মাসিবু শর্মাজিল্লগা অঙ্গ মঙা অসিনা থাইদগী অথে ইবনি -সাধুসঙ্গ, নামকীর্তন, ভাগবতশ্রবণ, মথুরাবাস অমসুং পুক্নিং থুনা শ্রীমূর্তি সেবা তৌব অসিনি।—

> এক অঙ্গ সাধে কেহো সাধে বহু অঙ্গ
> নিষ্ঠা হৈলে উপজয় প্রেমের তরঙ্গ।
> অমা অঙ্গ অমা অমা কনা ময়াম্না তৌই।
> পুক্নিং লুপ্পগা প্রেমগী ঈথক হৌরকই॥

তথাহি পদ্যাবল্যাং (৫৩)—

> শ্রীবিষ্ণোঃ শ্রবণে পরীক্ষদভবদ্বৈয়াসকিঃ কীর্তনে প্রহ্লাদঃ
> স্মরণে তদঙ্ঘ্রি ভজনে লক্ষ্মীঃ পৃথুঃ পূজনে
> অক্রূরস্ত্বভিবন্দনে কপিপতির্দাস্যেহথ সখ্যেহর্জ্জুনঃ, সর্বস্বাত্ম-
> নিবেদনে বলিরভূৎ কৃষ্ণাপ্তিরেষাং পরা॥

তাজবনা পরীক্ষিৎ, শকচবনা শুকদেব, নীংজবনা প্রহ্লাদ, মখোং সেবা তৌজবনা লক্ষ্মী, পূজা তৌজবনা পৃথু, খুকমজবনা অক্রূর, মনাই ওইজবনা হনুমান, মরুপ ওইজবনা অর্জ্জুন অমসুং মপা

কথোকপনা বলিনা কৃষ্ণ কংখি। মাসিনা অঙ্গ অমনা সাধন তৌবগী খুদম্নি।

অঙ্গ মরাম্না সাধন তৌবগী খুদম্না—সূর্য্যবংশগী নিংথৌ অম্বরীষনি। শ্রীমদ্ভাগবতকী ১১।৫।৩৭ শ্লোক্তা হায়রি—

নহ্যতঃ পরমো লাভো দেহিনাং ভ্রাম্যতামিহ।

যতো বিন্দেত পরমাং শান্তিং নশ্যতি সংসৃতিঃ।—

সংসার অসিদা কোইনা চংলিবা হকচাং পানবশিংনা মাসিদগী হেন্না থোইদোকপা কংনবা অমা লৈত্রে; করিনা হায়রব্ কলিযুগ অসিদা নামসংকীর্ত্তন্না থোইদোকপা অই'বা অমসুং সংসারগী অপুনবদগী নাম্থোক্নবা ওই।

শ্রীমদ্ভাগবতকী ৯।৪।১৮—২০ দা হায়রি—

অম্বরীষনা কৃষ্ণগী চরণদা মথরায় থম্মি, মাগী মচিন্না কৃষ্ণগুণ ভাংবদা মখুৎনা শ্রীকৃষ্ণমন্দির তৈবদা, মনানা কৃষ্ণগী রা তাবদা, মমিৎনা কৃষ্ণগী মন্দির অমসুং মূর্ত্তি দর্শনদা, মশানা হরিভক্তশিং কোম্নবদা মনাতোন্না কৃষ্ণনা কৎলবা চরণগী তুলসী মনমদা, চাবনা কৃষ্ণগী প্রসাদতা, মখোংনা তীর্থ চৎপগীদা, মকোক্না চরণ খুরুম্নবদা, মাগী নিংজবা পামজবা পুম্বনা ভগবৎ সেবাদা—অসুম্না অঙ্গ মরাম্না সাধন তৌই।

শাস্ত্রগী বিধি চৈরাক পুন্নমক থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা পুন্না চংজবা মাহাক অহৃদি লাই, ঋষি, ভূত, মরিমতাং অমসুং মপা মপুগী লমন পুম্বদগী কোক্লে; মাহাক কনাগীসু মনাই ওইদ্রে। করি অমুক হায়গনি। সংসারগী অপুনবা নাম্থোক্নবগী অথোইবা উপায়দি কলিযুগতা নাম সংকীর্ত্তন্নি। অসিগুম্বা মীওইশিংদি পাপকী থবক্তা মপুক্লিং চংত্রাদে। খংদনা অমদি য়াক্লিংদনা পাপতা য়াওরক্লবসু কৃষ্ণনা মাহু চুমথোকপী, প্রায়শ্চিত্ত তৌবিদে—'কৃষ্ণ তারে শুদ্ধ করে না করে প্রায়শ্চিত্ত।' অমা

বৈরাগ্য ভক্তিগী শরুক নত্তে, অঙ্গ নত্তে অদুগা ইন্দ্রি খুদুম চনবা রাবা য়াদবা নিয়ম, অশেং অমাং ভক্তিগী খুৎচিংনা মশানা অদুম লাকচৈ, কৃষ্ণভক্তগী থোংলোইনি। অদুনা ভক্তিনা ভক্তিগী মতেং-নি, ভক্তিনা ভক্তি চাউখৎনবগী মচাক্নি। জ্ঞাননা, বৈরাগ্যনা ভক্তদদি কাম্নবগী ঙাক ওইদে। অদুনা হরিভক্তিদা লুপথ্রবা মাখোয়দা অহিংসা—মীগী মাংনবা খন্দবা মশানা থোকচরকপদা ঙক্লিংঙাই করিস্থ লৈতে —মাখোয়না মী ওৎপা, মী রাহনবা করিনুংদা তৌনিংদে।

সনাতন, হৌজিক রাগনুগাগী রা শম্না অমুক্তা তারো।

ঐনা নীংজরিবা মাবু কম্না খৌরাংবা রাগনি। মাঙোন্দা পুক্নিং থিংজিন্দুনা প্রেম্না য়োম্নবা খৌরাংবা অদুবুনি রাগ কৌরিবা। রাগগী মশক ওইরিবী ভক্তি রাগাত্মিকানি। অকনবা খৌরাংবা মবু-ঙেঙাদা লৈবা রাগগী স্বরূপ লক্ষণনি অদুগা মবুঙেঙাদা পুম্না লুপথিবা অদুনা তটস্থ লক্ষণনি। হায়বদি পামজরিবা পোৎ অদুদা চংশিনবা, লুপচবা অদু রাগগী মরু ওইবা লক্ষণ নত্তে, তটস্থ লক্ষণ নি হায়বদি রাগগা অমতা নত্রবস্থ রাগবু খংহনবনি। মাসিনা শাস্ত্রগী যুক্তি লোদে; ভাবকী মাধুর্য্য অথুম্বা অদুতদা মীহৌই। অথুম্বা ভাবতা মীহৌবনা শাস্ত্রগী যুক্তি (বিধি) থৌশাদে। মপান্দনা নাম তাই, শকই অদুগা মমুংদা শোল্লি অমস্তুং সেবা তৌই। মানা মানা পামজবা মতুং ইম্না খাইদগী মুংশিবনি খন্দুনা মপুক্তা লেপ্তুনা সেবা তৌজে। মানা মানা খঞ্জরিবা—মনাইনি হায়রবস্থ, মরূপ্নি হায়রবস্থ, মুংশি থোইবনিবু হায়রবস্থ মতৌ অদুদগী অপেনবা পোক-লকই। অপেনবদগী মতোল চোংলক্লগা রতি অমস্তুং ভাব লাকই। রতি অসিনা কুংলগা প্রেম ওইবা, থেংনগ্রে।

মথং অসিদা প্রেমগী লক্ষণ তারো। মুংঙাইবা পীবী হ্লাদিনীগী হৌনবা মচৎ ওইরিবী থোইদোক্লা শেংলবা আত্মা ওইবা অদু প্রেমগী স্বরূপ লক্ষণনি। অদুগা কৃষ্ণবু ফংজনিংবা অমসুং মানা চানবিনবা খল্লিবা ভাব অদুনা তটস্থ লক্ষণনি। লেংত্রবা পুকচেলগী নকুবা মরিনি মাখোয়। কৃষ্ণ নত্তনা ঐগী কনা লৈজদ্রে খল্লিবা অদু ভাবনি অদুদগী প্রেমগা থানদ্রে অমসুং প্রেমরসনা কৃষ্ণবু পেলহল্লিংবগী রাখল লাক্লে। অসুম্না প্রেমরসনা য়োম্লবা ঐগীনি হায়না য়ৌনা খনবা অসিনি ভক্তি হায়ববু।

কনাগুম্বগী মরাইবক কহুনা লেংত্রবা থাজবা পোকচরব দি মাঙোন্দা সাধুসঙ্গগী ভাব পোকুনা সাধুসঙ্গ তৌই। সাধুসঙ্গ অসি-দগী তানীংবা শক্তিংবা হায়বদি সাধন ভক্তি পোক্লকই। সাধন ভক্তি অসিদগী কত্তবা রাখল পূম্নমক মাংখি, নত্রগা পাপ মাংখি। অসুম্না মাংখিবা নত্রগা লাকশিনখিবা ভক্তি অসিনা নিষ্ঠা হায়বদি ফংনিংবগা লোইননা হম্না হম্না নীংজবা পোকই। অসুম্না কল্লক-মীহোৌবা লল-থুমগী রাখল মাংখিবনা পুরকপা 'নিষ্ঠা'দগী' 'রুচি' পামজবগী মহাও পোকই। রুচি অসিনা ভক্তিদা পুক্নিং চীংশিনখিবদা আসক্তি কন্না পোকই। আসক্তি অসিদগী থম্মোইদা পেল্লবগী মতোল চোংই হায়বদি ভাব, রতি পোকই। মথক্তদু পনথ্রে—পেল্লবা অমদি রতি-দগী প্রেম পোকই। প্রেম হেক ফংবদা মুংঙাইবা হায়বা পূম্নমক অদু ওইরে।

ভক্তগী লক্ষণদি করি করিনো? মাহাক্কী লক্ষণদি ঙাকপীহৈবা, মতম পূম্নমক্তা কৃষ্ণগী গুণ শকপা, য়ুম্বানবদা পুক্নিং চংদবা, থোঈদবা, কৃষ্ণ ফংনিংবা, কৃষ্ণ ফংনবগী দমক্তা লাংতক্লবা, কৃষ্ণ নাম শকচবদা মতম পুম্বদা মহাও ফংজবা, কৃষ্ণ গুণ শিংথাবদা পুক্নিং চংবা, কৃষ্ণগী লৈকমদা, তীর্থদা লৈবা পামজবা অসিনচিংবা অসিনি।— 'কৃষ্ণের সম্বন্ধ বিনা কাল নাহি যায়।' হায়বদি কৃষ্ণগী মরি লৈনদবদা মতম

খাৎহল্লে। থম্না অমুক হৃজিন্নবদা পেন্নবগী মতোল অসিন্না হৃজিন্নবদা মাগী থম্মোইদা 'প্রাকৃত ক্ষোভে তার নাহি ক্ষোভ'—লল থুম্না মযুম মকৈগী মাবা লাংতক্নবা পুম্বদা নাচুংলুদে। ভক্তনা অহিং মুংথিল শরুচবা, নীংজবা নত্রগা থুরুমজবদা পেন্দে। মহিংকী পীনা চোৎ-তুনা মাগী পুন্সি পুম্বা কৃষ্ণদা কথোকই। মাঙোন্দা স্বর্গগী ভোগ, যোগ, সিদ্ধি, ইন্দ্রি অমসুং লল থুম্না মুংঙাইবা পীবা ভমদে - 'ভুক্তি সিদ্ধি ইন্দ্রিয়ার্থ তারে নাহি ভায়।' থায়দগী তোনবা মান লৌজে 'সর্বোত্তম আপনাকে হীন করি মানে।' কৃষ্ণ কংবনি হায়বগী আশানা মাবু থাজহল্লি— কৃষ্ণনা কৃপা তৌবিগনি, শোয়দনা তৌবি-গনি হায়বনা মাগী লেংত্রবা থাজবনি– 'কৃষ্ণ কৃপা করিবেন দৃঢ় করি জানে।' কৃষ্ণবু উজনিংবগী পামজবা অদু মাগী অকনবনি। অদুনা মবুঙেঙা উজনিংবা অদুদা থিন্থবদা থাংবা ভমদবগী মপুক্তিং ওইবনা নাম গুণ শকপদা থিংবা য়াদবা অপাম্বা লাকই। অমনা অমুক কৃষ্ণনা লীলা শান্নবা মফমদা লৈনিংই। থম্মোইদা কৃষ্ণ প্রেম্না হৌরবা মাগী মরা অমসুং থবক্কী মরু থংবা রাই। মাহাক্না করিগুম্বদা কপই, করিগুম্বদা নোকই, করিগুম্বদা অমুক হরাওদুনা ঈশৈ শকই। মাবু উরগা ময়াম্না অঙাওবনি থল্লি।

হৌজিক পঞ্চবিধ রসগী রা হায়গে তাও—শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর অসি রস মঙা হায়রিবা অদুনি। মাথোয় অসিগী মনুংদা খাইদগী কুংবা অমসুং খাইদগী মহাও ইহেন হেনবা মধুরনি—রস পুম্নমক্কী কোকথক্কী মণিনি। শান্ত অমসুং দাস্যদা লৈবনা যোগ বিয়োগতনি। কৃষ্ণগা মিলন ওইববসু যোগ কৌই। মিলন ওইরুরগা কায়নবনা বিয়োগনি।

সখ্য অমসুং বাৎসল্যগী মশক অহুম থোকই—সিদ্ধি, তুষ্টি অমনা স্থিতি। খৌরাংনা ঙাইরগা ওইবা ক্ষীবম অদুদা কৃষ্ণ কংবমু সিদ্ধি কৌই, কায়নরবা মতুংদা কৃষ্ণ কংবনা তুষ্টি কৃষ্ণগা লোইননা পুম্না

লৈমিন্নবনা স্থিতিনি। অদুগা বিয়োগকী মশক্না তন্নানি—তাপ (চাকপা) কৃশতা ( কংশিনবা ), জাগর্যা (তুমদবা), আলম্বশূন্যতা (থম্মোইদ ত াথবা লৈতবা) অধৃতি (করিগুম্বনা পুক্নিং থিংজিনবা ঙমদবা) জড়তা (পংথবা), ব্যাধি (নাবা) উন্মাদ (ঙাওবা), মূর্চ্ছা (মাম্বা) অমসুং মৃতি (শিবদি নত্তবা কৃষ্ণ কায়নবদা অগাকপা, অন্নাবনা ভক্তনা শিবগুম লৈবা ) অসিনি।

মধুরা রতি মথল অহুম্নি— সাধারণী, সমঞ্জসা, সমর্থা। সাধারণীদা নুংঙাইবগী অপাম্বা অদু লৈ। মাসিদা ওইরিবা ভাবনা নং নুংঙাইবনু নুংঙাইয়ু, অহানবদা ঐগী নুংঙাইবা অদু পামই। সমঞ্জসাদা নংগী নুংঙাইবনু পামই ঐগীসু নুংঙাইবা পামই, নংগী নুংঙাইনবগী দমক নংগী নুপী (পত্নী) ওইনিংই। অদুগা নুপী ওইবা অদুদগী হায়বদি মরি অদুদগী নুংঙাইমিন্নবদু ঐগী অপাম্বনি। অদুগা সমর্থাদনা নং নুংঙাইবদা ওইসনু ঐখোয়গী নুংঙাইবগী না য়াওদ্রবনু করিমতা কায়দে। নংগী দমক ঐখোয় মীওইবগী ধর্ম্ম, বেদধর্ম্ম, বিধি ধর্ম্ম, লোইনবা থাদোকপা ওম্ম। সমর্থা রতিদগী হেন্না কুংনিঙাই লৈত্রে, মাসিনা য়াংবদি মহাভাবকী অরোইবা ঙমথৈ ফাওবনি। কৃষ্ণ নুংঙাইনবগী পাম্বা নত্তবা করিগুম্বা অপাম্বা অমতনা মাঙোন্দা থেংলবদি থম্নচুনা প্রেমচুবু শোকপা ফাওবা ঙমদে। গোপী উবদা কৃষ্ণনা নুংঙাইবা অদুগীকোটিরক হেন্না গোপীনা নুংঙাই। শাগেগী মৌ ওইরগা হৌনবী পারি পুরিগী ধর্ম্মগী লম্বী ফাওবা করি ওইদনা খল্লি। 'রূঢ় অধিরূঢ় ভাব কেবল মধুরে।' সমর্থা রতি নত্রগা মহাভাব অমৃতগী মশক ওইরবা স্বরূপকী নিংথিজবনি।

মহাভাবকী মথল অনিনি।—রূঢ়, অধিরূঢ়। রূঢ়গী লক্ষণদি অহানবমক্তদা মিকুপ অমা ফাওবা থাংবা ঙমদবা অদুনা কদায় ফাওবনো হায়ববু মিং কুপ্পদা দর্শনগী মতম মাংখিবা অদু য়োনা থাংবা ঙমদে। অদুদগী মিলন মতমদা অসুক য়াম্না পুক্নিং চংখিবগে হায়ববু

কন্ন অমগী মতমবু মিকুপ অমতা ওইনা থল্লি—মাসি, ‘কল্পক্ষণত্ব’ হায়বা অদুনি। অমা অমুক লৈরি মাহুনা ‘ক্ষণকল্পতা’—কৃষ্ণ কায়নবদা ঙাহাক্তংবু কল্প অমনি হায়না পুক্লিংনা লৌই। অদুদগী অমনা অমুক কৃষ্ণনা য়ুংঙাইনা লৈরবস্থ মপুক্তা থল্লি মাহাক য়াম্না রানা লৈরম্লগনি। য়ুংঙাইবগী মরক্তস্থ অৱাবনা কোইন্ ইন্নদুনা লৈ। ঐগী মীগী পুম-কাও কাওখিবনা পুম্নমক কৃষ্ণগীনি হায়বা ভাব অসিনা পুদুনা তাউদুনা লৈ। কৱি অমুক হায়নি কৃষ্ণনা লাপ্ন' লৈরবস্থ থায়নবদা রারবীগী প্রেমগী পাঙ্গলতনা মমাংদা খংহৌদনা লেপ্লে।

অধিরূঢ় মখল অনিনি—মোদন অমসুং মাদন। অনিমক সম্ভোগ ঙাক্তনি। মোদনদা রাধা কৃষ্ণগী হকচাং অনিমক সাত্বিক মঙাল্লা লৈতেংই। অদুগা মোদন অসিনা মিলনগী মতমদা ওইরগনা মাদন কৌরে, অদুগা থায়নবগী মতমদা ওইরগনা মোহন কৌরে। মাদন অসিদি হ্লাদিনীগী অরোইবা পন্থেংকল্লি অমসুং অসিগুম্বা য়ুংঙাইবা অসিদি রাধিকাদদা ওই অমসুং তত্তনা ইবেম্মদা লৈতেংই। মোহনগী কীবম ওইরবদি দিব্যোন্মাদ কাওবা লাকই। [য়ুংশিনা, চান্নবা মায়োক্নবা য়েংনবনচিংবা অমনা অমগী সেবাগী মশক ওইদুনা নায়ক-নায়িকাগী হয়াওবা হেনগংহনবী অদুবু সম্ভোগ কৌই। মোহন হায়রিবা মহাভাবনা হায়কম থংদবা কীবম অমা লাক্লুনা হায়কম থংদবা অঙকপা মখলশিং ওইরকপা অদুবু দিব্যোন্মাদ কৌই। কায়নবদা মায়থোংদা কৃষ্ণ উম্নরবগুম উংপা অদুগা মশাবু কৃষ্ণনি থনবা অসিনচিংবা দিব্যোন্মাদতা থোকই।] সম্ভোগতা মশিং থংদবা অঙ্গনি, লোইবা নাইদবা অদুদা বিপ্রলম্ভদস্থ অমদি বিরহ (কায়নবা) স্থ য়ুংঙাইবগী মশক্নি। সম্ভোগতা য়ুংঙাইবা হেনগৎনবগী মচাক বিপ্রলম্ভনি। বিপ্রলম্ভ মশাস্থ মহাও য়ৌনা লৈ। অৱাবা অচাকপা অদুস্থ ঈশৈ ঙংগুম্মি। তিন্নবদা য়ুংশিবদো মূর্ত্তি অমতনি অদুগা কায়নবদি মর্ত্তি মরাম্না মরোল অদুম শিনথুংই—‘সঙ্গে সৈব

তথৈকা ত্রিভুবনমপি তন্ময়ং বিরহে।' হায়রবদি উয়বগী নুংঙাইবদা শককম অমতা মউই অহুগা খায়নবদদি পোৎ খুদিংমক্তা মাহাক্কী শক্ষকম উই অহনা 'ত্রিভুবন ব্যাপিনী' হায়রিবনি। [ বিপ্রলম্ভ— লৈমিন্নরবা অমদি লৈমিন্নত্রিবা নায়ক নায়িকানা আলিঙ্গন (কোন্নবা) নচিংবা কংদবগী মরম্না অপাম্বগী থাক হাইগৎহনবা, সম্ভোগতা য়াং-খৎনবগী মশক ওইবা ভাবপু বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার কৌই ]

বিপ্রলম্ভ মখল মরি শুই—পূর্ব্বরাগ, মান, প্রবাস অমসুং প্রেম বৈচিত্ত্য। [ পূর্ব্বরাগ — সঙ্গম (তিন্নবা) থোক্লিঙৈগী মমাংদা উন্নবা অমদি তানবদগী নায়ক নায়িকাগী রতি থোকহনবা অহুবু পূর্ব্বরাগ হায়নৈ। মান—অমনা অমদা লুপ্নরবা নায়ক নায়িকানা মকম অমতদা লৈমিন্নরবসু আলিঙ্গন অমদি দর্শনচিংবদা থিংবা পীবা ভাব অহুবু মান কৌই। প্রভাস—মিলনগী মতুংদা নুংশিনবা নুংশিনবীনা লৈপাক লাম্না চথোকখিহনা লাপ্নবা অহুবু প্রবাস কৌনৈ। প্রেম বৈচিত্ত্য— নুংশি থোইরবা অহুগী মনাক্তা লৈনা লৈনা প্রেমগী খুৎ-চিনা কনবনা কায়নগত্রা হায়বগী কীবনা য়াবা অহুবু প্রেম বৈচিত্ত্য হায়। মাসিদা প্রেমগী ওইবা মওংশিংদা পুক্লিং থিংজিন্দবা, সম্ভোগ ওইনা থোক্লবসু পুক্লিং চংদবা, উনা উনা উদবা, মখুৎ চল্লবমক্তদা কাউদবশিং অসি মাসিগী মওংশিংনি।]

শম্না হায়রবদা মিলন মতমদা নুংঙাইবা অয়াবা অহুগা বিরহগী মতমদা অয়াবা নুংঙাইবা পুম্বা পুন্সিন্দুনা পৈরগা থম্বা য়ায়বদি মাহনা অধিরূঢ়নি। খরা অমুক শন্দোক্লা হায়রবদা প্রেমগী অরোইবা ওম-থৈগী শরুক অমূতগুন্নবা ভাব অহুদগী সাত্ত্বিক ভাবশিংনা থোইদোক হেন্দোকপা থাক অমা ওইরকপা অহুবু অধিরূঢ় ভাব কৌই। মাসি ব্রজ গোপীশিংতদা থোকই।

অহুনা—'ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণ নায়ক শিরোমণি।
নায়িকার শিরোমণি—রাধা ঠাকুরাণী ॥'

ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণ নায়ক কোরেন্ত্রি।
নায়িকাগী কোরেলনা রাধা ঠাকুরাণী॥

সনাতন! কৃষ্ণগী গুণদি লোইবা লৈতবনি, মশিং থংদবনি। মাহাক্কী গুণ য়াথ্থে অসিনি।—

ভগবান কৃষ্ণ জীব পুম্নমক্কী লুচিংবনি, গুন্দাংপা হকচাংনা ওইবা, অকবা লক্ষণ পুম্নমক্কা লৈতেংবা, পুক্লিং হুবা, মুপা থোকপা, পাঙ্গনবা, পাখং (কিশোর) তা ওইবা, মখল মখা অয়াম্বা লোল হৈবা, অচুম্বা ৱাংবা, মুংশিবা লোলতা ৱাংবা, রাঙাং হৈবা, পণ্ডিত, লৌশিংশিংবা, পাইরকশিংবা, রসিক, হৈশিংবা, থবক তৌবদা চংথোনবা, তৌবিমল থংবা, হায়খিবদা লেংদবা, মফম মতম মীশক থংবা, শাস্ত্রগী জ্ঞান পুন্না লৈবা, শেংবা, লেংদবা, ইন্দ্রি খুতুম চনবা, ৱাকপী হৈবা, লেম্বা, পুক্লিং লাকশিনবা, লৌনম য়াওদবা, থম্মোই রাংবা, ধর্ম্ম লৈবা, অথৌবা, থৌজাল হৈবা, ইকায় খুম্নকম থোকপবু ইকায় খুম্নবা, নোল্লুকপা, ইতিং তিংবা, ইকাইথীবা, চংজরকপবু কনবিবা,ভোগ অমদি অরাবগী মনম চংদবা, ভক্ত মুংশিবা, প্রেমগী মখা পোনবা, পুম্নমক্কী কান্নবা ওইবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা, মিংচৎ লৈবা, মীওইববু মুংঙাই-হনবিবা, সাধুগী তুংকম, মুপীশিংগী থম্মোইবু চীংশিনবা, পুম্নমকী-নীংজকম ওইবা, লগগী অমদি চাউখৎপগী মপু ওইবা, খ্বাইদগী হেনবা অমমুং মনিং তম্বা ঈশ্বর হায়বা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ য়াথ্থে অসি থারবনি।

অতুগা রাধিকাগীনা—মেংনা থুম্না কজবী, মতম পুম্বদা মপুং কাবদা ওইবী, তথক্লা খোই খোইবা মিৎয়েংনা ওইবী, লংনা ৱাল্লবা মীনোক্লা ওইবী, মাগী খোং খুত্তা নিংথিরবা লাইবককবীগী মন্নিনা লৈতেংবী, মাগী অঙ্গগন্ধনা কেশবপু গুন্দাংপী, থুম্নবা মেংলবা ঈশৈ হৈবী, মানা ৱাংথোক্লকপা রা নিংথিবী, কাগী জুগাই য়োনা হৈবী, নোল্লুকপী, থৌজাল হৈবী, রস নিংথিনা থংবী, ভগবতকী মরমদা রতি ক্রিয়াদা

নিংথিনা হৈশিংবী, ইকায়থিবী, মীবু ইকায়খুম্নবা হৈবী, অথাংকনবী, লেমজবী, লীলা হৈবী, মহাভাবনা লৈতেংবী, মাগী প্রেমগী মকল্লা গোকুল অহুগা জগৎসংসারদা মাগী মিংচৎনা থনবীনি। লাইগুরুনা চানবী, সখিপ্রেমগী মথা পোনবী, কৃষ্ণগী চান্নবীশিংগী অথোইবী অমসুং কৃষ্ণতদা পুক্নিং লৈবী—গুণশিং অসিনা লৈতেংবী রাধিকানি।

মপা লৈত্রবী নায়ক নায়িকা ব্রজেন্দ্রনন্দন অমসুং রাধা অনিগী রস ইপ্পবদা থুম্নবা রস পোক্লকপা অহুনি ভক্তি হায়ববু। অসুম্না দাস্যদা দাস (মনাই) না সখ্যদা সখা (মরূপ) না বাৎসল্যদা মমা মপানা চংজক্নি। রস অসি কাউজবদা ভক্তশিংদা ওইবা লক্ষণ তাও সনাতন—ভক্তশিংদদি মাখোয়গী অনানবা অশোয়বা ভক্তিনা চামপোকপী। মাখোযগী থম্মোই পেল্লি অমসুং লংঙি। ভাগবত্তা মপুক লুপ্পি। ভগবতভক্তগী সঙ্গ কংজরগা মুংঙাইজে। কৃষ্ণ চরণদা কৈজবা ভক্তিগী মুংঙাইবা কংজবনা মাখোয়গী মথরাইনি। প্রেমবু কনা থাদনা সাধন তৌজবা অহুদা মথৌ ওইজে। মাখোয়না কাউচবা অসি মপোক মপোক থুদিংদা অমসুং হন্নকী মপোক অসিদা তৌরকপী মহৈ ওইনা মাখোযগী থম্মোইদা লৈ। তোক্ত-রকপী মহৈ অসিবু রতি কৌই। রতিগী মশক্না মুংঙাইবনি। রতি অসিনা রসদা ওন্থরকই। স্থায়ী ভাবনা রতিগী রসতা ওন্থরক-পগী পোৎলম ভাবতি বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারীনি। ভক্তিগী বিভাব শীকরনাচ বনি; অনুভাবনা তুজুংবনচিংবা অমসুং নোকপা মিৎকম হোৎনবা; সঞ্চারী ভাবনা থোক্নবা, হরাওবা অসিনচিংবা ভক্তগী কাউজবগী লম্বীদা মাখোয় অসিনা থুংলরবদা রতিনা লোংত্রবা কুংনা মুংঙাইরবা রসদা ওন্থরকই। অণ্ডকপা অসিগী অরোইবা ওমথৈ রসদদা কংই। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ হায়বা পুরুষার্থ মরি হায়বদি মীওইবগী তাঙ্কক থোক্লিবা মরি অসিগী মাংমদা মঙা-গুবা পুরুষার্থদি কৃষ্ণপ্রেম ললনি—'পঞ্চম পুরুষার্থ এই কৃষ্ণ প্রেমধন'।

তাও সনাতন গুপচিন্নগা পুমথোই খোইবা না হায়গে নপুক্লিং কাইগনু —

'কুবুদ্ধি ছাড়িয়া কর শ্রবণ কীর্ত্তন।
অচিরাতে পাবে তবে কৃষ্ণের চরণ॥
যেই ভজে সেই বড়, অভক্ত হীন ছার।
কৃষ্ণ-ভজনে নাহি জাতি কুলাদি বিচার॥
ভজনের মধ্যে শ্রেষ্ঠ নববিধ ভক্তি॥
তার মধ্যে সর্ব্বশ্রেষ্ঠ নাম সঙ্কীর্ত্তন।
নিরপরাধে নাম হৈতে হয় প্রেমধন॥

শকউ শোল্লু রাখল কত্তবা থাদুনা।
অহুতদা কংজগনি কৃষ্ণ খুয়া থুনা॥
অনীংবনা চাউই ভক্ত নত্তবা উংনি।
কৃষ্ণ নীংবা শ'গৈ জাৎ র'রেপ চ'দবনি॥
নীংবগী অথোইবনা নববিধ ভক্তি।
কৃষ্ণ প্রেম পীবা কৃষ্ণ কৌই মহাশক্তি॥
পুম্বদুগী নাম সঙ্ক'র্ত্তনা পুমংইন্নি।
কৌনমদবা নামদা কংহ্না প্রেমলন্নি॥

সনাতন নং চৎলো, মথুরাগী লুপগ্রবা তীর্থ শং থিদে'কউরো। বৃন্দাবনদা শন্দোক্লরো কৃষ্ণ সেব, বৈষ্ণব লমচৎ অমসুং ভক্তিস্মৃতি-শাস্ত্র। কংলবা বৈরাগ্য থাদোক্লগা যুক্ত বৈরাগ্য চংহন্দুনা মাহুগী মর্য্যদা ডাকহল্লু। করিগুম্বা পামশিনবা মপুক্তা য়াওদনা লল থুম শিজিন্নবা, মাগী মপুক্তো শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা পুক্লিং চজবা পোকপা অহুবু যুক্ত-বৈরাগ্য কৌই। মাখোয়বু ভগবান্না অহুম য়োকপী থাকপী। ললদা ডাওরবা মমিৎ তাংলবা ভক্ত নত্তববু সেবা তৌরবা কান্নবা অমতা লৈতে।

'এইরস-আস্বাদ নাহি অভক্তের গণে।
কৃষ্ণ ভক্তগণ করে রস-আস্বাদনে ॥'
রসসি মহাও ফংদে ভক্ত নত্তবশিংনা।
কৃষ্ণ ভক্তশিংগীনি রস চুপচবনা ॥

শাস্ত্রনা য়ারবা রারেপ পূন্নমক খংলেদনকো সনাতন।

'প্রভু অঃরনা ময়াম ঐঙোন্দা তম্বীরিবা ব্রহ্মানসু খংবা নত্তে।'

সনাতন্না চপ্থকই প্রভুগী চরণ পায়হনা 'অতেংনবদা পোক্লগা, অতোনবা সেবা তৌবা পগী ঐনি ঐগী কম্রি য়াওগ্রবা থম্মোই অসিনা পীবিরিবা অমৃত ঈপাক শোকপা ওমবদ লাইরহনা মরিক অমা কাওবা ফংবা ওমগদবা নত্তে খেংতেকপবু জগোই শাহনগে হায়রদি ইকোক্তা নখোং থম্বিংনা বর পীনবিয়ু।' প্রভুনা মংকোক পায়হনা বর পীবিরে—'নংঙোন্দা পূন্নমক ওানবা ওইবসনু' হায়রনা।

আত্মারাম ওইরবশিং, মাগদগী নাম্বোকথ্রবশিং মাখোয়সু ঈশ্বর নীংই—ঈশ্বরনা চীংশিনবসি অস্থক কল্লি। সংসারগী অপুনবা পুম্বগী নাম্বোকথ্রবশিংগী ঈশ্বর নীংবগী কান্নবা কম্রি লৈগি? অতবু ঈশ্বরনা চীংশিনবা কয়া কনবগে হায়রবু মায়াগী রা চংদ্রবা বেদগী শাস্ত্রগী বিধি অপুনবা পুম্বা থাম্বা মুনিশিংসু ঈশ্বরদা মরম লৈতবা ভক্তি তৌই।

শ্রীমদ্ভাগবত ১।৭।১০দা

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ॥

মাখোয়গী থম্মোইদা মাগৌবা, অপাম্বা ঙৈতত্রবা অমসুং আত্মাগী মুংওাইববগী হুন্দা লুপ্তবা মুনিশিং অহুসু মাযথিবা পীওনত্রবা শ্রীকৃষ্ণবু নিষ্কাম ভক্তি তৌই—শ্রীভগবান্গী গুণ হায়রবদি অসিনি।

'প্রভু, নহাক্না আত্মারাম শ্লোকী ব্যাখ্যা সার্ব্বভৌমদা তম্না-

নিপাল থোক্না তৌখিবা ঐশ্তোন্দস্থ থরদং তাহনবিয়ু 'হায়না সনাতন্না হয়খলে। প্রভুনা হুক্ফ্‌মাথোই থোক্না তৌবিরে।

আত্মাগী অর্থ—ব্রহ্ম, দেহ (হকচাং), মন, স্বভাব (মচৎ) ধৃতি (অথাংকনবা) বুদ্ধি, যত্ন (চেকশিনবা) তরেৎ অসিনি। তরেৎ অসিদা নুংঙাইবা মাহাক আত্মারামান। মুনিনা-- রাখল লৈবা, মৌনী ওইবা, তপস্বী শাইনিংবা, ব্রতী (ব্রহ্মচারীনচিংবা নিয়ম ঙাকপা), যতি (সন্ন্যাসী) শ্ব ব, মুনি তরেৎ অসিবু খংহল্লে। নিগ্রন্থ—গ্রন্থিহীন অহঙ্কার-'থোঙবা চাউথোকপা য়াওদবা), —অবিদ্যা (মায়) চদবা, শাস্ত্রনা থাংবা লৌদবা, অপংবা শস্ত্র জ্ঞানগী মপান্দা লৈব অতো- নবা, শল থোমজিনবা, মরম অমত্তা লৈতব—দু খাই। অদুগা উরুক্রমনা অচৌবা খোংথাংবু খংহল্লি।—মাহারা শিন থুন, লৈদুনা পাঙলনা পুন্নমকপু পায়রি অমসুং ঙাকই মাধুর্য্য শক্তিনা গোলোক, ঐশ্বর্য্যনা পরব্যোম অদুগা মায়াশক্তিনা ব্রহ্মাণ্ডন'চংবা নিংথিনা শেম্মি। উরুক্রমগী অর্থশিং অসি থোকহল্লে। মাগী থো'থা'দা মরোল অহুম নিকহনখিবা বিষ্ণুনি। অহৈতুকীগী অর্থনা ওহারবনা কৃষ্ণসেবা নত্তবা অতোপ্পা অপাম্বা য়াওদবা ভুক্তি, মুক্তি, সিদ্ধ পাম্মুদনা কৃষ্ণসেবা তৌবা মাগী ভক্তি অদু অহৈতুকীনি। হেতু—মরম হায়বদি করিগুম্বা মহুৎ অমা পামদববু খনৈ। মাসিনা নুংঙাইবগী মশক ওইরবা শক্তি পুন্নমক্কী মপু শ্রীকৃষ্ণবু খুত্থমচিল্লে মাগাক সর্বশক্তিমান—শক্তি পুন্নমক্কী মপু'ন নপ্রবদবু ওরম্বা মাহাক ভক্তগী মফমদা মথা পোনবা য়াগনি।

কৃষ্ণগী রা করি অমুক হায়গনি? মাহাক্কী মমাংদা ব্রহ্মদা নুংঙাইবা নাপীগুম্বনি—'যার আগে ব্রহ্মানন্দ তৃণপ্রায় হয়।' মাহাক পুন্নমকপু চীংশিনবা, পুন্নমকপু নুংঙাইহনবা মমল নাইত্রবা হিদাক্নি। মশা নত্তনা অতৈ পুন্নমকপু, জগৎসংসারবু পুমকাউ কাউহল্লি ।

অদুগা মানা মশাগী মাধুর্য্যনা মশাগী পুক্লিং হুরাল্লি—'আপন মাধুর্য্যে হরে আপন মন।' কৃষ্ণগী গুণ হায়বনা করি ? সচ্চিদানন্দনা য়োম্বা ঐশ্বর্য্য, মাধুর্য্য, থৌজাল, ভক্তবু অসি য়ৌনা চাল্লি - মশা কাওবা দান তৌথোকই। তৌথোকপা অদুদা চিংনবা কল্লিমতা দৈ তে। তুলসী মনা অমগা ঈশিং মরিক অমগী মহুৎ মানা শিংবা ওমজদে ভক্তদা। ভক্তগী লম্মন শিংবা ওমদদুনা মশাবু ভক্তদা য়োম্বোকই।

অমুকা শমজিন্না হায়রবদা কৃষ্ণগী অসিগুম্বা মনম অসিনা সনক সনাতনখোইবু চীংশিল্লি, কৃষ্ণলীলা তাবদনা শুকদেব নিগুর্ণ ব্রহ্মনা অয়োংবা ওইনা লৈপ্রবা মহাকম্ভ ভাগবত তমখি। ভাগবত হায়বা অসিদি কৃষ্ণরাগী, তত্ত্বগী ওাল্লবা থাউমৈনি। ব্রহ্ম - মুংওাইবদা লুপ্লবা ওইববমু কৃষ্ণ-মাধুর্য্য রসদা পুক্লিং হকচাং পুন্না লুপ্তবা ওমদে।

ভুক্তি, সিদ্ধি অমসুং মুক্তি মক ওইরিবা মথল অদুম অসিনি। ভুক্তিনা স্বর্গনাচবা নুঙাই য়াইকবা অদুবু ভোগ তৌবা (চাবা) বু থংহ। সিদ্ধিনা তবানিপাম্নি অদুগা মুক্তিনা মথল মওানি। হায়রিবা মা থাযশিং অসি য়ালপ্রবা ভক্তি অদু অহৈতুকীনি। অসি-তদা—অদুম লৈবতদা মুংওাইবনা মপুন ওইনা থিল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু খুদুম চল্লি। ভক্তিগী অর্থনা তন্না থোকই। সাধনভক্তিনা অমতনি অদুগা প্রেমভক্তিনা মথল মাপান্নি; শান্তভক্তগী রতিনা প্রেম-কাওবা য়োই, দাস ভক্তগী রতিনা রাগনা লোইবা কাওব, সখা ভক্তগীনা অনুরাগ কাওবা, মপা মমাগী মুংশি মুতেনবগী রতনা অনুরাগ লোইবা কাওবা, অমসুং কান্তাশিংগী রতিনা মহাভাবনা ওমথৈনি। [রামানন্দ সঙ্গ মতাংদা চৈতন্য চরিতামৃতদা হায়।

প্রভু কহে এহোত্তম আগে কহ আর।

রায় কহে কান্তা প্রেম সর্ব্বসাধ্য সার॥

অহেৎনি অসি মথা চত্থৌ হায় প্রভুনা ।
কান্তা প্রেম সাধ্য মকোক্নি হায় রায়না ॥
... ... ... ... ... ... ... ...
প্রভু কহে এই সাধ্যাবধি সুনিশ্চয় ।
কৃপা করি কহ যদি আগে কিছু হয় ॥
সাধ্য ওমথৈনি অসিনা হায় প্রভুনা ।
মথা অতৈ লৈরবা হায়যু চাম্বিত্তুনা ॥

অদুনা কান্ত প্রেম্না খ্বাইদগী মকোক্নি হায়বা রামানন্দনা মথং হায়রকপদা প্রভুনা অসুম্না য়াবিথ্রবনি । রামানন্দনা প্রভুদা হায়খিবা অমসুং প্রভুনা চুম্মি পৌথ্রবসু মকম অসিদা মনাই সনাতন্দা তাকপদা য়াওরক্নি । কান্তা প্রেমগী মথক অমা লৈতে অমসুং মাসিনা প্রেমগী ওংথৈনি হায়না উৎপীরি । ] ভক্তি শব্দগী মগুণ তারে । 'ইত্থম্ভূত গুণ' শব্দগী ব্যাখ্যা তারো 'ইত্থং'গী অতোপ্পা অর্থ অমনা গুণ শব্দনি । অদুগা 'ইত্থম্ভূত' শব্দগী অর্থনা 'পূর্ণানন্দময়' —সুংঙাইবা পূন্নমক ওইবা অদুনি অদুনা মাহাক্কী মমাংদা 'ব্রহ্মানন্দ' ব্রহ্মদা সুংঙাইবা নাপীগুম্বনি—'যার আগে ব্রহ্মানন্দ তৃণপ্রায়' ।

পূন্নমকপু চীংশিনবা, পূন্নমকপু সুংঙাইহনবা, হিদাক পূন্নমক্কী অথোইবা মাহাক্কী মতিক পূন্নমকপু কাউহল্লি । মাগী মনম অসি কংবদা ভুক্তি, মুক্তি, সিদ্ধিগী সুংঙাইবা তাম্থোকখি । থংওমজ্রবা শক্তি অসিগী গুণ অসিনা কৃষ্ণ কৃপাদা পুনবি । মাসি শাস্ত্রগী লৈনবদগী নত্তে, যুক্তি নত্তে, সিদ্ধান্ত নত্তে—বিচারনি, প্রমাণ ওইরবনি হায়না লৌনরবনি । মওং অসিগী গুণনা মাধুর্য্যগী মচানি । 'গুণ' শব্দ টি অর্থনা খংহল্লিবদি কৃষ্ণগী গুণ মপাল নাইদে হায়ববুনি । সাচ্চদানন্দগী মূর্ত্তি সুংঙাইবা পূম্বনা থন্বনি । ঐশ্বর্য্য (মতিক মঙন), মাধুর্য্য (অথুম্বা) কারুণ্য (থৌজ্জানবিবা) মূর্ত্তিনা মপুংফানা লৈবনি । ভক্ত-বাৎসল্য —ভক্তবু চানবনা মশা ফাওবা পীথোকই । মাগী থাওমজ্রবা শক, গুণ, রস সুংশিবা মনম্না অমনা ওইরবসু অমনা ওইরবসু

মীগী থম্মোই চাংশিল্লি। সনক, সনাতন্নচিংবশিংগী মপুক মনম্মচিংবা গুণনা হুরাল্লি।

শ্রীমদ্ভাগবতে— ৩। ১৫। ৪৩

তস্যারবিন্দনয়নস্য পদারবিন্দকিঞ্জল্কমিশ্রতুলসী মকরন্দবায়ুঃ। অন্তর্গতঃ স্ববিবরেণ চকার তেষাং সংক্ষোভমক্ষরজুষামপি চিত্ততন্বোঃ॥ —থম্বাল মিৎকয়া ওইবা মাহাক্কী মখোং থম্বালগী উফুলগা তুলসী মনাগী মুংশিরবা মনমগা তিন্নরবা মেংনা থুম্নবা মনম পুবা মুংশিংনা মনাতোন্দা য়ৈরবদা ব্রহ্মদা, মুংঙাইহুনা লুপ্পবা মাখোয়গীসু হুয়াও তুজুং কাউই। শুকদেবগী মপুকপুনা লীলা তাবদা হুরাল্লি।

২। ১। ৯ দনা—

পরিনিষ্ঠিতোঽপি নৈর্গুণ্যে উত্তমশ্লোকলীলয়া।
গৃহীতচেতা রাজর্ষে আখ্যানং যদধীতবান্॥

নিগুর্ণ ব্রহ্মদা ঐগী পুক্নিং লুপচবনি ,অদুবু রাজর্ষি।
কৃষ্ণগী লীলানা চাংশিন্দুনা ভাগবতকী রাশিং তম্বনি।

অসুম্না মাগী গুণ অমমম্না চাংশিল্লি— মাগী অঙ্গী কজবনা গোপী পুক্নিং হুরাল্লি। মশক মমিং তাবদগী রুক্মিণীখোই চাংশিল্লি। বাঁশি মখোলনা, মাগী রূপনা লক্ষ্মীশিং অমসুং জগৎকী মুপী পুম্বগী থম্মোই চাংশিল্লি। গোপীশিংনা হায়—নাদা কুণ্ডল অহৃগী অয়ংবনা নংগী খজাই ঙাহল্লি। নচিন্দনা খোইহি, মিৎয়েংদনা মোমোন, অলক্তনা হায়বদি মায়গী নাকল অনিদা খোই খোইবা শম মচা মচানা কোইশিনবনা মায়খোংনি। নংগী পাম্বোম অনিদা অকীবা মাংকয়ি। লক্ষ্মীগী শাম্নজকয়া নিংখিরবা নংগী থবাক্কি। ময়াম অসি উরু উরুবদা ঐখোয় নংগী ননাই ওইরে।— রুক্মিণীনা হায়—হে ময়োল অহমগী কজবা। নংগী গুণগী রা তাবদা, নংগী রূপকী রা তাবদা ঐগী থম্মোই নঙোন্দা লুপত্রে। নংগী গুণগী রা তারগা নাদা চংখিত্নুনা

থম্মোইদুংদা য়েরুরগা অম্না অনা পুম্বা মাংহল্লি। নংবু য়েংজবা ক্যবনা মিংনা নংগী শুক উবদা কংদবা হায়বা করিমতা লৈতে। হে কৃষ্ণ! ত্রিভুবন্দা করম্বা মুপী লৈরিবগে—নংগী অথুম্বগী মশক ওইবা, অমৃত-ঈরিগুম্বা বাঁশিগী মখোল তাবদা শুম্নাংথিহনা কুলধর্ম্মবু থোঙ্গাও-নবা দয়া! মাখোয়মতা নত্তে, শা ষর্গ, উবি য়ারি, উচেক য়াম্না কাওবা নকা লাম্ম গই। অমুম্না গুরুগী শকফম ওইরিবী মুপীশিংবু বাৎসল্য প্রেম্না চাংশিল্লি। দাস্য, সখ্যনচিংবা মুপাশিংবু অমসুং অচৎ-চত্ত, লেংঙি পাল্লিবা পুম্নমকপু প্রেমদা ভাওহন্দুনা কৃষ্ণগুণনা চাংশিল্লি। অমুক্তসু মুন্না য়েংউ—ব্রহ্মাগী মচা মরি সনক, সনন্দ, সনাতন অমসুং সনৎকুমার মখোয় জ্ঞানীভক্তনি, ধ্যান্দা, আত্মাজ্ঞান্দা মুংভাইথ্রবনি, ব্রহ্মদা য়ুংথ্রবনি, দিগম্বরনি; অদুগা শুকদেব পোকপগা হারেপ কাহনা দিগম্বর ওইনা হাবদি মাযকৈ ফিজেৎনহনা সংসারনা মাবু পুনবা ভমহিদ্রগা ভাজম্ম ব্রহ্মচারী—পোকপগী ব্রহ্ম-চারী ওইথ্রবা, ব্রহ্মগী মুংভাইবদা পুম্না লুপঙবা আত্মারাম ওইরবসু, মশাগী মুংভাইবদা চিক্না মুংভাইজবা ওইববসু কৃষ্ণগী রূপনা মুংভাইবা ওইনা মবুক্তা মাহাক কংথি। অদুনা মবম ওইদুনা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অমসুং তত্ত্বনা থল্লবা, ভাল্লবা থাউমৈগী মশক ভাগবত তমখি। অদুনা মাগী মনম অসিবু কংজবশিংনা তুমিন্না লৈপোকপা ভমদে। অসিগুম্বা ব্যাসদেবগী মচা অসিনা রাজর্ষি পরীক্ষীৎতা শ্রীমদ্ভাগবত তাহনখি।

[সনক, সনন্দ, সনাতন অমসুং সনৎকুমার কৌবা মুনি মরি অসিবু ব্রহ্মাগী মানস পুত্র (পুক্নিংগী মচা) কৌই। মাখোয় মতম পুম্বদা অঙাং ওইবা, মুনি অমসুং জ্ঞানীভক্তনি। মাখোয় অসিবু চতুঃসন হায়না থংনৈ। মীওইবগী ধাম অসিদগী য়াংথৎনা লৈবা তপোলোক হায়বা ধাম অদুদা মাখোয় লৈ। মাখোয় মচিন মনাও

মরিনক আত্মারাম (মীচং সঙ্গম ঋৈতবা, অপাম্বা য়াওববা) অমসুং আপ্তকাম (মুক্ত ওইববা, লাল্লবা) শিংগী আচার্য্যনি।

মাখোয় ব্রহ্মচারী, ধ্যান্দা লুপ্পা, মঙাল মপুঙ ওইবা দিগম্বর (ফিশেত্তবা, মায়কৈ শিজেংনব)নি অমসুং চহি ৫/৬ কী মীওংদা (বয়সতা) মতম পূন্নমক্তা লৈ। মাখোয়না লৈবা ঙপোলোক অসি য়াম্না সুঙাইবা নৈষ্ঠিক (মপুঙ্ফিচুপ্পা) ব্রহ্মচারিশিংনা তাঞ্জরিবা মফম্নি।]

'হরি'শব্দগী অর্থ য়াম্নি। মরুওইবা অমনি। অমঙ্গল—লাইবক থিনিংঙাই ওইবা পূর্নমকপু হন্দোকথবগা, মাংহনথবগা মফম অতুদা প্রেম পুরক্তুনা হাপ্পিরবা হরি গী অর্থনি। মফম, মতম লৈতে অমসুং চংদে, নীংলগা লোইরে, মাবু কাউত্রগা লোইরে - যৈছে তৈছে যোই কোই করয়ে স্মরণ'।

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১১।১৪।১৯ শ্লোক :—

যথাগ্নি : সুসমৃদ্ধার্চ্চ : করোত্যেধাংসি ভস্মসাৎ।
তথামদ্বিষয়া ভক্তিরুদ্ধবৈনাংসি কৃৎস্নশ :॥

হে উদ্ধব! মৈগী মৈরবিনা কল্লা চাকখংলরুগা উশিংবু উং ওংহনবগুম ভগবদভক্তিদা পাপ পূন্নমক অতুম্না উং ওহ্নি।

অতুম্না নীংজরিবা, শোঞ্জরিবা মাহাক অতুগী পাপ অতুম মাংখি, প্রেম পোক্তকই প্রেম পোক্তকপনা মরু ওইবা মুখ্য মহৈনি অতুগা পাপ মাংখিবদি মরু ওইবা মহৈ নত্তে মশানা ইঞ্জরকপনি। কল্লা চাকপা মৈনা শিং উবু উং তাহনবগুম হরিভক্তিনা পাপ পুম্বা তুম্না চাকখি।

'ভক্তি বিনু কোন সাধন দিতে নারে ফল।
সব ফল দেয় ভক্তি স্বতন্ত্র প্রবল।'

ভক্তি নত্তবা সাধন ওমদে মহৈ পীবা।
ভক্তিনা মতোম পাঙ্গম্না পী মহৈ পুম্বা।

সাধন অতৈনা হায়েংগী মতক খোম্না মঙোম পীদ্রবগুম, মহৈ

পীবা ওমদে। অহুনা অশিংবা মীনা হ্রিবু নীংই। শ্রীমদ্ভাগবত কী রা ২।৩।১০ দা হায়বা—মশাদা অপান্বা অমতা য়াওত্রবা ভক্ত, পুন্নমক পান্বা মী মাহাক অমস্তুং অয়ান খুবম পান্নিবা মী অহুনা অশিংবা ওইরবদি পুন্নমক থাদোকুনা থোইদোক হেন্দোকপা যুপা অহুবু নীংবদা মপুক লুপকদবনি হ'য়বগী রাকম কাওরোইদবনি। [মথক্তা ভাঃ শ্লোক ২।৩।১০ অর্থ হন্দোকপগা কোয়না য়াওখ্রে।]

মথা হায়গে তারো সনাতন! কনা কনানা অমদি করম্বা মীওংনা লাইবু নীংই;—খুদোং থিরবা,নারবা, রারবা মী; লল পাম্বা মী, জ্ঞানী মশা মশক খংলবা মী অমস্তুং তত্ত্ব জ্ঞান পাম্বা মী মাখোয় মথল মরি অসিগী—মীনা ঈশ্বর নীংই। অরা অনা কুংলগা অমস্তুং লল থুম পায়গা নীংইবা মাখোয় সকামনি। জ্ঞানী অমস্তুং তত্ত্ব খংনিংবা শিংনা মোক্ষ পাম্বশিংনি। মাখোয় মরি অসিনা মরাযবক য়াম্না ফবদগী মরোশিং লাকুনা মানা ম'না পা'ম্নবা অহু থাদোকুনা ভক্তি কংজনবগী নীংলক্লগা নিষ্ক'ম ভক্ত ওইরকই। অহুদি মাসি করম্না লাকদগে হায়ববু সাধুসঙ্গগী কৃপা নত্রগা কৃষ্ণগী কৃপাদগী কত্রবা অপান্বা রাখলগী সঙ্গ থাদোকুনা নীংজরগা শেংলবা ভক্তি ক'জৈ।

ভগবৎগীতানা ৭।১৬ তা—

চতুর্ব্বিধা ভজন্তে মাং জনাঃ সুকৃতিনোঽর্জ্জুন।
আর্ত্তো জিজ্ঞাসুরর্থার্থী জ্ঞানী ভরতর্ষভ॥

হে ভরত অথোইবা! হে অর্জ্জুন! পুন্য চেনবা
মথল মরিগী মীশিংনা ঐবু নীংই, মাখোয অহুদি (১)
মশাদা নত্রগা মথরায়দা রারবা (২) মশা খংজনবা হংনিংবা
মী (৩) লল থুম পাম্বা মী অমস্তুং (৪) জ্ঞানী।

অহুগা অমননে সনাতন, সাধু সঙ্গদগী,সাধুগী মচিন্দগী কৃষ্ণগী রা অমুক্তং তারবা মী অহুনা সাধুসঙ্গ থাদোকপা ওমদে। অস্থুমা ভগবৎকী

য়া তানিংবগী অনিংবা অপাম্বা লাক্লবা অহু ভক্তিনি।—মাহুনা কদায়-দগী থোক্লকই, য়াংখৎলকই হায়বনা সাধু সঙ্গদগীনি।

দুঃসঙ্গ— কত্তবা সঙ্গনা কৃষ্ণ ভক্তিদা অকায়বা অথিংবা পী ময়ম অসিনা অনিবু কৈতব—লৌনম, তৌশিন্নবা কৌই। অহুনা মওং অসিদি মশাবু মীনমজবনি। অমনা অমুক কৃষ্ণ নত্তবা অতৈবু পাম্বা অহুনা কত্তবা সঙ্গনি। লৌনম তৌশন্নববু য়াওহন্দ্রবদি ধর্ম্ম হান্নবা অহু অহুম ওইরে করিনা সাধুসঙ্গ, কৃষ্ণকৃপা অহুগা ভক্তিনা পুন্নমক থাদোকহল্লগা কৃষ্ণভাব পোকহল্লি,—কৃষ্ণদা অনুরাগ লাকই। ময়ম অসিনা কৃষ্ণভাব অমদি ভক্তি লাক্লবগী উপায়বু মওং অসিতনি, অসিনা থোকহনবনি। মপোক কয়া শকপা, তাবা সাধন তৌবনা কৃষ্ণগী প্রেমধন -প্রেমগী লল কংবা ওমদে। অহুনা অপাম্বা মীহৌবা অমসুং কত্তবা সঙ্গ লৈরিবমখেদি—প্রেম কংভোই, কৃষ্ণভাব লাক্লোই। মথক্তা হায়খিবগুম কৃষ্ণকৃপা নত্রগা সাধুকৃপানা পুন্নমক লৌথোকপীগ্রবদা থম্মোইদা ভক্তিনা ওল্লে।

‘কৃষ্ণ বহির্ম্মুখ দোষে মায়া হৈতে ভয়।
কৃষ্ণোন্মুখ ভক্তি হৈতে মায়া মুক্ত হয়॥’

কৃষ্ণদা ওনশিন্দবা দোষনা মায়া কী।
মায়া মাংখ কৃষ্ণদা লৈশিনবা ভক্তিদগী॥

য়েংউ, অহুনা মায়াগী মখুত্তগী কন্নবগী শোয়দ্রবা উপায়বু কৃষ্ণভক্তি-তনি। কৃষ্ণদা ভক্তিনা মাহাক্কী ওইবা, মাহাক অহুনা মায়াবু কীক্লদে—মাহাক্তি লৈ হায়বা কাওবা খল্লুবা নত্তে। অমনা অমুক—

ভক্তি বিনা মুক্তি নাহি ভক্ত্যে মুক্তি হয়।
ভক্ত্যে মুক্তি পাইলে গো অবশ্য কৃষ্ণেরে ভজয়॥

ভক্তি য়াৎপা মুক্ত কংদে মুক্তি পী ভক্তিনা।
ভক্তিনা মুক্তি কংলসু কৃষ্ণ নীংই শোয়দনা॥

ভক্তিনা তৌবা গুন্বদি তাও, সনাতন— ব্রহ্ম কংজগ্রবা মাহাক অহুবু ব্রহ্ম অহুবু থাদোকহন্দুনা জ্ঞান্না ওাংহন্দুনা কৃষ্ণবু নীংহল্লি। কৃষ্ণ কৃপাদগী শুদ্ধভক্তি—শেংলবা, চুমথোক্লবা ভক্তি ফংজববা ভক্তগী শেংলবা, মক্লুবা থম্মোইনা মবুঙেঙা নীংজবদগী হেন্না মুংঙাইবা করি-মত্তা লৈতে। অতোপ্পা অপাম্বা, মীহোৌবা অতৈ লৈত্রবনা মানা নীংজরিবা শেংগবনি—মোত্রবনি, তাংথক নাইত্রবনি। মরমদি—

কৃষ্ণভক্ত দুঃখহীন বাঞ্ছান্তরহীন।
'কৃষ্ণ প্রেম সেবা পূর্ণানন্দ প্রবীন।
কৃষ্ণভক্ত রাদে শংজদে অতৈ পান্নবা।
কৃষ্ণপ্রেম সেবাদা পুন্না লৈ ঙংঙাইবা॥

মথং মথং প্রভুনা শ্লোক্কী অর্থ অমস্তু ব্যখা হুম্ফু মাথোই পোক্লা তৌরে। অর্থ হল্ল হল্লগা ভক্তিনা মচনি ওাকপী। কনাগুম্বা মপোক কয়াদা কথ্রবা মরায়বক্তগী ভগবত কৃপানবু ওইরবস্ত, সাধুসঙ্গনবু ওইরবস্ত ভক্তি ফংজরবা মরো লৈত্রবা, আতংবা ভক্তিনা কৃষ্ণতবু নীংজে। লৌশিংনা, ব্যাখ্যানা ভাগবতকী অর্থ থোকপা নত্তে. ভক্তি লৈরবতদা থংবা ওন্মি—ভক্ত্যা ভাগবতং গ্রাহ্যং ন বুদ্ধ্যা ন চ টীকয়া'—অসিগুম্বা ভক্তিনি. ভক্তিগী গুণনি।

সনাতন প্রভুগী চরণ কোল্লহুনা স্তুত তৌবক্লে। প্রভু, নং ঈশ্বর অশেংবহুমাক্নি। নংনি ব্রজেন্দ্রনন্দন অদো। নংনা স্বর হোন্দোকপদগীনি বেদশিং পোকথ্রিবা। খ্বাংদগী ঙাংঙাং হৈবা নহাক্নি, ভাগবতকী অশেংবা অর্থ থংবা নংতনি, অতৈ কনানা থংবা নত্তে— 'তোমা বিনু অন্য জানিতে নাহিক সমর্থ।' প্রভুনা হায়রকই 'ঐবু অহুম থুরুম্বগী মহুত্তা ভাগবত মশক থংনবা লাক্লো। ভাগবত কৃষ্ণগী মশক্ত পূর্ণমক্কী চংজফম্নি——জগৎ সংসারদা শিংদুংবা লৈরিবনি। মাগী শ্লোক খুদিংনা, রাহৈ খুদিংনা, ময়েক খুদিংনা অর্থ কয়া উংলি।'

শ্রীমদ্ভাগবতে ১। ৩। ৪৫ —

কৃষ্ণে স্বধামোপগতে ধর্ম্মজ্ঞানাদিভিঃ সহ।
কলৌ নষ্টদৃশামেষ পুরাণার্কোঽধুনোদিতঃ॥

ধর্ম্ম জ্ঞানচিংবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণনা মাহাক্কী ধামদা হনগ্রবদা
কলি যুগকী মমিৎ তাংশবা জীবগী দমক পুরাণ
(শ্রী মদ্ভাগবত) গী মশক ওইনা হৌজিক মুনিৎনা থোক্লে।

সনাতন—ভাগবতনা কৃষ্ণ মহুৎ শিলহৌরবনি। হোয়দা ঐগী ন্না কনানা লৌবনি মনা হায়নগদৌরিবদ অঙাওবগী চোইরোলনি, কনি অমা ওইনিংঙাই লৈ! চুম্মী ঐ অঙাওবনি। ঙাওরবস্থু প্রভুনা নোকুনা হায়রকই—কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওরবনি। অদুগনে কৃষ্ণনা মাহাক্কী ধামদা হনখ্রবস্থু মাগী নামদ মাহাক্কী মরোলশিংগা কোম্নহনা শ্রীভাগবতা লৈহৌরবনি—ভাগবতনা কৃষ্ণ ওইহৌরবনি। কৃষ্ণগা কৃষ্ণগী নামগা খেন্নদবনি। হরিভক্তিবিলাসকী ১১। ২৬৯ নস্থু হায়—

নাম চিন্তামণিঃ কৃষ্ণশ্চৈতন্য রস বিগ্রহঃ।
পূর্ণঃ শুদ্ধো নিত্যমুক্তোঽভিন্নত্বান্নামনামিনোঃ।—

—মিংগা মিং অদু থোন্নিবা অদুগা খেন্নদে, অনিমক অমতনি। অস্থুন্না কৃষ্ণগা নামগা খেন্নদে। অনিমক চিন্তামণিগুম অহংব পুম্বা পীই। অনিমক মপুং ফাবনি, শেংলবনা মতম পুম্নমক্তা মনিংতম্বনি। খুৎ চনবা য়াদে মায়াগী মনম য়াওদবনি অনিমক নুংঙাইবা, জ্ঞানা থল্লবা রসগী মশক্তি।

সনাতন্না প্রভুদা হঙ্গংলকই—ঐবু বৈষ্ণব স্মৃতি শন্দোকউদি তাকপীরু. ঐদি তোম্নবান, লমচৎ নাইদবনি, হক সৈতবা মীনি ঐঙোন্দা শিন্নবিবিবা ইথৌ অসি করন্না পা থোক্কদবনো, ভাবনা লাম্বা য়ানা থোক্লে। অস্থুন্না নোম্না হঙ্গংলগা চথরকই 'অদুবু ঐনা

তৌজগদবা সূত্র ওইনা খন্না ভাকপীরবদি হোৎনজগে।' প্রভুনা সনাতন নং করিসু খল্লুসু। নংনা পাম্বা চংগদবা কৃষ্ণনা অহুম পীবিরক্কনি—জ্ঞান, বুদ্ধি, ভাব, সূত্র অতৈ করি করি নংনা চংগদবা পুম্নমক'—ভাকপীরে।

'প্রভু কহে যে করিতে করিবে তুমি মন
কৃষ্ণ সেই সেই তোমা করায়ে স্ফুরণ॥'

প্রভুনা হায় তৌগে লেপ্পা তৌনিংবা নংনা।
কৃষ্ণ অহু অহু পীনি নংবু ভাম্বিহনা॥

'অহুবু লম্বী উৎনবা সূত্র খন্নদং হায়গে নং ভাশল্লু। চংদবা য়াত্রবা অহানবা পোৎচং গুরুনি। ভজন, সাধন গুরুদা চংজরগা হোৎনজবনা মকনি। গুরু মশক খনগনি। করি করিনা গুরুগী লক্ষণ ওইরগা দীক্ষাগুরু ওইনি শংগদবনি। অপাম মীহৌ লৈতবা, মাগী মচত্তা অমুবা মমি ভাদবা, লাইরিক হৈবা, কৃষ্ণ নীংবা, মুশি হৈবা গুরু ওইগদবা মীশক্তী মক ওইবা গুণনি। অহুগা গুরুতগী রা নত্তে শিষ্যগীসু মশক খংবা নিংথিনা চংই। মাহাক নোল্লুকনি, মচৎ কণনি অচুম্বা ভাংগনি, গুরুদা শাস্ত্রদা শ্রদ্ধা-থাজবা লৈগনি, মীহৌ কন্নাম্মোইদবনি। গুরুনসু শিষ্যনসু অমবু অমনা খনগনি। মন্ত্র ফংবদসু মন্ত্র অহুগী মগুণ খংনা লৌগনি, লৌবদা কাম্নে কান্নদে খনগনি। অপাম্বা ফংনিংবা লৈরবসু গুরুদা নীজগ নে। লেংদনা লেপকদবা অমনা কৃষ্ণতনা নী জনবা, সেবা তৌজনবা মশক্তি হায়বা অসিমনি। অসিশিং অসিবু লৈরবদা ননা খংভকওইদবা করিসু লৈত্রে। দীক্ষা লৌগনি, অযুক্কী হৌনবী, আচমন, চিন শেংবা, চন্দন থিনবা, তুলসি হেকপা, কাইরোইদহনি; পরিক্রমা, দণ্ডবৎ তৌবা কায়রোইদবনি। ভাগবত ভাগনি। নামগী গুণ খংগনি। নাম অপরাধ অমসুং সেবা অপরাধ থোকহল্লোই। বৈষ্ণব লক্ষণ

থংগনি। বৈষ্ণব নিন্দা তৌরোই। লাইদা কত্তবা চারোই, সাধুগী লক্ষণ য়েংগনি, সাধু সবা অমস্তুং সাধুসঙ্গ তৌগনি. কত্তবা সঙ্গ থাদোক্কনি, শালগ্রাম মশক থংগনি--। পর্বদিন ভাক্কনি, বিদ্ধাদা তারগা স্নমিৎ অদু থাদোক্কুনা তাদবা স্নমিত্তা তৌগনি। [ইথ্রবা তিথিগা পুনবা তিথি বিদ্ধানি। বিদ্ধা তিথিদা চরা হেনবনচিংবা অথিংবনি—থাদোক্কদবনি। মাদু নত্তবা মথংগী স্নমিত্তা পাংথোক্কনি।] ন না লেপ্পশিং পুরাণগী রানা প্রমাণ তৌগনি' বৈষ্ণব আচার ভাক্কনি। চৎনরিবা অকবা মচৎস্ন থাদোক্লোই—খনা অসি নভোন্দা শম্না তাক্লবনি। নংনা ইবা হেক হৌবদা কৃষ্ণনা অতুম মঙাল পীবিরক্কনি —"যবে তুমি লিখিবে 'কৃষ্ণ' করাবে স্ফুরণ"। অদুগা তাও সনাতন চেকশিল্লা ঐ-। শিল্লরিবা অসি — ঐগী লাইরবা ভক্তশিংনা শেগাহরবা কাম্বা অমস্তুং খুজায় অবায়বা অমম্মগ-। উপায় ওইদুনা বৃন্দাবন্দা লাকচরবশিংবু য়োকপী থাকপীদুনা কোনাবয়ু নংনা, অদুগা ভক্তি পাউতাক পীবিয়ু।—

'কাথা করঙ্গিযা মোর কাঙাল ভক্তগণ।
বৃন্দাবনে আইলে তার করিহ পালন॥'

কাম্বা খুজাইগা ঐগী নংলবা ভক্তশিংনা।
লাক্লগা বৃন্দাবন্দা মাখোয় য়োকপীয়ু নংনা॥

অসিবুনি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা শাংলবা মপাম্বোম তিংথোক্লদুনা চেম্বোক্লগা চেৎনা কোনখিবা। গৌড়গী নিথৌ হুসেন সাহগী মকোক থংনা সভাগী লৈতেং ওইরম্বা সাকর মল্লিক-মন্ত্রি অথোইবা, মাগী মরল অথুম মান মর্য্যাদা অচাউরম পুন্নমক লাপ্না হুন্দোক্লগা লাইবককবী বৈরাগ্যলক্ষ্মীদা চংজখিবা অদু মাহাক অসিনি। মপান্দা উবদনা চৈরাক কল্লবা অবধূতকী মশক্তি মনুংদনা ঈশংনা থল্লবা লুরবা পুথ্রিগী ঈশিংগুম ভক্তিরমনা থল্লবা মাহাক অদুনি। অসিবুনি উবতদা কোনখিবা। অদুগা ভক্তগা ভগবানগী মরি হায়রবু অসিনি।

ঐখোয়গী মাধবেন্দ্র পুরীগী মহৌ তমজদুনা হায়জসি —

'অয়ি দীনদয়ার্দ্র নাথ হে মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদলোককাতরং দয়িত ভ্রাম্যতি কিংকরোম্যহম্‌।'

হে তোল্লববু চানবিবা! হে ইবুঙঙো! হে মথুরাগী মপু!
কদৌৱৈ নংবু উজনি? নংবু উদবদা ঐগী থম্মোই কারে।
হে খোঙাল ইহবা! ঐগী পুক্নিং লাংতক্নরে ঐ করি তৌনি।

ঐখোয়না কাউজরোইদবা কলিগী মন্ত্র অমনা —

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্‌।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

কলিদদি হরিনাম হরিনাম হরিনাম খক্তনি।
অসি নত্তবা গতি অমা লৈত্রে লৈত্রে লৈত্রে॥

হায়বদি— হরিনাম তাও, হরিনাম শোল্লু হরিনাম শকউ। কলিদা জ্ঞানযোগ নত্তে, কলিদা কর্ম্মযোগ নত্তে, কলিদা ভক্তিযোগ নত্তনা কপ্পী অতোপ্পা অমা লৈতে।—অসুম্না অর্থ তৌবসু য়াওই।

অদুগা মাগী ভক্তিগী মরল পুম্বা শা উচেক চণ্ডাল কাংবা খাক্তনা য়েনবিরবা অমসুং মাহাক্কী মশক মতৌবু শ্রীপাদস্বরূপ গোস্বামিনা শৈহেক য়াংনা শৈশক্লম্বা—

রাধা কৃষ্ণ প্রণয়বিকৃতির্হ্লাদিনী শক্তিরস্মা—
দেকাত্মানাবপি ভুবি পুরা দেহভেদ গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং
রাধাভাবদ্যুতিসুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম্‌॥

—রাধাগী মশাক্ত কৃষ্ণ প্রেমনি, মাহাক্না কৃষ্ণগী হ্লাদিনীশক্তিনি। রাধা অমসুং কৃষ্ণ দেহ অনি নত্তে অদুবু মাখোয়না লীলাগী দংক্তা তোপ্পা তোপ্পা ওইবীরম্মি। হৌজিক অমুক মাখোয় অনি চৈতন্যদা অমতা ওইরে অমসুং চৈতন্যগী মশক ওইদুনা পোকপীরে। রাধাগী অঙৌবা মঙাল অমসুং কৃষ্ণপ্রেম লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা

অবতার তৌবিররবা কৃষ্ণগী মশক ওইবা চৈতন্য অহুবু খুরুমজরি হায়রম্বা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেববু ঐখোয়মু খুরুমজসি। মাহাক অহুদি কয়িগী লেংগুকপগে হায়ববু—

অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণাবতীর্ণঃ কলৌ
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিতঃ
সদা হৃদয়কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ॥

— রূপ গোস্বামি ( বিদগ্ধ মাধব )।

মতম কুইনা পীরকখিত্রিবা হায়বদি করিগুম্বা মতমদা
বনাদম্‌ পীরক্রিবা অহুগুম্বা লংলবা হায়বদি মধুর রসনা
থল্লবা মশাগী ওইজবা প্রেমগী লল য়েনবিগে হায়বগী
দমক মুংশিবিহুনা কলি যুগতা ওাম্মোইবিররে। সনাগী
মপৈগুম্বা লংলবা মাহাক্কী হকচাংগী মঙালনি।
অসিগুম্বা শচীগী মচানিপা হরিনা নখোয়গী থম্মোই গুহা-
দা মতম পুম্নমক্তা মঙাল পীবিহুনা লৈসনু।
শ্রীমচ্চৈতন্য রূপায় তস্মৈ ভগবতে নমঃ।

যাৎ কারুণ্য প্রভাবেন পাষাণোপ্যেষ নৃত্যতি॥
—সনাতন গোস্বামি

—ভগবান চৈতন্যবু খুরুমজে। মাগী থৌজাল গুণনা নৃংস্থ
মথরায়দা মকা লাম্না জগোই শাই।

প্রসিদ্ধ শ্রীরাধা গোবিন্দ দেব।
ভাগ্যচন্দ্র নরপতি কৃত পদ সেব॥
জয় শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দজিগী জয়।

—x—

